অহানবা ফোঙবা ঃ ২০০০ মার্চ

অফোঙবা ঃ অরাম্বম সমরেন্দ্র
স্বগৌরবন্দ মৈনো লৈরক
ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১




মখুম ঃ মোইরাংথেম অপাবী

মনুংগী লাই ঃ আঃকেঃ থম্বালসনা
এস. কুলা
মোইরাংথেম অপাবী

মনিংগী ফোটোঃ সলাম রাজেস

মমল ঃ ২০০/-



নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল

# থাগৎচবা

ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ফুঙ্গাবারী অমদি লাই-তীনগী বারীশিং য়াম্না পামজবককখি। ঐখোয়গী লৈশেম-নোংশেম্বগী বারীদা লৈমরেনগী থৌজান্দগী পাখংবনা ফম্বাল কাদুনা নিংথৌ ওইখ্রবদা সনামহিনা সাওদুনা 'পাখংবনা ফম্বাল কাবদা মতেং পাং লিবা মী অদু নুপা ওইরমলে হাৎকনি, নুপী ওইরমলে তালোয় শিংদা চনগনি' হায়বা অসি ঐঙোন্দা পাওখোংগুম, য়াম্না অঙকপা বা ওইখি। লাইরেম্বীশিং অসি কনানো, মখোয়গী মকুওইবা থৌদাং করিনো অমদি মখোয়গা লাইনুপাসিং অসিগা লৈনরিবা মরি অসি করিনো হায়বদু খঙনিংখি।

ঐনা ইহান হান্না খুৎ থাবা হৌখিবদি **'মৈতৈগী মিথোলোজিদা নুপী'** (মচা লৈমা, ২৫ সুবা মশিং, ওক্তোবর, ১৯৮১) হায়বসিনি। মখা পাক তাবা য়াখিদে। মাঙদা থিগদবা পাগদবা ময়াম অমা লৈরমখি। হিরম অসিদা মিনিস্ত্রী ওফ হিউমেন রিছোর্স, গোভর্মেন্ট ওফ ইন্দয়াদগী জুনিয়ার রিছার্স ফেল্লোসিপ অমা ১৯৮৮-৮৯ দা ফংদুনা মখা তানা থিজিনবা হৌখি। চহি অনিখক্কী থিজিনবা অদুনা মপুং ফাবা য়াখিদে। হিরম অসিদা অমুক হন্না মণিপুর য়ুনির্ভসিটি, মণিপুরী দিপার্টমেন্টতা, প্রোফেসার আই আর বাবু সিংহগী মখাদা ১৯৯২ দগী হৌনা পি ঐচ দি দিগ্রিগীদমক হেন্না চঙসিন্দুনা থিনবা হোৎনখি।

অহানবদা ঐহাক্না ঐখোয়গী লৈশেম-নোংশেম্বগী লাইরোন অসি মৈতৈগী ওইনা উরম্মী। হিরম অসিদা অসুম চঙসিলকপদগী মিথ অসি, মণিপুরদা লৈরিবা কাংলুপ খুদিংমক্কী ওইবা মান্নবা লাইরোন অমদা য়ুম্ফম ওইদুনা সাগৎলম্বদু থেংনরকখি। অদুম ওইনমক মতম অদুদা চীংগী ফুঙ্গা বারী অফংবা খরা পাবদগী হেন্না করিসু তৌবা ঙমখিদে। চীংদা ফিল্ড বার্ক চৎথরুনবগী খুদোং চাবা লৈখিদে। ঐনা ঐগী পি ঐচ দি দিগ্রিগীদমক **'মণিপুরগী লাই তীনগী বারী-শীংবুনদা লাইরেম্বী'** হায়না মিং থোন্দুনা ইবা থিসিস অদু লোয়শিন্দুনা মণিপুর য়ুনির্ভসিটিদা পিশিনখ্রবা মতুংদা, ত্রাইবেল মিউজিয়ম এন্দ রিছার্স সেন্টর, সগোলবন্দ বিজয় গোবীন্দগী দাইরেক্তর য়ুম্নাম জ্ঞ্যানেশ্বর সিংহগী লমজিং মখাদা **'নো য়োর মণিপুর'**গী প্রোগ্রাম মথং মথং সেমদুনা মরু ওইনা চীংগী খুলসিংদা চৎপগী থবক লৌখৎপা হৌরকখি। খুদোংচাবা অদু লৌদুনা মনুং হুনজিন্না লৈবা খুল খরদা চঙদুনা মখা তানা থিজিনবগী খুদোংচাবা ফংখি। পনবা য়াবদি তাং ১৬-১৮/৫/৯৭ তা উখ্রুলগী লুংহরদা এল. দব্লিয়ু সিমৈরৈয়োনা চহি ৭৫ গী তুংদা অমুক হন্না তাংখুলগী উ-হোঙ-য়ুমগী কুম্মৈ পাং থোকপদা য়াওবা ফংখি।

ঐনা থিজিনবা হৌরকপা মতমদা মহৌসাদগী লিনরকপা বারী শীংবুনসিং, লাই হরাওবা, সরোই খাঙবা, ঈপান থাবা অমসুং লুহোংবনচিংবা লাই-তীন অমদি লাইনিং লম্বীগা মরি লৈনবা থৌদোকশিং অসিনা য়াম্না মরু ওইবা মচাক ওইনা ফংলকই। লাইরেম্বীশিংগী বারিশিং অসি চীনবুংদা অমদি থাজনবী ওইনা খরা ফংলিবা অসি নত্তনা অয়াম্বা লিখুনদি মাঙসিল্লকলে হায়বা য়াই। অদুম ওইনমক মীওই কয়ানা ঐঙোন্দা বাবী লিবিদুনা অমদি মচাক পীবীদুনা মতেং পাংবিরকখি।

অহানবা শরুক্কী মণিপুরদা প্রি-হিষ্টরিগী মতাং অসি ইরকপদা দাঃ থোকচোম অঙৌনা মরি লৈনবা লাইরিক অমদি চেফোং কয়া পীবীদুনা মতেং পাংবিখি। পন্দিত ঙাবিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহনা অরিবা লোন্দা লৈবা **ফৌওইবী খুরুম্বা** হায়দুনা লৈরিবা ফৌগৌরোল অসি অনৌবা লোন্দা মচা খায়না তাকপিরকখি। ওজা অসিগী মতেং নৎলমদ্রবদি ফৌওইবীগী মতাং অসি ইবা ওইথোকলমলোয়। ঈরৈমা লাইরেম্বীগী মতাং নৈনরকপদা লৈবাক্লা সুমাং লীলা ইবা ওইনা মশক খঙবীবা, মীতৈ বারী লিবা ওজা চানা লুখোইনা তাকপিবদগী পুখাও লাইফমদা লৈবা লৌরেম্বম চাউবা মীতৈগী মফমদা চঙজখি। ওজা অসিনা ঈরৈমাগী বারী লিবিবগা লোয়ননা লমলৈমা তবেৎকী বারীসু লিবিরকখি। অনাল নালফৌ চনু ঈরৈমাগী বারী অসি দাঃ য়েনকোকপম শরৎনা লিবিবগা লোয়ননা ঙানু লৈমগী ইরাৎ-থৌনিগী মতাংদা মচা খায়না তাকপিরকখি। ইনাও চিরাও কোমনা কোমগী লাইরোন অমদি ঈশৈ খরা মৈতৈলোনগী বাহনগা লোয়ননা পীবীরকখি। মণিপুর ট্রাইবেল মিউজিয়ম অমসুং রিছার্স সেন্টরনা মরি লৈনবা ফোতো খরা পীবিরকখি। 'লাইরিক ফোঙবা মরূপ'না শেলগী মতেং পীবীরকখি। দাঃ চুংখাম যসোবন্তনা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী লাইব্রেরিদগী লাইরিক বাইবিদুনা মতেং পাংবিখি। মথক্তা পনজখ্রিবা অসিতা নত্তনা লৈবাক অসিগী লাই-তীনগী বারী অমদি ফুঙ্গা বারী কয়া খোমজিন্দুনা লাইরিক ওইনা অমসুং চেফোং কয়াদা ইবিখিবা ওজাসিং, খরদং পল্লবদা পন্দিত নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ, পন্দিত মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, পন্দিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, পন্দিত খুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ, পন্দিত ওইনাম ভোগেশ্বোর সিংহ, পন্দিত খুলেম চন্দ্রসেখর সিংহ, পন্দিত মোইরাংথেম নরেন্দ্র সিংহ, ওজা সরাংথেম বরমনি সিংহ অমদি ওজা বাহেংবম লুখোই সিংহ, অসিনচিংবা পুন্নমক্কী মফমদা কোক নোনজরি।

ঐঙোন্দা মওং অমদা নৎত্রগা অমদা মতেং পাংবিখিবা মথক্তদি পনজহৌদ্রবা কয়াবুসু ইকাইখুম্নবা উৎচরি। অরোইবা ওইনা ঐগী ইপুরোইবা অরাম্বম সমরেন্দ্রনা লাইরিক অসি ইরকপা মতমদা পীবীখিবা মতেংগীদমক থাগৎচরি।

মার্চ, ২০০০ থৌনাওজম চনু ইবেমহল

# য়াওরিবশিং ঃ

## হাপলিবা লাইশিং ঃ

ঐনা থিজিনবা হৌরকপা মতমদা মহৌসাদগী লিনরকপা ৱারী শীংবুনসিং, লাই হরাওবা, সরোই খাওবা, ঈপান থাবা অমসুং লুহোংবনচিংবা লাই-তীন অমদি লাইনিং লম্বীগা মরি লৈনবা থৌদোকশিং অসিনা য়াম্না মরু ওইবা মচাক ওইনা ফংলকই। লাইরেম্বীশিংগী ৱারিশিং অসি চীনবুংদা অমদি থাজনবী ওইনা খরা ফংলিবা অসি নত্তনা অয়াম্বা লিখুনদি মাঙসিল্লকলে হায়বা য়াই। অদুম ওইনমক মীওই কয়ানা ঐঙোন্দা ৱারী লিবিদুনা অমদি মচাক পীবীদুনা মতেং পাংবিরকখি।

অহানবা শরুক্কী মণিপুরদা প্রি-হিষ্টরিগী মতাং অসি ইরকপদা দাঃ থোকচোম অঙৌনা মরি লৈনবা লাইরিক অমদি চেফোং কয়া পীবীদুনা মতেং পাংবিখি। পন্দিত ঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহনা অরিবা লোন্দা লৈবা **ফৌওইবী খুরুম্বা** হায়দুনা লৈরিবা ফৌগৌরোল অসি অনৌবা লোন্দা মচা খায়না তাকপিরকখি। ওজা অসিগী মতেং নৎলমদ্রবদি ফৌওইবীগী মতাং অসি ইবা ওইথোকলমলোয়। ঈরৈমা লাইরেম্বীগী মতাং নৈনরকপদা লৈবাক্লা সুমাং লীলা ইবা ওইনা মশক খঙবীবা, মীতৈ ৱারী লিবা ওজা চানা লুখোইনা তাকপিবদগী পুখাও লাইফমদা লৈবা লৌরেম্বম চাউবা মীতৈগী মফমদা চঙজখি। ওজা অসিনা ঈরৈমাগী ৱারী লিবিবগা লোয়ননা লমলৈমা তরেৎকী ৱারীসু লিবিরকখি। অনাল নালফৌ চনু ঈরৈমাগী ৱারী অসি দাঃ য়েনকোকপম শরৎনা লিবিবগা লোয়ননা ঙানু লৈমগী ইরাৎ-থৌনিগী মতাংদা মচা খায়না তাকপিরকখি। ইনাও চিরাও কোমনা কোমগী লাইরোন অমদি ঈশৈ খরা মৈতৈলোনগী ৱাহনগা লোয়ননা পীবীরকখি। মণিপুর ট্রাইবেল মিউজিয়ম অমসুং রিছার্স সেন্টরনা মরি লৈনবা ফোতো খরা পীবিরকখি। 'লাইরিক ফোঙবা মরূপ'না শেলগী মতেং পীবীরকখি। দাঃ চুংখাম যসোবন্ত না মণিপুর য়ুনির্ভর্সিটিগী লাইব্রেরিদগী লাইরিক ৱাইবিদুনা মতেং পাংবিখি। মথক্তা পনজখ্রিবা অসিতা নত্তনা লৈবাক অসিগী লাই-তীনগী ৱারী অমদি ফুঙ্গা ৱারী কয়া খোমজিন্দুনা লাইরিক ওইনা অমসুং চেফোং কয়াদা ইবিখিবা ওজাসিং, খরদং পল্লবদা পন্দিত নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ, পন্দিত মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, পন্দিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, পন্দিত খুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ, পন্দিত ওইনাম ভোগেশ্বোর সিংহ, পন্দিত খুলেম চন্দ্রসেখর সিংহ, পন্দিত মোইরাংথেম নরেন্দ্র সিংহ, ওজা সরাংথেম বরমনি সিংহ অমদি ওজা ৱাহেংবম লুখোই সিংহ, অসিনচিংবা পুন্নমক্কী মফমদা কোক নোনজরি।

ঐঙোন্দা মওং অমদা নৎত্রগা অমদা মতেং পাংবিখিবা মথক্তদি পনজহৌদ্রবা কয়াবুসু ইকাইখুম্নবা উৎচরি। অরোইবা ওইনা ঐগী ইপুরোইবা অরাম্বম সমরেন্দ্রনা লাইরিক অসি ইরকপা মতমদা পীবীখিবা মতেংগীদমক থাগৎচরি।

মার্চ, ২০০০ | থৌনাওজম চনু ইবেমহল

## য়াওরিবশিং ঃ

## হাপলিবা লাইশিং ঃ

১।　নুঙগী যুগকী ভেনস
২।　Trois Frères কী অয়েকপা অমা
৩।　রিহাঙকি (পাখংফান)
৪।　ৱিলোংগী অহোংয়ুম
৫।　কতককিতু
৬।　মরান কাসা সিম (বনসম সিম)
৭।　ইরোই ইরাৎপা
৮।　উক্রোং পুরকপা
৯।　উক্রোংদগী অচাপোৎ চাইথরকপা
১০।　ফৌ সুবা
১১।　লৌ য়ানবা
১২।　পাম্বী লাইরেম্মা
১৩।　পুন্সী পামেল
১৪।　ক্রেতকী লিন লাইরেম্মা

# ৱাহৌদোক

মালেমগী অমদি ভাবতকী অতৈ লমশিংগী মতৌগুম্না মণিপুবগী কলচবগী যুমফমসু অবিবা নুঙগী যুগকী মতমদনি। মণিপুবদা ফংলিবা নুঙগী যুগ অসি হোআবিনহ্যান কলচবগী শক্কস্ যাওই। মসি ভাবতকী অবাং নোংপোক লমদম অসিদা ফংবা নোং-পোকলোমগী তোপ তোপ্পা নাৎকী সক্তমনি। অবাং নোংপোক্কী লমদম অসি নত্তনা ভাবতকী অতৈ লমদমদা কলচব অসি ফংদে। মণিপুবগী চীং অমসুং তম অনিমক্তা নুঙগী যুগকী খুৎলায মতিক চানা ফংবা ঙমখ্রে। খুৎশাবোন অসিসু নোংপোক এসিযাদা ফংবগা যান্না নকনৈ। মসিগা লোযননা কলচব অমসুং ঈ মবিগী (racial) ওইবা মীৎযেংদা নোংপোক এসিযাগী অপুনবা শক্তম অদুদা যাওবি। লৈশেমলোন (geol-ogy) গী মীৎযেংদা মণিপুব অসি ইন্দো ম্যানমাব জিওলোজিকেল ইউনিৎতা যাওই। মণিপুব তুবেল নৎত্রগা ইম্ফাল তুবেল অসিসু ইবাবতী তুবেলগী ত্রিবুতবি ওইনা লৈ। পুমনমক অসিনা মণিপুবগী মিথোলোজি নৎত্রগা লাইবোন-তিনলোন অসিসু নোং-পোক এসিযাগী মিথোলোজিগী কযাৎ অমদি যুমফম অদুগী মনুংদা যাওবি।

মণিপুবগী মহৌসাগী ওইবা সক্তমদা অমেংবা ঈসিং নুংসিৎ অসিনা মীওইবনা খুন্দা লৈতাহনবদা খুদোং চাহল্লি। চীংজাও মবোল মবোলনা কোযসিল্লিবা অমদি লৈহাও ফবা লমদম  ওইবনা মসাগী তোপ তোপ্পা সক্তম অমা সাগৎচবা ঙমহল্লি। খা এসিযা অমদি খা-নোংপোক এসিযাগী ফাওদোক ফাওজিন্দা খা থংবা সিঙ্ক কতনা ফাওদুনা চৎলিবা লম্বী অসিদা মণিপুবনা লৈকবা মবমনা মালেমগী ওইনা লৈবিবা নাৎকী ঈচেল অদুদা যাওদুনা লাকই হাযবসি লমদম অসিগী লাইবোন নৈনবগা খঙবা ঙম্মী।

খা-নোংপোক এসিযাগী শকক অমদি ওসেনিযাগী লমদম অসি অঙনবা মতমদগী হৌনা খা অফ্রিকা, মাদাগাস্কব, খা ভাবত অমদি শ্রীলঙ্কাগী মীওইশিংনা

ঈশিং লম্বীদা চৎথোক চৎসিন তৌনদুনা নাৎকী মরি লৈনরকখ্রবনি। চীনাদা তাং সাগৈনা খৃঃ কুম ৯০৬ তা লৈখা তাখিবদগী চৎনখিদ্রবা খা থংবা সিল্ক রুত অসি মণিপুর ফাওদুনা য়ুরোপ য়ৌনা চৎথোক-চৎসিন তৌনরম্মী। লম্বী অসিদা নোংপোক নোংচুপ অনি ফাওনা চেনসিল্লকখিবা নাৎকী ঈচেলদা লৈবাক অসিনা তোঙান্না লৈহৌবা নত্তে। ১৮ শুবা চহি চাদা য়েকখিবা রিনাল্ড মেপ (১৭৬৯) কী মতুংইন্না মণিপুরগী ঙমখৈ অসি অৱাংলোমদা সদিয়া ফাওবা ওইরম্মী। খাদা সমুদ্র মপান নকনা চিতাগোং য়ৌনা মিজোরামগী অয়াম্বা শরুক য়াওনা হৌজিক্কী ত্রিপুরা, তখেল হায়না ঐখোয়না খঙনবা ষ্টেত অসিগী শরুক খরা ফাওবা কোনশিন্দুনা হৌজিক্কী বঙ্গলাদেশকা নক্লনা লৈরি। নোংপোকলোমদা নিংথি তুরেলগী নোংপোক থংবা তোৰ্ব্বানগী তমপাক য়ৌনা অমদি নোংচুপলোমদা দিমাপুর য়ৌনা শন্দোক্লুনা লৈরি।

হৌজিক ম্যানমারগী থায়নগী কোনুং ওইরম্বা অভা, ঐখোয়না অৱা হায়না খংনবা, তেখাও হায়না খংনরম্বা অসাম অমসুং তখেলগী নিংথৌগা মণিপুরগী নিংথৌ মচানুপীশিংগা লুহোংদুনা মরি নক্না লৈনরম্মী। মওং অসি অথেংবা মতম ফাওবা চৎনরম্মী। চহি তরেৎ খুন্তাকপা মতমদা (১৮১৯ -১৮২৬) মণিপুরীশিংনা বঙ্গলাদেশ য়ৌনা চঙদুনা খুন্দারুই। অঙনবা মতমগী মীনা তুরেল অমদি তুরেলগী তোৰ্ব্বানবু লম্বী ওইনা সিজিন্নরম্মী। ঐখোয়গী লাইরোন্দা লাইরৈবাক্কী মশক সেমগৎলকপদা বরাক্কী মসা ওইনা বরাক্তা তাদুনা বঙ্গোপ সাগর য়ৌনা চৎখ্রিবা থ্বাই তুরেল, নিংথিদা তারগা হায়রিবা সমুদ্র অসিদা তাখ্রিবা ইরিল তুরেল (ইম্ফাল তুরেলগা তিন্নখিবা) অমদি লোক্তাতা তাখ্রিবা নম্বুল; তুরেল অহুম অসিবু য়াম্না মরুওইনা লৌদুনা, তুরেল অহুম অসিগী হৌফম ওইবা লাইরোনগী চীংদোন অমা, কৌব্রু চীংদোন্দা য়ুম্ফম ওইদুনা সেমগৎলম্বা (**খোংজোমনুবী নোঙ্গারোন, ১৯৬৫**) অসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি। লমদম অসিগী নাৎকী মশক সেমগৎলকপদা তুরেল অহুম অসিগা লোয়ননা বঙ্গোপসাগর য়ৌনা য়েংবা তারকই। ঐখোয়গী লাইরোন নৈনরকপদা পুন্নমক অসিগা লোয়ননা মালেমগী ওইনা লৈরিবা কলচরগী ঈচেল খঙনা য়েংবা চুমগনি।

অসিগুম্বা মরমশিং অসিনা নোংচুপলোমদগী বৌদ্ধ ধৰ্ম্ম, হিন্দু ধৰ্ম্ম অমসুং তন্ত্র ধৰ্ম্মনচিংবা অমদি নোংপোকলোমদগী কন্‌ফুসিয়ান অমসুং তাউ ধৰ্ম্মনচিংবগী মচাক কয়া অঙনবা মতমদগী চংলক্লুনা ঐখোয়গী লাইরোন্দা চঙখ্রবনি। নাৎ অমগা নাৎ অমগা পংলৌ লৌনবসু নত্তে, লৌনরিবা মওং অসি অয়াম্বনা দরকারগী মতুং ইন্না লৌনবনি। সুমেরদা বি সি ৩২০০ দা কাংখোং সিজিন্নরবসু চহি লিশিং ১৪০০গী

তুংদা য়ুমথংনবা ইজিপ্টতা কাংখোং সিজিন্নবা হৌখি। দরকারগী মতুংইন্না ঐখোয়গী মিথোলোজিদা চঙখ্রিবা মচাকশিং অদু খঙনা ঐখোয়গী লমদমসিগী মিথোলোজিগী সকওং অদু থিদোক্তুনা খঙবা চুমগনি। লাইবক থিবনা ভারতকী অৱাং নোংপোক্কী লমদম অমদি য়ুমথংনবা ম্যানমার য়াওনা মতিক চানা অর্কিওলোজিকেল সর্ভে তৌদ্রি অমদি মায়কৈ অসিদা ফংলিবা ৱারী শিংবুনশিংসু নিংথিনা মপুংফানা খোমজিন্দুনা সাইন্টিফিক ওইবা মীৎয়েংদগী নৈনবা ইহৌ হৌদ্রি।

মৈদিংঙু লোইয়ুম্বা (১০৭৪ - ১১১২) মমাংদগী অরুবা লাইথৌ অমা ওইনা হৌজিক ফাওবা পাংথোকলিবা লাই হরাওবা হায়বা ইরাৎ থৌনি অসি মৈতৈগীতা নত্তনা মণিপুরদা মহৌসাদগী খুন্দাদুনা লৈরকলিবা অরিবা কাংলুপশিং য়াওনা অপুনবা লাইরোনগী এনসাইক্লোপেদীয়ানি হায়বা য়াই। কংলৈ, ককচিং, মোইরাং অমসুং চকপা হরাওবশিং অসিদা মথং মনাও নাইনা নিংথিনা লেংশিন্দুনা য়াওরিবা লাইরোনশিং অসি ঐখোয়না মুন্না খঙনদ্রে অমদি মসিদা য়াওরিবা অতোপ্পা মৈতৈ নত্তবা কাং লুপশিংগী লোন কয়াগী ৱাহনথোকসু খঙনদ্রে। পুন্নমক অসিগী মথক্তা লৈবাক অসিগী লাইরোন পুন্নমক লাই হরাওবদা লোয়না য়াওবসু নত্তে। মসি লৈদুনসু হিন্দু অমদি খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎথ্রিঙৈগী মণিপুরগী লাইনিং লম্বী সেমগৎলকপদা মরি লৈনবা অয়াম্বা মিথোলোজিশিংদি লাই হরাওবদা য়াওরে হায়বা য়াই। হৌজিক চীংদা ফংবা য়াম্না মরুওইবা লাইরোনগী মচাক্তি য়ুংদুনা খিন্দুনা লৈরিবা নুঙ অয়ুংবা (menhir), নুঙপাক (dolman) অমদি মল্লবা অহোংয়ুমশিং অসিনি। নুঙ য়ুংবা, নুঙ খিনবা অমদি অহোং য়ুমগী মিথোলোজিগা লোয়ননা অহোং য়ুমদা হাপলিবা য়ুম্বীশিং অমদি য়ুমমায়দা হাপলিবা হকলিবা মওং পুন্নমক অসিগী মিথশিং অসি মণিপুরগী লাইরোনগী মচাক ঙাক্তনি।

মালেমগী তোঙান তোঙানবা মফমদা খুন্নাই খুন্নাইদুনা হিংলিবা পুন্সিগী মহিং, নোমলিবা থবক মওং, অকোইবগী অইং-অসা, অমদি অশং-অমানগী মতুংইন্না মরি লৈনবা মিথোলোজি সাগৎলকই। মণিপুরগী চীংগী লমদা লৌউবনা মপুং ওইনা হিংবা ঙমদবা অমদি শা তানবগী পুঙ্গীদা শাংনা চৎথদুনা লৈরকপনা চীংগী অহোং কুম্মে অমদি থৌনিশিং অসি শাতানবা খুন্নাইগী লাইনিংথৌ লাৎপগী লাইরোনগী মচাক্না মপুং ওইনা থেংনৈ। তম্পাক্তা লৌউদুনা হিংবা কাংবুগী লাইরোন্দা লৌউবা খুন্নাইগী লাইরেম্বী লাৎপগী মওংনা মপুং ওইনা থেংনৈ। মওং অনিমক অসি অমগা অমগা ইয়ান য়ানশিন্দুনা লৈ।

মণিপুরগী মিথোলোজিদা নুপীগী হকচাং, সিয়োম, সিয়োম অসিগী মনুংদা অচৌবা তেংবান অসিগী অপিকপা মশক ওইরিবা তাইবং মীওইবনা ঈ মতুমদগী মথং মথং হকচাং শাগৎলক্তুনা মীওই মপুং ফারকপা, মমাগী সিয়োমনুংদগী লোয়নরকলিবা নাওয়োম, খোইরি, খোয় অমসুং মমানা মচাবু অসোয় অঙাম থোক্তনবা ঙাক সেল্লিবা মওং অসিদা য়ুমফম ওইদুনা ঐখোয়গী মিথোলোজি শাগৎলকই। লাই হরাওবগী মচং ওইবা নুংগী অথুপ্পা মিথোলোজিসু ব্রাফম অসিনি।

লাই হরাওবদা মাইবীনা শারিবা জগোয় অসি কনাগুম্বা লাইনিংথৌ অমবু ইকায়খুম্নবা উৎতুনা মতিক মগুন শৈথাদুনা নৎত্রগা হকচাংগী থেকখোয়রবা নিংথিরবা মূর্ত্তি ময়াম অমা শেমগৎ শাগৎতুনা জগৎকী মপুবু ইখৌলাংজবগী নৎত্রগা মঙোন্দা তীনজনিংদুনা কৎথোকচবগী জগোয় নত্তে। পুমনমক অসি নৎত্রগা লাইনিংথৌ অমগী ইঙ্গীৎতা মাগী অনিংবা মতুংইন্না শাবা জগোয়সু নত্তে। মণিপুরগী মাইবীনা শারিবা জগোয় অসিদি নুপীগী লৈশেম শক্তিগী মতিক মঙাল ফোংদোক্তুনা, তেংবান অসিগী হৌরকফম অমসুং হঞ্জীনফম ওইরিবা অথুপ্পা শক্তি অদুগী, মপান নাইদ্রবা ময়াই অদুগী, অঙকপা অথুপ্পা পুংলোন্দা অদুগুম্বা ময়াই অদু ফোংদোক্তুনা শাবা জগোয়নি। নুপীগী লৈশেম শক্তিবু খঙলক্তুনা মদুগী মতিক ময়াই ফোংদোক্তুনা শাবা জগোয় অসি অয়েংবা ভাবোক্কীদমক শাবা নত্তে। ইরাৎ থৌনিগী শরুক অমা ওইনা মী অমসুং লাই অনিগী উনবা অমসুং ফাওনবগী অথুপ্পা এক্সপিরিয়েন্স অমা ফোংদোক্তুনা শাবনি।

মমাগী সিয়োমনুং অসি মীওইবগী খ্বায়দগী চেকসিল্লবা অমসুং য়েন্নবা অমত্তনা শোকপা ঙমলরোইদবা মফমনি। মণিপুরগী অরিবা থাজবদা য়ুম হায়বসি মীওইবনা মপানথোংগী অইং-অসাদগী মসাবু কন্নবা তাংজফম ঙাক ওইদে। মপানথোংগী হকচাং অমদি নুংগী থব্রায়গী লৈফম হিংফম ওইরিবা মমাগী সিয়োমনি। মমাগী সিয়োমনুংদা লৈরিঙৈদা মহি ওইনা চানবা ফংখিবা মফম খোয়দৌ অসি থব্রায়গী লৈফমনি। ব্রাফম অসি মণিপুরগী য়ুম শাবগী মিথোলোজি অমদি লাইনিংলম্বীগী মিথোলোজি শাগৎলকপদা য়াম্না মরু ওইবা ব্রাফমনি।

নুঙ হোঙবা, উক্রোং নৎত্রগা মরান পামেন উ হোংবা অমসুং অহোংয়ুমগী ইরাৎ থৌনিশিং অসি লাই হরাওবগী হৌরকপা, চাউখৎলকপা অমদি মপুং ফাগৎলকপগী ইতিহাস নৈনরকপদা য়াম্না মরুওইবা তাংককশিংনি হায়বা য়াই। লাই হরাওবগী লাইবৌ শাবগী য়াম্না মরু ওইবা শক্তমদি মাইবীনা জগোয়গী খুৎথেকতনা মমাগী সিয়োমনুংদা অঙাং অমনা মথং মথং মপুং ফারকপা মওং অদু উৎপনি। শারিবা মূর্ত্তি

অসি নুপীনি। মুর্ত্তি অসি শাবা লোয়রগা থৱায় হাপলবা তুংদা য়ুমশারোল শমথরক্তুনা জগোয়গী খুৎথেক্লা চুক য়ুংই, পরিং হুল্লি, উখুল তান্দুনা য়ুম্বীরেল হাপ্পী, হুমদাং য়ানবা লোয়রগা ই কুপ্পী অমদি সাই ককলগা য়ুম শাবা লোয়শিল্লি। লমদম অসিগী মীনা লাইগীদমক্তা তোঙাননা লাইসঙ শারকতে। থৱায়না লৈবিবা হকচাং অসি লাইশঙনি, মীওইবনা চঙজফম লৌরিবা য়ুম অসি লাইশঙনি। মীওইবগী অহানবা অমসুং অরোইবা য়ুমদি পলেম মমাগী সিয়োমনি। মসিদগী ওইরকই য়ুম শাবগী ইবাৎ থৌনিশিং অসি। মসিনা ঐখোয়গী লাইনিংলম্বীগী মপুংওইবা মিথোলোজিনি।

প্লেতোনা ইহান হান্না বিসি ৪০০ দা মিথোলোজি হায়বসি ভাপনা শাবা ৱাবীনি (ফিক্সন) নি হায়খি। অদুবু বিসি ৩১৬ তা সিসিলিগী ফিলোসোফৱ ইউথেমেরুস (Euthemirus) না মিথোলোজি হায়বসি ইতিহাসকী ওইবা থৌদোক ৱাথোকশিংবু ভাপনা শাবা ৱাবীগী মওংদা শেমগৎখিবনি অমসুং মসিদা য়াওরিবা মীওইশিং অসি সমাজ অমদা হিংলম্বা মী ওাক্তনি হায়খি। মেসোপোতামিয়াদা বিসি ৪০০০ দা তশেংনা থোকখিবা অচৌবা ঈশিং ঈচাউ অসি সুমেরদা বিসি ২৭০০ গী অদুৱাইদা পানখিবা অচৌবা নিংথৌ গিলগামেসকী অশেংবা পুন্সী ৱাবীদা সেমগৎতুনা ইখিবা **গীলগামেসকী ইপিক** তা যাওখি। হিব্রু লোন্দা ইখিবা **ওল্ড তেস্টামেন্ট**তা য়াওরিবা অচৌবা ঈশিং ঈচাও অদুসু হায়রিবা ঈচাও অসিনি। মিথ অসি হিব্রুগী মিথোলোজিদা য়াওখিবগুম গ্রীক, অৱাং অমসুং নোংচুপ ইউরোপকী মিথোলোজিদা য়াওসির্নখি অমদি তপ্না তপ্না নোংপোক এসিয়া য়ৌনা শন্দোকখি।

দিফ্যুজন থিওরিদা থাজবা স্কোলারশিংনা মালেমগী কলচরগী ঈচেল অসি মেসোপোতামিয়াদগী শন্দোকখিবনি হায়দুনা থাজরবসু থিওরি অসিগী অৱাৎ পা কয়া লৈতবা নত্তে। ইভোলুসনরি থিওরিগী মতুংইন্না গ্রীক ক্লাসিকেল মিথোলোজিগী হৌফম ওইবা য়াবা শক্তম খা-নোংপোক এসিয়াগী মিথোলোজিদা য়াওরি। অদুবু লমদম অসোমদা নিংথিনা আর্কিওলোজিকেল সর্ভে তৌদ্রিবনা অমদি ময়েক থেংনা চৎপা লমদম ওইবনা মায়কৈ অসোমগী মিথোলোজিগী মতম লেপ্পদা অরুবা ওইরি।

## অহানবা শরুক

# ১ (১) মণিপুরদা প্রি-হিষ্টরিগী মতম

মালেম পৃথীবী অসি চহি বিলিঅন মঙারোম সুরে। মসিগী অবোইবা চহি মিলিঅন অনিসিবু কুৱাতবনবি (Quaternary) হায়না খঙনৈ (West, 1963; Butzer, 1964; Bowen, 1978; Zia Lanpo, 1980) কুৱাতবনরি অসিসু প্লেসতোসিন (Pleistocene 2 million) অমসুং হোলোসিন (Holocene 10,000 years) হায়না অনি থোক্লা খাইদোকই। কুৱাতরনবি মতমগী মরুওইবা শকতমদি ঈশিং নুংশিৎ হোংদোক হোংজিন তৌবা, সমুদ্র অমসুং পাৎকী ঈমাই হেনগৎপা, লৈকংলা কয়া সেমলকপা, অমুক মাংখিবা, চীং পাৎ তুরেন কয়া সেমলকপা, কয়া অমুক মাংখিবা অসিনচিংবা কয়া অসিনি। পৃথীবীগী মতম মতমগী য়াওল মতুংইন্না মণিপুবসু মালেমগী অতৈ লমদমগুম্না শকফম হোং হোংদুনা ঙসি ফাওবা লাকলি। মণিপুরগী লৈমাইরোনগী মরমদা দাঃ থোকচোম অঙৌগী মোৎ অসি থমলি,

মণিপুর তম্পাক অসি তরসিয়ারি (Tertiary 60 million to 12 million) গী ময়াথংবা সরুক্তগী হেন্না লিদ্রি। অদুগা হিমালিয়ান ওরগেনীগী তেকতোনিক মুভমেন্টনা সেমখিবনি। লমদমসিগী সকওং সাদা সেমগৎপদা তেকতোনিক অমসুং ঈশিং নুংশিৎনা অচৌবা মরম ওই। কুৱাতরনরি হায়বদি ঙসিদগী চাউরাক্লা চহি মিলিয়ন অনিগী মনুংসিদা ওমচাক্লবা অমদি চোৎ চোৎ লাওবা মতম ওই। পাৎকী ঈমায়শিং অসি ঙসিদগী চহি ২৩০০০ দগীনা ২৫০০০ গী মনুং, অমদি চহি ৮০০০ দগী ১১০০০গী মনুংসি নোং চিং কা হেন্না চুবনা হেঙ্গৎলম্মী।

প্লেসতোসিনগী অরোইবা সরুক্তদি নোং-চিং ইচু চুদবা, ইকং থোকপা মতম ওইরম্মী। অনৌবা নুঙগী যুগকী অথেংবা মতমদি তম্পাক্কী অকোইবদা লৈবা চীংসাংশিং অসিদগী নুঙ লৈবাক্লচিংবসি য়াম্না কিন্থরকখি। কুৱাতরনবিগী মতমদা কৈদৌঙৈদসু তম্পাক অসি ঈশিংগী ঈপাক ওইরমদে, চোৎ চোৎ লাওবা পাৎথি-কোমথি কয়াদি মফম অয়াম্বদা লৈরম্মী।[১]

হায়রিবা কুৱাতরনরিগী মতম অসিদা মালেমদা মী অমসুং থৱাই পানবা জীব কয়া থোরকখি। হৌজিক্কী মীওইবা, মোর্দন মেন, হোমো সেপিয়ান্স সেপিয়ান্স (Homo sapiens sapiens) অসি ইভোলুসনগী সাংলবা খোংচৎ অমদা ঈশিংদা লৈবম্বা থৱাই পানবা অপিকপা পোৎশক অমদগী মথং মথং হৌজিক্কী শক্তম অসিদা ওইবকখিবনি হায়বসি চার্লর্স দরৱিন (1809-1882) গী **The Origin of Species** (1859) দা য়াওরি। দরৱিনগী থিওরি ওফ ইভোলুসনগী মতুংইন্না মীগা খ্বাইদগী নক্লবা জীবদি মম্মেল (মমাগী খোম থকপা জীব), মকুওইনা য়োং অসিনি। য়োংশিংগী মনুংদা মীওইবগা খ্বাইদগী নক্লা মান্নবদি এপ হায়না খঙনবা মমৈ পান্দবা ৱাং চাউবা য়োং, মকুওইনা গোরিলা, চিম্পাঞ্জী অমদি ওরাংউথান (লৌদ্রাওবী)গী কাংলুপ অসিনি। ঙসিদগী চহি মিলিয়ন ১৫ রোমগী মমাংদা লৈরম্বা রামাপিথেকস (Ramapithecus) কী ফোসিলগী সরুক খরা অৱাং ভাবতকী কাশ্মীরগী সিৱালিক চীং অমসুং খা আফ্রিকাগী অজানিআদা ফংখি। চহি খরা অসিগী মনুংদা পাকিস্তান অমসুং চীনাগী য়ুনান প্রোভিন্সতা রামাপিথেকসকী ফোসিল ফংবা ঙমখ্রে। (Zia Lanpo,1980·2)। মহাক অসি মী কৌবদি য়াদ্রিবা, মীরোমদদি খ্বায়দগী নকসিলক্লবা এপনি। মহাক্না তেক্তুনা তাবম্বা উসা ৱাসা অমসুং নুঙদুম খুন্দুনা খুৎলায ওইনা সিজিন্নবা অমদি মরক মরক্তা হৌগৎতুনা চৎপা হৌরকখি। থাঙ্গৈশেংনা চপযুংনা হৌগৎতুনা চৎলকপদি অস্ত্রালাপিথেকস (Australapithecus)। খা অফ্রিকাদা অস্ত্রালাপিথেকসকী সরু-সয়াং ফংবা মফম অদুদা য়োংগী অকায়বা তুম্বা কয়াসু ফংখি। য়োংগী তুম্বাশিং অদুগী ওইথংবা সরুকশিং অদু সোকলম্মী। মফম অদু কা হেন্না চাউরবা এনতেলোপকী ফৈগন অমসুং চাইরুংগী সরুকসু লৈরম্মী। অয়াম্বা মীনা থবক তৌবদা খুৎ য়েৎ সিজিন্নে। মরম অসিদগী অস্ত্রালাপিথেকসনা এনতেলোপকী সরুশিং অদু খুৎলায় ওইনা সিজিন্নদুনা য়োংগী তুম্বাশিং অদু থুগায়দুনা চাথোকখিবনি হায়বা অসিদা তারকখি।

---

১। দাঃ খোকচোম অঙৌ, **Quaternary Period** তা মণিপুর, **লৈবাকবা ইদিতব** - চান্দম মনিহার, মশিং ১, ওক্তোবব/নবেম্বর ১৯৯৭ ঃ ৩০

হৌগৎতুনা চৎপা হৈরকপা অসি অচৌবা অহোংবা য়াওন, রিভোলুসন অমনি। খোং অনি ওইনা চৎলকপা মতমদা হেন্না লাপ্পা চোকথদনা চৎপা ঙমলকই, অথু-অকায়গী মতমদা খুৎতা পোৎ অমা পায়রগা চেনবসু ঙমলকই অমদি অরাপ্পদা শা নৎত্রগা য়েন্নবা উবগী খুদোংচাবা ফংলকই। মহাক্না খুৎলায় সিজিন্নবা হৈরকপা অসি মীওইবগী ইভোলুসন্দা অনৌবা লমায় অমা হাংদোকলবনি।

খা-নোংপোক অফ্রিকাগী 'ওলদুবাইগী লোকচপ' হায়না খঙনবা মফম অদুদা চবৌ চবৌবা মওংদা সেমদোকলবা নুঙদুম কয়ামুক ফংবা ঙমখিবা অসিদগী মখা তানা থিজিনবদা চহি মিলিয়ন ১.৮ গী মমাংদা খুৎলায় সাবসু হৈরবা, সিজিন্নবসু হৈরবা 'মী' কৌবা য়ারবা 'হোমো হেবিলিস' হায়না খঙনবা কাংবু অমা থোকলকখি হায়বা খঙবা ঙমখি। লুইস অমসুং মেরি লিকিনা (১৯৫৭) হোমো হেবিলিসকী মথংদা 'হোমো ইরেক্তস' (চপ তিংনা চৎলবা মী) গী কাংবু অমা থোরকখি হায়বদু পুথোকখি। এসিয়া, য়ুরোপ অমসুং অফ্রিকাদা হোমো ইরেক্তস লৈরম্বগী খুদম কয়ামুক ফংবা ঙমখ্রে। নোংচুপতা লৈবম্বা হোমো ইরেক্তসনা নুঙগী সিংজং সাবা হৈখি অমদি চীনাদা লৈরম্বা হোমো ইবেক্তসনা মৈ সিজিন্নবা হৈখি।

চহি বিলিয়ন মঙারোম সুরবা মালেমগী পুন্সীদা মিলিয়ন অনিরোম সুরবা কুরাতবনবিগী সরুক অসিদি ঈসিং-নুংসিৎ, অইং-অসা হোংদুনতা লৈবা মতমনি। মতম অসিদা পোল (মেরু) গী অইংবগা ত্রোপিক্সকী অসাবগা ওন্নবা, মালেমগী ঈশিং নুংশিৎকী অচৌবা অহোংবা অমা তপ্না তপ্না ওইরকখি। অহোংবা অসি মরুওইনা অৱাংথংবা পৃথীবী তংখায়রোমদনা হেন্না মশক থোক্না উবা ফংই। অৱাংগী পোলদগী থাগ্রবা চাউখ্রবা উন মপাক্না চীংজাও কয়াগী চীংদোন তেমখায়দুনা তকথরক্তুনা তমপাক কয়া সেমদুনা মখারোমদা অকুৎপা মফমশিংদা চৎথরকপদগী সমুদ্রগী ঈমায়শিং ফমজিলক্তুনা পাক্রবা উনগী মপৈ মপৈ ওল্লকখি। মতম অসিদা হান্নগী, ঈশিং ঈপাক্কী ঈমায়গী অৱাংবা হুনথখিদুনা, অৱাংগী সমুদ্র কংথখিবগা লোয়ননা ব্রিতেনগা য়ুরোপকা অতোপ্পা শরুক্শিংগা ইসম সমনবা মফম ওইরকপগা লোয়ননা বৈরিং ষ্ট্রেতকী মফম অসিসু কংথখিদুনা অমেরিকা অমসুং এসিয়া অনি অসি কংফালগী লমদা ফাওদোক ফাওজিন য়াবা মফম অমা ওইরকখি। অসিগুম্বা অহোংবা মরক অসিদা হোমো ইরেক্তসতগী হেন্না চাউখৎলবা মীওই কাংবু অমা থোরকখি। মহাক্কী ফোসিল অসি জর্মনগী দুসেলদোরফকী রিনলেন্দ সহরগী মনাক্তা লৈবা নেন্দর তম্পাক্তা ১৮৫৫ তা ইহান হান্না থেংনবদগী মহাকপু নেন্দরথেলগী মী' *(Homo Sapiens nender thalenis)* হায়না খঙনখি। মহাক অসি চহি ১০০,০০০ দগীনা ৩০,০০০ গী মমাংদা লৈরম্বনি।

মখোয়না হিংবগী পুন্সী মায়য়োক্লবদা লমশাশিংগী মতুং ইন্নদুনা মফম অমদগী মফম অমদা কোয়না চৎতুনা লৈখি। মখোয়না লোন সিজিন্নদুনা অমগা অমগা পাও ফাওনরম্মী অমদি কাংলুপ মচা মচা ওইনা লমহাং, চীংচেপ, লোকচপকী মচি মরুমদা অমসুং সুরুংদা লমশাশিংনা চৎপা লম্বীগী মনাক ওইনা লৈরম্মী। শা মতুনা ফি ওইনা অইংবা ঙকথোকলমই। মৈ সিজিন্নবা হৈবা মরমনা মখোয়না উনগী যুগতা হিংবা ঙমখি। নেন্দরথেলগী মী অসি সিরবা মতুংগী পুন্সীদা থাজবা, লাইনিং নাইরবা কাংবুনি হায়বসি ইরাক্কী অৱাং নোংপোক্তা জাগ্রোস চীংজাওদা লৈবা সানিদাব হায়বা মফম অদুদা সুরুং অমদা মোংফম অমা থেংনবদগী প্রমান তৌখ্রে। মোংফম অদুদা চহি মীয়াই চপ্পবা, য়েৎথংবা পাম্বোম য়াওদ্রবা, অঙাং ওইরিঙৈদগী অরথ্রিটিসনা সাথিনা নাহল্লবা নুপা, (সুকুং মনুংদা তারকপা নুঙনা সোয়দুনা পানবদগী সোক্তুনা শিরম্বা যাবা) অমবু লৈগী ফমুং অমা সেমদুনা থমলগা ফুমলম্বা থেংনখি।[২] মখোয়না হোমো ইরেক্তসকী মতমদগী হেন্না চাউখৎলবা মচিন তুম্বা খুৎলায় সাদুনা কাংবু কাংবু ওইনা শা তান্দুনা হিংবগী পুন্সী অমা শাগৎপা ঙমখি।

চাউরাক্লা চহি ৪০,০০০ গী মমাং, উনগী-যুগ লোয়সিল্লকপগা লোয়নননা নোংচুপ অমসুং খা য়ুরোপতা হেন্না চাউখৎলবা মীওই কাংবু অমা থোরকখি। মখোযবু 'হোমো সেপিয়ান্স সেপিয়ান্স' হায়না খঙনৈ। মখোয়না নেন্দরথেলগী মীগী মথংদা হৌজিক হৌজিক হিংলিবা মী অসি ওইনা খ্বায়দগী অকোনবা থুংলবা মী ওইরি।

অয়াম্বা অর্কিওলোজিস্তশিংনা খা অফ্রিকা অসি মীওইবগী হৌরকফমনি হায়বা উৎলবসু চিনাগী জিআ লানপোনচিংবা জিও-অর্কিওলোজিস্ত খরনা এসিয়া মহাদেস অসি মীওইবগী হৌরকফম ওইগনি হায়দুনা থাজখি। মখোয়না কন্না হোৎনবদগী হৌখিবা চহি ৫০ মুক অসিগী মনুংদা অৱাংথংবা অমসুং খা থংবা চীনাদা মীগী ফোসিল খরা ফংবা ঙখ্রে। ১৯৮০ অমসুং ১৯৮১ দা খা থংবা চীনাগী হেক্সীয়ান্দা হোমো ইরেক্তসকী ফোসিল ফংখি, অমদি ১৯৮২ অমসুং ১৯৮৩ দা চাওহুদসু হোমো সেপিয়ান্সকী ফোসিল ফংখি।[৩] ফোসিলশিং অসিদগী চীনাদা হোমো ইবেক্তস অমসুং হোমো সেপিয়ান্স অনিমক মতম অমতদা পুন্না লৈমীন্নরম্মী হায়বদু খঙবা ঙমখ্রে।

হেক্সীয়ানগী হোমো ইরেক্তসকী ময়া য়ামাংগী মওং অসি চৌওকোচিয়ানগী মী (*Homo Neanderthal*) অমদি হৌজিক্কী চীনাগী মীশিংদসু ফংবা শক্তমনি।

২। Reader's Digest, **Quest for the Past**, 1943:17
৩। Zhang Yinyum, P. Bellwood ed., **Indo-Pacific Prehistory** 1990, Vol. I-II

মসিদগী তারকলিবা ৱাফমদি নোংপোক এসিয়াদসু ইভোলুসনগী পরিং অমদা চৎথরক্তুনা মী থোরকখি হায়বসিনি। ইন্দোনেসিয়াগী জাভাদা ১৮৯১দা ফংখিবা 'জাভাগী মী' গী তুম্বা সরু অমসুং ১৯৮৮ দা সংগীরান্দা ফংখিবা তুম্বা সরু অদুগা হেক্সীয়ানগী তুম্বা সরুগা চাংদমন্দুনা য়েংবদা খঙবা ঙমলে মদুদি মরুওইনা খা চীনাদা মী থোকলকপা মতমদগী হৌনা সকওং অমসুং নাৎ মান্নবা মীওই কাংলুপশিংনা খা নোংপোক এসিয়া, ইন্দোনেসিয়া অমদি ওসিনেয়াগী লমদমদা চংখ্রে। বিপি ১২,০০০ দা জপান্দাগী মীওই কাংবু কাংবুনা সমুদ্রগী ঈমায় হনথখিবা মতম অদুদা খারোমদা মিক্রো‌নেসিয়া, মালেনেসিয়া অমদি পোলিনেসিয়া য়ৌনা চঙখি । অৱাং লোমদনা বৈরিং ষ্ট্রেত ফাওদুনা আমেরিকা য়ৌনা চংখি। বিপি. ১০,৫০০ দা খা চিনাদগী মীনা ইন্দোনেসিয়া য়ৌনা চংখি। মখোয়শিং অসি নোংপোক এসিয়াদা হৌজিক লৈরিবা মীওইশিংগী মপা মপুনি (C Zonng Brace, David P Tracer and Kevin D. Hunt, P.Bellwood ed. 247-265)।

ঙসি ফাওবদা ওইরিবা মীওইবগী পুন্সী ৱারীবু অরিবা নুঙগী যুগ (পেলিওলিথিক), ময়াই ওইবা নুঙগী যুগ (মেসোলিথিক/নেতুফিআন/হোআবিনহ্যান), অনৌবা নুঙগী যুগ (নিওলিথিক), প্রোতোহিষ্টোরিক (ৱাবী-শিংবুনদি লৈরবা, ইসিন্দুনা থম্বগী মওংদি লৈত্রিবা, ইতিহাসকী হেক মমাং ফাওবগী মতম) অমসুং হিষ্টোরিক (ময়েক পুথোক্তুনা রেকোর্দ তৌরবা মতম) হায়না খায়দোকই। ইতিহাসকী মমাং নৎত্রগা প্রি-হিষ্টরিগী মতম অসি সাংখ্রবা মতমনি। মালেমদা মীওইবনা হেক খুন্দাবকপদগী হৌজিক ফাওবদা ওইবিবা মতম অসিগী মনুংদা ৯৯% দি হায়রিবা মতম অসিগীনি।

নুঙগী যুগ অহুম অসি মরুওইনা য়ুরোপ অমসুং নোংচুপ এসিয়াদা মসক থোক্লা উবা ফংলবসু মালেমগী অতৈ মফমসিংদদি হায়রিবা লমদম অনিসিদা ফংলিবা মতমসিংদদি হায়রিবা লমদম অনিসিদা ফংলিবা মতমসিং অসিগা মান্নদবা মতমদা ফংই। অদুগা করিগুম্বা মফমদা অহুমসুবা নাৎ মেসোলিথিক্কী সক্তম অসি উবা ফংদনা রিবা নুঙগী যুগতগী অনৌবা নুঙগী যুগতা হোংলকপসু য়াওই। নোংচুপ এসিয়াদা বিসি ৮০০০ দা অনৌবা নুঙগী যুগকী কলচর লৈরবসু মতম অসিদা ব্রিতেনদা কলচর অসি য়ৌদ্রি। পোলিনেসিয়াদদি হৌজিক্তা অনৌবা নুঙগী যুগতগী লানথোরকপদা ঙায়রি। খা-নোংপোক এসিয়াদা অনৌবা নুঙগী ষুগ তা লানথোরকপা অসি নোংচুপ এসিয়া অমদি য়ুবোপকী ইথিল য়াওদনা মথন্তা ওইজরকখি। অদুগা মায়কৈ অসিদা ময়াইথংবা নুঙগী যুগকা অনৌবা নুঙগী যুগকা থোইনা খেৎনবা লৈতে হায়দুনা হিরম অসিদা নৌনা থিজিল্লুবা কাংবুনা পুথোকখ্রে।

অরিবা নুঙগী যুগ অসি নাৎকী মীৎয়েংদা য়াম্না মরুওইবা অমনি। যুগ অসি নৈনবা নুংঙায়নবগীদমক্তা য়ুরোপ অমসুং নোংচুপ এসিয়াদা ফংবা অর্কিওলোজিগী মচাকসিংদা য়ুমফম ওইরগা মঙা থোকনা খায়দোকই - চাতেলপেররোনিয়ান (Chatelperronian), ঔরিগ্নাসিয়ান (Aurignacian), গ্রাভেৎতিয়ান (Gravettian), সোলুত্রেআন (Solutrean) অমসুং মেগদেলনিয়ান (Magdalnian)।

চাতেলপেররোনিয়ানগী নাৎ অসি ফ্রান্সতা চহি ৩০,০০০ গী মমাংদা মপুং ফানা চাউখৎখ্রে। কলচর অসিগী তোপ তোপ্পা সক্তমদি নাকল অমদনা ময়া অথৌবা পানবা অদুগা অতোপ্পা নাকল অমদনা ময়া পঙবা, মতোন হুইথবা নুঙ হৈজ্রাং মখল অমা সিজিন্নরম্বা অসিনি। খুৎসা অসি খা-নোংপোক এসিয়াদগী সন্দোরকপা ওইরম্বা য়াই (Kichard Corrington; 1963)। সরুঙারুদগী মচিন তুম্বা, অথৌবা খুৎলায় সাদুনা চৈগী মতোন্দা হাপতুনা তা ওইনা সিজিন্নরম্বা অসি ঔরিগ্নাসিয়ান কলচরগী মসকনি। গ্রাভেত (Gravette) হায়না খঙনবা ময়া অথৌবা পানবা, মচিন তুম্বা; ককপা অমসুং হকপদা সিজিন্নবা নুঙথাঙ মখল অমা সিজিন্নবদগী কলচর অসিবু গ্রাভেৎতিয়ান কৌই। মরিসুবা কলচরগী থাক সোলুত্রেআন অসি চহি ২৫,০০০ গী মমাংদা লৈরম্বনি। অরিবা নুঙগী যুগপু অহৌবা (Lower or early), ময়াই (middle) অমসুং অকোনবা (Upper or late) হায়না খায়দোকলিবা অসিগী অকোনবা সরুক্তা য়াওরিবা সোলুত্রেআনগী কলচর অসিনা অরিবা নুঙগী যুগ অসিগী খ্বায়দগী নানবা অমদি খুৎলোয়বা ফোলিসিয়েৎ হায়না খঙনবা লুরেল অমদি ৱিলো মনাগুম্না মতোন তুম্বা, চুং ফিরাল চানা ফজরবা অমদি সিজিন্নবা নুংঙায়রবা খুৎলায় মখল অমা পুথোকখি।

চহি ২০,০০০ গী মমাংদা লৈরম্বা অরিবা নুঙগী যুগকী মঙাসুবা মেগদেলনিয়ানগী সরুক অসিদি মীওইবগী ইতিহাসতা অহানবা ওইনা ফজরোল অমদি লাইনিংলম্বীদা মীওইবগী নুংগী একসপরিয়েন্সনা কলাগী সকওংদা পংখৈ য়ৌনা সাৎকায়খিবা শরুক অমনি। মখোয়না নুঙ, সরু ঙারু, সাগী মচি অমদি সা ময়ানা নিংথিনা নাল্লবা, মওং তারবা অমসুং হক খোৎলবা খুৎলায়সিং সারম্বগী মথক্তা সুরুংগী ফকলাংদা মচু সিজিন্নদুনা য়েকলম্বা অয়েকপসিং অদু হৌজিকসু ঙসি ঙরাংত য়েকখিবগুম ইনৌ নৌরি অমসুং কলাগী লোয়নাইদবা ঙকলবা ফজরবা পোৎশক অমা ওইরি।

চহি ১২,০০০ দগী ১০,০০০ গী মরক অসিদি প্লেইসটোসিন লোইসিল্লক্তুনা ত্রোপিকী অসাবা অমসুং পোলগী অইংবা হঙ্গীল্লকপা, হোলোসিন হৌরকপা মতমনি। মালেমগী ঈসিং নুংসিৎ হোংলকপা অসিগা লোয়ননা মীওইবনা নৌনা ওল্লকলিবা

অকোয়বগী ফিভম অদুগা চাননা হিংনবা, মদুনা তাল্লকপা ফজরোল অমসুং লাইনিংগী দরকার অদুগা চান্নবা পুন্সীবোল অমসুং লাইনিংগী দরকার অদুগা চান্নবা পুন্সীরোল অমসুং ফোংদোকলোন অমা নৌনা থিরকপা মতমনি। হোলোসিন হৌরকপগা লোয়ননা মালেমগী তোঙান তোঙানবা মফমসিংদা মফম মফমদুগী ওইবা তোপ তোপ্পা কলচবগী মসক উবকপসু অসিগুম্বা মযাইথংবা নুঙগী যুগ অসিদা হৌবকখি। খবদং পল্লবদা খা-নোংপোক এসিযাদা হোআবিনহ্যান, নোংচুপ এসিযাদা নেতুফিআন, অসিনচিংবা।

যুগ অসিদা মমাংগী অবিবা নুঙগী সুকুগী অযেকপগুম্বা থোইদোকপা মসক নাইবা অবংবা নাৎকী মসক পুথোকপা লৈখিদ্রবসু মথংগী অনৌবা নুঙগী যুগতা মীওইবগী চাউখৎ খোংথাংদা অচৌবা যাওন বিভোলুসন অমা থোবকখিবা অদুগী মরু শুনবা মতমনি। মখোযনা লাই যেকলমদ্রবসু নুঙদা অচম্বা লৈই, মথেক মথেক অমদি কাবন চিংবা মওং কযা যেকতুনা কবিগুম্বা পোৎসক অমগী খুদম ওইনা যেকপগী মওংদা চৎথবকপা অসিনা মযেক পুথোকপগী লম্বী যাৎপা ওইখি। উননা কুপসিলকলিবা পোলগী লমদমদা চৎথোক-চৎসিনগীদমক্তা অহানবা ওইনা স্লেজ পুথোকখি অমদি মসিনা কাংখোং পুথোকনবগী মচাক ওইরকখি।

মীওইবগী ইতিহাসতা যাংনা মকওইবদি মীওইবনা ফৌ অমসুং গেহু থাদুনা, লৌউ-সিংউবগী লৌশিং লৈবকপা অসিনি। মসিনা চহি লিসিং কযা খোংচাই (Nomadic) ওইনা কোযনা চানবা থিদুনা চৎলম্বা পুন্সী অদু লোযখিদুনা চাউখৎপগী লম্বীদা চঙসিল্লকখি। খোংহৌ অসি মালেমগী মফম পুমনমক্তা চপ মান্ননা থোকখিবা নত্তে। অনৌবা নুঙগী যুগতা 'চাউখৎপা মবি' হাযবগা খঙনবা অসি ইজিপ্ট, মেসোপোতামিয়া, ভারত অমসুং চীনাগী লমগং (dryland) ওইনা তৌবা, অচৌবা উমং ৱামং কয়া লৈতবা অদুমনদি ওইরগা লৈহাও লৈরবা অচৌবা তুবেলসিংগী মপান্দা উবা ফংখি। খ্বায়দগী অহানবা ওইনা অনৌবা নুঙগী যুগকী লৌউসিংউবগী নাৎ থোরকখিবসি বি সি ৮০০০ দগীনা ৭০০০ গী মরক্তা খা-নোংচুপ এসিয়াগী ইরান অমসুং ইরাক্কী মবক্তা লৈবা জাগ্রোস চীংসাং নাপোমসিংদনি। হৌখিবা চহি খরসিদা থিজিনবদগী খঙবা ঙমখ্রে মদুদি চীনাগী য়াংজি তুরেলগী ময়াইগী লমদমদা বি সি ৭০০০-৫৫০০ দা ফৌ থাবগী কলচব লৈরম্মী (Yan Wenming ,1990)। মসিদগী মীওইবনা ইহান হান্না লৌউবা হৌখিবা কলচর অসিনা পীবা খুদোল ওইনা চহি বি সি ৫০০০ দা সুমের, চীনা, ইজিপ্ট, খরা থেংথরগা আমেরিকাদা মায়াসিংনা অতোপ্পগী ইথিল য়াওদনা মসাগী ময়েক পুথোক্তুনা ইবা হৌখি। মতৌ অসুম্না লমদম লমদমগী খেৎনবা লৈরবসু মীওইবা জাতিগী ওইনা ইতিহাসকী মমাং, প্রি-হিষ্টরি লোয়খিদুনা প্রোতো-হিষ্টরি (proto-history) য়ৌরকখি লোয়ননা ইতিহাস হৌখি।

বাহেংবম য়ুমজাও সিংহনা অহানবা ওইনা মণিপুরগী আর্কিওলোজিগী লমদা থিজিনবা হৌরম্মী। মহাক্না থিজিনবদগী ফংখিবসি মরুওইনা খৃঃ কুম ১০৭ কী মতমদা শিজিন্নরম্বা চিথেক নাইবা পিথ্রাইগী শেল ময়েক অমদি অরিবা মতমদা শিজিন্নরম্বা চফু মচেৎ খরনি।[৪] হিরম অসিদা চংশিল্লক্কুনা ওক্রম কুমার সিংহনা থিজিনবদগী মণিপুরদা অরিবা নুঙগী যুক্কী মতমদা মীওইবনা খুন্দাদুনা লৈরম্বগী খুদম পুথোকপা ঙমখ্রে। ভারতকী অতৈ লমশিংগী মতৌগুম্না মণিপুরগী কলচরগী য়ুমফমসু অরিবা নুঙগী যুগকী মতমদগী হৌরকলে হায়বদু থিজিনবা অসিদগী খঙবা ঙমলে। উখ্রুল তাউনদগী নোংপোকলোমদা কিমি ১১ রোম চৎলগা লৈবা খাংখুই শুরুংদগী ফংলিবা নুঙ অমসুং শরুগী খুৎলাই অসিনা মফম অসিদা অরিবা নুঙগী যুগতা মীওইবনা খুন্দাদুনা লৈরম্মী হায়বদু উৎলি। শুরুং অসিদা মীওইবনা লৈরম্বসি অঙনবা মতমগী অরিবা নুঙগী যুগ প্লেইস্টোসিন (৩০,০০০ বিসি) মতমদনি।

> On the basis of cultural meterial consisting of stone bone tools in addition to faunal remains, it can be argued that Khangkhui cave yielded evidence of upper or late Palaeolithic period, the first evidence of pleistocene man in Manipur dating back to about 30,000 B.C.[৫]

খাংখুই শুরুংদা নুঙ অমসুং শরুগী খুৎলাইশিংদা নত্তনা শাগী কয়াৎশিংগী শরুক খরসু ফংই। নুঙচেৎ (Flake) অপাবা নুঙ-থাঙ (Blade), নুঙ থাঙ-পাক (Cleaver), খেৎননবা নুঙ-থাঙ (Scrapper) অমসুং নুঙ-থাঙজৌ (Chopper) নচীংবা অসিনা মরু ওইবা খুৎলাই মখলশিংনি। খুৎলাইশিং অসিগী শকওং-শাদা অমসুং খুৎশারোলগী মতুং ইন্না খাংখুই শুরুংগী নাৎ অসি চিনাগী চৌকোচিয়েন (থেমিঅস ১৯৪৪), জাভা অমসুং সেলাবীজগী মথংশিংনা 'শংগীরান' অমসুং জাবেনজীগী নুঙচেৎকী ইন্দষ্ট্রিগা নকশিননৈ।[৬]

খাংখুই শুরুংদগী হেন্না লিবা মতমগী পোৎ চান্দেল দিষ্ট্রিক্কী শোংবু শুরুংদগী

---

৪। অকুপপা বারোলগীদমক
W. Yumjao Singh, **Report on the Archaeological Studies in Manipur**
Bull No.1, 1935 তা য়েংবিয়ু

৫। O.K. Singh, The Antiquities of Manipur
Bull, Manipur State Museum No. 1, Imphal, 1972, pp 1-10

৬। ডাঃ থোকচোম অঙৌ, **মণিপুরদা নুঙগী চক অমসুং অতোপ্পা লৈবাকশিংগগী মরি, কংলা লানপুঙ ২শুবা মশিং ১৯৯২ লাঃ ২৩**

ফংবা ঙমখ্রে। হৌজিক ফাওবদা মণিপুরদা ফংলিবা অরিবা নুঙগী যুগকী খুৎলাইশিংগী মনুংদা চান্দেল দিস্ট্রিক্তা লৈবা শোংবু শুরুংদা ফংবা অসিনা খ্বাইদগী অরিবনি। টোম হেরিজন (১৯৫৯) না থাইলেন্দগী নিরাহ্ শুরুংদা চহি লিশিং নিফুরোম শুরবা নুঙগী খুৎলাই ফংখিবা ফিভম অদুগা মওং মান্ননা মফম অসিদসু ফংই। মফম অসিদা ফংবা নুঙগী খুৎলাইশিংদি নুঙগী শিংজঙ (hand axe), নুঙগী থাঙজৌ (chopper), খেৎননবা থাঙ (scraper), অতুম্বা থাঙ (pointed knife) অমসুং নুঙচেৎ (flakes) নি।[৭]

খাংখুই অমসুং শোংবুদতা নত্তনা তেংনৌপল দিস্ট্রিক্কী মচি হায়বা খুল অসিদসু অবিবা নুঙগী যুগকী মতমগী পোৎ কয়া ফংবা ঙমখ্রে।[৮]

অবিবা নুঙগী যুগ অমসুং অনৌবা নুঙগী যুগ অনিগী মবক্তা লৈবা কলচব অসি য়ুরোপ, আফ্রিকা অমসুং ভারত (অৱাং-নোংপোক য়াওদনা) মেসোলিথিক নৎত্রগা ময়াই ওইবা নুঙগী যুগকীনি হায়না খঙনৈ। ময়াই থংবা নুঙগী যুগ অসি নোংচুপ এসিযাদা নুতুফিঅন অমসুং খা-নোংপোক এসিয়াদনা (মণিপুর অমসুংনোংপোক থংবা ভাবতকী শরুক য়াওনা) হোআবিনহ্যান হায়না খঙনৈ।

হোআবিনহ্যান কলচর অসি ওঃ কুমাব সিংহ (১৯৮৩) না থিজিনবদগী ৱাংঙুদা ইম্ফাল তুবেল মপান্দা তাবা খুল নাপচিক অমসুং তমেলোং দিস্ট্রিক্কী থারোন্দগী ফংবা ঙমখ্রে। নাপচিকতগী ফংবা পোৎশিংগী মনুংদা পনবা যাবদি থৌবি ময়েক যাওবী চফু অমসুং মখোং অহুম পানবী চফু অসিনি। থারোন্দা কালেমকী হায়না কৌবা শুরুং অমা কালেমকীমাগু কৌবা তুরেল অমগী মনাক্তা লৈ। মফম অসিদসু হোআবিনহ্যান মতমগী খুৎসু-খুৎলাই কয়ামুক ফংবা ঙমখ্রে। কলচর অসি নোংপোক কৈথেলমানবীদসু ফংই। মফম অসিদা উবা নাৎকী য়াওল অসিগা থাইলেন্দগী তাম-প্রা শুরুং অমসুং গুবা শুরুংদসু ফংই।[৯] নোংপোক কৈথেল মানবীগী হোআবিনহ্যান কলচব অসি ঙসিদগী চহি ৫,০০০ গী মমাংদগী চহি ৬,০০০ গী মমাং ফাওবরোম শুরে।

দাঃ অঙৌ (১৯৮৩) গী মোৎ মতুং ইন্না, থৌবাল তুরেলগী তোৰ্বন্দা লৈবা নোংপোক কৈথেলমানবীদা ফংবা খুৎলাইশিংগী খুৎশারোল অসিনা খাংখুই শুরুংগী কলচরগী মতুংদা লাকপা ওইনা উই। ঙসিদগী চহি লিশিং কুনহুমদোই (২৩,০০০) গী

৭। মথক্কী য়াওফম, লাঃ ২২

৮। O K Singh, **A report of the State Archaeology Deptt.** Government of Manipur, Imphal 1983

৯। O K Singh, **Archaeology in Manipur** State Arachaeology, Govt of Manipur, Imphal, 1983

মমাংদগী হৌনা চহি লিশিং তরানিথোই (১২,০০০)গী মমাং ফাওবা মণিপুরদা য়াম্না ইংবা নোং-চিং চুদবা মতম ওইখি। মরম অদুনা খাংখুইদা লৈরিবা মীওই কাংলুপশিং অদুনা হিংবগী পুন্সি মওংদা খুদোংচারক্তবদগী তমপাক্কী অনেম্বা মফমদা মথং মথং কুমদুনা লাকপদা নোংপোক কৈথেলমানবীদা অমুক খুন্দা-লৈতাবা ওইরম্বা য়াই।

মণিপুরগী হোআবিনহ্যান কলচরগী থোইদোকপা শক্তমদি চফু মখোং অহুম পানবা ফংবা ঙম্বা অসিনি। মসি নোংপোকলোমগী তোপ-তোপ্পা মশকনি। চেঙ (১৯৬৬) অমসুং চাঙ (১৯৭৪) গী মোৎ মতুং ইন্না কলচর অসি চিনাদগী খা-নোং পোক এসিয়াদা শন্দোকখিবনি।

মণিপুরগী চীং অমসুং তমপাক অনিমক্তা অনৌবা নুঙগী যুগকী কলচর ফংই। চীংগী পামলৌ উফমদা, লম্বী অমসুং য়ুম শাবগী তৌখাইবদা অনৌবা নুঙগী যুগকী খুৎলাইশিং হেক হেক ফংই। অদুম ওইনমক, খুন্দা-লৈতানা লৈরম্বগী খুদম ওইনা ফংবদি তিংপুই নৎত্রগা লাইমনাই, ফুনাল, নাপচিক অমসুং নোংপোক কৈথেলমানবীদনি। মণিপুবগী অনৌবা নুঙগী যুগকী খুৎলাইশিং অসি নুঙ-পাইজ (chisel), নুঙ-য়োৎপ্পাক (hoe blade), ত্রাইএল মানবা নুঙ-শিংজঙ (trinangular), চুথেক নাইবা নুঙ-শিংজঙ (quadrangular axe) অমসুং নুঙ-হাংমৈ (adze) অসিনচিংবা অসিনি। অসিগুম্বা নুঙগী খুৎলাইশিং শাবদা মচেৎ তাহনবা (chipping), হুৎপা (pecking), লেম্থবা (sawing), তকথোকপা (grinding) অমসুং নাম্থোকপা (polishing) গী খুৎশারোন নৎত্রগা টেক্নিক শিজিন্নে। খুৎশারোল অসি খা-নোংপোক এসিয়াদা ফংবগা য়াম্না নকনৈ।

মণিপুরগী মহৌশাগী ফিভম অসি লমদমসিনা সমুদ্রগী শরুক অমা ওইরম্বদগী কংফাল লম হেক ওইরকপদগী ঙসি ফাওবদা নোংপোক, খা, অমদি খা-নোংপোক এসিয়াগা অমতা ওইরকলি। মণিপুরগা নোংচুপ থংবা চীংশাংশিং অসি অঙম্বা চীং মাই অমসুং অঙম্বা লোকচপ য়াম্না লৈ। অমরোমদা নোংপোকথংবা চীংশিংদি লোইরোই লোইরোই ঙমথবনা থম্লি। লৈশেমলোন (Geology)গী মীৎয়েংদা মণিপুর অসি ইন্দো-ম্যানমার জিওলোজিকেল ইউনিৎতা য়াওই। মণিপুর তুরেল নৎত্রগা ইম্ফাল তুরেল অসিসু ইরাবতি তুরেলগী ত্রিবুতরি মশা ওইনা লৈ। মতাং অসিদা J.H. Hutton (১৯২৮) না হায়রম্বা অমা পনবা য়াই,

> ...there occured a continuous movement of people from South-East Asia, to the North-East India from Prehistoric times. Anthropologists have successfully traced racial and cultural affinity of the hill

tribes of North Eastern India with those of South-East Asia, Indo China and Phillippines[১]

মথক্তা নৈনখিবা মযাম অসিদগী মণিপুব হাযবসি লিববা লৈবাক অমনি হাযবসি খঙবা ঙমলে। মণিপুবগী ইতিহাস মমাং নৎত্রগা প্রি-হিস্টবিগী মতম অসিবু মালেম পুম্বগী ওইনা লৈখিবা প্রি-হিস্টবিগী শক্তম অদুদা যাওবি। মসিগা লোযননা কলচব অমদি ঈগী মবিগী (racial) গী ওইবা মীৎযেংদা খা-নোংপোক এসিযাগী অপুনবা শক্তম অদুদা যাওবি।

## ১(২) লাই-তীনগী ৱারী পোকখিবা শরুক

মিথোলোজি হাযবগা মহৌশাগী লেংলি-পাল্লিবা পুমনমক অসিগী মথক্তা লৈবা অফবা অমদি ফত্তবা অনিমক থোকহনবা ঙমবা শক্তি অমদা থাজববু খঙনৈ।

> Mythology implies a belief in supernatural forces that is to say in beings who are both different from and superior to living men in that they exercise either directly or through the intermediary of natural phenomena, benign or harmful influence It is the function of ritual practices or ceremonies to encourage the former influence and prevent or neutralise the latter[১১]

থাজবা অসিদা যুমফম ওইবগা মীওইবনা লৈক-লৈকবিবা মফমগী ঈশিং-নুংশিৎ, চীং-পাৎ তুবেল, অনেম-অবাং অমদি হিংলিবা পুক্সি মহিংগী মতুং ইন্না চান-চানবা মওংদা লাই-তীনগী বাবী শেমগৎলকই। খুদম ওইনা মযুম লিংদবা শনলুপ চবুন চবুন হোইদুনা নাপী মবাং কাযনা হৌবা লমদমগীদমক তৎতনা লান থেংনদুনা হিংবা মীওই কাংলুপনা শাদা লান্দা থৌনাফবা, অকনবা নোংথক্কী লাই নুপাবু লাৎলি।

১০। 'Pre-history of Assam', **Man in India** 1928 Vol 8,p 228

১১। **New Larousse Encyclopedia of Mythology** G H Luguet
**'The Religion of the First Men'**
Hamlyn Publishing Group Ltd
Michelin House, 81 Fulham Road Lodon SW 3 6 RB,1990 , p 1

অদুগা লৌউ-শিংউদুনা ইংনা খুন্দাদুনা পানবা কাংবুনা মালেমবু মমা লাইরেম্বী ওইনা লাৎলি,

> A myth then is firstly, man's attempt to explain the world and the things he sees in it, and to make intelligible to himself the natural phenomena which condition his way of life in that world. His beliefs will vary according to his way of life and his needs. For example, to nomadic herdsmen, wandering about and disputing grazing territory with rival tribes, strong, belligerent sky-god will be the best protector; while to a peaceable and settled agricultural community it is the fruitfulness of the earth-mother which is all important.[১২]

অসুন্না শেমগৎলিবা ৱারি অদুনা মীওই কাংলুপ অমগী পুম্নিগা নৎত্রগা মালেম অপুমবগী ৱাফমগা মরি লৈনরবদি লাই-তীনগী ৱারীনি হায়দুনা খঙনৈ,

> It is now generally agreed that if a story tells of happening which affects the whole world, or all the members of a certain community, and is set at a time before a pattern of everything life has been established, it is a myth.[১৩]

মরম অসিদগী লাই-তীনগী ৱারীদা মালেম অসি অহানবা ওইনা শেমলকপা, ঈশিং-নুংশিৎ, থৱাই পানবা জীব অমদি মালেম অসিদা হেক লৈরিবা পোৎলম পুম্নমক করম্না ওইরকপা, শেমলকপা হায়বদু য়াওই। মসিগা লোয়ননা থৌনা, থৌজাল, নুংশিবা, ঙাকপিবা অসিনচিংবা গুন কয়াগী মশক ওইনা ফোঙদোকপা লাই কয়া অমদি গুন চেনবা মীওই কয়া অমসু অসিগুম্বা ৱারী মখল অসিদা য়াওই, য়াওশিনখি।

মীওইবনা শক্তি অমদা থাজদুনা লাই-তীনগী ৱারী কয়া শেমগৎপগা লোয়ননা অশি-অনা থোকহন্দনবা অমসুং অফবা পীবীনবা ইরাৎ-থৌনি কয়া পাংথোকই। মীওইবগী পুম্নিগী করম্বা মতাংদগী অসিগুম্বা থাজবা অসি লৈরকখিবগে অমদি লাই-তীনগী ৱারী অসি শেমগৎলকখিবগে হায়বা অসি য়েংবা য়াই।

মালেমগী শকলোন হোংলকপা, ইভোলুসনগী তোঙান-তোঙানবা য়াওন্দা মীওইবনা শা ওইরমবদগী মী ওইরকই, মীগী থাক্তা কাখৎলকই। মী ওইরকপদগী

১২। Richard Patrick & Peter Croft, **Classic Ancient Mythology**
Galley Press, in association with Cathy Books, 1981, p. 72

১৩। মথক্কী লাইরিক, লা. ৭২

মীওইবনা মশাগী ওইবা তোঙানবা মশক মওং অদু ফাওরকই। মহৌশা অসি খঙবা ঙমদ্রবা, অকিবা শকতম ওইনা উরকই। অহিং ওইরকপা, নোংঙাল্লকপা, নুমিৎ থোরকপা পুন্নমক অঙকপনি। অমমবা অহিং খুদিং অবাবগী মশকনি। করম্বা মতমদা অমমবা অসি লোইখিগদগে অমদি করম্বা মতমদা নুমিৎ অমুক থোরক্লুনা ঙানথোক্লককদগে খঙদবনা হিংলিঙৈদা তোয়না থেংনবা অশি-অনা, মীকুপ খুদিংগী তম্বা ঙমদ্রবা মরাইবক, অসিনচিংবা বাফমশিং অসিদা নুংনাংবা হৌরকখি। পোকপা অমসুং শিবগী মরমদা হংবা হৌরকখি। বাহংশিং অসিগী পাউখুম ওইনা মিথোলোজি হায়বদি লাই-তীনগী বারী-শীংবুন অসি হৌরকই, পোকলকই।

অসিগুম্বা মতম অসিদা মীওইবদা খ্বাইদগী অঙকপা অমদি খঙবা ঙমদ্রবা শকতম ওইরিবা অসি নুপীনি। অহিংবা থবাই পানবা জীবশিং হায়বদি বাইওলোজিকেলগী অকুপপা লৌশিং, জ্ঞান লৈতবা মতম অদুদা নুপীগী হকচাংদগী থা খুদিংগী লাকলিবা ঈ, অঙাং পোকলকপা, অঙাং অদুবু মশাদগী শঙ্গোম পিথক্লুনা হিংহল্লকপা, হায়রিবা মওংশিং অসি অচৌবা অঙকপা অমনি। থানা অমুক শিরগা অমুক পানখৎলকপা, সমুদ্রগী ঈথককী জ্বারগুম, নুপীগী থা খুদিংগী কায়দনা লাকলিবা থাগী খোংচৎ অসিনা মীওইববু অমুক পোকহনবা ঙমলিবনি অমদি মীওইবনা মমাগী শিয়োম নুংদগী পোকলকলগা শিবা মতমদসু শিয়োমদা অমুক হনজিনখি হায়দুনা থাজবা থমলকখি। মীওইবগী পুন্সিদা শোয়দনা থেংনরিবা পোকপা অমদি শিবগী অরোনবা অসিমক নুপী ওইনা, নুপীগী শক্তি ওইনা লৌরকই। অসুম্না থাজবা হৌরকপা অসি মালেমগী অহানবা মিথোলোজি, লাই-তীনগী বারী শাগৎলকপা মতাংনি।

অসুম্না থাজবা অসিদগী শক্তি অসিবু অশি-অনা নংদনবা অমদি অফবা মরাইবক্কীদমক লাৎপা হৌরকই। মখোয়না লাৎপা মতমদা নুপীগী হকচাং কয়াৎশিং মরাং কায়না উৎথোকপা নুঙগী মূর্ত্তিশিং শিজিন্নে। অসিগুম্বা মূর্ত্তিশিং অসি য়ুরোপকী মফম অয়াম্বা হায়বদি সাইবেরিয়া পেনিল্‌সুলাদগীনা খা থংবা রুসিয়া ফাওবা শন্দোক্লুনা লৈরম্বা থেংনৈ,

> Most of us know something about the remarkable paintings of Stone Age artists in the caves of south western France and Spain - those magical, still-fresh-seeing representations of hunted beasts that date back 30,000 years. Equally amazing , but much less well-known, are three-dimensional shaped figures sometimes given the rather inappropriate name,"Stone Age Venuses". Often ugly


নুঙগী যুগকী ভেনস

> and always small- only a few inches high- these have been found in the Old World wherever the hunting-gathering peoples of the Stone Age setteled Examples have turned up throughout Europe,in a great arc all the way from the Iberian Peninsula to southern Russia Tiny and ugly they may be, but they are the earliest sculptures ever found they may well have seemed beautiful to their creators Made of bone, ivory or soft stone, the figurines are mainly images of the human figure Almost all of them, in fact, are of women especially women with massive thighs,huge breasts, and monstrous buttocks [১৪]

অসিগুম্বা খ্বাইদগী অঙনবা মতমগী মূর্তিশিং অসি ২৫,০০ বিসি মতমগীনি। অমদি মসি খ্বাইদগী লিববা ইবাৎপগী পোৎশক অমা ওইনা লৌনৈ,

> The female figurines are the earliest examples of the graven image that we possess and were apparently the first objects of worship of the species homo sapiens, [১৫]

হাবাপ্পা (২৫০০ ১০০০ বিসি) দসু অসিগুম্বা মূর্তিশিং অসি ফংই। বাফম অসিগা মবি লৈননা অসাম অমসুং মণিপুবগী মফম কযাদসু নুপীগী সিনুংবু লাইফম কযাদা হৌজিক ফাওবা ইবাং পুজা তৌদুনা থমলি। অমদি থাইনদগী লৈবকলবা লিববা মফম কযাদসু অসিগুম্বা কযাৎশিং অসি হকতুনা থনম্বা থেংনৈ। পনবা যাবদি অসামগী কামাখ্যা লাইবেম্বীগী খুদম অমসুং মণিপুবগী হিযাংথাং লাইবেম্বীগী খুদম ওইনা মফম অসিদা নুপীগী সিনুং থমদুনা লাৎনবি। হক্তুনা থনম্বশিংদি—শলাংথেল অমদি খৌবুমগী নুঙপাক্তা, থাব্রোনগী ফিযাঙ্গু তুরেলগী নুঙপাক্তা হকলিবা অসি পনবা যাই।

মীওইবনা মহৌশাগী তোঙানবা শকলোনশিং হাযবদি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, নুমিৎ, থা অমদি উমংদা লৈবা অচৌবা শাথিবা শাশিংবু কি। অকিবা পোৎশকশিং অসি খুদুম মখাদা থমদুনা নৎত্রগা যানবা অমগী মখাদা পুবক্তুনা ইংনা হিংবা পাম্মী। অশুকপা উমংদা লৈবা শাশিংনা মহৌশাবু কবিসু কিদনা ইংনা হিংবা উবগা, মদু

১৪। **Quest For the Past**, The Reader's Digest Association, 1984 pp 11-12
১৫। Joseph Campbell, **Primitive Mythology: The Masks of God**, 1991, p 325



Trois Frères গী অয়েকপা অমা

করন্না ওইবিবনো হায়দুনা খনবা হৌরকই। মহাক্না কিবিবা হেন্না শক্তি লৈ হায়না খল্লিবা শাশিংগী মউন অমদি মকোক উপশিল্লগা মখোয়গী মতৌ তম্বগী ইরাৎ-থৌনি অমা পাংথোকলগা মখোযগী শক্তি অদু মঙোন্দসু যাওববনি হাযদুনা থাজবকই। অসিগুম্বা ইবাৎ-থৌনিগী মওং অমা খা-থংবা ফ্রান্সতা লৈবা Trois Frères হাযনা খঙনবা অবিবা নুঙগী যুগকী মতমদা লাইশং ওইনা শিজিন্নবম্বা শুকংগী ফকলাংদা হাযবিবা যুগ অসিগী মীনা য়েকলম্বা থেংনৈ।

যেকলমলিবা শক্তম অসি অহুমনি। অহুম অসিগী য়েৎথংবা মতাইদা যেকলিবনা লেপখৎতুনা লৈবা শক্তম অমনি। মাগী মখোঙ অমসুং নিংগোংগী শরুক অসি তাইবং মীগীনি। মমৈ অদুনা শগোলগীনি। মকোক অদুনা বাইসন (bison)গীনি। অদুগা মখুৎ অনি অদুসু শা অমগী খুমাংগীনি। লেপলিবা মখোঙগী মওং অমদি মখুৎকী মওং অসি ঈশৈগী যন্ত্র অমা পায়রগা জগোয় শাবগী মওং মাল্লি। মাগা হেক থংননা মমাঙদা লৈরিবা শা অসিনা মঙোন্দা তুং হুন্না য়েংদুনা লৈ। শা অসি অমোমনি মাগী সিনুং অসি ময়েক শেংনা উৎথোকই। শা অসিগী তুং থংবা শরুক অসিনা শজিগীনি। অদুগা মাঙথংবা তঙ্খায় অসিনা বাইসনগীনি। খ্বাইগী মাঙদা লৈবিবা শা অসি বেনদিয়ার, উন্দা লৈবা মচি লোঙবা শজিনি। অদুবু রেনদিয়ার অসিগী মখোং খুমাং অসিদি বেনদিয়ারগী নত্তে। খ্বাইগী তুংদা শাকোক উপশিন্দুনা শা অমগী মতৌ তমদুনা লেপলিবা মী অসি মেজিসিয়ান অমনি। মহাক্না মেজিক্কী মতেংনা মাঙদা লৈরিবা শা অনি অসিবু শুমহৎলিবনি। লৈরিবা শকতম অহুম অসি মুন্না য়েংলুরগা তারকলিবা

ফলদি, মখোয অসি মহৌশাগী ওইবিবা অহিংবা মী অমদি শা অমত্তা নত্তে। কবিগুম্বা মিথিকেল সিন অমা, লাই-তীনগী বাবী মতাং অমা যেকপনি হায়বা অসিনি।[১৬]

অসিগুম্বা মীওইবগী আধ্যাত্মিক পুন্সিগী পুৱাবী (a spiritual history of man)[১৭] সিদা মতমগী মতুং ইন্না মীওইবগী সমাজনা মাঙলোমদা চংশিল্লকপগী মতুংইন্না ইতিহাসকী ওইবা তোঙান তোঙানবা, লৈবাক্কী ওইবা হোংলক্লিবা ফিভম কযাগী অপুনবা মমিসু তাশিল্লকই। নিংথৌ পানবগী চৎনবী লৈবকপা, অঙম-অথৌ কযা লৈবকপা সমাজদা মীনাই মপুগী থাক নাইবকপা অসিনচিংবা কযাগী মমি লাই তীনগী বাবীদা মমি তাবকই। খুদম ওইনা চীনাগী লাই-তীনগী ৱাবীদা যাওবিবা লাইশিংগী সভা অসিগা অবিবা মতমদা লৈবম্বা চীনাগী নিংথৌশিংগী সভাগা ইমান মান্নে।[১৮]

লাই তীনগী বাবী হায়বসি লেঙদনা লৈবা পোৎ নত্তে, মতমগী দবকাবগী মতুংইন্না পাকথোক চাউথোবকই। অসিগা লোযননা মকওইবা থৌদাং কযাসু লৌই। অঙনবা মতমগী খুন্নাইদা খুন্নাই অদু মবা চেৎনা, ইংনা পান্নবা, ত্রেদিসন কযা মখা তানা পুথবদা থর্কসি খাসি হৌন লোনচৎ লেংদনা থমনবা হোৎনবদা লাই-তীনগী বাবীনা অচৌবা থৌদাং লৌই। মবম অসিদগী লাই-তীনগী ৱাবীবু অঙনবা মতমগী মীওইবগী ধর্ম্ম অমসুং অচুম অবানগী, বুদ্ধিগী পবিং-লিশাংনি হায়না লৌই,

> Myth fulfills in primitive culture an indispensable function it expresses enhances and codifies belief, it safeguards and en forces morality, it vouches for the efficacy of ritual and contains practical rules for the guidance of man Myth is thus a vital ingredient of human civilization, it is not an idle tale but a hard worked active force, it is not an intellectual explantion or an aritistic imagery but a pragmatic charter of primitive faith and moral wisdom [১৯]

মণিপুরগী লাই-তীনগী ৱাবী অসিবু যান্না মপুংফাববা অমদি শাংলবা মতমদগী হৌনা হোংলকলিবা মতমগা চাশিন চুশিননা লেপ্পা লৈতনা মথং মথং চাওখৎলক্লিবা অমনি হায়বা অসি ঐখোযনা হৌখ্রবা মতমদগী হৌনা হৌজিক ফাওবদা লৈবিবা

১৬। New Larousse Encyclopaedia of Mythology, 1990, pp 1-2
১৭। Alexander Haggertz Krappe **The Science of Folk-lore,** 1929
১৮। Richard Patrick & Peter Croft **Classic Ancient Mythology**, 1981, p 72
১৯। Bronislow Malinowski **Magic, Science & Religion and Other Essays**, 1982 p 101

থাজনরিবা ৱারী-শীংবুন কয়াদগী খংবা ঙম্মী। পৃথিবীগী খ্বাইদগী লিরবা লৈবাকশিং হায়বদি ইজিপ্ট, গ্রীস, নিয়ার ইষ্ট, হারাপ্পা অমসুং চীনাগী লাই-তীনগী ৱারীশিংগী মতৌগুম্না অহানবা শরুক অসি মেত্রিয়ার্কেল মিথোলোজি হায়বদি লাইরেম্বী লাৎপগী ৱাফম অসিনা য়ুমফম ওইনা য়ামনা মরুওইনা মৈতৈগী লাই-তীনগী ৱারীদা ফংই। মথংদা লাইনুপানা মপুং ওইবা পেত্রিয়ার্কেল মিথোলোজিগী মওংদা চৎথলকই। লাই কাংবু অনি হায়বদি লাই নুপা অমদি লাই নুপী অনিগী মরক্তা লৈবা মুক্লবা য়ানদবগী মচাকসু য়াওরি। মমৈদা লাইরেম্বীশিং অসিবু লাই নুপাশিংগী মমা, মচল, তালোয়, মচা ওইনা লৌশিন্দুনা য়ান্নবা মওংগী মিথোলোজি অমা ওইরকপা অদুসু মৈতৈগী লাই-তীনগী ৱারীদা ফংই।

হায়রিবা ৱাফমশিং অসিগী মথক্তা সমাজ অমবু মোরেল এদুকেশন হায়বদি অচুম-অরান, অফ-ফৎতগী লৌশিং পীবা অমদি মহৈ-মশিংগী লৌশিং পীদুনা থমলকপা লাই-তীনগী ৱারীগী শক্তম অদুসু মৈতৈগী মিথোলোজিদা য়াওদবা নত্তে। অসিগুম্বা লাই-তীনগী ওইবা ৱারী-শিংবুনশিং অসিনা সমাজগী ওইবা কান্নবা, অচেৎপা লীপুন অমা থম্বগা লোয়ননা মী অমগী পুন্সিগী মশক মওং শেমগৎপা অমসুং লেপ্লদসু মতেং ওই।

# ১ (৩) লমলৈমা তরেৎ

লাইরেম্বী লাৎপগী মওং অসি, চবুন ওইনা, মশক, মমিং, অককনবা লৈতবা মওংদসু লাৎলি। লাইরেম্বী চবুন অসি নুংঙাইবা য়াইফবা পীবা পুমনমক্কী মমা ওইনা লৌবা অসিগা লোয়ননা অকিবগী মশক ওইনসু লাৎলি। মখোয়গী মশিং অসি অহুমদগীনা মাপন ফাওবগী মনুংদা লৈ । মখোয় অসি ভরজিন নত্রগা লৈশাবী লাইরেম্বীশিংনি। লৈশাবী হায়রগা হৌজিক্কি মতমদা খঙনরিবা অর্থ অসি নত্তে,

> . . . virginity need not imply the negation of eroticism. The virigin is the epitome of the seductive woman, whose potential for intense eroticism is at peak. This potential may, indeed, have a disastrous effect upon any male who comes within its range. The seductive virgin may kill the man who unleashes her native power. Hence, as we have noted, it is forbidden even to hold the seven virgins in their nocturnal procession around the village.

> The seven goddesses represent a dangerous, possibly lethal eroticism, the hunger and power of the virgin, menacing sexuality waiting to break out of its bounds[২০]

লাইবেম্বী চবুন অসি অঙনবা মতমদা মশা পান্দুনা কোযনা চৎপা অশিবগী লাইবেম্বী ওইনসু লৌনবম্মী,

> One further if rather slight bit of evidence points to the great antiquity of such goddess, in spite of the dominant patriarchal gods in the *Rigveda* That is that they had wings at one time, a feature lost in our iconography that may be seen in the Hittite glyptic the Burney Lillith and a unique Mesopotamian representation of Ishtar, who is a mother-goddess and a dawn-goddess, being also mother, sister and wife of Tammuz, the sun-god whom she frees periodically from his mountain grave The *Apsaras* traverses the sky, without being called winged Just where the Rigvedic seers got this notion is difficult to see unless originally the sun itself was the winged goddess, for we have nothing like it in the known Indus Valley glyptic, though bird headed figurines , ideogrames of homo-signs with four arms and perhaps one (winged?) symbol on a seal are found[২১]

অসিগুম্বা খুদোংথিনিঙাইগী মশক ওইববী লাইবেম্বী চবুনগী ত্রেদিসন অসি যুরোপতা হৌজিকসু লৈবি,

> These goddesses reduce man's life day by day, and so are death-goddesses themselves as probably were also the terrifying bird headed Indus terracottas All the more natural if, as mother-goddesss, one of them were to cause the death of her consort in a sacrifice The tradition survived in the west, in the Sirens that lured mariners to their death and the Harpies In India, the last contact seems to have been with Sakuntala, the rejected *apsara*[২২]

অসিগুম্বা মওংগী লাইবেম্বী চবুন অসি মণিপুবদসু ফংই। মতাং অসিদা লাই চখেৎপীগী বাবী পনবা যাই।

পাখংবনা লাই চখেৎপী তবেৎকা লোয়ননা মোইবাংদা য়াথোকলৈ। লাই চখেৎপী তবেৎনা অহুম চাগে, অনি চাগে হাযদুনা খোংদুনা পাইবদা, হায়বিবা মীশিংদু

২০। David Dean Shulman, **Tamil Temple Myths**, 1980, pp 250-251

২১। Quoted by D D Kosambi in **Myth and Reality**, 1940, pp 91

২২। **মথক্কী য়াওফম** অসিদা লা ৬৬।

শিরবদা মী পুন্নমক কিবনা মপান থোকপা ঙমনদ্রে, নুংথিল পোবোবতসু থোঙ লোন্দুনা খাঙনরে। মমৈথংদা তিনখোং-লাইখোং খঙবা মোইরাংগী খুমু লৈরিজাম্বনা পাখংবা অমদি লাই চখেৎপী তরেৎপু মোইরাংদগী তানথোকখি। [২৩]

অসিতসু নত্তনা থবায় লাকপি অমদি হেলোয় তরেৎকী থাজনবী হৌজিক হৌজিক মণিপুরী সমাজদা লৈরি। থবায় লাকপি হায়বসি মী শিরমদাইদা খোংলৈ হায়দুনা থাজনবা উচেক (অমোম) অমনি। উচেক অসি খোংলবদি মী অমা শোয়দনা শি হায়দুনা থাজনৈ। হেলোয় তরেৎ অসি মশক মতৌ য়াম্না শুমহৎনিংঙায় ওইবা লাইরেম্বী চবুন অমনি। মখোয়না লমহাংদা কোয়না চৎতুনা কনাগুম্বা নাইতোম থেংনবা নুপা-নহাবু ঙাওহন্দুনা, শুমহৎতুনা নুমিৎ কয়ানি ফাওবা ফাজিন্দুনা থম্মী, অমদি মী অদু ঙাওদুনা চৎখিবা নৎত্রগা অশি-অনা নংবা ফাওবা য়াওই হায়দুনা হৌজিকসু থাজনবি।

হেলোয় তরেৎ অসি ঈশিংগা য়াম্না নক্না মরি লৈনৈ। ঈশিংদা লৈবগা মখোয়বু ঈরৈমা নৎত্রগা ঈশিং লাইরেম্বী ওইনা লাৎলি। চীংদা, লমহাংদা লৈবা পাৎ, তুরেল, পুখ্রিনচিংবদা লমলৈমা নৎত্রগা হেলোয় তরেৎনা শান্নদুনা ইরুজদুনা লৈবগী য়ারী কয়া লৈরি। মণিপুরগী চীংদা, লমহাংদা লৈবা কুইরবা মল্লবা পুখ্রি নৎত্রগা পাৎ কয়া অসিগুম্বা থাজনবী কয়াগা লোয়ননা লৈরি। ইম্ফালগী খাবোমদা কিমি ১২ লাপ্না লৈবা নম্বোলদা লৈরিবা চীংফু চীং অসিগী মথক্তা পাৎ মচা অমা লৈ। পাৎ অসিদা হেলোয় তরেৎনা চীংহি লুজদুনা, ইরোইদুনা শান্নদুনা লৈ অমদি চীংখোংদা লৈবা লমহাংদা লমলৈমা তরেৎনা চীংফী শেৎতুনা নমদা শম পোদুনা চৎলি হায়দুনা অকোয়বদা লৈবা খুনজাশিংনা হৌজিকসু থাজনরি। গ্রীক মিথোলোজিদা য়াওবা গ্রীক্কী য়াম্না মরু ওইবা লাইরেম্বীশিং হেরা, দাইয়ানা, এথেনা, এফ্রোদিতে অমদি হিন্দু মিথোলোজিগী অপ্সারাশিং অসিসু ঈশিং লাইরেম্বী ঙাক্তনি,

> The water is the vehicle of the power of the goddess; but equally, it is who personifies the mystery of the waters of birth and dissolution- whether of the individual or of the universe.[২৪]

ঈশিং অসিমক লাইরেম্বীনি। ঈশিংদা লুপলুরগা অমুক কাখৎলকপা হায়বসিমক অমুক হন্না পোকপগী, অনৌবা মপোক অমা অমুক ফংবগী খুদমনি। লাইরেম্বীশিং

---

২৩। মপুং ওইবা য়ারীগীদমক তেজকুমার, **খোজুল লিরকপা**, ১৯৭২।

২৪। Joseph Campbell, **Primitive Mythology :The Masks of God**, 1991, p 64

অসিনা ঈশিংদা লুপতুনা শান্নরিবা অসি য়াম্না মরুওইবা ইরাৎ-থৌনি অমা পাংথোকলিবনি। লাইবেম্বী হেরানা কনাথস তুরেলদা হেক হেক লুপলুরগা লৈশাবী অমুক হন্না ওই। ঈশিংদগী ফাওগৎলকখিবী লাইবেম্বী এফ্রোদিতেসু পফোস সাগরদা লুপলুরগা লৈশাবী ওই,

> Hera was worshipped as Child, Bride, and Widow (like our Tulse), and renewed her virginity by periodic baths in the springs of Canathus This means simply ritual purification after the sacrifice of her earthly, presumably the temporary consort of her chief priestess Aphrodite similarly renewed her virginity by bathing in the sea of Paphos, while Athene and Artemis remained virgins [২৫]

মৈতৈগী লাই হবাওবদা হবাওগদৌরিবা লাই অদু ঈশিংদগী লৌখৎলি। তাকযেন্দা লৈবিবা লমলৈমা তাকয়েন পুককংবীগী খুভম অসি তাকয়েন পাৎতা ওইবম্মী। ঙানুলৈমগী খুবম চকপি তুবেলনি। ঈরৈমা হায়বা লাইবেম্বী অসি শাগৈ কযানা শাগৈ লাইবেম্বী ওইনা লাৎলি। ঈবৈমা লাৎপা শাগৈশিং অসি অযাম্বনা তুবেল মপান, পাৎ মপান নৎত্রগা বাইসেন মক্বিদা খুন্দাই, মরমদি লাইরেম্বী অসিগী খুবমদি ঈশিং মপান্দা থম্মী। লাইরেম্বীশিংগী খুবমবু ঈশিং মপান্দা থম্বা অসি খা ভারততসু ফংই। [২৬]

মণিপুরদা থাজনরিবা লমলৈমা নৎত্রগা হেলোয়শিং অসি গ্রীক মিথোলোজিদা ফংলিবা অসিগী মতৌগুন্না ঈশিংদা লুপপগী ইরাৎ-থৌনি অমা পাংথোকলগা অমুক হন্না লৈশাবী ওই হায়বগী মিথ অসিমক মান্ননা ফংদ্রবসু মখোয়বু ঈশিংদা লৈবী ঈশিং লাইরেম্বী ওইনা লৈবগী মওং অসিদদি মান্ননা ফংই। মসিগা লোয়ননা মখোয় অসি মতম চুপ্পদা লৈশাবী ওইদুনা, নহাদা ওইদুনা লৈবা, অককনবা লাই নুপা অমতগী নুপী ওইদুনা মখোয়গী খুদুম মখাদা লৈতবা, অফবা অমদি ফত্তবা শক্তম পুবগী মশক, মওং অসিদদি গ্রীক অমদি খা ভারত্তা ফংলিবা মওং অসিগা চাংদম্নদুনা য়েংবা য়াই। মোইরাংগী শায়োন তরেৎকী রারীদা খাইদগী অরোইবা শরুক্তা থোইবীগী খুৎতা খম্বগী থরায় থাখি। কোমগী ফুঙ্গা রারীদা রেনগামনা লাইরেম্বী সুঙাইফেলগী নুংশি থৌজাল ফংজবদগী মপান নাইদ্রবা লনগী মপু ওইখি। অদুবু মমৈদা লাইরেম্বী অসিগী মখুৎতা রেনগাম থরায় মাঙখি। অনালগী ফুঙ্গা রারীদা লুখ্রাবী মচা মানমাসিন,

২৫। D.D. Kosambi, Myth and Reality, 1940, p 78
২৬। মথক্কী লাইরিক, লা ৮৬

লাইরেম্বী তরেৎকী অতোনবীগী থৌজাল ফংজখি। মমৈথংদা লাইরেম্বী অসিগী খুৎতা খুদোংথিবা নংখি।[২৭]

পোকপা অমদি শিবগী অরোনবা শক্তিগী মশকতা লাইরেম্বী লাৎপগী মওং অসি মীওইবনা অহানবা মিথোলোজি শাগৎলকপা মতমগী অহানবা য়ুম্ফম ওইদুনা লৈখ্রবসু, মীওইবা সমাজগী চাওখৎলকপগী মওং-মতৌ তোঙানবনা, লমগী ওইনা তোঙান-তোঙানবা মশক মওং কয়াদা লাই-তীনগী বারীসু শেমগৎ-চাওখৎলকখি।

> In both Greece and India a dialogue had been permitted to occur between the two contrary orders of patriarchal and matriarchal thought, such as in the biblical tradition was deliberately suppressed in favour exclusively of the male. However, although in both Greece and India this interplay had been fostered, the results in the two provinces were not the same. In India the power of goddess-mother finally prevailed to such a degree that the principle of masculine ego initiative was suppressed, even to the point of dissolving the will to individual life; not in the way of the compulsive "I want" of childhood (which is the manner and concept of ego normal to the Orient), but in the way of a self-responsible intelligence, released from both "I want" and "thou shalt" rationally regarding and responsibly judging the world of empirical facts, with the final aim not of serving gods but of developing and maturing man.[২৮]

ইন্দিয়াগী বাফম নত্তনা ফার-ইষ্ট (Far East) কী ওইবা মশক অদু Professor Hein-Geldern না অসুম্না হায়রম্মী,

> Many signs exist throughout the area of an early matriarchal social organization, with female shamans and perhaps even female rules, while among the mythological and ritual motifs that were almost certainly associated with this Far Eastern basal neolithic complex are the immolated maiden and fire goddess. "Society in the Far East during the New Stone Age", as Professor Carl W. Bishop has oberved, "seems indeed to have borne a decidedly feminine east".[২৯]

মথক্তা লৈরিবা বাফম অসিগা মরি লৈননা মৈতৈগী লাই-তীনগী বারীদা লমলৈমা চবুননা লৌরিবা থৌদাং অসি য়েংবা য়াই।

২৭। K.B. Singh (Ed.), 1976, pp. 65-66.
২৮। Joseph Campbell, **Occidental Mythology**: **The Masks of God**, 1991,pp. 173-174
২৯। Joseph Campbell, **Primitive Mythology: The Masks of God**, 1991, p.441

লমলৈমশিংবু হেলোয় তবেৎ হায়দুনা য়াম্না খুদোংথিনিঙাই ওইরবা অকিবা, লাই অমাংবা ওইনা লৌনখ্রবসু মৈতৈগী লাই-তীনগী ৰারীদা লাইরেম্বী চবুন অসিনা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লৈরি। মৈতৈ লাইনিংগী মীৎয়েংদা হকচাঙ্দা লৈরিবা থৰায় অসি মঙানি, মিগা থারগা তরুকনি, হকচাংগা থারগা তরেৎনি। হোং হোংদুনা চৎতুনা পাল্লিঙৈদা অশিবগী লাই ওইরম্বী লমলৈমা চবুন অসি প্রোতো মৈতৈনা পামলৌ উবা হৈরকপা মতমদা তাংখুল নুরাবী ওইদুনা মতা তকক্কা লোয়ননা নমদা সম পোদুনা, সম অদুদা পান্নাউ শিংনাউ লশিং মরু হাপতুনা সরম তাংখুল নুরাবী ওইদুনা সরম তাংখুল পাখংগা লৌফম মুন্নবগী মিথোলোজি শেমগৎলকই। অকনবা পেত্রিয়ার্কেল (patriarchal) সমাজ অমা শেমগৎলক্কুনা লৈবাক নিংথৌ পাল্লকপদা লাই নুরা তরেৎ ওইদুনা লৈশেম নোংশেম্বগী ৰাবীদা অচৌবা শরুক য়াই। মখোয় তরেৎকী অপুনবা শক্তমদা নোংথাং লৈমা ওইদুনা মালেম লৈশেম্বগী থবক্তা লৈথিংগায় ওইবা হারাবগা পাউশানরিঙৈ লৈশেম্বা মপুং ফাহনখি। লৈশেম্বা অসীবনা লৈখোং-নোংখোং কোযবা চৎখ্রিঙৈদা মমা লাইরেম্বীবু নিংজবা পাখংবদা লাইনিংথৌ ফানখোংগী অথুপ্পা তাকথোক্কুনা পাখংববু লাইনিংথৌ ওইহনখি। অসীবনা শাউদুনা পাখংবগী থৰায় লৌগে তেমশিং লবদা মখোয তবেৎনা পাখংববু কোয়শিন্দুনা কে কে চোংদুনা লিরোন ঈশৈ শক্তুনা পাখংবগী থবায কনখি। পাখংবগী লৈমা তরেৎ ওইদুনা য়েক তবেৎকী মমা ওইদুনা শাগৈ-শলাই খায়দুনা চাদা নাউদাদুনা তাইবং খুলিংদুনা মৈতৈ লৈবাক শেমগৎখি।

তাইবং খুলিংদুনা তাইবং য়ুমবাল্লবদা মখোয় তরেৎপু মমা মবেন লাই ওইনা ইমুংদা তোঙান-তোঙানবা লৈফম পীদুনা তোঙান-তোঙানবা মিংদা লাৎখি। মৈতৈগী য়ুম অমগী ময়াই চপ চানা খোইদৌ ওইবা মফমদা মৈফম অমা শেমলগা মৈফম অদুগী মনাক্তা পুং মচা অমা শেমলগা ফুঙ্গা লাইরু হায়দুনা লাইফম অমা খুবম য়াদুনা থম্মী। ফুঙ্গা লাইরু অসিদা লৈরিবা লাই অসি ইবেন হনুবী ইমোইনু অহোংবীনি। লাইরেম্বী অহুম অমনা য়োৎসবী মখোং অহুম ওইখি। মমিংদি-লুৰাং পোকপী, মঙাং পোকপী অমসুং খুমন পোকপী হায়না খঙনৈ। ফুঙ্গাগা হেক মায়োক্লনা য়ুমগী ওইথংবা শরুক্তা ফকলাং ময়াদা ঈশিং চফু অমা খিন্দুনা লৈমরেন খুবম য়াদুনা থম্মী। অমনা য়েনখা- পাউদাবী শাইগং-পোলিবী কৌদুনা লৈখ্রে, তরেৎশুবা অদুনা চুরিতাফমদা অশিবগী লাইরেম্বী ওইনা লৈ। মখোয় তরেৎকী অপুনবা শক্তম ওইনা পিথ্রাইবী-খোংদ্রাইবী কৌদুনা তাইবং মীগী য়ুমথক্তা

লৈহনখ্রে। মীওইবগী ইমুংদা চংদুনা য়ুমলাই ওইদুনা লৈখ্রবসু য়ুমগী য়ুময়াংদা ময়াই চপ চানা ফাৎতোক্তুনা মখোয় তবেৎকী চৎথোক-চৎশিন্দা অকাযবা পীদনবা থম্মী। মওং অসিনা মখোয়গী হান্নগী লমলাই ওইনা লৈরম্বগী মওং অদু কায়হন্দে।

মৈতৈগী ইমুংদা লাইনিংথৌ সনামহি অমদি লৈমরেন শিদবী অনিবু ইপা ইমা ওইনা য়াম্না মকওইনা লাৎলি। মমাই নোংপোক ওন্দুনা শাবা য়ুমগী মযাই চপ চানা অৱাং থংবা ফক্লাং ময়াদা লৈমরেনগী খুবম শেমলগা য়ুমগী খা নোংচুপ অনিগী কাচিন্দা লাইনিংথৌ সনামহিগী খুবম য়াদুনা থম্মী। খুবম অনি অসি কবিগী তোঙান তোঙান্না লৈবিবনো হায়বা অসি হংনিংঙাই ওই। অন্দ্রোদা লৈরিবা মমাই অৱাং ওন্দুনা সাবা শঙলেন অহুম (হংজোক, হংলেঙ অমসুং পনম নিংথৌ) অসিগী খ্বাইগী মনিং থংবা শরুক্তা ময়াই চপ চানা ইমা লৈমরেন শিদবীগী খুবম ওইনা ঈশিং থন্না হাপ্পা চফু অচৌবা অমা থম্মী। পনম নিংথৌগী শঙলেন, মৈ হৌদুনা লৈরিবা শঙ অসিদসু হায়বিবা চফু অসি শঙগী মনিংথংবা শরুক্তা ময়াই চানা থম্মী। য়ুময়াইদা মৈতৈ ইমুং খুদিংদালৈবিবা মফম অসিগুম্বদা অন্দ্রোগীসু মৈ লৈ। য়ুমগী মমাঙথংবা শরুক মমাঙথোঙগী নাকন ওইনা লৈবা কাচিন অনিদা যেৎ ওই নাইনা তোঙান্না পুং মচা অনি শেমদুনা পনম নিংথৌ অমদি পনম নিংথৌগী লাইবেম্বীগী খুবম যাদুনা থম্মী। উমং লাইশিং অমদি শাগৈ লাই শঙলেন শাদুনা থমলিবা শঙলেন খুদিংমক্কী অৱাংথংবা ফক্লাং মযাদা য়ুমগীনা মযাই ওইনা ঈশিং চফু অমা লৈমবেনগী খুবম ওইনা থম্মী। অদুগা পনম নিংথৌগী শঙলেন, উমং লাইশিংগী অমদি শাগৈ লাইশিংগী শঙলেন্দা খা অমসুং নোংচুপকী কাচিন অসিদা ইপা লাইগী খুবম অমতা থমদে। মরমশিং অসিদগী সনামহিগী খুবম অসি কোন্না পুশিন্দুনা লাৎখিবা ওইগনি হাযবা যাই।

হৌজিক্কী চাউখৎলবা মতম ওইদুনসু মৈতৈনা হেলোয় ওক্লগনি হায়বগী অকিবা লৈরি। কনাগুম্বা নুপা অমা হেলোয় ওক্লদুনা ঙাওনা ফৈনা নারবদি মাইবা অমনা মদুগী হৌনবা ঈরাৎ-থৌনি পাংথোকই। মদুদা তোংকা ফনেক, (ফনেক মপান লোন্দবা) ইনফি, খ্বাংজেৎ অহুম অসিগা শম মচা অমদা পান্নাউ, শিংনাউ তরেৎ তরেৎ হাপতুনা লমলৈমা হেলোয় তরেৎকা তাইশিন্নৈ। শম মচা অসিদা ফৌ চেং হাপ্পা য়াদে, মৈ চংবা পোৎ হাপ্পসু য়াদে। পোৎলমশিং অসি য়েংলগা· লমদম অসিগী মীনা মখোযবু লাৎলকলিবা অসি ফৌ থাবা খঙদ্রিগৈ, কুইরবা মতমদগীনি হায়বা য়াই। অসুম্না হেলোয় ওক্লদুনা নারবা মী অমা ফনবা হায়রিবা

পোৎলমশিং অসি কৎথোকপা মতমদা মখোয় তরেৎপু অসুম্না কৌদুনা থৌনিজে

১। চীংঙা লৈমা লালহৈবী
২। পীশুম লৈমা শিলহৈবী
৩। লাংজিং লৈমা তকপচোং
৪। লাংঙোল লৈমা লোংপানবী
৫। হৈপোক লৈমা মোংশাংঙম্বী
৬। ইয়ু লৈমা লৈফুবী
৭। য়ুমজাও লৈমা থাদোয়বী

মণিপুরগী কোনুং ওইরিবা লিববা কংলাগী মায়কৈ মরিদা লাইরেম্বী মরিনা ঙাক্তুনা লৈ হায়দুনা থাজনৈ। মখোয়গী মমিং মখাগী অসুম্না পী,

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ৱাংথোনবী | - | কংলাগী নোংচুপ থোঙ ঙাকপী |
| ২। | চীংঙা লালহৈবী | - | কংলাগী খা মায়কৈ ঙাকপী |
| ৩। | তোকঙা লাইবেম্বী | - | কংলাগী অৱাং মাযকৈ ঙাকপী |
| ৪। | পানথোইবী | - | কংলাগী নোংপোক থোঙ ঙাকপী |

কংলাগী থোঙ মরি ঙাকলিবা লাইরেম্বীশিং অসি অহানবদা লৈপুং লাই ওইদুনা লৈরম্মী। লৈপুং লাই হায়বদি, লাইশিং অসিগী খুবমশিং অসি লৈপুং ওইনা থম্বনি। শঙলেন শারমদে। কোনুং লাই ওইনা লৈবশিংগীদি শজিবু থাদা কোনুংদগী মাইবা মাইবী কুমথরক্লগা চহিগী ওইনা হৈকৎ-লৈকৎ তমলম্বা অদু নত্তনা হরাওবগী থৌ পাংথোক্তে। মখোয়গী য়েৎতা লাই নুপাগী ফমফম লৈতে। মখোয়শিং অসিদসু নত্তনা মতোমতা লৈবা লাই হরাওবগী থৌ পাংথোকতবী লাইরেম্বী কয়াগী খুবম মণিপুরগী মফম কয়াদা চাইনা লৈরি। হায়রিবা লাইরেম্বীশিং অসিগী মনুংদা পানথোইবীদি নোংপোক্তা লোয়ননা লাই হরাওবগী থৌ পাংথোকই। অদুবু পানথোইবী মথন্তা লাৎপা লাইফম কয়া অমসু লৈরি। থাংমৈবন্দা লৈরিবা লাই চখেৎপী অসি মতোমতা লৈপুং লাই ওইনা হরাওবগী থৌ য়াওদনা ফনা কুইনা লৈরম্মী। মমৈদা খৃঃ কুম ১৯৭০ গী অদুৱাইদা খুনথোকহনবী হায়বা মিংথোন পীরগা থাংমৈবন্দবু কোনবা লাই থাংমৈ মার হনববু য়েৎতা ফমহন্দুনা লাই হরাওবা হৌখি।

# ১ (৪): মতম চুপ্পগী কৈন্যা

মীওইবনা মমাগী শক্তিবু অহানবা খঙলকপদা হায়নিংঙাই লৈতনা ঙকখি। মসিনা মীওইবগী ৱাখলদা অঙকপা ফংনা লুনা ঈথিল পীখি। মীওইবনা মালেম অসিদা কদায়দগী হৌরকলগা করম্না লৈরকলিবনো হায়বা ৱাহং অসি হংবা হৌরকপা মথক্তা পনখিবা ৱাফম অসিদা য়ুমফম ওইদুনা খুন্নবা হোৎনরকই।

অঙনবা মতমগী ইজিপ্টকী মীনা মালেমগী মথক্তা ৱাংনা শন্দোক্তুনা লৈরিবা অতিয়া অসিবু খোঙদোননা লৈবাক্তা নেৎলগা ৱাংনা কোনথরক্তুনা খুৎতোন্না লৈবাক শোক্তুনা লেপলিবা লাইরেম্বী ওইনা অদুগা লৈমায় অসিবুনা উপনা হিপলিবা লাইরেন হায়বদি লাই নুপা ওইনা লৌই। লাইরেন অসিগী মনমদা মহৈ-মরোং পুন্নমক হৌরিবনি হায়দুনা থাজে। লাইরেম্বী অসিবু নত নৎত্রগা হাথোর (Nut or Hathor) হায়না খঙনৈ। হাথোর অসিগী খুদমদি শনবীনি। মহাক অসি পীনহৈবা অমদি শিরবা মতুংদসু অশি লৈবাক্তা অশিবশিংবু ঙাকপি শেনবীবা লাইরেম্বী ওইনা লাৎলি। অরিবা মালেমগী চাউখৎপা মরিগী মনুংদা অমা ওইরিবা তাইগ্রিস অমসুং য়ুফ্রেটিশ তুবেনগী মপান্দা লৈরম্বা মীওইশিং (Assyro-Babylonian) না লাই-তীনগী ৱারী শেমগৎলকপদা মালেম অসিবু লাইরেম্বী অমনা ওইহল্লকখি হায়না লৌনৈ,

> Tiamat was a personification of the sea and represented the feminine element which gave birth to the world. In the continuation of the story she represents the blind forces of primitive chaos against which the intelligent and organising gods struggle.[৩০]

এজিয়ান সাগর (Aegean Sea) গী মপান্দা খুন্দারম্বা, কোন্না গ্রীক ওইনা থোরকখিবা কাংবুনা মমা লাইরেম্বীবু পোকপা অমদি শিবগী শক্তি পুমনমক্কী মশক ওইনা লৌরম্মী,

---

৩০। **New Larousse Encyclopedia of Mythology**;
J. Vinud: 'Egyptian Mythology', Hamlyn Publishing Group Ltd, Michelin House, 81 Fulham Road, London SW 36 RB,1991,p 10

The chief diety of the Aegeans was like that of many Asiatic cults feminine She was the great goddess the Universal Mother in whom were united all the attributes and functions of divinity Above all she symbolised fertility, and her influence extended over plants and animals as well as humans All the Universe was her domain As celestial goddess she regulated the course of the heavenly bodies and controlled the alternating seasons On earth she caused the products of the soil to flourish, gave men riches, protected them in battle and in sea guided them on their adventurous voyages She killed or tamed fierce beasts, and finally she also reigned over the underworld, mistress of life she was also sovereign of death [৩১]

মালেনেসিযা (Malenesia) গী লাই-তীনগী ৱাবীদা তাইবংপান অসিদা হিংলিবা থবায পানবা জীব, মহৈ-মবোং অমদি তাইবং মী অসিসু মালেম অসিদগী থোবকপনি হাযনা লৌই। মখোযনা থাজনৈ মদুদি মালেম অসিগী লৈখাদা খমনুং লৈবাক অমা লৈ মফম অদুদা মীওইবনা নিংথিনা খুনবান-লৈপান্দুনা লৈ। মপান লৈবাক অসিদা খুন্দাখিবা কাংবু অদুনা খমনুং লৈবাক্তা লৈহৌবা চৎনলোন মযাম অদুগী মওং মতৌ লৌদুনা মপান লৈপাক অসি শেমগৎখি,

The world, say the natives, was originally people from underground Humanity had there led an existence similar in all respects to the present life on earth Underground, men were organised in villages, clans, districts, they had distinctions of rank, they knew privileges and claims, they owned property, and were versed in magic lore Endowed with all this, they emerged, establishing by this very act certain rights in land and citizenship, in economic prerogative and magical pursuit They brought with them all their culture to continue it upon this earth

মমা অমগী শিযোমদগী অঙাং অমা পোকলকপগুম, খমনুং লৈবাক অমদগী মীওইবনা মপানগী তাইবং অসিদা খুনথোকলকপনি হায়বা মিথ অসি মণিপুরদা লৈবা কাঙলুপ খুদিংনসু থাজনৈ। মৈতৈগী লাই-তীনগী অহানবা মতাংসু মিথ অসিদা যুমফম ওইদুনা শেমখিবনি। মৈতৈগী লাই-তীনগী ৱাবী মতুং ইন্না লৈনুং লৈবাক অসিগী মমিং খমনুং কৌই, খমনুংনা মীওইবগী অহানবা মযুমনি। মপানগী তাইবং পুন্সি অসি লোইবগা অমুক খমনুংদা হনখি।

৩১। মথক্কী লাইবিক লা ৪৯

৩২। B Malinowski Magic, Science & Religion and Other Essays, 1982, p 111

খমনুং লৈবাক্কা মরি লৈনবা লাইরেম্বীশিংদি থোঙাক লাইরেম্বী, নুঙথোং লাইরেম্বী অমসুং খমনুং কিকোয় লৌওনবী হায়বা অসিনি। মখোয়শিং অসি অশিবগী লাইরেম্বী ঙাক্তনি। মখোয়গী লৈফম অমদি থৌদাং খেৎনবগী মতুংইন্না তোঙান্না মমিংশিং লৈ। থোঙাক লাইরেম্বী অমদি নুঙথোঙ লাইবেম্বী অনি অসি তোঙান তোঙানবা মফমদা খুবম য়াদুনা থমলবসু লাই-তীনগী ৱাবীদা মখোয়না লৈরিবা মফম অমদি থৌদাং অদুদি অমতনি।

মৈতৈশিংনা খমনুং অমদি তাইবংপান অনিগী মরক্তা থোং অমা লৈ হায়না থাজনৈ। থোং অসিবু ঙাকলিবা লাইরেম্বীগী মমিং থোঙাক লাইরেম্বী নৎত্রগা নুঙথোঙ লাইরেম্বী কৌই। থোঙাক লাইরেম্বীগী খুবমনা লৈকংদা অদুগা নুঙথোঙ লাইরেম্বীগী খুবমনা ঈশিংদা থম্মী। ঈশিং অসি মনুং অমদি মপান অনিগী মরক্তা লৈবা থোং অমদি খুবম ওইনা লৈবা পোৎ অমনি। মনুং অমদি মপানগী চুপলি পায়রিবদি থোঙাক নৎত্রগা নুঙথোঙ লাইরেম্বী হায়না খঙনরিবা অশিবগী লাইরেম্বী অসিনি। মহাক্তি মনুং অমসুং মপান অনিমক্তা মনিংতৌনা পাল্লিবা মথক্তা কনাসু বাযেন তৌবিনবা লৈত্রবা, নুং-পান অনিমক্কী লৈমরেননি। লৌনিংবা শক্তম অমা হেক্তা লৌদুনা তাইবংমীবু অশি লৈবাক্তা থেমদুনা নৌদুনা শুমহৎতুনা পুবা ঙম্মী হায়বগী মহাকপু খমনুং কিকোয় লৌওনবী হায়নসু কৌই। তাইবং অসিদা হিংলিবা তাইবং মী পুন্নমক মাগী অনিংবগী মতুংইন্না পুনিংবা নুমিৎতা পুদুনা চৎপা ঙম্মী। তাইবংদা পাল্লিবা নিংথৌ অসি খমনুং অমদি তাইবং অনিগী মবেম্মা ওইরিবী অশিবগী লাইরেম্বী অসিগী মখাদা লৈবা লাইরেম্বীগী নুপানি। নিংথৌ অসি মাগী মথক্তা লৈবা মপুরোইবা নত্তে। লাইরেম্বীনা নিংলকপা মতমদা তাইবংগী নিংথৌ অসিবু খমনুংদা পুবা ঙম্মী। অদুনা মৈতৈ নিংথৌশিংনা শিরমদাই য়ৌরবা মতমদা থোঙাক লাইরেম্বী লাকই হায়বগী থাজনবী অমা লৈরি। অসুম্না লাকপা মতমদা থোঙাক লাইরেম্বী অসি অঙাং পিশক ওইনা নৎত্রগা নুপা - নহা ওইনা লাকই হায়বদি লৈতে। মহাক্না লাকপা মওং অসি নিংথৌগী লৈমা ওইনা লাকপনি। মহাক হেক লাকপগা নিংথৌ অসি তাইবং পুম্নি লোইরে হায়বা খঙনৈ।[৩৩]

মীওইবগী ৱাখল লৌশিং হেনগৎলকপগী মতুং ইন্না নুপীনা অঙাং পোকপদা য়াওরিবা মপাগী থৌদাং খঙলকখি। লম লম খুদিংগী লাই-তীনগী ৱারীশিংদা লাই নুপা কয়াগী মশক থোকলকখি। মসিগা লোয়নন্না লাই নুপা অমদি লাইরেম্বীশিংগা

৩৩। ময়াংলেম্বম বীরমঙ্গল সিংহ, গরীবনেৱাজ (পুয়া মৈথাবা), ১৯৬৭ লা ১০৬ -১০৮।

মূক্নবা য়ানদবা কয়া থোকলবা মতুংদা লাইরেম্বীশিং অসিবু লাই নুপাশিংগী মনাই ওইনা, মমা ওইনা, নুপী ওইনা পুনশিনবা ৱারী কয়া অমুক মতমগী মতুং ইন্না

মৈতৈগী লাই-তীনগী ৱারীদা লৈনুং থোঙারেন নত্রগা খমনুং লৈবাক্তা পানবা লাইনিংথৌ অমা, হান্নগী থোঙাক লাইরেম্বীগী মহুৎতা থোকলকই। খমনুং লৈবাক্কী ফমবান্দা লাইনিংথৌ অমা থা!ৎখিবগা লোয়ননা হান্নগী লৈমরেন থোঙাক লাইরেম্বীদি চুমনতগী পাউখোল্লোয় ওইদুনা লৈখ্রে। তাইবং চীঞ্জাক লোইব্রবশিংবু থেমদুনা পুথোরকলগা লমহামপুংদা ৱানদেংখোইবী শিংজু পীজরগা তাইবং মপোক লোয়রবনি হায়বা তাকপিরগা অশি লৈবাক্কী মায়কৈ তাকপিরগা অশিবশিংবু অশি লৈবাক্তা থাজিনখিবনা থোঙাক লাইরেম্বীগী থৌদাং ওইখ্রে। অশি লৈবাক মনুং য়ৌনা খমনুং কিকোয় লৌওনবীবু চঙহনখিদ্রে।

তাইবং পুন্সি লোইব্রবা অশিবা ময়াম অসি থোঙাক লাইরেম্বীগী শুমাংদা থুংলে। লমশাং লাকপগী বাববা কাংবু অসিনা থক্লবা হায়দুনা থোঙাক লাইরেম্বীনা ঈশিং পুন অচৌবা অমা খিন্দুনা থম্মী। অশিবশিং অদুনা ঈশিং অদু তুম্বানা কল্লগা থকলৈ। অসুন্না ঙহাক অৱা-পোত্থারমলগা অশিবা ময়াম অদু খমনুং য়ৌনা চৎনখি।[৩৭]

লাঙ্গোলদা লৈরিবা থোঙাক লাইরেম্বীগী মহৌশা লৈরম্বা খুবমগী মওংদি শঙলেন অমদা ঈশিং পুন অচৌবা অমা খিন্দুনা থম্মি। মনাক্তা মীনা কৎলম্বা তুম্বা কয়ামুক লৈরম্মী।

তাইবং অমদি খমনুং অনিমক্তা লৈমরেন ওইদুনা পাল্লম্বী খমনুং কিকোয় লৌওনবীবু, লৈনুং থোঙারেনগী পাউখোল্লোয় ওইনা অমদি অশি লম্বী চৎপদা চোকথরবশিংগী থক্লবা ঈশিং ৱাৎতনবা শেন্নরিবী অমগী শকতমদা লৈহনখ্রবসু, মওং অমদদি মাগী মহৌশাগী শক্তম অদুদি কায়দনা লৈরি। চফু অমসুং ঈশিং অসিমক অশিবগী লাইরেম্বী অসিগী মশকনি। চফু অসিমক খমনুংনি, থোঙাক লাইরেম্বীগী শিয়োমনি। চফুদা য়াওরিবা ঈশিং অসি মীওইবগী হকচাং অমদি থৱায় ওইহল্লিবা ইমাগী ঈনি। ঈশিং অসি অময়োমদা খমনুং অমদি তাইবং অনিগী মরক্তা লৈবা থোং অমনি। থোঙাক লাইরেম্বীগী মশুমাং মকোই নুংওন অশিথেন্দা থুংলরিবা অশিবশিংনা থোঙাক লাইরেম্বীগী খরুংদগী ঈশিং থকপা হায়বসি অতৈ করিসু নত্তে, অশিবশিং

৩৭। নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ, পান্থোইবী নাহেরোল অমসুং অমন শিকুম লোন, ১৯৮৬।

অসি থোঙাক লাইরেম্বীনা লানবীববনি, খমনুং হায়বদুমক য়ৌরবনি হায়বা তাকপনি। মহৌশাগী মীওইবগী অহানবা মযুম, পলেম ইমাগা শিয়োমনুংদা অমুক হঞ্জিল্লবনি হাইবসি উৎলি।

মৈতে নিংথৌগী যুমজাও লাইরেম্বী কোনুংদা লাৎলিবা অসি থোঙাক লাইরেম্বীনি। মতিক মগুন লৈবী নিংথৌগী লৈমবু শিথ্রবা তুংদা লাই ওইনা লাৎহৌবা মতমদা লাইবেম্বী অসি ওইনা লাৎলি। মৈদিংঙু নাওথিংখোংগী লৈমা পেতঙানা লাই ওনখিবা মতমদা য়ুমজাও লাইবেম্বী ওইনা মাবু লৌখি। মৈদিংঙু পাইখোম্বগী লৈমা ইঙাল্লেনা লাই ওনখিবা মতমদসু যুমজাও লাইরেম্বীদা তিনখ্রে হায়দুনা শৈথানৈ।

তাইবংদা পাল্লিবা নিংথৌ অসিদি অমগী মথংদা অমা, অমগী মথংদা অমা পানখি। অদুগা থোঙাক লাইবেম্বীদি লেঙদবনি। নিংথৌগী মতম চুপ্পগী কৈন্যানি। খমনুং কিকোই লৌওনবীবু অশি লৈবাক্কী নিংথৌ ফম্বান্দগী ইনথবীখ্রবসু মহৌশা য়েলহৌঙৈন্দগী মরা তাখ্রবা থাজনবী অদুদি পাক হেক কোকপা অরাইবা নত্তে। হোংবা লৈত্রবা, নৌদুনতা লৈরবা শুমহৎলবা শক্তম পুদুনা মায়থিবা পীবিনবা লৈত্রবা অশিবগী লাইরেম্বীনা নিংবা মীকুপ অমদা নিংথৌগী অমনবা হকচাং হুন্দোকলমলগা, মনবা লৈত্রবা থরায় পুদুনা চৎখিবগী মিথ, ঙসি ফাওবা লেংদনা লৈরি। মিথ অসি মুৎথৎনবা নৎত্রগা সেমদোক্লবা কনানসু হোৎনদ্রি। মীওইবনা মহাক মমানি, মমাগী শক্তিনা অথোয়বনি হায়বসি কাউদ্রি।

অনিশুবা শরুক

# ২ (১) সরম তাংখুল নুরাবী

সবম তাংখুল নুবাবীগী মতাং নৈনবকপদা মৈতৈগী কংলৈ হবাওবা লাইবোই নুমিৎকী থৌবম অসি যান্না মরু ওইবা অমনি। থৌবম অসি অমবোমদা নুবাবীগী থৌবমনি হাযবা যাই। মতাং অসি মখাদা অসুমনা থমজবি,

লাই হবাওবা লোইবা নুমিৎকী নুমিদাংদা তৌগদবদি— ঔগ্রীগীদমক থৌবি লীশাং মবি লাতোন মথক্তা থমগনি। লাই কাবগী নৌ ৫০/৫০ লা মথক্তা থমগনি (নৌ হাযবদি যেংদৌ নৎত্রগা ৰানা শাবনি)। মসি লাইনিংথৌ লাইবেম্বীগী নাকল অনিদা ৫০/৫০ তোঙান-তোঙাননা থমগনি। অনম অথৌগী মপোৎশুনা থমগনি। মৈখু-থাউমৈনচিংবা পুজাগী পোৎলম শুনা থমগনি। মাইবীগী শবিক অমা, ফি অমনা শবিক্কী খুৎপাযফমদা পুন্নগা নাক-যেৎতা ফিজিন অনি অদু শাংনা হেন্দোকহল্লগা লাইমাঙদা লা থাদুনা থমগনি লাইনিংথৌ লাইবেম্মাগী মমাঙদা লা মচেৎ ৫০/৫০ তোঙান তোঙাননা থমগনি। লা মচেৎ অসিবু হুইথি-যেনথি হাযনা কৌই। মসি লোইবগা পোৎ পুন্নমক লাইদা কৎলগা মাইবনা অনম-অথৌ কোক্কনি। লাইশোনদি যুমদাই নাকশেং, নাহৈবোল, লম্মিৎলোন, পোংনিং, তুতেংলোন অসি শোল্লগা অবোইবদা অতাই লাইশোল শোনগনি। মসি হেক লোইবগা মাইবীনা থাঙ থাবগী থবক তৌগনি।

লাই হবাওরিবা শুমাঙ অদুগী থাংজিংলোমদা চরু থাবগা মথক্তা লা লাতোন অমা অহুম থোক্লা লোল্লগা থাগনি। মথক্তা লাইবৌ হুনগনি। অসিদা নত্তনা চুবা লৈহুল হাপকনি। লাইনিংথৌগী লৈহুলদা লাইনিংথৌগী থাঙনা নমদুনা থমগনি। লাইবেম্মাগী লৈহুলদা লাইবেম্মাগী থাঙনা নমদুনা থমগনি। থাঙ অনিগী নাকল অনিদা ফিবাল অনি থমগনি। থাঙ অমসুং ফিবালগী

মতোন্না থাংজিংলোমদা ওনগনি, অসুন্না থাঙ থাগনি। অসিগী তুংদা পুঙ য়ৈদুনা পেনা খোংলগা মাইবী অনিনা মায় শম্বোঙ হায়বদি থাংজিং ওন্না লেপলগা লাই চিংথোকপগী জগোই পুমনমক শাগনি। মাইবীনা জগোই শাবা মতম অসিদা লাই শুমাঙগী চিথেক মরিমক্তা মৈ হৌগনি। মৈ অদু থৌরম লোইদ্রিঙৈদা মুৎহৈদে। চিথেক মরি অদু শমদুনা চৎহৈদে, লাই লমলানবা কৌই। করিগুম্বা চৎলুবা থোব্রবদি অনম-অথৌ কোক্কনি, লাইদা হৈরুক কৎকনি।

মাইবীনা লাই চিংথোকপগী জগোই শাবা লোইরগা লা থারিবা অদুগী অকোয়বদা মাইকৈ মরি লাক্তুনা লাইরেন মথেক কায়দনা চৎকনি। লাইরেন মথেক চৎপা লোইরগা মাইবী অমনা লা মথক্তগী থাঙ অনি অদু খুৎ পাইফমদা পায়রগা লৌখৎকনি। মাইবী অমনা ফিরাল মথেক অদু পায়গনি। মাইবী অনি অদুনা মানা মানা পায়রিবা থাঙ ফিরাল অদুনা হকচাঙ শাবগী মওঙগা মান্ননা কোক্তগী হৌনা হকচাঙ কয়াৎ পুন্নমক মথং মথং শোক্কনি। মতম অসিদা মাইবী অনিমক ব্বা ঙাঙবা য়াদে। মসি লোইরগা থাঙ অমসুং ফিরাল অদু তোপ্পা তোপ্পা খুজেং লৈদুনা হাইগনি। ঙাইহাক হাইরমলগা লাই শুমাঙ ফাওদুনা চোংনা চোংনা চৎলগা চীংখৈদা মারজীঙ মপাদা হকচাং কয়াৎ শোকপা অমসুং থাঙ ফিরাল হাইবা অদু তৌগনি। অসুন্না ব্বাংব্রেন কৌব্রুদসু তৌগনি।

মসি লোইরগা থাঙ ফিরাল অনিমক থাংজিংলোমদা লা থারিবা হাননগী মফম অদুদা থমগনি। মথংদা মাইবী অনিমক্না খুৎ য়েৎনা থাঙ, ওইনা ফিরাল লৌখত্তুনা পায়রগা মাইবী অমনা লেপহৌরগা অমনা মারজীঙ তাননা চত্তুনা লেপলুগনি। অদুদগী মখোয় অনিমক চোংনা চোংনা চঙশিন্নরক্তুনা লাইবৌ লা থারমবা মফম অদুদা থাঙগা থাঙগা ফিরালগা ফিরালগা অমুক অমুক চুনরমগনি। থাঙ অনি থেংনবা অসি মৈ হৌহনবা য়াদে। চুন্না থেংনরগা লোইরে। অসুন্না থাঙ অনি চুনবা অসি লোইরগা থাংজিংলোমগী মাইবীনা অসুমনা হঙ্গৎ-হন্দা চুনবা অসি অহুমলক তৌগনি। মথংদা থাংজিংগী মাইবীনা কৌব্রুদা অদুগা মারজীঙগী মাইবীনা ব্বাংবরেলদা চত্তুনা লেপ্পরগা হাননা তৌখিবগুম অহুমলক অমুক চুনগনি। অকোনবা চুনবা হৌরকপদা মাইবী অনিনা মখাগী ঈশৈ অসি অব্বাই-অখুম শকনগনি,

নোংপোক মালং হুমমোইবা
নোংপোক মালং হুমমোইবা
আ

নকোক্তা চিরোঙ থেৎচিললে
ননাদা চোমলাং য়ানশিললে
খুবোমদা য়াইশি লোনশিল্লে
খুদাংদা হাইচৌ শিজিল্লে
তাংখুলগী শকফম হোংদেকো
ওঃ হলহৌরে দে।

মসি শকনা শকনা থাঙগা থাঙগা, ফিরালগা ফিরালগা চুনগনি। চুনবা লোইরগা হন্দোক্লবদা মখাগী অসি অমুক শরুগনি,

হল্লরোইনে নুরাবী
হল্লরোইনে নুরাবী
নুংশিৎপু লাংদা থুবরা?
লিলবু শৌনা য়ুবরা?
ঈশিংবু শায়দুনা য়োৎপরা?
তুমিৎপু লমবুনা থিনবরা?
কৌজেংবু তেননা পানবরা
ওঃ ওঃ হল্লরোই
ওঃ ওঃ হল্লরোই দে।

নোংপোক্লা মালং হুমমোইবা
নঙনা ঐবু পামলগা
পন্থৌগী কোঙয়াং ঝাখোংদা
শন্দংগী লাবা ৭কা
পুখম শেনজা ৭কা
ঐবু পোকপা পন্থৌগা
নিঙোলবু পোকপী পলেমগা
ফমলিঙৈগী মতমদা হায়জরো
লৈবিগে দে।

হল্লরোইদা নুরাবী
নঙনা ঐবু পামলগা
নঙবু পোকপা পন্থৌগা

নিঙোলবু পোকপী পলেমগা
ও হায়হললো
ও লৌবীগে দে।

(মখাদা অৱায়-অখুম শকপা য়ারি) মতাং অসিদা অহমলক চুনরগনি। মসি লোইরগা থাঙ ফিরাল অদু হাননগী মফমদা থমলুগনি। [১]

মৈ হায়বসি মীওইবগী অকিবা অমসুং অঙকপা অনিমক পুন্না ফোঙদোকপা পোৎশক অমনি। কুইরবা মতমদগী অঙনবা মতমগী মীনা মৈবু লাইরেম্বী ওইনা লাৎলরকই। জপান্দা লৈবা ঐনু (Ainu) হায়বা সেমী নোমাদ ওইনা শা তান্দুনা ঙা ফাদুনা হিংবা লিরবা কাংবু অসিগা য়ুমগী অৱাং-নোংপোক কাচিন্দা মৈ হৌদুনা মৈগী লাইরেম্বীবু ইরাৎলি। লাইরেম্বী অসিনা মীওইবনা শিরবা তুংদা অশি লম্বীদা মীওইবগী থৱায়বু তম্বী তাকপীদুনা পুবী হায়নসু থাজে। মরু ওইনা নোংপোক এসিয়া মৈবু লাইরেম্বী ওইনা লাৎলি,

> We do not know what the early mythologies may have been, but I think it is interesting that the bolt in later myth is generally associated with a god, whereas fire in the east is frequently the gift, or even the very body, of goddess of the hearth, and have remarked also the the Ainu name of the goddess, Fugi, appears in the name of the sacred volcano Fujiyama. In Hawaii the goddess Pele is the goddess of the dangerous yet the beloved volcano Kilawa, where the old chieftains dwell forever, playing their royal games in the flames. And in Malekula, in Melanesia, the journey of the dead leads to and through the goddess gurdian of the path to a volcano. In Japan the sun is a goddess and the moon a god; so too in Germany, where the sun is female (die Sonne) and the moon a male (der Mond) while in France, beyond the Rhine, the sun is *la loleid*, and the moon, *la lume*.[২]

লাইরোই নুমিৎকী লৈচ্ছন অসি হরাওরিবা লাই অদুদা হুনবা নত্তে, শনথোং হায়না খঙনবা মায়কৈ অসিদনি। শনথোং অসি হৌজিকসু মৈতৈনা অরুবা মায়কৈ ওইনা লৌনরি। শন হায়বসি বেদগী মতমদগী হৌনা লাইরেম্বী ওইনা লাৎনরকই।

১। ভারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ (পন্দিত), **মৈতৈ লাই হরাওবা**, ১৯৬৩, লা: ১০৩ - ১০৭।
২। Joshep Campbell, **Primitive Mythology: The Mask of God**, 1991, p. 393

ইজিপ্টকী পোকপা শিবগী লাইবেম্বী হাথোবগী খুদম শননি। ক্রেত, বেবিলোন অমদি গ্রিককী অঙনবা মীশিংনা শনবু লাইবেম্বীগী খুদম ওইনা লৌনবকই। অদুগা লাইরোই নুমিৎ অসিদা কৎলিবা থাঙ ফিবাল অনি অনিনি। অদুগা থৌনি অসি লাইবেম্বী মথনদতা কৎপা নত্তে, লাইবেম্বী অমদি লাইনিংথৌ অনিদা কৎপনি । অনি অদুগী শক্তি অদুবু খঙলকলদুনা শক্তি অনি অদুদা ইবাৎচবনি। মাইবী অনিনা থাঙ অমদি ফিবাল চুনবগী জগোই অসি শাব মতমদা মাইবী অমনা শনথোংদা লেপহৌবগা মাইবী অমনা মাবজীংদা লেপলুবগা, অনি অদু চোংনা চোংনা অথুবা তান্দা জগোই শাদুনা লাকলগা লাইবুং মযাইদা থাঙ অনি ফিবাল অনি চুনৈ। জগোই অসি শাবা মতমদা লাইশুমাং অসিগী শনথোং, মাবজিং, কৌব্রু, মৈবম অমদি থাঙ অমসুং ফিবাল চুনফম মযাইগী মফম অসিগা হাযবদি মাইকৈ মবিগা মযাই অসিগা পুন্না মঙা অসি শিজিন্নৈ।

অসুম্না জিওমেত্রিকেল ওইবা লৈইশিং অমদি মযাই ওইবা বিন্দু অমদা শক্তি অনি উন্নফম তিন্নফম ওইবা মওং নৎত্রগা মোতিফ অসিগা মালেমগী খ্বাইদগী অঙনবা লাইশঙনি হাযদুনা থাজনবিবা মেসোপোতামিযাগী জিগগুবেট (Zigguarate, 3500 - 2500 B C ) হাযনা খঙনবা লাইশঙশিংগী মওং নৎত্রগা মোতিফ অসিগা চাংদমনদুনা যেংবা যাই,

> the ziggurate, the pivotal point in the center of the sacred circle of space, where the earthly and heavenly powers joined, was also characterized by the number five, for the four sides of the tower, oriented to the points of the compass, came together at the summit, the fifth point, and it was there that the energy of heaven met the earth [৩]

মৈতৈনা থাঙবু লাইবেম্বীগী মসক ওইনা লৌই। **থাঙলোন তারোন** (থোকচোম বোবাচাউবা, ১৯৮৫, লা ১) হাযবা লাইবিক্তা অসুম্না ইবি,

> অহানবদা খুকুম লাইওক তমগনি (পুনেমজগনি)। .. থাঙ চুঙোয হেক পাযখৎপগা ইমা লৈমবেন সাইওনবী ওননিংবতা ওনবী ইমা পানথোইবীবু খুকমজগনি, মথংদা ঐবু তাকপিবকপা ওজাবু নিংসিঙগনি ...।
>
> ... থাঙগী মপু ইমা পানথোইবীবু পুকনিংনা মাঙদা লৈহল্লগা মিৎনা মাঙদা যেংগনি ...।

---

৩। মথক্কী লাইরিক, লা ১৪৭ - ৪৮

অপোকপা খুরুম্বগী ইরাৎ লাইশোন্দা সাগৈগী অপোকপগী, মপাগী মীং য়াওবা নত্তে। মসিদা পীরিবদি অপোকপগী মমাসিংগী মনিং, মখোয়গী থাঙ মমিং অমদি ইরাৎ-থৌনিদা চঙগদবা অতৈ পোৎলমসিংনি। সমজিন্না মখাগী অসুন্না থম্বা য়াই,

> লৈকক লৈয়ারেন চনুনা নুমিৎ কোল্লে, পাখংবা পোকয়ে ...থাঙদি চাকথাঙনে। থাইরিবী অহুমনুনা নোংলুম থাবু কোল্লে, অঙোম পোকএ ... থাঙদি পুকথাঙনে। তুংবাইবীদি তোনথাংনুনা ইরোই মকোক পানবা লাইবু কোল্লে, পোইরৈতোন ... পোকএ থাঙদি তোন্দুম্বনে। মংবাইবিদি তোনথাংনুনা সামু মকোক পানবা লাইবু কোল্লে, খুমন পোকএ...থাঙদি তোনককপনে। চিৎনু লৈমনা সজি মকোক পানবা লাই কোন্দুনা ঙাংনিংসিং পোকএ, ...থাঙদি য়েন্বা মতোক মানবনে। থেরে লোংবা চনুনা কৈ মকোক পানবা লাইবু কোন্দুনা খমচিককোন পোকএ, ...থাঙদি খুম্হোংথাঙনে। (ঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ, ১৯৯২, লাঃ ৪-৭)

লাইরেম্বীবু থাঙগী মসক ওইনা লৌবদি মকোক ওইবা থৌবু নৎত্রগা সক্তি অদু লাইরেম্বীনি হায়বা তাকপনি। য়েক তরেৎকী অপোকপা ওইনা পীরিবা নুমিৎ, নোংলুম, থা, ইরোই, সামু, সজি, কৈ অমসুং হামেং অসি মপা মপুগী মসক ওইনা লৌবা সা নৎত্রগা তোতেম এনিমেলসিংনি। সামু অমসুং হামেং নত্তনা অতৈ সাসিং অসি মকুওইনা মাও, মরাম, কবুই অমদি তাংখুলগী অহোংয়ুমগী য়ুমমাইদা হক্তুনা হাপই। হিন্দু ধর্ম্ম লৌরবা মতুংদসু মৈতৈসিংনা সঙ্গোয় অমদি য়ুমগী মাঙ্গোন্দা সজি মকোক নৎত্রগা সজিগী চিরোং থেৎপা সেঞ্চুরি অসিগী অকোনবা তংখায়গী অঙনবা মতম ফাওবা য়াম্না কন্না চৎনরম্মী। পাখংবনা সজি সঙাই ওন্দুনা লাকপগী ৰারী ঈরৈমাগী মতাংদা (মরিসুবা সরুক্তা) থেংনগনি। পাখংবগী মসক ওইনা লৌবা হিয়াং হিরেন্দসু চিরোং য়াওবা সাকোক হাপ্পি। নুমিৎ অমসুং থাগী মওংদি অহোংয়ুম সাবগী কলচর লৈবা চীংমী কাংলুপ খুদিংমক্কী অহোংয়ুমদা হাপ্পী হায়বা য়াই। মওং অসি অম্রোগী লাইসঙগী য়ুমমায়দসু হক্তুনা হাপলি।

লাই হরাওবগী লাইরোই নুমিৎ অসিদা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিগী মশক ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা শিজিন্নরিবশিংদি অমমবা অহিং, অচাকপা মৈ, থাঙ, ফিরাল, মমৈ মকোক অনিমক শমনদুনা লৈরিবা লাইরেন মথেক, অমদি মাইবী অনি পুম্নমক অসি সিম্বোল ওইনা শিজিন্নবনি। অসি অমরোমদা ফোক্কী ওইবা রিচুয়েল ড্রামা হৌরকপগী শক্তম অমনি,

In this early rite we find several different aspects of theater, as

we know at present There are the men who dress up in masks and skins to play other than what they are in everyday life, who correspond to actors We have the members of the tribe who watch and also take part, like an audience We have the special area of action in the magic circle around the fire, as the stage around which again, the audience sits or stands, the auditorium The fire gives a special light, which creates a tense and dramatic atmosphere We have all the ingredients of the theatrical per formance in the dance, music and sung or spoken word, combin ing to create a desired powerful effect [৪]

মাইবী অনিনা থাঙ অমসুং ফি বাল চুনদুনা শাবা জগোইগী মতাঙ অসি লোইবগা মখা তানা চৎথবকলিবা ইবাৎ-থৌনিগী মওং অসিদদি থাৈ শেংনা থিযেতবগী মশক উবা ফংলে। মাইবী অমনা চীংফি শেৎতুনা শম পোদুনা নুবাবী শাবগা, নুপা অমনা চিবোং থেৎতুনা, তেন পোদুনা তাংখুল শাদুনা বাবী অমা, ঈশৈ নোংমাই, অবাই-অখুম তৌদুনা ফোঙদোবকপগী মশক উবা ফংলে। মতাং অসি লাই-হৰাওবগী মবমদা ইবা লাইবিক্তগীলৌখৎতুনা যেংবা যাই,

মফম অদু শেংদোক্কনি। অসিগী তুংদা লৌতাবোল ঈশৈ শক্তুনা মাইবীনা হাওফি শেৎলগা খুৎলঙ নুপী, খ্বাঙজেৎ শেৎপী (ভাবুক্তগী), যেংদৌ লম অমবোম শাংবা অমমম পাযবী তবেৎনা পবেং অনি থেকনা লাইদা ওনশিন্দুনা লেপতুনা লৈগনি। অদুগা নুবাবী শাবী মাইবী অদুনা শম অমা যাল্লগা মখুৎতা লাইগী যোৎ মচা অমা হাযদুনা লৌতাবা অদু যাওগনি। শম অদুদা লফোই কবোক্কী মযোম অমা লানা যোমলগা পযানা পুনদুনা হাপকনি। লৌতাবা মতমদা লৌতাবগী ঈশৈ শক্কনি

ইপা লৌনি যাল্লু হে
হে যানসে।
ইপু লৌনি যাল্লু হে
হে যানসে।
লৈবাক মবা তপ্নবা লৌনি যাল্লু হে
হে যানসে।
নিংথৌ পুনশিনবা লৌনি যাল্লু হে
হে যানসে।

৪। মথক্কী লাইবিক।

খুনজাও-লৈচাউ লৌনি হে য়ানসে

হে য়ানসে।

পুন্সী নুংশাং লৌনি যাল্লু হে

হে যানসে।

মসি শকলবদি তাংখুল শাবা নোংপোক অপানবনা নোংপোক চিংখৈরোমদগী ঈশৈ তন্থায চনবদা থোরকপা মতমদা তাংখুলনা নুবাবীবু থাদুনা ঈশৈ শক্তুনা থোরক্কনি। নুরাবীনা অমুক ঈশৈ ওক্কনি। ..

ঈশৈ লোয়রবা মতুংদা তাংখুলনা 'হো নোংমাই নুরাবী' হায়দুনা অহুমলক কৌগনি। অদুদগী তাংখুলনা পাম য়ানগনু হায়দুনা থিংগনি, নুবাবীনা যানগনি হায়দুনা অনি অদু খৎনরবদা . লম্মুনা তাইশিন্নরগা খুৎলং তবেৎকা লোয়ননা পাম য়ানমিন্নবদা উনা খোইনা চিকলে। অদুদগী মৈবা চিংদুনা নোংপোকনা খোই লোক্তুনা চামীন্নবা লোইরগা পাম য়ানগনি।

অহানবদা 'হে য়াল্লু, হে যানসে' হায়বা লৌয়ানবগী ঈশৈ শকমিন্নদুনা লৌ যাল্লগা ময়ামগী তুংদা মাইবনা ফৌ মরু হুনগনি অসুম্না ফৌ মরু হুননা লাকপনা লাইমাঙ য়ৌবদা তোক্কনি। লাইবৌ লা থাফমদগী তাংখুলনা পাযবিবা য়োৎ অদুনা খুৎলঙ ময়ামগা লোয়ননা মরু ওমগনি। অদুদগী লাইমাঙদা য়োৎ লেংবান্দা লৌকা ঈশৈ শক্তুনা লোয়শিনগনি।[৫]

মমাগী শক্তিগা মপাগী শক্তিগা অনি অসিগী অপুনবনা মীওইবগী পুন্সিবু পোকল-শির তৌদুনা মালেম অসিদা লেঙদনা, হেংবা নাইদনা পুন্সি ঈচেল চেষ্টবিবনি হায়বসি খঙলক্লবদগী, মীওইবনা অশিববু মায়থিবা পীদুনা মালেম অসি মীওইবগী ওইদুনা অসুম নৈখিগনি হায়বগী থাজবা অমদি নুংঙাইবা ৱাখল অমা ফোক থিয়েতর অসিদা থুপনা য়াওরি।

মপানথোঙগী ওইবা শকতমদা লম লমগী ওইবা তোঙানবা শক্লোন খরা লৈজরবসু, নুংগী শক্তমদা অরিবা মতমগী চীনাগী থাজবদা তাইবংপান অসি য়িন্ অমসুং য়াঙ অনি পুল্লগা ওই হায়দুনা লৈরি।[৬]

নুরাবী অমদি তাংখুলবু পানথোইবী অমসুং নোংপোকনি হায়দুনা ময়ামনা খঙনৈ। অদুম ওইনমক লাইরোই নুমিৎকী নুংদাং অসিদা শম নমদা পোদুনা লৌ

৫। ঙাবিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ, **মৈতৈ লাই হরাওবা**, ১৯৬৩ লা ১০৭ - ১১৩

৬। Joseph Campbell, **Oriental Mythology : The Mask of God**, 1991, p 24

য়াল্লিবসিবু পানথোইবী হায়দুনা অপান্ননদি কৌনদে। ১২শুবা চহি চাদা পাল্লম্বা মৈদিংঙু লোয়ম্বাগী হাক্তক্তা শিন য়েনথোকপগী মরমদা ইরম্বা লাইরিক **লোয়ম্বা শিনয়েন** হায়বা লাইরিক অসিদা অসুন্না ইরি - 'শল্লাম নঙদি লংমাই চিং লাৎও, তাংখুল সারম পাখংপা শাও। . . . নোংতোল অমাইপি নঙদি লাইজা ফুহিং লাকও, খালৈ লৌকা তা-ও তাংখুল নুরাবীবু শাও" । মসিদা খন্নবা য়াবা ব্রাফমদি হায়রিবা মতম অসিফাওদা পানথোইবী হায়বা মিং অসি তাংখুল নুরাবীদা পীদ্রিবরা নৎত্রগা পানথোইবী হায়বা শক্তি পুমনমক্কী তুংনফম ওইরবী লাইরেম্বী অসিগী অঙনবা মতমগী শক্তম (নুরাবী) অসিবু য়াম্না মরু ওইবা মতাং অমা ওইনা লৌদুনা থমবরা হায়বা অসিনি। মৈতৈ হায়বসি মমা মপা পুন্না লাৎপা কাংবুনি। লমলৈমা তরেৎনা পামলৌ উরকপা মতাং, অশিবগী লাইরেম্বীনা চবুন ওইরম্বদগী চাথোক-ফৌথোক পুথোকপী ইমা লাইরেম্বী ওইরকপা অমদি ইপাগা মতৌ করম্না থেংনদুনা তাইবং খুনবাল্লকপগে হায়বা ব্রারী অমা, মিথ অমা শেমগৎতুনা অসিগুম্বা য়াম্না মরু ওইবা থৌদোক অসিবু লাই হরাওবগী অরুবা তঙাইফদবা শরুক অমা ওইনা লৌদুনা চেকশিন্না থমলকপনি হায়বা য়াই। লাই হরাওবা মখল মরি লৈবাক অসিদা লৈ। তাংখুল অমদি নুরাবীগী ফোক দ্রামা অসি মওং খরা খেৎন খেৎননা ফংলবসু, নুংগী ওইবা শক্তমদি অমতনি।

নুরাবীনা হান্না লৌ য়াল্লিঙৈদা কোন্না তাংখুল চংলকপা অসিনা অনি অসি পুন্না লৈমিন্নরমদে কোন্না পুনখিবনি অমদি প্রোতো মৈতৈনা ইমা লাইরেম্বী হান্না লাৎলম্মী, কোন্না ইপা লাই পাখংবা অসি লাৎখিবনি হায়বদু খঙহল্লি। মণিপুরগী অৱাং অমদি নোংপোক্কী চীংগী মফম কয়াদা হাওরৈমা শম্বুবীগী খুবম কয়ামুক লৈরি। হায়রিবা খুবম অসি হাওরৈমা শম্বুবী মথন্তগীনি। তাংখুল পাখংবগীসু মথন্তা লাৎপা খুবম কয়া লৈ। হাওরৈমা শম্বুবীবু চহিগী ওইনা ইরাৎপদা শম অমদা পাননাউ শিংনাউ হাপচিল্লগা চৈশু অমগা য়েন অমোম অমগা পীদুনা কৎলি। তাংখুল সারম পাখংববু লাৎপা মতমদা খোংদ্রম অমা পাননাউ-শিংনাউ, লশিং মরু, য়ু খরুং অমা য়াওনা কৎলি। মখোয়বু লাৎলিবদি তাংখুলনি।

হাওরৈমা শম্বুবীগী শকতম অসি অশিবগী লাইরেম্বী ঈরৈমা, অমদি তাইবংনা হিংবদা চঙবা পোৎলম পুমনমক পুথোকপী পানথোইবী ওইনা অনি থোকনা ওইখি।

হাওরৈমা শম্বুবীগী খুবমশিং অসি মণিপুরগী অৱাংদা লৈবা মাও এরিয়াগী মনুংদা লৈরিবা তুরেলগী মরু অসিদগী হৌরকপা অদুনা পুখাওগী নোংপোক্তা শাংনা লৈরিবা পীদোনু চীংগী নোংপোকথংবা ৱাংমা য়ৌনা শন্দোকলকলগা উখ্রুল দিষ্ট্রিক্তা থৌবাল তুরেলগী মরু য়ৌরকই।

থৌবাল তুরেলনা উখ্রুলগী হুইমি চীংদগী লোকমচা ওইনা চেম্থরকই। মপিথেল চীংশাং ফাওদুনা মণিপুর তম্পাক তমলকই। নোংপোক কৈথেল মানবী ফাওদুনা য়াম্বেম, য়াইরিপোকনচিংবা তম্পাক্কী লমদম য়ৌরকপদগীদি হাওবৈমা শম্বুবীগী মহুৎতা পানথোইবী কৌদুনা নোংপোক্কা পুন্না পুন্না লাৎমিন্নবা খুবম কয়ামুক থোরকপা হৌরে। তম্পাক্কী মফম অয়াম্বদা নোংপোক পানথোইবীগী খুবম লৈ। নোংপোকসু উখ্রুলগী অয়াম্বা মফমদা থৌবাল তুবেলনা তম্পাক য়ৌরকত্রিঙৈগী মফমশিংদা হাওরৈমা শম্বুবী নুরাবীগুম মথক্তগী খুবম লৈ। পানথোইবী অমসুং নোংপোক্কী খুবম অসি ঈরৈমাগী মতৌগুম ঈশিং মপান্দা অককননা লৈতে।

# ২ (২) ফৌওইবী

ফৌওইবী মণিপুর তম্পাক্তা লাৎনবা ফৌগী লাইরেম্বীনি। **ফৌগৌরোল** (ফৌওইবীগী ইরাৎ-থৌনিদা শক্লবা লাইশোন) গী মতুংইন্না ফৌ লাইরেম্বীনা তাইবং পান্দা লাকখিবা অসি চীংখোং পোইরৈতোন্না খমনুংদগী তম্পাক্তা খুনথোকলকপদা য়াওরকপনি। মতাং অসি **ফৌগৌরোলদা** অসুম্না য়াওরি,

> য়াংমোম মহুই লোইনাই লোইমোম ফৌওইবীদি লৈনুং থোঙারোল অহানবদা তাংথখিয়ে। মমা লৈনুং পিয়াইনুচা সৱা কংলৈ পুংফাইবনা সুমাই উচিন নৈএ। লৈনুং থোঙ্গরেলে অহনবনা থাংয়ি হোংয়িগীদি হোংনা ঙমদে। লোইমোম চাউইগীদি চাউনা ঙমদবী ফৌৱাও। থাংয়ি অহোংবীদি খমনুং লাংওন খোন সৱা পনগেন খোনবু নাচুংঙমদবগী তোপ্না হুলানলকএ। লোইমোম ফৌওইবীদি কদাইরমদা তুজোং পনলানখিবনো। চিংখোং পোইরৈতোন খোংফাং অতোনবনা মালেম খুনফা উরকপদা হৈনা মতুং ইন্না স্না মমৈ ৱাইখৎলকপী ফৌৱাও।[১]

**পোইরৈতোন খুম্থোক** কৌবা লাইরিক্কী মতুং ইন্না পোইরৈতোন্না খুম্থোকলকপদা ফৌ মথি (মরু) মখল কয়ামুক য়াওরকই,

হয়েং তাইপঙ কোয়চানপা হিংনা চাপা মরম চামা, মুননা চাপা মরম চামা,

১। ভারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ, **ফৌওইবী খুরুম্বা**

তাপোৎ সাপা, তারাল সাপা, হাওফি সাপা, লাইফি সাপা, অনতৌরিপা, সাকারীপা, চংনিং হেনপা, মোইফেংপা, মরী লাসাপা, মরাং সাংসাপা, তরা মথী, তোংনু মথী, লীকলি খালোন মথী, য়াইসেল য়াইফৌ মথী, চাচাক চাহাউ মথী, তাঙখোক তেককোন সাপা, তালমরোঙ সিননাইপা, তানতেক থাঙসাপা, অপকমা পুন্নমকপু নেমথোকচেমসে।[৮]

**ফৌওইবী খুরুম্বাদা** ফৌওইবীনা লম কয়াদা চৎপগী মতাংদা ইরি— ফৌওইবীনা অহানবদা লৈনুং থোঙাবেলদা তাংথরম্মী। 'খমনুং লাংওন খোন, শৱা পনগেন খোনবু নাচুংঙমদবগী' (হৈনদবদগী) খমনুং থাদোকলমলগা পোইরৈতোনগী তুং ইনদুনা মালেমদা থোকলগা কুরুমলেন মৈনাইবা মৈসুৎ শেমবা মৈবা তাউবদা তাংথখি। তাংথবা হাযবদি নুপা অমদা ওঙদুনা, পান্নদুনা লৈকব্বু খংনৈ। 'মৈসুৎ মৈরাওখোল খাম্বী মৈচিংখোল' হৈনদবদগী ফৌওইবীনা কুরুমলেন মৈনাইবগী লম থাদোক্তুনা চৎখ্রগা শোংচা নিংথৌবা হেবু কংচিকপদা তাংথখি। ফৌওইবীনা 'হেবু কংচিকখোল ঙাংচেং লৈতকখোন'বু হৈনদদুনা চৎখ্রগা ৱাইকোক লমমাহন তোংবদা তাংথখি। মফম অসি ঈশিং ঙাক্তা ঙায়বা লম ওইনা তৌবনা 'ইমু ঈফেং-খোল লাইজ য়িরাওখোলবু নাচুংঙমদবদগী' চৎখ্রগা হোংনেম লুৱাং নিংথৌ পুনশিবদা তাংথখি। মফম অসিদা ফৌওইবীদা চাক অঙৌবা চাক অমুবা পীজরকখি। হোংনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগীদা লোন্নবী মশেন হুৎ ফেৎ তৌনবদু 'তালোয় লুমদিনখোন চরৈ ফিফুখোনবু' হৈনদদুনা চৎখ্রগা নুংবানসুদবা লুৱাং ঙাংতাবদা তাংথখি। মফম অসিদসু ঈশিং কনমনখিদুনা 'শিংথা লৈথোময়িনা ইহা ইফেং মাবু থাজদে। য়িহৈ য়িবোং মাবু য়ানফদে' হায়বগী চৎখিদুনা কাংঙা মুংতোংবদা তাংথখি। লোয়া কাংঙামুং তোংবদা শা-শন মখোন-মৱা কনমনখিদুনা চৎখ্রগা পাশি চুকোক লোইহাবা চিংবফুবা তোংবদা তাংথখি। চিংবফুবা তোংবদা (নম্বোলদা লৈবা চীংফু চীং) উচেক য়াৱা মখোল কনমনখিদুনা হৈনরক্তবদগী চৎখ্রগা নুংবাল শোকলাইবদা তাংথখি। অসিদসু হৈনরক্তদুনা চৎখ্রগা কুকি অহোংবা লাইকি অচৌবদা তাংথখি। কুকি অহোংবনা লাইরেন খুনবিরোক্তা লৌ উরে। ফৌথোক চাথোক খরমখৈদি পুথোকপা ঙমলে। অদুম ওইনমক মফম অসি লাইরেন য়ান্না লৈমনখিদুনা মখা তানা ফৌ নিংথিনা পুথোকপা ঙমখিদে। মসিদগী চৎখ্রগা ফৌওইবীনা মোইৱাং অকোংজাম্বগীদা থুংলুই। অকোংজাম্বদি শাতানবা চৎখিবনা ময়ুমদা লৈরমদে। ফৌওইবীনা নুমিৎ থেংখরে, অহিং লেকখ্রগে হায়রুবদা অকোংজাম্বগী মমা কেগে' থোইদিংজম নিঙোলনা য়াখিদে। ফৌওইবীনা নমদুনা মাঙশোক্তা অহিং অদু লেকই। নোংঙানবদা শুমাংদা মফি কনথদুনা ফৌনা চীংমুক ৱাংনা পৈদুনা থনমলগা চৎখি।

৮। মোইবাংথেম চন্দ্র সিংহ, **পোইরৈতোন খুন্থোক**, ১৯৭৯, লা ১০।

অকোংজাম্বনা হলকপদা লৈরমলিবা ফৌদু উবদা ফৌওইবী লাকলমলে হায়বা খঙদুনা মনাই পাসুয়াং থারক্কুনা ফৌওইবীবু খামহনখি। খাম্বা অদুদা যাদদুনা চৎখ্রগা য়িথাই কাইরেম্বদা তাংথখি। মফম অসি শারেন-ঙারেন ময়াম ফাবগী হীগী হীরাওখোন হৈনদদুনা কুইনা পনথরমদে। মসিদগী চৎখ্রগা কচেং য়োৎয়েবা তানতেক থাংশাবদা তাংথখি। 'কচেং যোৎয়েখোল মৈবি তোংহুমখোল' হৈনদবদগী চৎখ্রগা লেরা কুমাবা থোংনাং লমচাউবদা তাংথখি। মফম অসিদা লৈবা লম্বুবা থোংখোং পোৎথোকপদা তাংথখি। 'থোংখোং পোৎথোকখোন' হৈনদবদগী চৎখ্রগা খোমিদোক উঙাম পৈতোংবদা তাংথখি। মফম অসি তিন-কাং, ককচেং য়াম্না কনমনবদগী হৈনদদুনা চৎখ্রগা নোংবান য়ুমোইবা থাংয়ি লুম্বাল তোংবদা তাংথখি। লমলোংগৈদ নোংপান য়ুমোই চাম্বা থাংয়ি তোংবগী মফমদা ফৌওইবীনা থাংয়ি চিপুং পৈ, লোইমোম চিগা শানা লনগুবীরে।

লুৱাং খাপং য়ুমোই চাম্বনা, ফকলোং চারাইথা উপন চৈবোং ফাননা যৈববদা, লোইমোম ফৌওইবীদি খ্বাং নুংজেং লাউ, নোংথি লাইমন হৌ, চুবা ঙৈচায়েকনা থুমনাও হেশোনলে, য়েননাও নাহেরে। মথংলেন নুংবান খাবং য়ুমোই চাম্বনা, মোমনু তাললোই য়িকমবিও নঙদি করিগী থুমনাও হেশোনবা নাহেবনো হাইনা পাওহংববু, হোইদা থংলেন ইনেমমচাও নঙনা পোৎপু তাংমুবনা নমগন চৈথাকনা য়ৈরবগীবু থুমনাও হেশোনবনে, ঐবু তাইবংচৎলমদা পানঙলোইয়ে হাইনা পাওমেনলকএ। ঐদি কোরৌ নোংগাবগে চিংঙু লাইরমলেনবু য়িন্দানলগে হাইরবদা নুংবান খাবং য়ুমোই চাম্বনা খোইমোন লাইরেম্মবু য়িরান লোনলোন যিম, য়িঙাশং মতৈ য়িকেন শং, মতৈনা নাওফং ফানাশংদা য়াতাশে হাইনা পাওথেমববু খোইমোম লাইবেম্মানা অসুম্না পাওমেনলমএ। ঐবু কোরৌ লাংহৈ কুম ওনলবদা তেকপি ওকমোম অমুবিনা কৌচৌও, লোইদাম থা অমা ওনলবদা কাইরৈ য়েনমোম অমুবিনা কৌজৌও। থাংয়ি হোং ঙিগীদি হোংনাঙমদা লোইমোম চাওয়িগীদি চাওনা ঙমদবীনা লনকুবিরগনিয়ে। অসুম্না পাওতাকপিরমলগা খোইমোম লাইরেম্মা লোইমোম ফৌওইবিদি পুরুসি তাঙরোই পাৎলেনকোন খানলৈ লমলোংগৈদা খোইমোম কোরৌ নোংগাখিয়ে।[৯]

ফৌওইবীনা মণিপুর তম্পাক্তা খুম্ভোকলকপদা ঈশিং মফম মরাং কায়না থেংনবা, শা-উচেক, তীন-কাং মরাং কয়ানা থেংনবগী ৱারী অসিনা ফৌগী কলচর হৌরকপা মতমদা লৈরম্বা মতমদা লৈবাক অসিগী লম্মিৎ-তুম্মিৎকী শকতম উৎলি।

৯। ঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ, ফৌওইবী খুরুম্বা, লা ১ - ১৮

মৈতৈনা থাজনবগী মতুংইন্না তাংখুল নুরাবীনা নোংমাইজীং চীংদা পাম য়াম্লি। ফৌওইবীনা শংদিং লোনঙৌ চীংদা চাক অমুবা, চাক অঙৌবা চারকপগী ৱাফম মথক্তা পনখ্রে। মৈতৈগী মায়কৈ ঙাকপা মরু ওইবা লাই মরি- কৌব্রু, নোংপোক, ৱাংব্রেন অমদি থাংজিংগী খুবমশিং অসি ৱাংব্রেনগী নক্তনা অতৈ অহুম অসিদি চীংদা লৈবা ঙাক্তনি। অশিবগী লাইনিংথৌ ৱাংব্রেনগী খুবমদি ঈশিংদনি। ফৌওইবীগী মিথ অসিদগী মণিপুরগী লাই-তীনগী ৱারীদা তম্পাক্কী ৱাফম য়াওবা হৌরকলে হায়বা য়াই।

ফৌওইবী অসি মতোমতা নক্তে। মতম লৈবা খিবিক্তা মতা মঙাগা থাদোকন্নদনা লোয়নরি। মতা মঙাগী মমিং **ফৌগৌরোলদা** অসুম্না পীরি,

হাইনু লৈমা হাইমিংনবী
চীৎনু লৈমা চিৎমীংনবী
খোংজী নুংলাইবম চনু লেমলৈ ঙারা ঙাওইবী
ৱাকচিং হাওকোনবম চনু নোইনু থুমলৈমা
তোইবী কোনমীংনবী কোলাংনু

ফৌওইবীনা মোইরাংদা থুংলুবদা কেগে অকোংজাম্বগা উন্নদনা হনখি। ৱাফম অসিদা য়ুমফম ওইরগা ফৌওইবী অমসুং অকোংজাম্বগী ৱারী অসি অপাম-নুংশি ৱাইথুংনহৌদ্রবা মোইৱাংগী শায়োনশিংগী মরক্তা শিংথাখি। ফৌওইবীনা মণিপুর তম্পাক শিনথুংনা চৎতুনা ইমুং কয়াদা চঙদুনা মীওই কয়াদা চঙদুনা তাংথরুবা মওং অসি মণিপুরদা ফৌ থাবগী কলচর মফম কয়াদা শন্দোরকপা, অহানবদা পাক হেক মায়পাকপা ঙমদবগী মওং অদু লাক্তুনা লাইশোন অসি শেমলম্বা য়াই হায়ববু, অসিগুম্বা লুহোংবগী মওং অরিবা মণিপুরগী সমাজদা লৈরমবগী খুদম ওইনা লৌবসু য়াই। ইন্দোচীনাদা ২০শুবা চহি চাগী অঙনবা মতম ফাওবদা অসিগুম্বা মওংগী লুহোংবা চৎনবা কাংবু লৈরম্মী,

> The Tendalines are . . . unrestrained by any code of morals such as usually binds man and wife. The female can at any time desert her husband for some one else, without question; and it is rare for any woman of this tribe to arrive at middle age without having a family by two or more husbands. [১০]

১০। A.R. Colquhoun, **Ethnic History of the Shans,** 1985 p. 75.

লাই হবাওবগী লাইবোই নুমিৎকী লৌয়ানবগী ঈশৈদা শরুরিবা,

চাক চযিল লৌনিদা য়াল্লু হে
হে য়ানসে।
পানফুক পানফোই লৌনিদা য়াল্লু হে
হে যানসে।
শৌগ্রী ময়াংবা লৌনিদা য়াল্লু হে
হে য়ানসে।
লোমবা তেকতা লৌনিদা যাল্লু হে
হে যানসে।
ফৌবেল ফৌজাও লৌনিদা হে যানসে
হে যানসে।[১১]

ঈশৈ অসিগা মবি লৈননা মণিপুরদা লৌউ মমাংগী পুন্সীদা ফৌ থাদ্রিঙৈগী চাযিন, পাননচিংবা চাদুনা হিংলম্বা মতম লৈবমগদ্রা খন্নবা যাই। ফুঙ্গা ৱাবীদা 'পান চাদুনা সিখিবা মাইবেন চাদুনা হল্লকলো' হাযবসি ঐখোযদা হৌজিকসু চুসিন্না থোকলি। চীংদা তমদা ফৌ চেং ৱাৎলকপদা পান চাদুনা হিংর্নবি। খৃঃ কুম ১৮১৯-১৮২৬ দা অৱা লানগাযবদগী অসামদা চেন্দুনা খুন্দাখিবা মরুওইনা ববাক তুবেল মপান্দা খুন্দাবা মৈতৈনা পান অসি অলুগী মহুৎতা নুমিৎ খুদিংগী সিজিন্নবা পোৎ ওইবি। মণিপুরদা পান অমসুং যেন্দেম মখল কয়ামুক চাবি। লমবান অসি ওক থাকপদা সিজিননৈ। হোঙঙু হাযবা পানগী কাংলুপ অসি হেনতাক সুবদা সিজিন্নবতা নত্তনা ইংখোলগী চিথেকসিংদা তিনমু লাইমু ঙাকথোকই হায়দুনা থানরি। তিনমু লাইমু ঙাকথোকপগী মিথ অসি কবিগুম্বা ফংলবদি ফৌওইবীগী মমাং, লৌউ-মমাং খুন্নাইগী মিথোলোজিগী সরুক অমা ওইনা লৈরমগনি। অদুম ওইনমক পান অসিসু হাওরৈমা শম্বুবী তরুক্কী মসক ওইনা ফৌওইবীদা পুনখ্রবনি হায়বা য়াই। মখোয়গী ইরাৎ-থৌনিদা পান মনাও হাপতবা য়াদবা পোৎসক অমা ওইরি। লমবানদগী হৌনা পান য়েন্দেমগী মখল কয়ামুক অসুক হৈনা নিংথিনা ঐখোয়না সিজিন্নরিবা, লমদম অসিদা ইবাই লাইনা হৌবা ঙমলিবা অসিনচিংবা ঐখোয়গী পানগী কলচর অসি য়েংলুরগা পিতর মেথিযুনা লমবান (wild taro Colocasia Esculenta var. Aquatilis) অসি ভারতকী অৱাং নোংপোক লমদমদগী অতৈ খা-নোংপোক এসিয়াগী লৈবাকসিংদা সন্দোকখিবনি হায়খিবা অসি নিংশিঙবা য়াই (Bellwood ed; p. 69, 1990)

১১। ওারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ, মৈতৈ লাই হরাওবা, ১৯৬৩ দা ১১০

মালেমগী লৌউ-শিংউবগী ইতিহাসতা ফৌগী কলচর অসি খা-নোংপোক এশিয়াগী ওইবা অচৌবা শক্তম অমা ওইনা লৈরি,

> In South-East Asia, people grew rice instead of wheat and barley Their cows, pigs and sheep were quite different from those in the Middle East This may be because they had their own separate New Stone Age Revolution [১২]

খা-নোংপোক এসিয়া অমসুং মাযকৈ অসোমদগী চৎখিবা মীওইসিংনা সেমগৎখিবা অনৌবা নুঙগী যুগকী কলচব অদু বিসি ৬০০০ কী মতমদদি ইন্দিযা, চীনা অমসুং মযাইথংবা আমেবিকা যৌনা সন্দোখ্রে (Richard Carrington 1963) হৌজিক যাম্না কন্না নৈনবিবা ৱাফমদি অনৌবা নুঙগী যুগতা পুথোকখিবা ফৌগী কলচব অদু চপচানা কদাযৱাইদগী পুথোকখিবনো হায়বসিনি। জিদে অমসুং জিদে (১৯৭৩ ) গী মতুং ইন্না ইন্দিযাগী ওবিষাদা ওইবা যাই হায়বি। হিরম অসিদা মসক নাইরবা য়ান ৱেনমিং (Yan Wenming) বৈজিং ইউনিভর্সিতী স্কোলার (১৯৭৬) কী মতুংইন্না অচাফৌ (domesticated rice) অসি ২০° অৱাং অমসুং ২৩° অৱাং, মযাইথংবা গঙ্গা তুবেলগী সরুক্তগী খা-চিনাগী সমুদ্র মপান অসিফাওবগী মনুংদা লৈবিবা মফমদা পুথোকখিবনি। অদুবু মফমসিং অসিদা মতিকচানা আর্কিলোজিকেল সর্ভে তৌদ্রিবনা চপ চানা হাযবা ঙমদ্রি। হৌখিবা চহি খবা অসিদা হিরম অসিদা যাম্না খুমাং চাউখৎলকলিবা চিনাদা ইতিহাস মমাংগী মতমদা অচাফৌ নিংথিনা পুথোকপা ঙমখ্রবা মফম কয়ামুক পুথোকখ্রে। অসুম্না পুথোকখিবা অসিদা ময়াইথংবা চিনাদা লৈবা য়াংজি তুরেলগী মযাই অমসুং মখাথংবা তোবর্বানলোমদা খ্বায়দগী হেন্না মরাং কায়না পুথোকপা ঙমখ্রে। য়ানগী মোৎ মতুং ইন্না হায়রিবা মফম, মরুওইনা ময়াই থংবা সরুক অসিদা অহানবা ওইনা অচাফৌ পুথোকখিবনি (P. Bellwood ed , Indo-Pacific Prehistory 1990, vol 1,)। ময়াই থংবা অমসুং খা-থংবা য়াংসি তুরেলগী তোবর্বানগী লমদম অসিদা হৌজিকসু লমফৌ (wild rice) মরাং কায়না হৌরি। কার্বোন ১৪ দেতকী চাংযেং মতুংইন্না য়াংসিগী ময়াইথংবা সরুক অসিদা ফংলিবা পেংতৌসান কলচর (Pengtoushan culture) অসি বিসি ৭০০-৫৫০০ গীনি। কলচব অসি ময়াইথংবা অনৌবা নুঙগী যুগকীনি (Yan, 1989)। পেংতৌসানদা আর্কিওলোজিকেল এস্কেভেসন তৌবা মতমদা, লৈবাক্তা য়ুমফম ওইবা, মনুংদা উখোং য়ুংদুনা ফক্লাং খায়দোকপা য়ুমসিং লৈবম্বগী খুদম ফংই। মসি চীনাদা লৈরম্বা খ্বায়দগী লিরবা য়ুমসা

১২। Michael Gibson, **Discovering The Ancient Past**, 1994, p 37

মওংনি। য়াংসিগী খা-থংবা মায়কৈদা লৈবা হেমুদু কলচর (Hemudu cultre ) অমসুং মাজিঅবুঙ কলচর (Majiabung culture) গী কাংথক হাদুনা সাবা য়ুমসাদগী পেংতৌসানগী কলচর অসিনা তোপ্পী অমদি লিবা হেল্লি (Yan; P. Bellwood ed; Indo-Pacific Prehistory vol.1, 1990, 120)।

অরিবা নুঙগী য়ুগতা পোকপা শিবগী লাই ওইনা লাৎলম্বা লমলৈমা চবুন অদু লৌউ-শিংউবগী সমাজ অমদা লৌউবগী লাইরেম্বী ওইনা লাই-তীনগী ৱাবী শাগৎলকপগী শকতম ওইনা ফৌওইবীগী মিথ অসি য়েংবা য়াই। লৌউ-শিংউবগী লাই ওইনা লৌরবসু মাগী হান্নগী লমলৈমা হেলোয় ওইনা লৈরম্বদু মাঙহনখিবা নৎতে।

ফৌওইবীদি মনিং তম্বী লমলৈমা লৈশাবী চবুনগী মশক ওইনা মৈতৈনা লাৎনবা লাইরেম্বীনি। মনিংতম্বা লৈশাবী নৎত্রগা লাইনুরা (virgin goddess) চবুনবু মৈতৈনা হেলোয় হায়নসু খঙনৈ। ফৌওইবী অমদি মতা পুন্না লাইবেম্বী তরুক অসিবু কোন্না তরেৎ ওইনা লৌরকই। কোৎকী লাই খুকম্বা মতমদা, মদুদা শোল্লিবা লাইশোন্দা লাইবেম্বী চবুন অসিবু 'হেলোয়' হাযদুনা মশক তাকই,

> অহানবদা অনম-অথৌ কোক্কনি। থোংদ্রিঙৈদা পোৎ পুন্নমক কৎকনি অদুগা অমুক থোংলগা লুক ২ কৎকনি। লাইনিংথৌ কৈরুংবগা লাইরেম্মাগা ২দা কোৎ মমাংদা লফুৎ থাগদবনি। য়েৎলোমদা লাই পাখং মাপলগী ফমফম ৯ থাগনি। হায়রিবা ফমফম অসিগা চাকলুক মচা অমমমগা কোন্ননা থাগদবনি। কোৎ মমাংগী থারিবা অদুদা লাইশোনদি, কাশা নোংথৌ লাইয়িংথৌ হেলোয় ৭ মকও। লাইরেম্মা হেলোয ৭ মক লাহান মখোয়না লৌতম শিংদমবিবনে। লৌরাং লৌতমবিরকপদা কৈরেন থনবা কুবিরমও। লাইয়িংথৌ কৈরুংবও মমিংদি নুংবী সানোই, নোইবী সানোই, তোংবি শানোই, ওকপি শানোই, পেংবি শানোই, হিংগ্রি তৎথা তুখিংলেন নঙ খিকথবিরকও, খৈয়ি খৈয়ি শাবি চজা নে-নে-নে সোললো।[১৩]

লাইশোন অসিদা লাইরেম্বী চবুন অসিবু 'লৌরাং লৌতমবিরকপা, লৌতম শিংদমবীবা' হায়দুনা মশক তাকলি। হৌজিক হৌজিকসু চীংগী লমদা লৈবাক তৌবদগী হৌদুনা লৌউ-শিংউবগী থবক পুমনমক নুপীনা পাংথোকলি। নুপীনা লৌউশিং উবগী থবক্তা মরুওইবা থৌদাং লৌবা হায়বসি খা-নোংপোক এসিয়াগী তোপ-তোপ্পা শকতম অমা ওইনা হৌজিকসু লৈরি।

১৩। ভারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ, ফৌওইবী খুরুম্বা, লা ১৯ - ২০

ফৌওইবীনা কোরৌ নোংগারমদাইদা 'লুৱাং য়ুমোই চাম্বগী য়িরান লোনলেন য়িম, য়িঙাংশং মতৈ য়িকেনশং, মতৈনা নাওফং ফানশংদা য়াতাসে হায়ববু হোইয়াদনা লমলেন পাৎলেনকোন খালনৈ লমলোংগৈ খোইমোম লাইফমলেনদা কৌৱৌ নোংকাখি।' মহাক্কী লমনৈমা ওইবগী মওং অদু কায়দনা লমহাং অমদা কোরৌ নোংগাখি।

মতাং অসিদা য়েংবা য়াবদি ফৌনা চরোং চুমনা পাললবদা, ফৌ অদুবু খাওদুনা য়ৈবদা ফৌওইবীগী তাইবং পুন্সী লোমখিবা অসিনি। ফৌওইবী মশামক মীওইবগী চিঞ্জাক ওইরিবা ফৌ পাম্বী অসিমকনি। মহাক্কী মশা অসিনা চাননবা ফৌ পাম্বী ওনখিবনি। ফৌ অসি চারগা মীওইবনা হিংলিবনি। অমরোমদা হায়রগা চারিবা পোৎ অসি ফৌওইবী মশামক অদুনি। চারিবা অসি হিংনবগীদমকনি। অসিগুম্বা মীনা মীশা চাবা (cannibal) গা মরি লৈনবা শিব অমদি হিংবগী থৌনি অসি মালনেসিয়া, আমেরিকা, ইন্দিযা অমদি ট্রোপিক্সকী লমদমগী অরিবা মতমগী মীওইশিংনা পাংথোকনরম্মী।

মীওইবগী লাই-তীনগী ৱারী শাগৎলকপা মতমদা লাইশিংনা নহাদা ওইদুনা শিবা নাইদনা পাল্লম্মী। মৈতৈগী ৱাবীদসু মীওইবনা চাক পাম্বীদগী চাক চদুম হেক্তুনা ফি পাম্বীদগী ফি হেক্তুনা পাল্লম্মী। নোংমা হনুবা হনুবীনা ফৌ শুরুবদগী অতিয়া অসি ৱাংখৎখি অমদি চাক পাম্বীদগী চাক হেক্তুনা চাবা ফি পাম্বীদগী ফি হেক্তুনা শেৎপা মতম অদু লোইখি। ফৌ শুবা অসি চকপা অন্দ্রো হরাওবদা খোংশুবা হায়দুনা শুমবন অমদা শুক শুদুনা নুপা নুপী পাদোংনবগী খুদম ওইনা লাই হরাওবগী অকবা লাইথৌ ওইনা পাংথোকই। চকপা ফয়েং হরাওবা নুমিৎকী নোংমা ৱাৎলিঙৈদা মাইবীনা ফিসেং-শেৎতুনা শবিক খিংদুনা মীতোপ অমতা চংহনদনা শুক শুমবন শিজিন্দুনা য়াম-শুবগী লাইথৌ অমা য়াম্না মরুওইবা থৌরম অমা ওইনা পাংথোকই। হনুবা হনুবীনা ফৌ শুরুবদগী অতিয়া অসি ৱাংখৎখি অমদি ফৌ শুদুনা চারগা পানবা হৌখি হায়বা ৱারী অসি মীওইবনা সেক্স হায়বসি খঙলকপদগী অশিবা হায়বসি খঙলকপগী মিথনি হায়দুনা লৌবসু য়াই। ফৌওইবীনা নুপা কয়াদা তাংথরম্মী, অকোনবদা লুৱাং নাম্বোই চাম্বদা তাংথরমলগা ফৌ পাম্বী ওইদুনা মীওইবগী চীঞ্জাক ওইখি। ৱারী অসি নিউ গীনিগী খাদা লৈবা মেরিন্দ-এনিম (Marind-anim) দা পাংথোকলম্বা নুপামচানা পাখং ফারকপগী থৌনি অসিগা চাংদমনদুনা য়েংবা য়াই,

. the boys' puberty rites, which terminates in sexual orgy of several days and nights, during which every one with everybody else, amid the tumult of the mythological chants, drums, and the

> bull roarers until the final night, when a fine young girl, painted oiled, and ceremonially costumed, is led into the dancing ground and made to lie beneath a platform of very heavy logs. With her, in open view of the festival, the initiate cohabit, one after another; and while the youth chosen to be last in embracing her the supporters of the logs above are jerked away and the platform drops, to prodigious boom of drums. A hideous howl goes up and the dead girl and boy are dragged from the logs, cut up, roasted and eaten. [১৪]

ফৌওইবীনা শিবা অসিনা মীওইবনা হিংলিবনি। সেক্স হায়বা অসিদগী মীওইবা অমুক পোকলকই। পোকপা শিবা অমদি হিংবা অহুম অসি অমগা অমগা থাদোকনবা য়াদবা মরি লৈনদুনা হিংলিবা মীওইবগী পুন্সি শক্তম অসিগী মীৎয়েংদা মীওইবগী লৌউ-শিংউবা মতমগী পুন্সি মরেল অদু শাগৎখি,

> . . . the interdependence of death and sex, their import as the complementary aspects of a single state of being, and the necessity of killing - killing and eating - for the continuance of this state of being, which is that of man on earth, and of all things of earth, the animals, birds, and fish, as well as man - this deeply moving, emotionally disturbing glimpse of death as the life of the living is the fundamental motivation supporting the rites around which the social structure of the early planting village was composed [১৫]

মীওইবনা লৌউ-শিংউবগী পুন্সি অমদা চংলকপদা হাৎপা অমদি হিংবা হায়বা মীৎয়েং অদুদা লাই অমবু হাৎলবা মতুংদা চিঞ্জাক পাম্বী ওনখিবগী, অমদি মালেমদা লৈরিবা চাননবা মহৈ-মরোং কয়াগী হৌরকফম ৱারী ওইনা লাই-তীনগী ৱারী শাগৎলকপা উবা ফংই। মসি মরুওইনা পোলিনেসিয়াগী আইলেন্দশিংদা ফংই,

> East of Indonesia, Melanesia and Australia, throughout the island - studded tringle of Polynesia - which has Hawaii at its apex, New Zealand at one angle, and Easter Island at the other

---

১৪। Pau Wirz. **Die Marin-anim von Hollandisch Süd-New Guinea,** Vol. II pp 40 - 44, In Joseph Campbell, **Primitive Mythology : The Masks of God**, 1991, p. 170 - 171

১৫। Joseph Campbell, **Primitive Mythology : The Masks of God**, 1991, p. 177.

- the mythologial image of the murdered divine being whose body become a food plant has been adjusted to the natural elements of an oceanic enviroment.[১৬]

হায়রিবা আইলেন্দশিং অসিদা লিন (snake) লৈতবনা ঙারিল (Eel) না লিন লাই নত্রগা লাইরেম্বীগী শক্তম ওইনা মিথোলোজি সাগৎলকই। লৈশাবী অমা ঙারিল অমখক থেংনবদগী মীরোনবদগী, খুলগী মীনা শাউদুনা ঙারিল অদু হাৎতোকখি। ঙারিল অদুগী মকোকনা য়ুবী পাম্বী ওন্দুনা হৌগৎলকখি অমদি অসুম্না য়ুবী হায়বসি ওইরকখি।[১৭]

হবায় আইলেন্দা মু'ও: (Mo'o:) হায়না খঙনবা লাই অমা লাৎলি। মু'ও: হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থদি lizard or reptile হায়বনি। হবায়গী মিথোলোজিদা লাই অসি ঙারিল নৎত্রগা লাইরেনগী মশক ওইনা লৈ। চাকতাংবদা চাদদুনা শিগদৌরবা মচানুপাগীদমক উলু(Ulu) না মু'ও: দা খুরুমজরগা থবায় থাখি। মহাক্না হায়জরম্বগী মতুং ইন্না মহাক্কী হকচাংগী তোঙান-তোঙানবা শরুকশিং অদু মখোয়গী য়ুমগী অকোয়বদা ফুমখি। মদুনা থৈবোং, লফোইনচিংবা মহৈ-মরোং মখল কয়া ওন্দুনা হৌগৎলকখি,

> On the very spot where she had buried her husband's heart, there grew a stately tree covered over with broad, green leaves dripping with dew and shining in the early sunlight, while on the grass lay the ripe, round fruit, where it had falled from the branches above. And this tree she called Ulu (bread fruit) in honor of her husband. The little spring was concealed by a succulent growth of strange plants,bearing gigantic leaves and pendant clusters of long yellow fruit, which she named bananas, The intervening space was filled with a luxuriant growth of slender stems and twining vines, of which she called the former sugar-cane and the latter yams; while all around the house were growing little shrubs and roots to each one of which she gave an appropriate name.[১৮]

অৱাং অমেরিকাগী ওজিব্ৱে (Ojibway) ত্রাইবকী মিথোলোজিদা মখোয়গী ঙাকপি-শেনবীবা লাই (great sprit) না চুপ্তজাক ওনখিবগী ৱারী লৈ। ৱুনজ (Wunzh) না

---

১৬। মথক্কী লাইবিক, লা ১৯০

১৭। মথক্কী লাইবিক, লা ১৯৬

১৮। Thomas Thrum, **More Hawaiian Folk Tales**, 1923, p 235

শাদানবা নৎত্রগা ঙা ফাবা নত্তবা, মীওইবনা হিংবা যাগদবা লম্বী অমা লাই অসিগী মফমদা নিজখি। মহাক্না মতম শাংনা চারা হেন্দুনা নিজবগী মতুংইন্না লাই অদুনা মীতোপ অমা ওইনা লাক্কুনা ব্রুনজগা লানথেংনখি। লান অদুদা লাই অদু শিখি। লাই অদুনা তাকলম্বগী মতুং ইন্না মফম অমা নিংথিনা শেমলগা অশিবা মশা অদু যুম্মজিন্দুনা থম্বা মফম অদুদা চুগজাক পাম্বী ওইনা হৌগৎলকখি।

> It is my friend", shouted the lad (Wunzh), "It is the friend of all mankind It is Mondawmin (Maize) We need no longer rely on hunting alone, for, as long as this gift is cherished and taken care of, the ground itself will give us a living" ১

চুগজাক হাযবসি আমেরিকাদা যৌগুন্না যাম্না মরু ওইবা চিঞ্জাকনি। আমেরিকাদা লৈরম্বা আজতেক (Aztecs) শিংনা লৈবাক্কী ওইনা অচৌবা কুম্মৈগা লোয়নননা চহি খুদিংগী সেপ্টেম্বর থাদা চুগজাক লাইরেম্বীবু পুজা তৌই। মখোযনা নুমিৎ তরেৎনি চারা হেল্লবা মতুংদা মীনাই লৈশাবী ১২/১৩ রোমদগী মশক মতৌ চঙখোনবী অমা খল্লগা লাইরেম্বীগী মতৌগুম নিংথিনা ফিজেৎ লৈতেংবীবগা চুগজাক লাইরেম্বী (Chicomecohuatl) শাহন্দুনা য়ুমথোং খুদিংগী থোঙ্গান খুদিং পুরদুনা জগোয় শাদুনা ঈশৈ শক্কুনা কুম্মৈ তৌই। নুমিদাং য়ৌরবদা চুগজাক লাইরেম্বীগী লাইশঙদা মৈবা থাঙ্গৎতুনা পুং শেন যৈদুনা কুম্মৈ তৌই। কুম্মৈ অদুগী মপুং ওইবা শরুক ওইনা কুম অদুগী লোকলুবা মহৈ-মরোং মখল-মখা অয়াম্বা পুরক্কুনা লাইশঙ অদুদা উনা শাদুনা থম্বা চুগজাক লাইরেম্বীগী মাঙদা পৈদুনা থমলে। অহিং নোংয়াই য়ৌরবদা মহৈ-মরোং থন্না হাপলবা দোলাই অমদা চুগজাক লাইরেম্বী শারিবা নুপীমচা অদু তোংহল্লগা চুগজাক লাইরেম্বীগী মমাঙদা থমদুনা মহৈ-মরোং পীবীবগীদমক চুগজাক লাইরেম্বীবু থাগৎপা ফোংদোকপগী লাইশোল কয়া শোল্লি। মদু লোয়রগা নুপীমচা অদু কুমহল্লগা মফম অমদা পোত্থাহনখ্রগা মীয়ামনা অহিং তুমদনা লাইশঙদা লেল্লি। নোংঙাল্লবদা নুপীমচা অদু অমুক হন্না মহৈ-মরোংগী দোলাই অদুদা হাপলগা অচৌবা সভা যাত্রাগা লোয়নননা লাইনিংথৌ (Huitzilopochtli)গী মফমদা পুদুনা চৎলুই। মদুদগী অমুক হন্না চুগজাক লাইরেম্বীগী লাইমাঙ তান্না পুদুনা হল্লকই। মফম অদু য়ৌরবদা লাইরেম্বী শারিবা নুপী মচা অদু দোলাইদগী কুমথহল্লগা মহৈ-মরোং মপৈ অদুগী মথক্তা কাখৎলবদা অহলশিং, অঙম-অথৌশিংনা নুমিৎ তরেৎনি চরা হেনদুনা অরাবা খাংদুনা

১। Mentor L Williams,( ed ), **Schoolcraft's Indian Legends**, 1956, pp 58 - 60

*ইরাৎচবগী খুদম ওইনা মশা মশাগী মনাদগী লেনথৎচদুনা তাহনবা ঈ হাপ্পা তেংঙ্গোৎ অমমম পায়দুনা পরেং শানা লেপলে। মখোয়না লাইরেম্বী শারিবী নুপী মচা অদুগী মমাঙদা খুরুখুদক কুন্দুনা খুরুমজরগা তেে াৎতগী ঈ অদু হৈথদুনা কৎলি। নুপী,* অঙাং য়াওনা অসুম্না মরি মরি চঙদুনা অহিং অদু লেল্লবা মতুংদা কুম্মৈ অদুগী অরোইবা শরুক অদু য়াওরুনবা লাইশঙদা পুল্লে। মীয়াম অদু পুল্লবদা নুপীমচা অদু মহৈ-মরোং মপৈ অদুদা তুহল্লগা মাইবা অমনা নুপী মচা অদুগী মঙক ককতুনা হাৎলি। ঈ অদু খুদেং অমদা য়ারগা চুগজাক্কী উগী লাইবেম্বীদা থিকচিনদুনা কৎলি অমদি লৈমায়দা পৈরিবা মহৈ-মরোং, লাইশঙ, ফকলাং পুমনমক ঈ অদু থুংনবা চাইথোকই। মদুগী মতুংদা অশিবা হকচাং অদুগী মউন অদু খোকতৎলগা মউন অদু মাইবা অমনা লিৎশিল্লি। লিৎশিনবা লোইরগা লাইরেম্বী শারম্বা নুপীমচা অদুনা শেৎলম্বা ফিজেৎ-লৈতেং পুমনমক মাইবা অদুদা শেৎচিন-শিজিনবীরগা (লাইরেম্বী অদু অমুক হিংগৎলকতুনা) মীয়ামগী মাঙদা থোক্তুনা জগোয় শাদুনা, মীয়াম পুমনমক জগোয় অদু য়াওদুনা পুঙ, শেন য়ৈদুনা কুম্মৈ অদু লোয়শিল্লি।[২০]

ফৌওইবীনা কোরৌ নোংগারমদাইদা অসুম্না হায়রম্মী - 'হয়েং লাংহৈ কুম ওল্লক্রবদা তেকপি ওকমোম অমুবিনা কৌচৌও। লোইদাম থা ওল্লক্রবদা কাইরে য়েনমোম অমুবিনা কৌজৌও'। চীনা অমসং খা-নোংপোক এসিয়াদা ওকপু ইরাৎ-থৌনিদা য়াম্না মরুওইনা শিজিন্নৈ। অরিবা মতমগী গ্রীক্কী লৌউ-শিংউগী লাইরেম্বী পরসেফোনে অমসুং দেমেতের (Persephone and Demeter), ফ্রিজিয়া (Phrygia) গী লৌউ-শিংউবগী লাই অতিস (Attis), ইজিপ্টকী তাম্মুজ অমসুং ওসিরিস (Tammuz and Osiris), আইরিসকী ফুঙ্গা ৱারী অসিনচিংবা কয়াগী মিথোলোজি অমসুং ইরাৎ-থৌনিদা ওক হায়বা শা অসিগী মরু ওইবা থৌদাং য়াওরি। মতাং অসিদা নিউ গীনি (New Guinea) গী নোংচুপতা লৈবা কেরামগী (Ceram) কী মিথোলোজি অমা য়েংবা য়াই। কেরামগী লাই নুরা অহমগী মনুংদা অমা ওইরিবা রেবিয়া (Rabia) বু নুমিৎ তুৱালে (sunman Tuwale) না লুহোংবা পামজরম্মী। রেবিয়াগী মমা মপানা মচানুপীগী মহুৎতা অশিবা ওক অমা লুহোংবগী ফমুংদা থমজিল্লম্মী। নুমিৎনা শাওদুনা রেবীয়াবু লৈনুংদা পুৎথহনখি। রেবীয়াগী মীশিংনা ফনা হোৎনদুনসু মহাকপু কনবা ঙমলমদে। মঙক য়ৌনা পুৎথরকলবদা রেবিয়ানা ওক অমা হাৎলগা শিবগী চাকলেন অমা পাংথোকপিয়ু অমদি নুমিৎ হুমনিগী তুংদা অতিয়াদা

২০। Sir James George Frazer, **The Golden Bough** (one-volume edition), pp. 589-91

মঙাল ওইনা ঙাম্লগনি (হম্লকনি) হায়জরমলগা শিখি,

> .. That was how the moon-maiden Rabia instituted the death feast. And when her relatives had killed the pig and celebrated the death feast for three days, they saw for the first time the moon, rising in the east. [২১]

পরসেফোনেবু পতালগী নিংথৌ হেদেস (Hades) না মাগী রানী হাপনবা পুদুনা চৎখ্রবদা মমা ইবেম্মা দেমেতরনা মচানুপী গী খোঙ্গুল লিরকপদা ওকী খোাুলশিং পরেং শানা তাদুনা লৈরম্বা থেংনখি। মচা কায়নবগী মৈনা ঙাওরবী দেমেতরনা শাপ তৌবদগী মালেমদা হৈরাং লৈরাং অমতা উখিদ্রে, পুমনমক কংখ্রে। মমৈথংদা জিয়ুসনা হায়জবদগী অশিবগী লাইনিংথৌ হেদেসনা থা তরুক্কী ওইনা পরসেফোনেবু মমাগী মনাক্তা থারকখি। পরসেফোনেনা মালেমদা অমুক হল্লক্তুনা মমাগা উন্নরবদা, হৈ-লৈ পুম্নমক শাৎলকখি, মালেম অসি মহৈ-মরোংনা থনখি। দেমেতরনা মচা কায়নবগী অৱাবা অমদি মচানুপী হল্লকপগী অমুক নুংঙাইবা ফোংদোকপগী ইরাৎ-থৌনি ওইনা লৈকুৎ অমদা ওক থাদদুনা অশিবগী লাইদা কৎলি। ইরাৎ-থৌনি অসিবু মরু-মরাং হুনব মতমদা থেসমোফোরিয়া (Thesmophoria) হায়না কৌদুনা কুম্মৈ অসি নুমিৎ হুমনি চুপনা পাংথোকই। অহানবা নুমিৎ অসিবু কথোদোস (Kathodos) হায়বদি লৈনুং চংখিবা (downgoing), অমসুং অনোদোস (Anodos) হায়বদি মথক কারকপা (up coming) হায়দুনা খঙনৈ। অনিশুবা নুমিৎ অদুবুনা নেসতেয়া (Nesteia) হায়বদি চরাহেনবা অমদি অরোইবা অহুমশুবা নুমিৎ কালিজেনেয়া (Kalligeneia) হায়বদি পোকপা (fair-born or fair-birth) হায়দুনা খঙনৈ। অরোইবা নুমিৎ অসিদনি ওক কৎলিবসি। [২২]

মালেনেসিয়াগী মালেকুলা (Malekula) আইলেন্দদা মী অমা শিবদা ওক অমদি শোয়দনা কৎলি। অশিলৈবাক্কী থোঙাকপী লাইরেম্বী অদুদা মী অদুগী মহুৎতা ওক অদু পিজনবা কৎলিবনি। ফৌওইবীনা 'হয়েং লাংহৈ কুম ওললকলবদা তেকপি ওকমোম অমুবিনা কৌচৌও, লোইদাম থা অমা ওললকলবদা কাইরৈ য়েনমোম অমুবিনা কৌজৌও। থাংয়ি হোংঙিগীদি হোংনা ঙমদা লোইমোম চাওয়িগীদি চাওনা ঙমদবীনা লনকুবিরগনিয়ে' হায়না তাকপিরমলিবা অসি ফৌওইবীনা মালেমদা অমুক হল্লকনবা তাকলম্বা ইরাৎ-থৌনিনি।

২১। Joseph Campbell, **Primitive Mythology: The Masks of God**, 1991, p 176
২২। মথক্কী লাইবিক, লা ১৮৩ - ১৮৫

ফৌওইবী হায়বা লাইরেম্বী অসি হৌজিক হৌজিক মৈতৈনা য়াম্না লুনা লাৎনরিবা লাইরেম্বী অমনি। কুম খুদিংগী ফৌনৌ কারকপা মতমদা কোৎ খুদিংমক্তা ফৌওইবীগী মশক ওইনা চফু অমা থমলগা কুম অমগী অনৌ-অপেন, শবেং-নচিংবা ঙা চাক কৎতুনা খুরুম্নরি। মসিগা লোয়ননা কনাগুম্বনা ফৌ য়েরিঙৈ মতমদা কোল, মৈ, থাঙনচিংবা পুখৎলুবা নৎত্রগা হুই হৌদোংনচিংবা কারকপা থোকলবদি **ফৌগৌরোল** শক্তুনা লাইরেম্বীবু তাইশিল্লি।

লৌ উবনা লবুক্তা লৌ য়েবা মতমদা কোল, মৈ, থাঙনচিংবা, পুখৎলুবা, নৎত্রগা শল, হুই, হৌদোংনচিংবা কারকপা থোকলবদি মতম অদুদা তাইরেল পুংফাইনা ঈশিংদা লুপ্তুনা চাইথোকনৈ। কোৎতা কোল,মৈ, থাঙনচিংবা পুখৎলুবা অমসুং কোৎনা কাইরক্লবদি অনম্বা লৈবা কৌবে। মবম অদুনা লবুক্তা খোইশাবা, কোৎতা লৈশৌনচিংবা শৌরবা, লবুক্তগী মীনা হুখিবা, কোৎতগী হুখিবা, ফৌবৈদগী মৈনা চাকখিবা অসিনচিংবা ফৎতবশিং অসি থোকলবদা থৌনিরোল অসিনা থৌনিরগা কোই। [২৩]

অসিগুম্বা ফৌওইবীগী তেবু (Taboo) শিং অসি ফৌওইবীনা কোইনা চৎতুনা খুম্থোকপদা থেংনরকপা ৱাফমদা যুমফম ওইদুনা শাগৎলকই। মসিনা মণিপুরগীতা ওইবা তোঙানবা মশক অমা পীরি। অদুবু ফৌওইবীনা কোল, মৈ, থাঙ, শন, হুই, হৌদোংবু তেবু ওইবা অসিনা মণিপুবদা মীওইবনা কোল, মৈ, থাঙ শিজিন্নদ্রিঙৈ অমদি শন, হুই, হৌদোং য়ুমদা লোইবা হৈত্রিঙৈ যাম্না লিববা যুগতগী লাইরেম্বী লাৎপগী মওং লৈবকলে হায়বা যাই।

ওসৱাল্দ মেনঘীন(Oswald Menghin) না চীনাগী নোংচুপথংবা সরুক্তগী ওক লোয়বগী কলচর অসি নকনবা লৈবাকসিংদা মথং মথং সন্দোকখি অমদি ইউরোপ, নিয়ার ইষ্ট অমসুং অফ্রিকা য়ৌনা সন্দোকখিবনি হায়বা ৱাফম পুখৎখি। নোংপোক মায়কৈদদি ওক অমসুং হুইগী মতুংদা শন, ইরোই, হামেংনচিংবা শাশিং লোয়বা হৌখি। মরম অদুনা শন, ইরোই লোয়বা হৈরবা মতুংদসু ইরাৎ থৌনিদা ওক অসি য়াম্না মকওইবা মফম লৌদুনা লৈখি। ওক অসি য়েক তরেৎকী তোতেম এনিমেলসিংগী মরক্তা য়াওদে। অদুবু চীংগী অহোংয়ুমশিংগী য়ুমমায়দা ওক লাবগী মকোক হক্তুনা হাপলি। তেংবান মপু অতিংকোক সিদবগী মসক ওইরিবা সনামহিগী সায়োন ওইনা ওকলাবা পুকচাওনা কংলাগী উরেপ উখুল সোয়বদগী থোকলগদবা অৱাবদগী কনবিখিবগী মিথ **কংলা-লোন** দা য়াওরি (নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, ১৯৬৯ ঃ ৬৭)।

২৩। ভারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ, **ফৌওইবী খুরুম্বা**

ফৌ য়েবা মতমদা মাগী মাগী লৌপু অদুনা লবুক্তা ফৌওইবী খুরুমলিবা অমদি ফৌ কারকপা মতমদা কনাগুম্বনা সরেং অমসুং ঙাপাং য়াওনা অথেনপোৎ সেম্‌দুনা ফৌওইবীবু ওকলিবা অসি নত্তনা অককনবা নুমিৎ অমা নাইদুনা ফৌওইবীবু লাৎপগী থৌরমদি হৌজিক্কী মৈতৈনা পাংথোকত্রে। অদুম ওইনমক ইমোইনু অহোংবীবু ৱাকচিংগী ১২নি পানবদা সরেং নৎত্রগা ঙা অঙৌবা অমগা অথেনপোৎ কৎতুনা লাৎপগী মওং অমা চহি তরামুক অসিদা য়ান্না কন্না চৎনরকলি। কবুইনা ৱাকচিংগী ১৩ নি পানবদা গানঙাই পাংথোকই। খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎত্রিবা কবুইনা হৌজিকসু কুম্মৈ অসি খ্বায়দগী মরুওইবা লাইগী থৌরম ওইনা য়ান্না চেকসিন্না পাংথোকলি। থৌরম অসি নুমিৎ মরিনি চুন্না পাংথোকই। য়ান্না সন্না মখাগী অসুন্না থম্বা য়াই,

গানঙাইগী থা (ৱাকচিং) হেক থোকপা নুমিৎ অদুদা ৱাখং ফান্দা পাখংসিংনা গোইচৈ কপিৎমৈ কৌদুনা সন্দং মচিনা খোংই।

...ৱাকচিং থাগী ১৩ নি পানবা নুমিৎকী নোংযাই মতুং পুং অমা তাবা মতমদা অহল অমবু পাখং ফান্দা কৌরগা য়েরুম অনি, সিং মতুম অনি পাখং ফানগী থৌবুনা অহল অদুদা পীগনি। অহল অদুনা য়েরুম অমসুং সিং মতুম অদু লৌরগা খুনগী অৱাং অমসুং খা-থংবা পনথোং য়ৌনা চৎলগা কৎলগা খুন অদুবু কোনবিরিবা লাই বম্বুদা কুম্মৈ ঙসিদগী হৌরে, ঙাকপী সেনবীয়ু হায়জদুনা থৌনিবনি। নিনি চনবা নুমিৎকী নোং হেক ঙানবগা পাখংফানগী পাখংসিংনা হান্না খন্দুনা থমলবা খ্বায়দগী ফজরবা ওক লাবা অদু ফারগা ঈশ্বরগী মিংদা সোল্লগা হাৎকনি। অহলসিংনা ওকপৈ য়েংগনি। ওকপৈ য়েংবা লোয়রগা পাখংসিংনা ইনসাং থোংগনি। ওকসা অদু থোংবা লোইরগা কনাসু চাবা হৌদ্রিঙৈদা 'নপলাও হোই থাওমৈ' কৌবা ময়ামগী অপুনবা লাইসোন অসি খোনথাং মরিসুনা হায়বদি ১) রোকতন ২) রোককুই ৩) রোকনা অমসুং ৪) রোকতুং কৌবা 'হোই' অদু পাখংফানগী নুপা পুন্নমক্লা লাওগনি। হোই লাওবা লোয়রগা থৌবৈ কাবা অহল ময়াম অদু কৌরকলগা, অহন অমদা য়ুপান থানবা য়ুকোক অমা পীগনি। য়ুপান থাবা, চাকপান থাবগা লোইননা ময়ামগীসু চানবা থৌরাং তৌদুনা ময়াম চামিন্নগনি।

নুমিৎ অদুগী নুংথিল পুং অহুমলোম তাবা মতমদা 'হোইগমমৈ' পাংথোকনবা খুনগী নুপা ময়াম খুনগী থেনবুংদগী হৌনা হোই লাওরগা খুনগী খা অমসুং অৱাং থুংনা চৎতুনা হোই লাওদুনা অনিরক কোইরুরবা মতুংদা খুনগী থেনবুংদা হোই লোয়সিনগনি। খুনগী খুনবুনা ইহান হান্না নুঙ হুনগনি। অদুদগী পাখং ময়ামনা নুঙ হুনবা তান্নরগনি।

...মাংজোং তান্নরগনি। অরোইবদা 'হোইদাই' কৌবা হোই অদু খুলগী থেনবুংদা লাওদুনা লোইসিনগনি। অদুদগী যুমনাক খুদিংদা পাখং নহাসিংনা মৈবা চিংদুনা মৈ অনৌবা থোকহনগনি।

গানঙাইগী অনিসুবা নুমিৎকী অয়ুক্তা 'তমচন' অমসুং 'ঙাইদাই' হৌগনি। পাখংলাকপা অনিনা অথেনপোৎ পাখংফানদা পুরক্কনি। নুংথিন্দনা 'তমচনমৈ' পাংথোক্কনি। মসিদা পাখংসিংনা ঈসৈ সকলগা নুপী লৈসাবীসিংনা জগোয় সারগা লোইসিল্লি।

গানঙাইগী অহুমসুবা নুমিত্তা 'লোংকুমৈ' কৌবা থৌরম পরেং অমা পাংথোক্কনি। লোংকুমৈ হায়বা থৌরম অসিদি পাখং ফান্দগী চান-থরুবা পোৎ খর পুরগা লমহাং অককনবা মফম অমদা হোই লাওদুনা ঈসৈ সকলগা লৈসা ময়ামবু জগোয সাহল্লবা মতুংদা পুথোকলিবা মচা অথক ময়াম অদু য়েন্নদুনা চারবা মতুংদা খুন্দা অমুক হনজিল্লি। মতুংদা 'ফাকগংতুমৈ' কৌবা জগোয় ঈসৈগী কুম্মৈ অদু পাংথোকই।

মবিনি সুবা অবোইবা নুমিৎ অসিদি খুনগী থৌবৈ কাবা অহলনা পাংথোকপা যান্না মবকওইবা থৌবমনি। য়ুমনাক খুদিংগী যেন অমমম থৌবৈদা থিল্লক্কনি। থৌবৈনা যেনসিং অদু পুদুনা খুনগী অৱাংথংবা পনথোংদা যেনসিং অসি তিংকাও রাগোং, সাগৈগী অপোকপা তরেৎ বিসুনু, নপসিনমৈ, কবাংঙোং, চোনচাই, চরাফিলোংমৈ, কোক্রৌমৈ, কবাংগোং অমদি খুলগী অকোযবদা লৈবা লাই দিমৈ অমসুং বম্মুবাদা কৎনবা লা থাদুনা অমদি লাকোন অমমমসু য়ুংদুনা থৌবাং তৌদুনা থম্মী। সীং মতুম তংখায অমমম লাদা হাপলবা অমসুং য়ু হৈদুনা যুপান থারবা তুংদা খ্বায়দগী ফজবা যেনবা অমা খল্লগা 'হোই' লাওদুনা কৎলগা হাৎলি। থাদুনা থমলিবা লা খুদিংদা য়েন অমমম কৎতুনা হাৎলি অমদি লাতোন খুদিংদা ঈ তাহনদুনা কৎলি। তিংকাও রাগোং গীদমক্তা য়ুংদুনা থমলিবা লা অদুদা লা মচেৎ মঙ্গ তবক সেৎতুনা হন্না হাপচিন্দুনা থম্মী। থৌবম অসিবু 'রারেন লৌসোকমৈ' হাযনসু খঙনৈ (মকলুং বোংমৈ ঃ ১৮৮৩, লাঃ ৫৫-৫৮)।

মিথোলোজি হায়বসি অমুক্তং সেমখ্রগা, পান্দম অমা ফংখ্রগা লোয়খ্রবা অসিবা ৱারী নত্তে। হোংলক হোংলকলিবা খুন্নাইগী পুন্সী মওং মওং অদুগা চাসিন-চুসিননা মিথোলোজিসু চাউখৎলকই, মসা মবেং ফনদোবকই; অপিকপা মউদগী অচৌবা মউ ওল্লকই। অদুবু হান্নগী পাম্বীগী মসক অদুদি মনুংদা লেংদনা লৈহৌই। নুঙগী যুগকী অসিবগী লাইরেম্বী চবুননা লৌউবা খুন্নাইগী ফৌ, ঙা, থুম, নসিংনচিংবা হিংবদা চঙবা পোথোক পুথোকপী ওইরক্তুনা, মীনা খুনবান্দুনা পাল্লবদা মখোয়বু য়ুমগী লাই ওইনা

লাৎলকপা অমদি চবুননা অপুনবা মসক ওইনা লৌরকপা, মপানা মকোক ওইবা খুন্নাই ওইরকপগা লোয়ননা মমা লাইরেম্বীগী মহুৎ মপা লাইনিংথৌ অমনা সিল্লকপা হায়বসি ওল্লকলিবা খুন্নাইগী য়াওনশিংনা মথন্ত পুজরকপা মহৈনি। কবুইগী সাগৈগী অপোকপা তরেৎকী মমাদি চরা দিদিমপুনি। মৈতৈগী য়েক তরেৎকী মতৌগুম মখোয় তবেৎ অসিসু মমা খংবা কাংবুনি। গান ঙাইগী ইরাৎ থৌনি অসি তেংবান মপু তিংকাও রাগোংগী মিংদা ওকলাবা অমসুং য়েন লাবা ওইনা কৎতুনা পাংথোকলবসু ফৌওইবীনা তাকলম্বা মতুংইন্না ফৌওইবী অমুক হল্লকনবা পাংথোকপা ইরাৎ থৌনিগী খ্বায়দগী নরুবা, হৌজিক ফাওবা লৈহৌরিবা অমদি পাংথোকলিবা থৌনিদি গানঙাই অসিনি। ৱাকচিং থা অসিদা মৈতৈনা লাৎলিবা ইমোইনু অহোংবী অসি ফৌওইবীগী চবুন অদুনি। বাকচিং থাদা কোৎতগী ফৌ খায়দনা মওং অমদা ফৌওইবীগী ইরাৎ থৌনি অসি হৌজিকসু পাংথোকলি। গানঙাইসু ৱাকচিংগী নোংমা পানবদগী হৌখ্রবনি। ফৌওইবীবু ওক য়েন কৎতুনা অমুক কৌজবগী থৌনি অসি লাই হরাওবগী থৌরমসিংদা মাংবা লৈতনা য়েৎসিন্নদুনা য়াওরি। থৌরম অসি লাই হরাওবগী অহৌবগী সরুক ওইনা থমলি।

চকপা অৱাং সেকমাইগী লাই হরাওবগী লাই ইকৌবা কারকলগা ওক অমা য়েন অমা, ওক অমনা সবাং ওইনা কৎতুনা হাৎলি। সাসিং অদু থোংদুনসু কৎলি। নুমিৎ অসিগী নুংথিলগী থৌরমদা লাইহৌগী সরুক অমা ওইনা পুকয়ু, ৱাইয়ু অমদি লৈয়ু কৎলি। অমদি মাইবনা হোই লাওরগা নহাসিংনা খুমদুনা হোই লাওবগী মতাং অমসু য়াওরি। অন্দ্রোগী লাই ইকৌবগী নোংঙানবা নিনিচনবগী অয়ুক অঙনবদা ওকলেন লাবা অচৌবা অমা পনম নিংথৌদা কৎচদুনা হাৎলি অদুগা নিংথিনা মৈদা লৌরগা লাইদা কৎলগা ময়াম চামিননৈ। হুমনি চনবা নুমিৎতসু ওকলাবা অমা খালৈ অয়াকপা ৱাংলৈ অথুম্বা য়াওনা লাইনিংথৌদা সরেন চনলি। ফয়েংগী নিনি চনবগী অয়ুক অঙনবা নুমিৎ থোক্লিঙৈদা ওক অমগা য়েন ১৫ গা সরেন চল্লি। নিংথিনা থোং লবা তুংদা চকপা অরিবা সৱাং অসুপ্পা চকপা পোকপা সোরারেলদা পুকয়ু, ৱাইয়ু অমসুং লৈয়ু য়াওনা কৎলবা মতুংদা ময়াম য়েননদুনা চামিন্নৈ।

মোইৱাং, ককচিং অমসুং কংলৈগী হরাওবদা মৈ চঙবা পোৎ কৎপা য়াদবা, ঙা কৎপা য়াদবা অসিনচিংবা কয়া লৈখ্রে। অদুবু অয়াম্বনদি সরেংগা ঙপাং অমা য়াওরগা কৎলি। সাগৈগী অপোকপা খুরুম্বা অমদি লাই চাকলেন কৎপদা সরেং কৎনরি। মসি ধর্ম্ম ওল্লকপগী মতুংইন্না ওনখিবনি। 'হোই' লাওদুনা তেংবানগী মমা নৎত্রগা মপাবু খুরুমজবগী মওং অসিদি চীং তম অনিমক্কী হরাওবদা ঙসিসু হোংবা লৈতনা চপ মান্নবা লৈরি।

# ২ (৩) খোংজোমনুবী

মীওইবনা লৌউবা হৈবক্তুনা, চাননবা মক-মবাং মতিক চানা পুথোকপা ঙমলকপদগী ইংনা পোখাদুনা বাখল খন্নবা মতম ফংলকই। অহাংবা অতিযাদা যেংদুনা থৱানমিচাক্কী মবমদা থিজিনবা, মহৌশাগী তোঙান-তোঙানবা শক্তমশিংগী মবমদা থিজিনবা, নৈনবা, ৱাহং কযা হংবা হৌবকই

অসিগুমবা মীওইবগী খঙনিংবা থিজিনবা মতৌ অমদি মখোযনা ৱাবী কযা শেমগৎতুনা মখোযগী ৱাহংশিংগী পাউখুম পীনবা হোৎনবকপগী মতৌ অদু খোং জোমনুপী তকক্কী বাবীদা উবা ফংই। মণিপুবদা নোং খ্বাইদগী চুবা মতম অসি ইঙা, ইঙেল, অতিযাদা খোংজোমনুবী চকুন থোকললকপা মতম অসিনি। হাযবিবা মতম অসিদা হবিনোংনাং মযাম থোকলকপা মতাংনি। ইঙা থা যৌবকপদা লৈবাক অসিগী মাইকৈ মবিমক্তা শন্দোক্তুনা লৈবিবা পংৱাং বাংদবা চীংশাং নাপোম পুমনমক্তা অমুবা নোংনা কুপশিল্লকপা, লেপ্পা লৈত্রবা নোংগী ইবিকনা জম জম লাউনা নুংশিববা খোনজেলগী তান অমদা অতিযা মালেম অনিমক অমতা ওইববগুম উবা ইঙা থা অসিবু ৱাকমা কনাগী থম্মোইদা মতম কুইনা কাযনখ্রবা নুংশিবা অমবু উবা ফংজবগুম ফাওখি। নুমিদাংবাইগী মতমদা হবিনোংনাংনা খোংলকপদা নিংবা থুংখিদ্রবা শানৌ কনানা তেংথাবগুম, পলেম শেৎনববা কনাগী মীকপখোনগুম তাখি। অসুম্না শেমগৎখি, কোবৌ নোঙ্গাখ্রবী খোংজোমনুবী তকক্কা চহি অমগী মনুংদা অমুক্তং কোবৌদগী মালেমদা কুমথবকলগা মশাবী হাওকু পাখংশিংগা উন্নদুনা মচা হবিনোংনাং পোকলম্বা অমদি মমা কাযনহৌববা হবিনোংনাংনা মমাবু কৌ কৌদুনা কপহৌবগী ৱাবী অসি।

লুৱাংগী লৈশাবী তকক্কা ঙা লৈবা চৎপদা ঙা ফাবা হাওকু পাখং তকক্কা ঙা ফাফম শোযদা অহিং লেকমিন্নকই। নোংঙাল্লগা মযুমদা হল্লকপদা লুৱাংগা'চাবৌ-মৌবৌনবা যাদবা জাৎ হন্থবা হাওকু পাখংশিংগা অহিং লেকমিন্নকুবগী দন্দি

ওইনা লুৱাংগী কাংবুনা লৈশাবীশিংদু ইম্বোকখি। লৈশাবীশিং অদুনা কোরৌ থক্তা কাদুনা লাইনিংথৌ সোরারেন্দা ৱাকৎলুরে। হাওকু পাখংশিং অদুগা লাইরৈপাক্তা পানমিন্নজগে হাইজরে। সোরারেন্না লাইরৈপাক্তদি তাইবং মীনা মতু-মৱা ওইদুনা পান্নবা যাদে। অদুমকপু হয়েং কুম হৌদুনা ইঙা থা পানখৎলকপদা নোংমা নুমিৎ অমতংদি মালেমদা কুমথদুনা হাওকু পাখংশিংগা উনদুনা মচা হরিনোংনাং পোকলু হায়দুনা য়াথং পীখি। খোংজোমনুবী তরুকপু সোরারেন্না অতিয়াদা থৱানমিচাক চবুন ওইনা লৈহনখি।[২৪]

লুৱাং চনু তরুক্কী মমিং 'খোংচোমনুপী নোংকারোল' দা অসুন্না পীরি,

১। আমাতি লুৱাং পুনশিবা চানুনে।
২। অনিসুবা মামিংদি খোমথোক মারই মাপা চনু কৌয়ে।
৩। আহুম সুপাতি তোংচেং নুরাপীও কৌয়ে।
৪। মরিসুবা মামিংতি য়িংঙেল নুরাপী কৌয়ে।
৫। মঙাসুবা মামিংতি ঙালনুরোল লওশিকাম চনুও কৌয়ে।
৬। তরুকসুপা মামিংতি লুৱাং পুতাংখোয়পা চানু লইমা য়াংতাউ আতাউপীও তৌনা কৌয়ে।[২৫]

হাওকু পাখং তরুক্কী মমিং অসুন্না পীরী,

১। আমাতি হাওকু হুয় ওক ৱালপা-ও তৌনা কৌযে।
২। আনিসুপা মমিংতি আতাম শোয়শেলপা-ও তৌনা কৌয়ে।
৩। অহুমসুবা মমিংদি মুইয়িঙ য়াইশিঙ লোয়-ও কৌয়ে।
৪। মরিসুপাকি মামিংতি হাওকু পাখং-ও তৌনা কৌয়ে।
৫। মাঙাসুপকী মামিংতি হাওকুচা হুয় ওক ৱানপা-ও তৌনা কৌয়ে।
৬। মালচা মৱা ওইপা তারুকসুপাতি হাওকু নাপ-ও তৌনা কৌয়ে।[২৬]

লৈশাবী তরুকনা ঙা লৈবা চৎপা, অহিং অমা মমা মপাগী অয়াবা য়াওদনা মনিংতমনা হাওকু পাখং তরুক্কা অহিং লেকমিন্নরুবা মওং অসি হৌজিক ২০ সুবা চহিচা লোইরমদাই অসিগীমোরেলিতিগী মীৎয়েংদগী নৈনবা চুমলোয়। লৈশাবী তরুকপু লুৱাংগী মমা মপানা অসুন্না চৈখি।

২৪। মোইবাংথেম নরেন্দ্র সিংহ, খোংচোমনুপী নোংকারোল, ১৯৬৫ লা ৩৩ -৫৬
২৫। মথক্কী লাইরিক, লা ৩৪
২৬। মথক্কী লাইবিক, লা ৩৫

> খোয়নৌ নুংপাল চানু তারুকমাসু মাপলকি মারাল যায়তা ৱাইথুংলোরাপতা মপল পুমনা হওনা মাতু পাক্লা তাইনা ৱাতা থিঙামএ। য়ীমোম নঙখোয়পু পঙ্খৌ ৱাবক খোনপু হেকতেকপী পল্লেম চিলকোয় থৌখাম খোলপু নাচুং তাপী, পানম হেকমায় কাপী ৱানাই চৎনতাপু থৌথিং ঙমতাপী নঙখোযপু লোইপী হাওকু আশোযপা হেমপা আমাংপা শিঙঙেল নাতিক নৎতাপপু কারিকি তাংথালুপানো হায়না মপল আঙনপানা ৱাওইরমএ।[২৭]

মথক্কী ৱাফম অসি মুন্না য়েংলগা লুৱাং চনু তরুকপু মমা মপানা ইঙ্খোকখিবসি লোইপী হাওকু আসোয়পা, হেমপা অমাংবা কাংবুগা লৈমীন্নরুই হায়বগী ওইনা তৌই।

লুৱাংনা হাওকুবু অমাংবা অশোয়বা কাংবুনি হাযনা লৌদুনা চারৌ-হায়বদু ৱাবী অসিদগী খঙই। হাওকু নৎত্রগা হাও হায়রগা করম্বা কাংবুবু কৌবগে হাযবসি মীৎযেং অনিদগী যেংবা য়াই। অহানবদা ইথনোলোজিগী মীৎয়েংদগী হৌরকফম তিননদবা, তোঙানবা মীওই কাংবু অমবু খঙনবা । অনিসুবদা পুন্সী মওং তিন্নদবা হাযবদি ওক, য়েন, হুই, য়ুমদা লোয়দুনা চিঞ্জাক ওইনা শিজিন্নবা, অসিগুম্বা চাকচা মওং অসিদা হিংবা কাংবু অদুবু খঙনবা অসিনি । অনিসুবগী মীৎয়েং অসিদগী হিন্দু মৈতৈ নত্তনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎহৌদ্রবা, হিন্দু ধর্ম্ম চৎত্রিঙৈ মমাংগী পুন্সী অমদি চাকচা মওং অদুদা চৎথদুনা লৈবা কাংবু অদুসু খঙনরি। মীৎয়েং অসিদগী মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌদ্রিঙৈগী মতমবু হাওদৌনা হিংলম্বা নৎত্রগা লৈরম্বা হায়নসু খঙনবি। অঙনবা মতমদা প্রোতো মৈতৈনা হাও হায়রগা অহানবগী অর্থ অসিগী মতুং ইন্না কাংবু অমবু খঙনৈ। হায়বদি হৌবকফম তিননদবা কাংবু খুদিংমক হাও কৌবা নত্তে। মখোযনা হাও হায়রগা খঙনবিবা অসি ওক, হুই, ঙা থাদোক-থাজিন তৌবা নৎত্রগা কারবাব তৌবা মীওইবু কৌবা নত্তে। খোংজোমনুপী নোংকারোলগী লাইরিক অসিদা লংমাই ইল খোনবা পাখং তবামঙাগা লংমাই চনু ইল চীংবী তরামঙাগা উনবগী ৱা য়াওরি,

> শেল্লোই মাতাইমাতা লংমাই পাখং লাংস্নাপা তরামঙা মক্কা নুবা লাংস্নাপী তরামঙা মক্কা আংথেং তুমথেংনাতি লমওকনারে। পাখং লাংস্নাপা ১৫ মানা ৱাহমখি, খোযনৌ য়ীমাল মাচা-ও নুরা লাংস্নাপী ১৫ মক-ও হায়েং কৌবা নোংকা সোয় লোইয়া তমকা ঙাল লৈমু রাপা মাশোং চাউ লৈহৌবাপানা

২৭। মথক্কী লাইবিক, লা ৩৯

মঙাল লারকপাতা আনৌবা আমারক লমওকনসে হায়না লাইচা য়ীশিংগা চাইনাতি শিঙনারমএ। [২৮]

শেল্লোই লংমাই হায়বা কাংবু অসি নোংমাইজিং চীংদা খুন্দাদুনা লৈরম্বা কাংবুনি। শেলোয় চীংদা খুন্দাই হায়দুনা হাও হায়দুনা খঙনদে। ৱাফম অসিদগী খঙবা ঙম্মী মদুদি চীংদা খুন্দাবা কাংবু খুদিংবু হাও হায়দুনা কৌবা নত্তে। হাওকুবু চীংদা খুন্দাই নৎত্রগা ওক, হুই ৱানবগী (লৈবা) থবক তৌই হায়দুনা হাও কৌবা নত্তে। মীৎয়েং অসিদগী য়েংলবদি অহানবগী ৱাফম হায়বদি তোঙানবা কাংবু অমবু খঙনবগী ৱাফম অদুদা য়েংবা য়াই। অদুমনদি ওইরগা করম্বা কাংবুনো হায়বা অসিনি। চাইনিজশিংনা নোংচুপ এসিয়াদগী চীনাদা চংলক্লুনা খুন্দাদুনা পান্দ্রীঙৈগী মমাংদা সান নৎত্রগা তাইশিংগী মপা মপুশিংনা হাও হায়রগা ত্রাইবেল কাংবু অমবু খঙনরম্মী। চীনাদা চাইনিজশিংনা নোংচুপ এসিয়াদগী চংলক্লুনা খুন্দাদুনা পান্দ্রীঙৈগী মমাংদা সান নৎত্রগা তাইশিংগী মপা মপুশিংনা ত্রাইবেল কাংবু কাংবু ওইনা খুন্দাদুনা ময়ুম ওইনা লৈরম্মী। চাইনিজশিংনা তপ্না তপ্না চীনাদা মখোয়গী শক্তি মপুংফানা শেমগৎতুনা পানখ্রবদা সান কাংবু খরদি ইরাবতী অমদি সালৱীনগী তম্পাক্তা কুমথরক্লুনা খুন্দাবা হৌখি,

> At the time of the conquest of Yunnan by the Chinese, B.C. 207 to A.D. 76, the Shans had extended far to the southward, and taken possession of the country which, before their arrival, was occupied by the Yun, or Karens, who, on their part, had driven the Lewa, or Lawa, the aboriginal inhabitants, to the southward and into the hills. [২৯]

সান নৎত্রগা তাই অসিসু চাইনিজগুম্না লিরবা, কদাইদগী হৌরকপনো হায়বা চপচানা হায়বা ঙমদ্রবা কাংবুনি,

> The origin of the Shans, like that of Chinese, is lost in the mists of antiquity.[৩০]

মখোয়না খারোমদা ইরাবতী তুরেল অমদি সালৱিনগী তোবর্বানদা খুন্দাদুনা অচৌবা নিংথৌ লৈবাক অমা সেমগৎখি। সানগী মরুওইবা মফম কিয়াঙ তুঙ অমসুং কিয়াঙ হুঙদা লৈবা সানশিংনা চাইনিজবু হাও হায়রগা খঙনৈ। জিম্মী সানশিংনা চাইনিজবুসু হাও হায়রগা খঙনৈ। [৩১]

---

২৮। মথক্কী লাইরিক, লা· ২৪

২৯। A.R.Colquhoun, **Ethnic History of The Shans**, 1985 pp. 338 - 339

৩০। মথক্কী লাইরিক, লা: ৩২৯

৩১। মথক্কী লাইরিক, লা. ২০৮

ম্যানমাবগী অৱাংদা লৈবা সানশিংবু ঐখোয় মৈতৈনা পোঙ হায়বগা খঙনবগুম, কিযাঙ তুঙগী সানশিংনসু মখোযবু পোঙ হায়বগা খঙনৈ। ৱাফম অসি মতাং অসিদা পনবা যাই,

> Northern Shans, called Pong and Tai Niu by the people of Kiang Tung [৩২]

লুৱাং চনু তরুক্না কবম্না হাওকু পাখংশিংগা সোযদা অহিং লেকমিন্নদুনা লৈথোকলিবনো হায়বা ৱাহং অসিগী পাওখুম ওইনা কবেন জাতিগী চৎনবীদা লৈবম্বা মওং অমা যেংবা যাই,

> Marriages are early amongst them, and are not binding unless the female has been given away by her parents At the marriage, a pig or a bullock or two is killed, according to the wealth of the parties, and a feast is given to the village, in which arrack is always an attractive feature Divorce is easily obtained, if there are no children, but should there be one child, the parents are not permitted to separate Before marriage great license is allowed [৩৩]

লুবাং কাংবুনা তানথোবকপা লুবাং চনু তরুক অদু নোংথৌ সোবাবেল অৱাং পাখং যোযবেলপনা তবামনা ওকখি। চহি অমগী মনুংদা নুমিৎ অমা পীদুনা মালেমদা কুমদুনা মখোযগী মমাল মচা হাওকু পাখংশিংগা তাল্লোয তুনুংশি থংলেন বানুংশিবু ওইনা লমওক্লাক হাযদুনা তাকপিখি। মখোয তরুকপু কবি মবমদগী অতিযাদা থোকলিবা থবানমিচাক তরুক অসি ওইনা খঙনবিবনো হাযবদু মতাং অমদা তাকলি,

> মাযুম পোইবৈ আশৈপানা ৱাংঙম তেংথাপাতি কোবও খোংচোমনুপীবু কৌপাতি কোবাও নোংনাং পালতা খোযনৌ লেংমাননানা মযায খোংচোম শানা তাকুপ তাবেং কাবকএ হাযপাকিপু কোবও খোংচোমনুপী-ও হাযনা কৌয়ে।[৩৪]

লুৱাং চনু তরুক অদু কোম্না লাইবেম্বীগী মশক ওইনা লৌখি অমদি তরুক্কী অতোনবী অদুবু ইচুম লাইবেম্বী হাযনা খঙনদুনা কৌরু চীংখোংদা লৈবা লোইতাং খুন্দা উমং লাই ওইনা লাৎখি। পোইবৈ কাংবুনসু চহি অমগী মনুংদা খোংচোমনুপী

৩২। মথক্কী লাইরিক লা ২০৭

৩৩। মথক্কী লাইরিক লা ৬৪

৩৪। মোইবাংথেম নরেন্দ্র সিংহ, খোংচোমনুপী নোংকারোল, ১৯৬৫ লা ২৬

তরুক্কা মমাল মচা তরুক্কা উন্নবা নুমিৎ ইঙা থাগী নোংমা পানবা নুমিৎ অসিবু কুম হৌবা, চহি হৌবা শেংলবা নুমিৎ ওইনা লৌখি। নুমিৎ অসিদা খোংচোমনুপী তরুক্কী নোংকারোলবু চহি হৌবগী থৌনি অমা ওইনা ৱাকমানা শকনখি,

> পোইরৈ ময়ায় সুখোঙপাল, সানা সুমেরুপুঙ . . . আসিতাতি লোইতাম কুমপী খুদিঙপু লাঙহই কুমপী কাউতানা কোরও খোংচোমনুপী খোয়নৌ মাতা তারুকমাকা মামাল মাচা হাওকু তারুকমাকা লোইতাম য়ীঙা কুমচেল লৈ, য়িংঙেল কুমখায় লৈবু ওইনাপা আশে তেংথানানা . . . নুংপাল চানুরা কোরও খোংচোমনুপী মাতা তারুকমাক্কি মারা মখোঙকুনপু লোইতাম কালেন থকি মামই হুইথাখিপাতা য়ীঙা তাচিনতা ৱাকমা খোলমলিনানা আশে তেরান শাক্লা লোইতাম কুমচেলনৈয়ে। ৩৫

ভরজিন গোদেস অর্তেমিস (Artemis) কী লোয়নবী লাইরেম্বী তরেৎপু শাদানবা ওরিওন (Orion) গী মখুৎতগী নানথোকনবা খোংজোমনুপী ওনখিবগী ৱারী গ্রীককী লাই-তীনগী ৱারীদা ফংই। লাইরেম্বী তরেৎ অসি এটলাস অমসুং প্লিওনগী মচানুপীনি।

মখোয়গী মমিংদি,

মাইয়া (Maia)
টাইগেটে (Taygete)
ইলেকত্রা (Electra )
এলিয়োনে (Aleyone)
সেলোয়েনো (Celoeno)
ষ্টেরোপে (Sterope)
মেরোপে (Merope)

অহানবগী অহুম অসি লাইগী নিংথৌ জিয়ুসকী চান্নবীনি। পোসিদোননা মথংগী অনি অসিগী থৌজাল ফংজখি। তরুকসুবী অসিসু এরেস (Ares) কী চান্নবীনি। খ্বাইগী অতোনবী তরেৎসুবী অসিদি ইচম চম্বা তাইবংমী সিশায়ফস (Sisyphus) কী চান্নবীনি। মরম অসিদগী তরেৎসুবী অসি মশক কয়া থোকনা উবা ফংদ্রবীনি। শাদানবা ওরিওননা মখোয় তরেৎপু তান্নরকলবদা মখোয়না জিয়ুসতা হায়জবগী মতুংইন্না জিয়ুসনা মখোয়বু খুনু ওলহনখি অমদি অতিয়াদা খোংজোমনুবী ওইনা লৈরিবা

৩৫। মথক্কী লাইরিক, লা ৫৬

থৱানমিচাক চবুন অসি ওইহনখি। মখোয়না মে থাগী থখায়দা থোকলকপগা লোযননা নুংঙাইবা মতম য়ৌরকপগী খুদম ওইনা থংনৈ।

মণিপুরগী খোংজোনুবীগী ৱারী অসি লাই-তীনগী ৱারীগী মীৎয়েংদগী ৱাফম অনিখক উবা ফংই। অহানবদা, লাইনিংথৌ অমনা ঙাকলিবা নোংথক্কী লাইরৈপাক অমদা মীওইবনা শিরগা খমনুংদা চৎপগী মহুৎতা লাইরৈপাক অসিদা চৎলি হায়বগী ৱাফম লাকপা, অনিসুবদা লাইরেম্বীশিংবু অসিগুম্বা লাইনিংথৌ অমগী নিংথৌ লৈবাক অমগী মখাদা য়াওশিলকপা নৎত্রগা তিনশিলকপা, অসিনি,

> লুৱাং চনু তরুকনা আৱাং লাইনা পাংপা লমতা নোংফৌকি চিঙ লুখুম লমতা কাখৎলকপদা লৈমা য়াংতৌ আতাউপীনা হায়রকই, হে খোয়নৌ য়ীতাশিং ও য়ীতাখোইনা কোরও নোংকারকপা অসিবু মোমনু তামং য়ীখুৎসুপুতি থৌকাওরমলে। হয়েং কোরও নোংলৈপাক্তা য়িনু করিনা শিললঙনা য়ীমৌ করিনা শিলতাক্করুশিপনো।[৩৬]

হাওকু পাখং তরুক অমদি লুৱাং চনু তরুক অদুদা লাইনিংথৌ অৱাং পাখংনা অসুন্না হায়খি,

> হাওকু পাখং বা য়ীতাম শোয়লৌপা মালচা মাৱা ওইপা তাক্কমক নঙখোয়কা নুংপাল চনু তালোয় মরুমপী তরুকমক্তি কোরও নোংনাংপাল নুংনাং কাওখং কোল খোয়য়িম লাইরৈপাক অসিতাতি মনু শিলতাক্তনা মমৌ শিলতামনানা য়াংকোইরালো।[৩৭]

লাইরৈপাক হায়বসি মনেম অমদি মমৌ থবক সুমিন্নদুনা লৈবা মফম ওইনা তাকলি। নুপা ওইবশিংদি মওং মতৌ কমদৌনা লৈগদগে হায়বদুগী মতাংদদি করিসুপনদে।

তাই নত্রগা সান কাংবুগী নুপীশিং অসি নোম্বা য়াম্না কনবা কাংবুনি। শনলাবা তবেৎনা নুপা অমগা মমল ওইবা মতমদা শনলাবা নিপান নৎত্রগা তরানা নুপী অমগী মমল ওই। সালৱিন তুরেলগী নোংপোক্তা লৈবা বৌ (Baw) হায়বা মতমদুগী খোনিদা নুপী ঙাক্তনা থবক সুই। ফিশাবা, ফি পুথোপগী থবক অসি নুপী খকতনা তৌই।[৩৮]

---

৩৬। মথক্কী লাইবিক, লা ৪৫
৩৭। মথক্কী লাইরিক, লা ৫৪
৩৮। A R Colquhoun, **Ethnic History of The Shans**, 1985, Page 63

কৈথেলগী পোৎ য়োনবা অমদি লৈবগী থবক অসিবু নুপীনা তৌই। কিয়াং তুঙদা থেংনরকপা মতাং অমা A.R Colquhoun না অসুম্না হায়রি,

We saw a number of boats near kiang Tong, and never once saw a man at work, except at the stern of the boat.[৩১]

খোংজোমনুবী তরুক্কী ৱারী অসিদা য়াওরিবা মরুওইবা ৱাফমদি কোরৌ অৱাংবদা লৈবা লাইরৈপাক অমগী মশক শাগৎলকপা অসিনি। মীওইবনা তাইবং পুন্সি লোইরগা নোংথক্তা লৈবা লাইরৈবাক অমদা চৎলি হায়বা অসিনি। খমনুংদা হনগদবনি হায়দুনা লৈরম্বা অদুদগী হোংলকপা অনৌবা মওংনি। মতাং অসিদা খমনুং য়াইদিং কোনুগী ৱাবী পনবা য়াই।

খমনুং যাইদিং কোনু খমনুংগী লাইনিংথৌ থোঙারেনগী তালোয়নি। তাইবংদা হিংলিঙৈদা পাপ তৌখিবা মীওইশিংগী থৱাইবু শিববা মতুংদা দন্দি ওইনা খম্নুং লৈপাক্তা মওং থিনা থিনা ওৎ-নৈবা যাম্না তোয়না য়াইদিং কোনুনা উই। অসুম্না উবদগী তাইবংগী মপোক অসি করম তৌবনো হায়বদু য়াম্না খঙনিংখি। মহাক্না তাইবংদা চৎলুগে হায়জবদা অহানবদা থোঙারেন্না য়াখিদে। তাইবং মীওই বা হায়বসি অবেপ্পা পুকচেল অমা থম্বা ঙমদবা, অরানবা যাম্না তৌগনবনি হায়না ফনা কন্না খামদুনসু যাইদিং কোনুনা য়াবা কৌবা লৈত্রবদা য়াইদিং কোনুবু তাইবংদা তাইবং ওইনা পোকলুনবা অয়াবা ফংখি। চৎলমদাইগী মতমদা লৈ অঙৌবা পাম্বী অমা মখোয় অনি চঙনা থামিন্নখি। কোনুনা পুকচেল হেক ওনবদা লৈগী মচু ওনগনি হায়নরগা মোইরাংগী ইমুং অমদা কোনু পোকলুরে। লৈশাবী মপুং মরৈ ফারকলবদা মশক-মতৌ, মরমচৎ চঙখোনবা মোইরাং পাখং শাম্বা লমগানবগা কোনুগা নুংশিনরে। থোঙারেন্না নোংমা লাক্লুনা য়েংলবদা তাইবংদা কোনুনা থাবা লৈ অদু মচু মুনা শাৎলমলবদা কোনুগী পুকচেল হোংলে হায়বা খঙদুনা খুদক্তা কোনুবু অশি লৈবাক্তা কৌখৎলুরে।

ইখং খংহৌদনা য়াইদিং কোনুগী থৱায় মাঙলবদা মোইরাং শাম্বা লমগানবসু মথন্তা থৱায় থাদোকচদুনা কোনুগী মতুং ইন্নরকলে। শামা লমগানবগী মশক মতৌ, লেংদ্রবা পুকচেল উবদা থোঙারেন্না পেল্লদুনা য়াইদিং কোনুবু শামা লমগানবদা পীথোরকখি। অনি অদু তাইবংদা হল্লক্লুনা অমুক পানমীন্নখি।

লুৱাং চনু অমদি হাওকু পাখংবু লাইরৈপাক্তা লৈনা লৈনা তাইবংগী মতৌ,

৩১। মথক্কী লা. ১২ গী লাইরিক

মীওইবগী পুন্সীগী ফজবা শরুক অদুসু  ফংহনবনি। য়াইদিংকোনুগী মতাং অসিদা অশিবগী লাইমকপু তাইবংনা মায়থিবা পীদুনা, তাইবংগী, মীওইবগী, নুংশিবগী অৱাংবা মশক অদু উৎলি। অসিগুম্বা মীওইবগী নুংশিববু ৱাংনা লৌবা মশক অসি হেঞ্জুনহা লাইরৌরেম্বী, নুংবান পোম্বী লুৱাওবা, চোথে থংমায় পাখংবা অসিনচিংবা ৱারী কয়াদা য়াওরি। মোইরাংগী শায়োল তরেৎকী ৱারীশিংসু মীৎয়েং অসিদা শাগৎলকই।

লাইরৈবাক্কী মশক অমা **খোংচোমনুপী নোংকারোলদা** উবা ফংই,

> কোরও ঙমথংনোনা ৱাঙপল ঙমলোন নাথৈনানা লোইপী য়ীয়োক লাইচম অমাতি ক্বাই ফালচম য়ীনে। য়ীরম আমাতি খোমমোম লাইফম লেল য়িংথি লাইজ, লাইজ য়ী মারুনে। লাইচা য়ীরম আমাতি, চিঙঙু নোংথৌ সোরারেল, মমোম নোংপাললোন নোংমাইনু অহোঙবী তুশা কোল, ঙাংঙোই য়োয়মোংপা তুতেং কোল, ললবুল্লাকপা য়ীনে। তুরেল লাইজ য়ী মারুনে। চিঙলেল নাপোম আমাতি নোংচুপ থিংক্রম চিঙনে। চিঙলেন নাপোম আমাতি  নোংপোক সনা হয়য়াই চিঙনে। চিঙলেল নাপোম আমাতি খোয়মোম লাইতিন কোলনে। চিঙ অহুম্না, লোক অহুম্মক্না তিলপা, মারায় শুমেরু চিঙতা, খোইনৌ মাতা তারুকমানা নোংকারকপদা, ৱাইথুংলারাপাতা। [৪০]

চীং অহুম, তুরেল অহুমগী হৌরকফম ওইবা মফম অমবু লাইরৈপাক ওইনা উৎলি। লৈতোংবু কুয়রবা মতমদগী হৌনা লাইরেম্বীগী খুদম ওইনা লৌন্দুনা লাৎনরকলি। মৈতৈগী ইমুং ময়াই চপ চানা থমলিবা মৈ হৌফম ফুঙ্গাদা য়োৎসবী মখোংগী নোংচুপ থংবা শরুক্তা লৈতোং মচা অমা থমদুনা ইমোইনু অহোংবীগী মফম ওইনা 'ফুঙ্গা লাইরু' হায়দুনা য়াম্না লুনা লাৎনরি। অন্দ্রোগী মৈ হৌদুনা থমলিবা পনম নিংথৌগী শংলেনগী মমাংথোংগী ওই য়েৎ ওইনা লৈরিবা কাচিন অনিদা পনম নিংথৌ অমদি পনম নিংথৌগী লাইরেম্বীগী খুদম ওইনা লৈতোং মচা অনি থম্মী। মৈতৈগী উমং লাইশিং অসি লৈপুং অমা খুদম ওইনা থমলগা, লৈপুং লাই ওইনা হৌজিকসু মণিপুরগী মফম কয়াদা লাৎলি। কুইরবা মতমদগী হৌনা লৈতোংবু লাইরেম্বীগী খুদম ওইনা লাৎলকপা অসিদি মালেমগী অতৈ মফম কয়াদসু ফংই। অসিগুম্বা লৈপুংগী শক্তম অসিদা চীংজাউশিংগী মতোন্দা লাইশিংগী ময়ুম ওইনা লাই-তীনগী ৱারী শাগৎলকই,

> Throughout the ancient world, such a mound of earth as that in the center of this composition was symbolic of the goddess. It is

৪০। মোইরাংথেম নরেন্দ্র সিংহ, **খোংচোমনুপী নোংকারোল**, ১৯৬৫ লা: ৪৯

cognate with the classical omphalos and the early Buddhist reliquiry (stupa). Magnified, it is the mountain of the gods (Greek Olympus, Indian Meru) with the radiant city of the deities atop, the watery abyss beneath, and ranges of life between. The goddess-mother support them all. [৪১]

নিউ গীনিগী নোংচুপতা লৈবা কেরাম (Ceram), দা লৌউ-শিংউবগী দেমা নৎত্রগা লাইরেম্বী অহুম লৈ। মখোয় অদুদি হায়নুবালে (Hainuwele), সাতানে (Satene), অমসুং রাবিয়ানি (Rabia)। ইন্দস ভেলি (2000 বি, সি) গী সিল অমদা মচিন অহুম লোংবা লুহুপ উপতুনা যোগগী ফিভমদা ফমদুনা লৈবা নুপা অমগী শক্তম য়াওই। মহাকবু সিবগী শক্তম ওইনা লৌনৈ। বুদ্ধবুসু অসুম্না মওং অহুমগী শক্তম অসিদা খঙনৈ।

মশিং অহুম অসি তাওগী ধর্ম্মদা য়াম্না মরুওইবা অমনি। তোঙান তোঙানবা মগুন অনিগী অতিয়া মালেম নৎত্রগা য়িন্ য়াঙ অনিগী মরক্তা অহুমসুবা ওইরিবা মীওইবনা অনি অসিগী মরক্তা লৈদুনা, অনি অসিগী অপুনবা শক্তম অদু উৎথোক্নুনা, তাইবংপান অসি ওইরিবনি,

In traditional philosophical and religious thinking, the Tao is therefore Order,or rather the Principle of orther, which can manifest itself in various domains of the real. Hence the references not only to Heavenly Tao and Royal Tao, but also to Tao of the Earth and Tao of Man. The Tao of the Earth is opposed to the Tao of Heaven in much the same way as the Yin is opposed to Yang; in this context "Tao of heaven" takes on a more limited meaning, and longer stands for Nature as a whole, but for the action of the stars and planets,a purely Yang activity as against the yin activity of the earth. Accordingly, the alteration of the Yin and the Yang was imagined to be the same as the influences of Earth and Heaven. Furthermore, all creatures, and man in particular, are composed of a celestial and terrestrial elements, and that is why the universe is composed of "three power": Heaven, Earth and Man. Man is the religious intermediary between Heaven and Earth. [৪২]

৪১। Joseph Campbell, **Oriental Mythology: The Mask of God,** 1991, p. 4.
৪২। Max Kaltenmark, **Lao Tzu and Taoism,** 1979, p.24

চীংজাউ অমগী মতোন্দা কারগা লাইরৈপাক য়ৌই হায়বসি চীনাগী অরিবা থাজনবীদা ফংই। ঐখোয়গী থাজনবীদা মরুওইনা খোংচোমনুপী নোংকারোলগী মতুংইন্না লাইরৈপাক য়ৌনবা কারিবা চীং অসি অৱাং নোংচুপলোমদা লৈরিবা কৌব্রু চীং-জাউ অসিদনি। চীনাগী থাজনবীদা লৈরিবা চীং অসিনা চীনাগী নোংচুপতা লৈরিবা কুনলুন চীংজাউ (Kunlun Mountains) অসিনি।

> . . . the Kunlun Mountains, they comprised three or nine tiers, which means that the person who scaled them could reach Heaven. There are the same number of terraces going downwards, and thus the subterranean waters, the abode of the dead, were united with the home of the gods.[৪৩]

লুৱাং চনু তরুক্না কারকলিবা চীং অসি ময়াই থংবা চীং অহুম্মা, লোক অহুম্মা, লেল অহুমক্লা তিলপা, ময়াই সুমেরু চীং অসিদনি। সুমেরু হায়বসি জৈন (৪৮৫ বিসি) অমদি বুদ্ধগী মিথোলোজিদা য়াওবা লাই-তীনগী ওইবা চীং অমনি। জৈনগী লাই-তীনগী ৱারীদা তাইবংপাল (universe) অসি নুপীগী হকচাং ওইনা লৌরগা খ্বাংদগী মখাদা নোরোক্কী মরোল তরেৎ, মথকলোমদা লাইরমলেল মরোল তরামরি খায়দোকই,

> . . the universe. . .of the Jains—which is one of a colossal human female, with the earth plane at the level of the waist; seven hells beneath, in the pelvic cavity, legs and feet . . . fourteen celestial stories above, in the cavity and shoulders, neck and head; while soaring above, in the shape of an umbrella of luminous white gold,[৪৪]

অসিগুম্বা তাইবংপান অসিগী ময়াই চপ চানা, খ্বাং ওইবা মফম অসিদা মেরু চীংজাও লৈ,

> On the plane at the level of the waist, a number of circlar continents, arranged like the rings of a target with oceans between, are thought to circumscrive an axial mountain, Mount Meru.[৪৫]

---

৪৩। মথক্কী লাইবিক, লা ১১৮ - ১১৯

৪৪। Joseph Campbell, **Oriental Mythology: The Masks of God**, 1991, p 224

৪৫। মথক্কী লাইবিক, লা ২২৪

বৌদ্ধ ধর্ম্মগী লৈশেম-নোংশেমলোন (Cosmology) দা তাইবংপাল (Universe) অসি মরোল অহুম থোক্লা খাইদোকই, মদুদি - কামলোক (Kamalokas), রুপলোক (Rupaloka) অমসুং অরুপলোক (Arupaloka) অসিনি। কামলোক অসিবু দেবলোক (Devalokas) কৌদুনা মরোল তরুক থোকনা খাইদোকই। তরুক অসিগী খ্বাইদগী মখা থংবা মরোল অসিবু নোরোক কৌই। দেবলোক্কী খ্বাইদগী মথকথংবা মরোল অসিদা মাইকৈ ঙাকপা লাই মরি লৈ। অৱাংথংবা মাইকৈ ঙাকলিবা লাই অসি মাইল ৮৪,০০০ ৱাংবা লাই-তীনগী ওইবা চীং-মেরুদা লৈ। চীং অসি বৌদ্ধ লৈশেম-নোংশেমলোনগী মতুংইন্না লৈরিবা লৈরোন নোংলোন মরোল ময়াম পুন্নমক অসিগী খ্বায়দগী ময়াইদনি। [৪৬]

পুন্নমক অসি য়েংলুরগা **খোংচোমনুপী নোংকারোলগী** সুমেরু অসি বৌদ্ধ মিথোলোজিগা নকনবগুম উই। খেৎনবসু লৈতবা নত্তে। ঐখোয়গী সুমেরু অসি অমরোমদা লাই-তীনগী ওইবা শক্তম অদুগা লোয়ন-লোয়ননা চিনাগী কুনলুন চীং জাউগুম মণিপুরগী অককনবা মফম অমদা লৈ হায়না থাজনবা অমনি। অদুবু বৌদ্ধগী মিথোলোজিদদি সুমেরু চীং অসি সুপ্নতগী লাই-তীনগী ওইবা শক্তম অদুদা লৈরি। ঐখোয়গী সুমেরু অসিগী তোপ তোপ্পা সক্তম অমা লৈজরিবা অসি ঐখোয়না খংফম থোকই। মণিপুরগী য়াম্না মরু ওইবা তুরেল অহুম, মণিপুরগী নোংচুপকী লৈবাকশিংগা শমনহলিবা বরাক তুরেলগী মশা অমা ওইরিবা গ্বাই তুরেল অমদি মণিপুরগী মনুংদা মণিপুর তম্পাক থুংনা ফাওদুনা খ্বায়দগী শাংনা চেল্লমলগা নিংথি তুরেলদা তারগা ইরাবতীদা অমুক তাদুনা নোংপোক্কী লৈবাকশিংগা সন্নহললিবা ইরিল তুরেল অমদি মনিপুর তম্পাক ফাওনা চেল্লগা লোকতাক্তা তাখ্রিবা নম্বুল তুরেল, হায়রিবা তুরেল অহুম অসিগী হৌফম ওইরিবা চীং অহুম অসিদা মনি-মমৌ শিনতাক্লদুনা থবক সুমিন্নদুনা, তাইবংগী ওইবা মীওইবগী নুংশিববু ৱাংনা লৌবা লাইনিংথৌ অমগী ৱায়েন মখাদা লৈরিবা লাইরৈপাক্কী শক্তম অসি, লমদম অসিগীতা ওইজবা তোপ-তোপ্পা অমনি হায়বা য়াই।

অসিগুম্বা লমদম অসিগীতা ওইজবা তোপ-তোপ্পা লাইরেমলেন অসি শাগৎলকপদা তোঙানবা ৱাখল কয়া চংখ্রিবা, মচাক ওইখ্রিবা অদুসু ঐখোয়না খঙফম থোকই। সুমেরু হায়বা মিং অসিমক্লা অসিগুমবা লাইরৈপাক অমা শাগৎলকপদা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী ঈৱাই-ঈনিল খরমখৈদি চঙখ্রে হায়বদু তাকলি। মসিগীসু মথক্তা কর্ম্ম ফলগী মতুং

৪৬। Alfred C.Geden, **Studies in Eastern Religions**, 1983, pp. 326 - 327

ইন্না নোরোক্তা দন্দি ফংই হায়বসি বৌদ্ধ ধর্ম্মনা পুরকখি,

> . . . before Buddhism gained influence, the ancient Chinese had no image of hell.[৪৭]

ঐখোয়গী মণিপুরগীসু চীংগী কাংবু কয়ানা লৈনুং লমদগী খুম্বোরকপা, পোইরেতোন্না লৈনুং লমদগী খুম্বোকলকপা অমদি ফৌওইবীনা লৈনুংদগী খুম্বোকলকপা অসিনা মীওইবগী অহানবা ময়ুম অদু খমনুং হায়না খঙনবা লৈনুংলমদমনি হায়বা তাকলি। অমন শিকুমলোন হায়বা লাইরিক্তা শিরবা মতুংদা মীওইবনা খমনুং লৈবাক্তা হনখিবা উৎলি। মসি পুন্নমক অসিনা মণিপুরগীসু নোরোক হায়বা মফম অসিগী ৰাখল লৈতবা মতম অমা লৈরম্মী হায়বা উৎলি।

নিংথৌরেল অশোক্কী মতমদা মায়কৈ কয়াদা মী থাদুনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম শন্দোকপদা সুভানাভুমি (Suvanabhumi) হায়বা মফম অসিসু য়াওখি। মহাক্কা থেরা সোনা অমসুং থেরা উত্তরা (Thea Sona and Thera Uttara) অনিবু হায়রিবা মফম অসিদা থাখি। সুভানাভুমি হায়বা মফম অসি ম্যানমার, থাইলেন্দ অমসুং মালয় পেনিসুলাগী মফম অসিনি।[৪৮]

বৌদ্ধ লম্বোইবশিংনা সুভানাভুমি তান্না চৎপা মতমদা লৈকংলম্বীদা অসাম ফাওদুনা চৎখি, অমদি মখোয়না অসামদসু বৌদ্ধ ধর্ম্ম শন্দোকলম্মী,

> However, on the basis of archaeological discoveries finds and historical evidences presented by several scholars, we may conclude that Buddhism spread in Assam by the efforts of Asokan Buddhist missionaries who went to South-East Asia countries, particulary Suvannabhumi by the land-route through Assam,[৪৯]

মতম অসিদা হৌন্দোকখিবা বৌদ্ধ ধর্ম্ম অসিগী খ্বাইদগী অঙনবা মতমগী থেরাবদা হায়না খঙনবা স্কুল অদুনি,

> The Theravada form of Buddhism was introduced into Ceylon and South-East Asia by Buddhist Monks sent by Asoka in the second half of the century B.C.[৫০]

৪৭। Max Kaltenmark, **Lao Tzu and Taoism,** 1979, p. 83
৪৮। S. Sasanananda, **History of Buddhism,**1986, p. 100
৪৯। মথক্কী য়াওফম, লা: ১০১
৫০। ]Kanai Lal Hazara, **History of Theravada Buddhism in South-East Asia**, 1982 p. 40

বৌদ্ধ লম্বোইবা অনি থেরা সোনা অমসুং থেরা উত্ত্রা অনিনা অসাম ফাওদুনা সভানাভূমী তান্না চৎলিবা লম্বী অসি অরিবা মতমদা হৌজিক্কী ভারত অমসুং নোং-পোক্কী লৈবাকশিংগা লল্লোন ইতিক অমদি কলচরগী মতাংদা য়াম্না মরুওইবা অমনি,

> Like the "Silk Road" linking China's north-west Asia and Europe, the lesser-known "South-western Silk Road" was an important channel for commercial and cultural exchange between China and her neighbours in the ancient world. This 2,000 year-old route, which declined with the fall of the Tang Dynasty in 906 B.C led from Chengdu in Sichuan through Yunnan province of Burma and India.[৫১]

মণিপুরদা মপান অমসুং মনুংগী ফাওদোক-ফাওজিন তৌবা য়াবা লিরবা চীং লম্বী কয়ামুক লৈরী। পনবা য়াবশিংদি হৈরোক লম্বী, আইমোন চীং লম্বী, ঙারা চীং-জেল লম্বী, মরিং চীং লম্বী, তোংজৈ মরিল, ঙাপ্রম চীংজেল, খোংজাই লম্বী, অখুই লম্বী অসিনচিংবনি,

> খৃ: না পোক্কদবা চহি কয়ামরুম ৱাৎলিঙৈদগী হৌনা চীংলম্বীশিং অসি লল্লোন-ইতিক চৎপা লম শন্দোকপা অমদি খুন্দাবা চৎপা কাংবুনা শীজিন্নরম্মী। প্রোঃ ডিঃ জিঃ ঈঃ হোলনা ইরাৱাদি অমদি নিংথি তুরেল তোর্ববান্দা চৎখিদুনা ফাওখ্রগা মখা থংবা বর্ম্মাগা ভারতকা শম্নবা য়াবা লম্বী অমা পীরি। নিংথি তুরেলকী মখা থংবদা চৎথরগা মণিপুরগী মখা থংবদা চৎথরগা মণিপুর ফাওনা চৎপা য়াবা লম্বী অমসু পীরি। লম্বী অসিদা চৎলগা উট তোংদুনা চৎপা ললোনবা কাঙবুশিংনা আফগানিস্তান ফাওবদা থা অহুম চংনা চৎলগা মফম অদুদা ইউরোপকী সনাগা চীনাগী মুগাগা শিন্নৈ হায়না হার্ভেনা মহাক্কী হিস্ত্রী ওফ বর্ম্মাদা ইরি।[৫২]

**খোংচোমনুপী নোংকারোলদা য়াওরিবা লাইনিংথৌ অৱাং পাখং য়োইরেনপা সোরারেনগী সক্তম অসি য়েংবা য়াই। চকপনা লাৎলিবা লাই সৱাং অসি মতোমতা লাৎতে। লাই সৱাংগী লৈমদি লাইশি কৌই। সোরারেল অসি নুংশিৎকী লাই ওইনা হাওরোক কোম্বৌ চনু কোম্বৌজম লাইরেম্বী হায়না খঙনবা লাইরেম্বী অসি লৌদুনা মচানিপা লাইনিংথৌ খোয়রিফাবা পোকপগী ৱারী লৈরি। লাইরক অসিদা থেংনরিবা**

৫১। **China Pictorial**, 5/1988 Edited and published by China Pictorial, p. 18
৫২। মুতুৱা বহাদুর, মণিপুরী আর্ট কী ৱারী-শীংবুন, ১৯৭৩, লা: VI

লাই অসি লৈমা য়াওদে। লাইরেম্বী নৎত্রগা মমা লাইরেম্বী, মমা মপাগী মশক ওইনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী পুন্না লাৎপা, অপোকপা লাৎপা লমদম অসিদা শাগৎলমলিবা অৱাং পাখং য়োইরেনপগী শক্তম, অচুম-অরান খায়দুনা ৱায়েললিবা মওং অসি ভগবান বুদ্ধগা নকনবা মশক অমনি হায়বা য়াই। জপান্দা বৌদ্ধ ধর্ম্ম লাকত্রিঙৈদা লাৎলম্বা চীংজাউগী লাইরেম্বী কামাদোবু মতুংদা বুদ্ধগী মশক ওইনা লাৎনখি। ভগবান বুদ্ধগা ঐখোয়গী কৌব্রু মতোন্দা লৈবা অৱাং পাখং য়োনরেনপা সোরারেনগা চাংদমনবা য়াই।[৫৯]

**খোংচোমনুপী নোংকারোল**গী লাইরৈপাক্কী শক্তমদা য়াওরিবা তুরেল অহুম অসি লৈবাক অসিগী অপুনবা কলচরগী মশক শাগৎলকপদা য়াম্না মরুওইবা অমনি। ইরিল তুরেলনা লৈবাক অসিগী অৱাং অমসুং খা মায়কৈগী অপুনবা শক্তমনি। মশক অসিদা য়াওরি, তাংখুল চনু ঈরৈমা, অনাল চনু ঈরৈমা, চীংতম অনিমক্কী অপুনবা শক্তমদা লৈবা লাইরেন পাখংবা অমদি ৱাংব্রেন (মঙাশুবা শরুক্তা য়েংবিয়ু) নিংথি তুরেলনা নোংপোক্কী কলচর, থ্বাই (বরাক) তুরেলনা নোংচুপকী কলচর, অমসুং নম্বুল তুরেলনা লৈবাক অসিগী সিভিলাইজেসনগী ময়োন ওইরিবা তম্পাক্কী সক্তমবু ফোংদোকপনি। অহুম অসিগী অপুনবা মশক অসিনা ওইরিবা লাইরৈপাক অসি মণিপুরগী লাই-তীনগী ৱারী শাগৎলকপদা য়াম্না মরুওইবা তাংকক অমনি।

৫৯। P.N. Chopra and Tokan Sumi (ed.)
**Contribution of Buddhism to World Civilization and Culture**, 1983, p. 23

## অহুমসুবা শরুক

# লাই হোই লাউবা

**(i) পোইরৈতোনগী খানিং মিকোন**

**পোইরৈতোন খুন্থোক** (মোইরাংথেম চন্দ্রসিং, ১৯৭৯ ঃ ১) কী অহৌবদা অসুম্না ইরি,

খানিংপা হোঙনতে মিকোনপা হোঙনতে
খানিং মিকোন অমা তৈপাতি
য়িয়ুবা চিঙখোঙ পোইরয়তোন
মখুরোনপু কোনপনে।

ৱাহৈশিং অসিগী ৱাহন ওইনা পণ্ডিত খুমনলম্বম য়াইমা সিংহ (১৯৭৯ ঃ ১) না অসুম্না থম্বীরম্মী 'মমাঙঙৈদা তৌরম্বা লাইনিং, লমচৎ ঈরাৎ থৌনি হোঙনরক্তে। লাইনিং, লমচৎ, ঈরাৎ থৌনি অতোপ্পা অমা হোংদোকলকপদি নবুধৌ চীংখোং পোইরৈতোন্না পুথোকলমবনা অকোনবনি'। পণ্ডিত মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ (১৯৭৯ঃ ১) নসু অসুম্না ৱাহন পীরম্মী, 'চৎনবী লাইনিঙ লীচৎ হোংনদে। মিঙগৌ থাগৌ হোংনদে। মিঙগৌ থাগৌ য়ীরাৎ থৌনি অমা হোঙবদি অহল ৱোইরব ইপু চিঙখোঙ পোইরৈতোন নুংশিননা কাইনরকপনা হোংবনে।

**পোইরৈতোন খুন্থোকপগী** নুংগী ওইবা শক্তমদি পোইরৈ মৈতৈনা মতৌ করম্না মালেম তাইবংপান অসিদা খুন্থোক খুন্দারকখিবগে হায়বগী ৱারীনি। মণিপুরদা কুইরবা মতমদগী মৈতৈ কাংলুপ লৈমীন্নরকলিবা অতৈ কাংলুপশিংগীসু অসিগুম্বা খুন্থোক ৱারী অমমম লৈজে। অয়াম্বা ৱারীশিং অসিগী পান্দমদি মতৌ করম্না তাইবং মীনা মালেম তাইবং অসিদা খুন্থোক খুন্দাদুনা লৈখিবগে হায়বগী ৱাহনথোক পীনবা হোৎনবনি। পোইরৈগী ৱারী অসি, অসিগুম্বা খুন্থোক খুন্দারকপগী ৱাফম অসিদা

য়ুমফম ওইরগা মালেম তাইবংপানগী মীওইবা মরক্তা মতৌ করম্না থকসি খাসি, লাইনিং লমচৎ পুথরক্তুনা, খুদোংথিবা অশি অনানা থল্লবা মালেম অসিদা মীওইবনা পুন্সী নুংসাংনা নুংঙায় য়াইফনা হিংগদগে হায়বগী মীৎয়েং য়ৌনা চঙসিল্লকপা থেংনৈ। অয়াম্বা কাংলুপশিংনা চৎলিবা লাইনিং লমচৎ অসিগা পোইরৈতোন্না হৌদোকলমলিবা খানিং মিকোন অসিগা নুং অমসুং পানগী ওইবা শক্তমদসু ইমান মান্নদুনা চৎমীন্নরম্মী হায়বা য়াই। মতাং অসিদা খুম্হোক ৱারী খরদং লৌখৎতুনা থমলি।

জিকারিল্লা আপাচী ইন্দিয়াননা লৈনুংদগী মলেমদা খুম্হোরকপগী ৱারী অদু সমনা মখাদা থমলি (Opler-in Joseph Campbell, 1991 pp 231-240),

অহানবদা (খমনুং লমদমদা) অমমবা নত্তনা করিগুম্বা অমতা লৈরমদে, সুপ্নতগী সক্তি পুন্নমক্কী মপু ওইবা হেক্তিন্ (Hactein) তমক লৈরম্মী। জীব অমতা লৈতবনা মফমদু য়াম্না চিকলম্মী। হেক্তিন্‌শিংনা অহানবদা মালেম শেমলে, লৈখা শেমলে। অদুদগী অতিয়া শেমলে। মখোয়না মালেমবু নুপী ওইনা শেমলে অদুগা ইমা হাযদুনা কৌরে। অতিয়াবু নুপা ওইনা শেমলে অদুগা ইপা হায়দুনা কৌরে।

খ্বায়দগী সক্তি লৈরবা অমুবা হেক্তিন্না অহানবদা লৈবাক্কী শা অমা শারে। শা অদুগী মসাদগী অতে শা মখল কয়াসু পুথোকলে। শাশিংদু মীরোল লোলম্মী।

মালেম লৈশেমখিবা অমুবা হেক্তিন্না মখুৎ খুবাক অমা তিংথোক্তুনা লেপ্পদা নোং মরিক অমা তারকলম্মী। মহাক্না নোং অদু লৈবাক্তা তোৎসিনবদগী লৈখোম ওল্লে। লৈখোমদুনা উচেক অমা শারে। উচেক অদু অতিয়াদা কোয়পাই পাইরে। উচেক অদু মথন্তা লৈবদু উবদা নুংঙায়তদুনা অমুবা হেক্তিন্না উচেক অদু য়েৎওইননা উরু উরু উংলবদা মকোক ঙাওদুনা মমিৎতা উচেক মখল মখা অয়াম্বা উরে। উচেক অদু মথন্ত্র থাদোকপিরবদা মমিৎতা উখিবা উচেক ময়ামদু মনাক্তা লোয়না পাইদুনা লৈরমলে। অতিয়াদগী নোংলিক্লা শাখিবনা উচেকশিংনা অতিয়াদা পাইদুনা লৈনিংখি।

উচেকশিংনা 'ঐখোয় করি চাগদগে হায়দুনা হংলবদা অমুবা হেক্তিন্না মখুৎ অনিদু মায়কৈ মরিদা ওন ওন্দুনা তিংথোকপা খুদিংগী মরু মরাংশিংনা ওরো ওরো তারকলম্মী। মরুশিংদুনা তীন কাঙ ওন্দুনা লৈবাক্তা চোংবা অমদি চেল্লবদা উচেকশিংনা কোয়তান তান্নদুনা চারে।

শা উচেক ময়াম অদুনা মখোয়দা লৈবা অসি ইচিক চিকলে, মখোয়গী মপাং

ওইনবা মী অমা শেম্বীয়ু হায়দুনা হেকসিন্দা হায়জরে। হেক্সিন্‌সু নোংমদি মহাক মফমসি থাদোক্কুনা চৎখিবা য়াই খনদুনা মী শানবগীদমক শা উচেকশিংদা মপোৎ মচৈ লৌকনবা থৌদারে। মপোৎ মচৈ পুন্নমক সুরবদা মখোযশিংদু মাগী মনাক্তগী লাপ্না লৈহনখ্রে। মহাক্না মমাই নোংপোক ওন্দুনা লেপলে, অদুদগী খাদা, নোংচুপতা, অৱাংদা ওন ওন্দুনা লেপলগা মসাগী মমি য়েংদুনা লৈমায়দা মুর্ক্তি অমা যেকলে। অয়েকপা অদুগী মথক্তা মফম চাবা চাবা য়েংলগা শা উচেকশিংনা পুরকপা পোৎশিংদু মথং মথং হাপলে। হাপ্পা লোয়রবদা মী অমা ওইরে।

হেক্সিন্না নুংসাসোর কামসিনবদা মীদু হিংগৎলকলে। মীদু লৈবাক্তা উপতুনা লৈরম্মী। হেক্‌সিন্না হৌগৎলু হায়বদগী হৌগৎলে, ফম্মু হায়বদগী ফমলে। মহাক্না নোকপা, ঙাংবা, চৎপা, চেনবা পুমনমক তম্বীরে।

শাশিংনা মী অসিগী লোয়নবা মপাং অমা লৈহননিংবা উবদগী হেক্সিন্না মী অদু তুমহললে। মী অদুনা মমঙদা নুপী অমা মনাক্তা ফমদুনা লৈবা উরম্মী। মহাক্না মমিৎ পাংথোলকপদা নুপী অদু মনাক্তা ফমদুনা লৈরম্মী। মহাক্না ৱা ঙাংবদা নুপীদুনা খুমলকই, নোকপদা নোকলকই। ঐখোয় অনি 'হৌগৎলসি', 'চেন্নসি' হায়দুনা নুপা অদুনা হায়বিবমখৈ নুপী অদুনা ইল্লদুনা মখোয় অনি হৌগৎতুনা চেনমীন্নরে। মদু উবদা উচেকশিংনা নুংঙায়না ঈশৈ শকলম্মী।

থোকলিবা পুমনমক অসি মালেমগী সিয়োমনুং খমনুং লৈবাক্তনি। মফম অদুদা নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক লৈরমদে। অদুনা ইমম মমলম্মী। অঙৌবা হেক্সিন্ অমসুং অমুবা হেক্সিন্না মখোয়গী খাওদগী নুমিৎ মচা অমগা থা মচা অমগা লৌথোকলগা অতিয়াদা লংখৎলম্মী। মদুনা ইঙাল ঙাল্লবদা শা, উচেক অমদি মীশিংনা নুংঙাযবনা মথুম-মরাং হৌরম্মী।

মতম অদুদা মীশিং অদুগী মরক্তা সক্তি লৈরবা নুপা অমসুং নুপী মাইবী য়াম্না য়াওরম্মী। মখোয় মশেন্না 'নুমিৎ অদু ঐনা সেম্বনি', 'থা অদু ঐনা সেম্বনি, হায়দুনা মরৈ পঙয়েৎতা য়েৎনরকলে। হেক্সিন্না মখোয়দু তুম্মীন্না লৈয়ু হায়বসু তারমদে। নোংমদি নুমিৎ অদু অতিয়াগী মখুল অমদা থোকখিদুনা মাংখ্রে, থাসু ইননদুনা থোকখিদুনা মাংখ্রে। মাইবীশিং অদুনা মাগী মাগী হৈজ হৈজবা ফনা য়াম্না পুথোক্লরে। নুমিৎ অমসুং থাদি মখোয় অমতনা পুরকপা ঙমদ্রে। শা অমদি উচেক শিংনা হোৎনবদা উহৈ ৱাহৈ খরা পুথোক্কুনা হেক্সিন্দা পীরে। নুমিৎ থাদি পুরকপা ঙমদ্রে।

কনা অমতনা নুমিৎ অমসুং থাবু পুরকপা ঙমদ্রবদা হেক্সিন্না মায়কৈ মরিদগী নোং নুংশিৎ কৌরে। নোং নুংশিৎনা মচু মরিগী লৈচিল পুরকলে, লৈচিল অদুদগী নোং চুরকলে। অদুদগী চুমথাং খলহন্দুনা ফজহল্লে। লৈঙোই মথক্তা মচু মরিগী লৈতোং য়েকলগা মীনা পুরকপা মহৈ মরোংগী মরুশিংদু থাৱে। শা অমসুং উচেকশিংনা ঈশৈ শকলবদা মীশিংনা জগোয় সারবদা লৈতোংশিং অদু অসুম ৱাংখৎলক্তুনা চীংজাও ওইরকলে অমসুং মরুশিং অদুসু মতোন চোংলকলে।

হেক্সিন্না সক্তি য়ান্না লৈবা নুপা মাইবী ১২ খল্লগা মখোয় তরুক অমবু হিগোক মচু তৈসিন্দুনা কালেনথা ওইহললে। তরুক অমবু অঙৌবা তৈসিন্দুনা নিং-থমথা ওইহল্লে অদুগা মখোয়গী মমিং সানাতি (Tsanati) হায়দুনা কৌরে। মসিনা জিকারিল্লা অপাচীগী সানাতি জগোয় শাবা কাংবুগী হৌরকফমনি। মসিগী মতুংদা হেক্সিন্না তরুক অমবু অঙৌবদা অমুবনা ফৈন্না মরি থোক্লা মসাদা চিংসিন্দুনা ফাগী পুবা (Clown) ওইনা সেমলে। মখোয়শিংদু মীসিংনা শারিবা জগোয় অদুদা য়াওশিনলরে। চীংজাও অদু অসুম ৱাংখৎলক্তুনা নুমিৎ থা থোকখিবা মফম অদু য়ৌরে। মদুদা কাদুনা শা, উচেক অমসুং মীয়ামদু অঙাং অমা পোকলকপগুম মালেমগী সিয়োমদগী থোকলকলে।

## অনাল

অনালগী মপা মপুশিংনা অহানবদা মালেমগী লৈখাদা খুল কৌবা মফমদা খুন্দাদুনা লৈরম্মী। মখোয়না লৈবা অমসুং লৌউ-শিংউবদা খুদোংচাগদবা মফম থি থিদুনা চৎলম্মী। অসুম্না অসুম হোং হোংদুনা চৎপদগী মণিপুরগী চীং অমসুং তম্পাক্কী লমদা চায়থোক্তুনা খুন্দাখি। মচিন মনাও বুংয়া ঙম্বা অমসুং খাগেম ঙম্বা অনি অসিগী মনুংদা মনাও অসিনা তম্পাক্তা কুমদুনা মৈতৈ ওইখি।

## কোম

কোমগী মপা মপুশিংনা অহানবদা সুরুং মনুংদা খুন্দাদুনা লৈরম্মী। নোংমা সুরুংগী মপান্দা অকনবা নুংশিৎ শিৎপা তারম্মী। অদুদগী মখোয় ময়াম মপান্দা খুছোকলসি হায়না খন্নদুনা খুছোক্লবা শেম শারে। অহানবা থোকখিবা নুপাদু সুরুংগী মচিন্দা লৈরম্বা কৈ অমনা তাপ ফাদুনা চাথোকখ্রে। অনিসুবা অদুসু কৈনা চাথোকখ্রে।

মরিসুরকপা মতমদা মখোয়না সুরুংগী মচিন্দা কৈ অমা লৈরে হায়বা খঙলদুনা কৈ কাংবুগী অহল অদু থিরকলে। মহাক্তি ইশি শিনা পুম্বমখৈ তুমদুনা লৈরম্মী। মহাকপু হৌদোকলগা মহাক্কী মনাৎকী ফি, অঙৌবদা অমুবনা শাংনা শাংনা লাংবা ফি অদু শেৎচিনবীরগা সুরুংগী মচিন্দা থোকহল্লে। মাবু উবদা কৈ অদু কিরদুনা তুম্মীন্না লৈরে। তাঞ্জা অদুদা তা, চুং অমসুং তেন পায়বা নুপা অমা তুম্মীন্না থোকখ্রগা লুমদুনা কৈ অদু তেন্না থাদুনা হাৎলে। কৈ অদু শিরবদা মখোয় লোয়নমক সুরুংদগী মপান্দা থোরক্লে।

কৈ অদু থোংলগা ময়াম চামীন্নবা শেম শারকপদা কৈগী মরৈদু থিবা খঙদ্রে। মথং মথং থিরকপদা নুপা অমগী ফিরৈদা য়েপতুনা য়াওরম্মী। মখোয় মযামনা কৈ অথোংবদু চাবা লোয়বা মতুংদা সাগৈ সলায় খাযদোকলসি হায়দুনা কৈ কাংবুগী অহল শোংথুনা হৌদোক্লে।

অহানবদা সুরুংগী মপান্দা কৈনা চাদুনা মাংখিবা অদুগী মচা মসুশিংবুনা মাংতে, মাংখিবগী সাগৈ।

অনিসুবদা কৈনা কিদুনা চাখিদবা অদুগী মচা মসুশিংবুনা সোংথু, ময়ামগী অহল নৎত্রগা থৌবুগী সাগৈ।

অহুমসুবদা শা লুমলগা হাৎখিবা অদুগী মচা মসুশিংবুনা মেরিম, শা লুম্বগী সাগৈ।

মরিশুবদা শাগী মরৈ য়েপলগা থনম্বা অদুগী মচামসুশিংবুনা শাৱোন, শায়েপ্পগী সাগৈ, অসুন্না কোমগী সাগৈ মরি খায়দোক্নুনা খুন্দাখি **(চিরাও কোম)**।

## কবুই

কবুইশিংগী মহৌশাগী অহানবা ময়ুমদি মহৌতাওবেল হায়বা অচৌবা সুরুং অমদনি। মতমগী মতুংইন্না মীশিং অসুম হেনগৎলকপদগী সুরুং অদুদা লৈফম চাফম ৱাৎলকলম্মী। সুরুং অদুগী মপান্দা থোক্নুনা হেন্না খুদোংচাবা মফম য়েংলুনবা হায়দুনা লেপনরম্মী। অহানবদা মখোয়না অলৌ হায়বা উচিগুম্বা জীবা মচা অমা মপান্দা থারম্মী। মহাক্না ময়াদা ফৌ চরোং অমা চিক্নুনা হল্লকপদু উবদা মখোয় ময়াম অদু মপান্দা চৎনিংবনা লাংতক্লরম্মী। মনুং অমসুং মপানগী মরক্তা অচৌবা নুঙজাও অমনা লম্বী থিংদুনা লৈরম্মী। মখোয়না নুঙ অদু ইনথোকপা ঙমদ্রবদা অতোপ্পা. জীবশিংদা মতেং পাংবিনবা হায়জরম্মী। কনা অমতা য়াবিরক্ত্রবদা মখোয়না শন্দংদা

হায়জরম্মী। শন্দংনা য়াবিরদুনা য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা নুঙজাও অদু নাকল অমদা খরদং ঈনথোক্নুনা লম্বী অমা ফাৎলবদা মীয়াম অদু খংহৌদনা চেম্বুরকপা অচৌবা ঈসিং ইচাউগুম চেম্ছোরক্লম্মী। শন্দং অদুনা কুইনা ঙাক্নুনা থমবা ঙমলক্তবদগী নুঙজাও অদু থাদোকলকপা মতমদদি মী খরা অমদি মনুংদা লৈহৌরে। লৈশাবী মশক মতৌ ফজখ্রবী অমদি মাগী ফীশাবগী ফিনাৎ অমা কাওরমলে হায়দুনা অমুক লৈখুন্দা হনজিনখিবদা নুঙথোঙ থিংজিনখিবনা হান্দুনা থোরকপা ঙমদনা মনুংদা লৈহৌই। থোকখিবা কাংবু অদুনা খুদোংচাগদবা মফম য়েং য়েংদুনা খুন্দাখি (কে, বি, সিংহ, ১৯৭৬ : ৩১ )।

## মরিং

মরিংনা থায়না মমাঙঙৈদা লৈপুঙ কোনথৌনা পুর (লৈখুন)দা লৈরিঙৈ, রাং মৈতিল কৌবা মীওই লাইওই তৌবা মতিক মথৌনা লৈবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী কাংলুপপু লৈনুংদগী পুথোকলগা তাইবং মালেমদা খুন্দাহনগে খল্লদুনা সুরুংগী মখুম খুমলিবা নুঙজাও অদু হাংদোকউ হায়দুনা ইরোইদা থৌদারম্মী। ইরোইনা য়াদ্রবদা শন্দা হাংদোকউ হায়রবদা, শন্না অরাপ্পদগী চেনশিল্লক্লগা ৱাইবদা মকোক্তা নাদুনা তোকলে। নুঙপাক অদু হাংদোকপা ঙমদ্রে। মমৈথংদা রাংমৈতিলনা শন্দং কৌদুনা সুরুং খুমলিবা নুঙ অদু হাংদোকউ হায়রে। শন্দং অদুনা খুমাং অনি কাওদুনা চঙসিল্লগা মকোক্না ৱাইদুনা নুঙজাও অদু হাংদোকলে। নুমিৎ অদুদগী হৌনা শন্দংগী মচি কোনখি।

শন্দংনা সুরুং খুমলিবা নুঙপাক অদু হাংদোকলবদা সুরুং মনুংদগী তাইবং মীনচিংবা জীব পুমনমক মপান্দা থোরক্নে। মতম অসিদা সুরুংগী মচিন্দা চাউরবা কৈ অমনা থোরকপা পুন্নমক ফা ফাদুনা চাথোকলম্মী। পাও অসি রাংমৈতিলদা তমলুরে। কনা অমতনা কৈ অদু হাৎপা ঙমদ্রে। রাংমৈতিলনা সেগাদা য়েনবা অমা য়েপতুনা মখুৎ য়েৎনা খৌশাংহার কৌবা থাঙসাং অমা পায়রগা কৈ হাৎকদবগী সুরুংগী মচিন তান্না লাকলে। মহাকনা সেগাদা য়েপলিবা য়েনবা অদু সুরুং মনুংদগী মপান্দা হনগৎখ্রে। হনগৎখ্রিবা য়েনবা অদুনা পাইখৎখিদুনা সুরুংগী মপান্দা পাইথোকখ্রে। খোলুম পোইনু কৌবা কৈ অদুনা য়েনবা অদু হাৎকদবগী সুরুংগী মপান্দা কোয়না চেন্দুনা তান্নরিঙৈদা রাংমৈতিলনা কৈ অদু মঙক ককতুনা হাৎলে। কৈ অদু শিরবদা মখোয় পুন্নমক মালেমদা খুন্দানবা থোক্লরকলে। রাংমৈতিলদি মকোক্তা য়েৎপা কোকয়েৎ অদু কাওরমদুনা সুরুং মনুংদা অমুক চঙখ্রে। ঙহাক লৈরগা রাংমৈতিলগা য়াম্না চান্নবা মরুপ চারংঙানা

খুন্দানবা লমদি পিশক পিকই, তাইবংমী শা উচেক লোয়নমক সুকুংদগী থোরকলবদি লৈফম চল্লরোই খন্দুনা সুরুংগী মচিন খুমজিল্লো হায়না য়াথং পিরম্মী। মাগী য়াথং মতুংইন্না ময়াম চঙদুনা সুকুং অদুগী মখুম অদু অমুক মেনসিনখ্রে। রাংমৈতিলদি থোরকপা নংহৌদদুনা সুরুং মনুংদা লৈহৌরে। রাংমৈতিলনা সুরুং মনুংদা অদুগা চারংঙানা সুকুংগী মপান্দা ৱারী সানখি। রাংমৈতিলনা মনুংদগী 'হা ইতাও চারংঙা! ঐগী খুতোম্বী অসি ককলগা পিরক্কে, নহাক্না মদু লৈবাক্তা থারগা য়াই ওইনা হৌরক্কনি। তীলমু লাইমু ফত্তবা থেংনবা মতমদা য়াই অদু শিজিন্নদুনা তাইবংমীগী থৱায কন্নৌ হায়দুনা মাগী খুদোম্বী অদু ককলগা সুরু মনুংদগী চারংঙাদা পীখৎলকখি। চারংঙানা খুদোম্বী অদু লৈবাক্তা থাবদা য়াই পাম্বী ওইনা হৌরকখি। মীয়ামনা চারংঙাবু থুনপু মৈপু হায়বা মিংথোল পীদুনা মখোয় পুন্নমক্কী মকোক থোংদুনা লৈখি (সরাংথেম বরমনি, ১৯৮৫)।

## পোইরৈ মৈতৈ

পোইবৈ মৈতৈগী পোইরৈতোন্না খুম্ভোক্লপগী ৱারী অসি লাই-তীনগী ওইবা মতম অমদগী হৌরকই,

লহালনোং হয়িঙয়তা

তায়পঙ ৱোননা পালমঙয়

খমনুং তেননা ৱোঙলমঙয়তা পনিশুৎ শ্রীমোইবাংথেম চন্দ্রসিংহ

হায়দুনা মমাঙঙৈ হয়িচক্কী মতমদা পোকপা শিবা অমত্তা ওইনা লৈরম্বা, খমনুং অমা, তেংবান অমা খায়দ্রিঙৈ (শ্রী খুমল্লম্বম য়াইমা, ১৯৭১ : ৯) গী মতম অমদা পোইরৈতোন্না খুম্ভোরকখি। করি মরমদগী খমনুং লৈবাক্তগী তেংবান অসিদা খুম্ভোরকলিবনো হায়বগী পাউখুম ওইনা—অচুম্বা লৈত্রবা থকসি খাসি নাইদ্রবা মতম অমা থমলি,

য়াওরওসা তোকপা
তোকপা তোকমু ময়সাংপা
লমপাল সাৱোন কোয়
লয়পুঙ কোয়চারৌপা
থোঙলেল লমকাম সানা

যামমা ব্রোইনা পাললমঙয়
ব্রাপা চেংঙাচানা ব্রাংলয়
যুসিলনযে।

সাপি নোংতা চিঙখন যাঙ
য়াওসাপি য়াওমা তোন্‌পা
খুলপী য়াঙলীসা রেবা (ব্রাপা?)

অতোনপাপু

থৌবয় যোৎপুননা পাললমঙযতা,
যাওরওসা তোকপা তোকমু মযসাংপা
লমপাল সারোন কোয় লয়পুঙ কোয়চারৌপা
থোঙলেল্‌ লমকান সানা পাওহংখিযে।
য়িরোই ব্রাপা চেঙাচা
ব্রাংলয় য়ুসিল হমপাব্রো
নঙতি আশি কোরও নুমিৎ মাতি
কাতাযতা যাহিপকাপানো হাযনা
পাওহংপাপু।

যামমা য়াওবও সা তোকপা
তোকমু ময়সাংপাব্রো
অয়তী পুসুম লাংসুম থকতা
যাতাকে হাযনা পাওখুমখিয়ে।
য়াওরসা তোকপানা য়িনুং সোয়য়ায়মাতা
পুসুম লাংসুম থাককি লাককে লাকয়েননে।
অসি কোরও নুমিৎমাতি
কাতায়তা য়াহিপকাপানো হায়না
পাওহংপাপু।

হোয়তা আসি কোরও নুমিৎমাতি
লিরেল কাঙফয় থকতা
নুঙপী নমঙাননা য়াহিপকে
পাওখুমখিয়ে।

য়াওরওসা তোকপানা
লিরেল কাঙফয় থককি
লাককে লাকয়েননে।

য়িরোয় ৱাপা চেঙঙাচাৱো ।
নঙতি অয়বু তমনায়ামপারা
অসি কোরও নুমিৎমাতি
কাতায়তা য়াহিপ কাপানো
হায়না পাওহংপাবু।
ৱাপা চেঙঙাচানা পাওখুমখিয়ে।
য়ামমা য়ারওসা তোকপৱো
আসি কোরও নুমিৎমাতি
লাংলেন কোঙয়াঙ ৱাতোন থক্তা
য়াতাকে হায়না পাওখুমখিয়ে।
য়াওরওসা তোকপানা
য়িনুং সোয়য়ায় মাতা
লাংলেল কোংয়াঙ ৱাতোন থককি
পায়মা মানিংসানা কামথালে।
ৱাপা পুমসিন তুহৌ লয়না ফোয়
চকমোম ময়রিংতা খামপী ময়হৌতা
পুনুং ৱানথোংতা সারেল হিংসোঙ
সায়না যাওচারে। ৱাপা তিলপী খমলে
হায়তাপারা।

থৌদৌ অসিদগী নোংদা চিংখনয়াঙ সবীনা 'অমপুসুঙ যাওচাবঙেনে' হায়না তোকপবু কিদুনা খমনুং তম্না কুমথখিদুনা লৈনুং থোঙঙারেল অহানবদা তাইবংপান অমা লৈ হায়দুনা পাও পীরুই। পাও অসিগী মতুংইন্না লৈনুং থোঙঙারেননা খমনুংদা পান্দুনা লৈহৌরগা, মনাওনুপা পোইরৈতোন্দা মাগী নুপী অতোনবী লৈমা লৈনাওতাবী পীদুনা * তাইবংদা খুঙ্গোকলুরো হায়দুনা শিন্নরে। ৱা অসি তাবদা লৈমা লৈনাওতাবীনা,

যীসানৌ চীংখোঙ পোইবৈতোনৱো
য়ীপীঙাপু তাইপঙ খুনথোকৱো
হাযবপতি সানৌ নঙবু
অথা কাইহীকুনো।
হয়েং তাইপঙ কোযচানাপা
হিংনা চাপা মবম চামা

* মযাম্বা লৈত্রগা মতৈমবু মনাওনুপানা লৌবা অসি মণিপুবদা লৈবা অয়াম্বা কাংলুপনা চৎনৈ।

মুননা চাপা মরম চামা
তাপোৎ সাপা তায়াল সাপা
হাওফি সাপা লাইফি সাপা
অনতৌরিপা সাকারীপা
চংনিং হেনপা মোইফেংপা
মরী লীসাপা মরাং লাংসাপা
তরা মথী তোংনু মথী
লীক্লি খালোল মথী
য়াইসেল য়াইফৌ মথী
চাচাক চাহাউ মথী
তাঙখোক তেককোন সাপা
তাল্মরোঙ সিননাইপা
তানতেক থাঙসাপা
অপকমা পুমনামাপু
নেমথোকচেমসে।

থৌরাং পুন্নমক লোইরদুনা চৎলমদাই য়ৌরবদা চৎকদৌবা মীশিং অদুনা লম্বীদা তৌগদৌবা মাগী মাগী মথৌ লাইনাওতাবীনা য়েনথোকলে,

অমুপা নঙতী সনতং সেনচেমবো।
অঙৌপা নঙতী হামেঙ সেনচেমবো।
থৌঙানপা নঙতী থাঙকোই য়াংনম
সেনচেমবো।
য়ৌঙানপা নঙতী লীরী তেনতোংমাপু
তিংচেমবো।
হি সাপা থেংচা কোইচাপা নঙতী
সিংচঙ য়াবা লেংতা থোংনা
কাওসুম কাওরামাপু য়ানথৎচেমবো।
লইফানপী নঙতী লৈফান চেমবো।
লৈরামপী নঙতী লৈরাম চেমবো ।
মিয়াইনু নঙতী মি পায়চেমবো।
থোঙাঙনু নঙতী য়েল পায়চেমবো।
লৈনুং য়িমাপী লিরি লিফোঙপী

মাঙবায় তুংবায়পী নঙতী
খোইচু তোললোঙ য়ীকচেমবো।

লৈনুং অসৈপী মচী লাংকাপ্পী নঙতী
বাইসেং ফামনা য়ীকচেমবো।
খাপা লাংথঙচা নঙতী
মরোং সনথিল তাপু ফানথোক চেমবো।
লৈনুং য়ীমাইপা থীকনেম ফোইনেমপা নঙতী
সনচী নারোং য়াননা মিকোনচেমবো।

হায়না অসুম পাওমেনাখিয়ে।

কাংবু অসিনা অসুম অসুম লাকপদা মচিন্দা, থৌদু নুঙজাও অমনা থিংদুনা থম্বা লম্বী অমা থেংনরে,

খুনপী নুঙথোঙ থিংপা
নুঙপীমানা হোপারম
থাবান নোংলৈ উপা
লীকলা বাইফেল চনপা
লমপু ইন্‌সে হায়রপাসু

লম অসিদা থোকললি হায়নরগা কনানা নুঙথোঙ হাঙগদগে হায়দুনা যেংনবকলে। চোপ্না হাংগে হায়দুনা চোংথোরকই। মহাক্না সিংচঙ অপাকপনা হোৎনবসু ঙমদ্রে। মতৌ অদু উবদা,

মানপী হয়রেম কাও কাওরেল
নোংতম সল কসোম সল

চীপংপা চিঙথঙ সল লাইমানপানা

নুঙথোঙগী থোঙ হাংগে হায়দুনা যাবে। নুঙথোঙ হাঙবা মতমদা ফীরোই ফিঙাম সুনা সেৎপীয়ু হায়জবি,

য়ীচি চীবেন য়েৎলমগি
সনা লোঙখুম হুকপিবো।
চীরেল বোইরমকিনা
লুপা লোঙখুম পনচন
হুকপিবো।

ঈমায় লংমাই থা তোপপিও।
লোইজিঙ থা য়ান মানপিও।
ঈমৈ হৈনা য়াংনু
চোন চোন লয়না থাংবিও।
ঈনম লওরী সুংতাই মানপিও।
ঈখানিক খৌখায়ান
ঈহাক চক্‌ফি হাইকুপ শীপিও।
অয়ুক চাপা খুম অমা
নুমিতাং চাপা খুম অমা
তমপিও।
ঈচি খুম্‌মা ঈশা খুম্‌মা
খায়পিও
থৌতু নুঙথোঙ থিংপাপু
ঐ থৌনাকে হায়খিযে।

মসি হাযবমলগা কাওবেন সল লাইমানবনা মপারি চিংমা পোকলুবে। মপাবীদু নুমিৎ মঙানি সুবদুনা'মমিৎকুপ মনাকুপ, সুমায তিংথৌ হাসং লযনা খপচাবপাতা' কাওবেন্না,

লুপা লোঙখুম ছকপানা হাইপাতী
থৌতু নুঙথোঙ থিংপাবু নীকফেৎ
নীকয়ে।
চীরেল য়েৎলমকি সনা লোঙখুম
ছকপনা হাইরাপাতি
থৌতু নুঙথোঙ থিংপাবু
সুনু তাংদাঙ হাইথোকলে।
খমনুং মশিনপীতী
শিনতুম শিননা থোকলকলে।

থোকলক্লিবা কাংবু অদু ৱারদুনা মপান্দা ঙহাক ফমদুনা পোখারে। লৈহৌরবা তামহৌরবা খমনুং লৈবাক অদু নিংশিঙলুবদা নুংঙাইতদুনা পোইরৈতোন্না,

খমনুং কাউনা হয়
শাৱা নিননা হয়পু

কবি লৈপনো হায়না
পাওহংখিয়ে।
খমনুং চাকারিপা খুংখোংপা
নঙতী খুং খোংলো লাও ও
মরুমপী চাকারিপী খুংখোংপী
নঙসুঙ খুং খোংলো লাও

হাযবদা খুং অদু কাওদুনা হুন্দোকলমলে, শিঙপোৎ লাপোৎসু কাওরমলে হায়দুনা খমনুংদা অমুক কুমথখ্রে। পোৎশিং অদু লৌরুরগা পিখৎপা লোযরদুনা কাখৎলকপদা খোংথাং অমা তপহৌবদগী চাকারিবী খুংখোংবীদি মনুংদা লৈহৌরে, নুঙথোঙ থিংখিবনা হানখ্রে। কাখৎপা ঙমদ্রবদা খমনুং চাকারিবা খুংখোংবনা মপান্দগী খুং খোংলকই, মনুংদগী মাগী মরুম্বী চাকাবিবীসু খুং খোংলকই,

থংলেল ও
অনেন তক ও নেতক ও
ঙামতারিখোয় খোয়পুওন
নুংপু শিনা খাইনপা মখুরোন
খুৎপী কৌরোংসু
খুৎচেং হংচি ৱায়না
অনেন তকও নেতকও।

পোইবৈতোন্না খুনমারোঙ অথৌবা অমসুং মাইমাবোঙ অকন্নবা অনিদা 'যাংলও লমতম চেমও' হায়দুনা অনি অদুনা মাঙ থাদুনা লম্বী চিংদুনা লাকপদা, লম্বীদা লৈবম্বা কৈজাও অমনা অনি অদু চাথোকখ্রে।

চীংখোঙ পোইরৈতোন্না পাম্বা লমফম্বা অসিবু 'কনা থৌনাকাপনো' হায়না পাওহংবদা উরিৎ লোনয়ামপীচা য়াংপা শেবাই কংচানা,

ইয়ুবা চীংখোঙ পোইরৈতোন ও
পানপা লমফমপাপু ঐ থৌনাকে
ঐ পানপা মনা পায়না থৌনাকে
হাযনা
কোরও থমনোং খোং
ৱাঙপল লৈমা লাউ

নোংখোংপু তমনা
পানপা মনা পায়না থৌনাপাবু
ঙমতাখিয়ে।

পোইরৈতোন্না মথং কনা পাম্বা লমফম্বা অসিবু কনা থৌনাকাপনো হায়না পাওহংবদা ঈপুরোই অমুতোন লেরাপানা,

ইয়ুব্বা চিংখোঙ পোইরৈতোনও
পানপা লমফমপাপু থৌনাকে
ঈমৈ তোনকা তকপিও
ঈশা তোনকা লাংপিও
ঈকোক কোনকা লীককা
শিবি ও
ঈখোঙ থাব্বাল কৌরোঙ
মানপি ও।
পানপা লমফমপা পু ঐ
থৌনাকে।

ইপুরোই অমুতোন লেরাপানা পাম্বা লমফম্বা অদুবু ঙমদ্রবদা কনা লৈবিবনো হায়দুনা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না হংবদা পোম্বী চিং চারোই অমুবনা হায়রকই,

ইয়ুব্বা চীংখোঙ পোইরৈতোনও
ঐবু ইখোঙ থাব্বাল কৌরোঙ
মানপিও
ঈমৈ ব্বায়রা সেংকম মানপিও
ঈহাক ফিমু লৈরুম শীবীও
ঐ পানপা মনা পায়না থৌনাকে।

পোম্বী চিং চারোই অমুবসু ঙমদ্রবদা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না পাম্বা লমফম্বা অসিবু কনা থৌনাকপনো হায়না পাওহংবদা,

লাংপাল খোইরাপা খোইরাং খাঙচেঙপা
খোইচিকচেং খাঙখুপা ঙাললেল চাকহোনপা
খোইঙাল য়ুসুংপানা ইয়ুব্বা চীংখোঙ পোইরৈতোনও
ঈকোক কক চাক লিললু মানপিও

ঈখোঙ শীনৌ মেনকা য়াইকা তোপপিও
ঈনিঙ য়োৎতুন চারম লেংপিও
ঐ পানপা তুবক খায়না চয়পীকে হায়না
পাওয়াখিয়ে।

খোই অদুনা কৈগী মতু তুরুক খায়না চিকলবদা, কৈ অদু খাংবা ঙমদদুনা লাওনা খোংনা চেনখ্রে। কাংবু অদু লমপাক অচৌবা অমা ফংলবদা পোইরৈতোন্না চফু মঙা, ঈবাল মঙাদা চাক এন্সাং মথেল লুকোয় ময়াম অমা লোংদুনা, খাবৈ মঙানা ওৎতুনা থোংলগা চামীন্নরগা, কাংবু কাংবু ওইনা খায়দোক্লখ্রে।

পোইরৈতোন অমসুং লৈমা লৈনাও তাবী অনিগী কাংবু অদু মথং মথং খুম্ৰোকলকপদা অশি অনা ঙাক্তা পরেং ওইনা মথং মথং থেংনরে। মখোয় অনিগী মচানুপা চাখা খোংহনপা, সকাং য়াইমাবা, কাঙতোন লৈনৌবা,অমসুং মচানুপী হুইয়াই কোতিংনু অহনপী অমসুং হাওচেং লাংমৈনু সাফবী মথং মথং শিরে। পাখং চাম্মা লৈসাবী চাম্মনা মপোৎ মচৈ য়োমলদুনা অশি লৈবাক্তা চৎখিবা থেংনরে। চকপা লৈমা ফাল্লৌঙম্বীগী মচানুপা শাংফুরাই শিরদুনা মৈদা পোৎলোইবা ওক্লবে। পোইরৈতোন্না কাইরৈ ময়েনচাবু অমন শিথিনকে হায়না, মখুৎনা পায়দুনা পুরকপবু নানথোকলগা (শিনিংদদুনা) পাইখি। অমুকসু পোইবৈতোন্না তাউপা মহুইচাবু অমন শিরোননাকে হায়না পুরকপদা (শিনিংদদুনা) হৌনা হৌনা খোংখি। মখোয় অনিনা মালেম অসিদা শিদবা নাদবা লম লৈব্রা হায়দুনা কোয়না থিরকপদা মখোয় অনিসু সেনপী মীরুনুং কবো মীরাংনুংদা চঙলুদুনা শিরমগদৌই। মদুগী দমক লৈনাওতাবীনা সেনপী মীরুনুং কবো মীরাংনুংতা করম চঙলমবনো হায়না পামেল উবু পায়না কপলময়ে।

পোইরৈতোন্না কোয়না খুম্ৰোকলকপদা শিদবা নাদবা লম অমতা থেংনরক্লবদা খমনুংদা হৌবা নারবসু সিদবা য়েল, সিরবসু পুমদবা য়েল, শনথোং তাইমা য়েল, অখোম শিঙজুং য়েল অদু কাওদুনা পুরকতবগী লৈমা লৈনাওতাবীবু তৎতনা সাওখি। অসুম লাকপদা শাচুঙ পুঙ য়ৌরবদা শাচুম নিংথৌ শাচাং লাংমৈরেমবনা মচা মশু ময়ামগা লোয়ননা লবুক্তা থবক শুমীন্নরম্বা থেংনখি। পোইরৈতোন্না মহাক্কী মচা মসু পুন্নমক মতম চাদনা অশি অনা নংলে হায়রবদা শাচুম নিংথৌনা পোইরৈতোনগী মচাগী মমিং, মাইবগী মমিং, মৈ থাবদা শিজিন্নরিবা শিঙ নৎত্রগা উগী মমিং অমদি মৈবা লৌবগী বাগী মমিং লানবাননি হায়খি। মদু তাবদা পোইরৈতোনগী মাইবগা শাচুম নিংথৌগী মাইবগা ওন্নরগা, শাচুম নিংথৌনা তাকলকপগী মতুংইন্না অবাং লোমদা লাকলে। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না 'পোইরৈ শিতাপা বাংঙম নাতাপাপু খুনথিপাতা লৈঙমতে . . . অইতী পোইরৈ শিতাপাপু খুন থিরবোই, হায়না খল্লদুনা কোয়না চৎপা তোকলগা খুন্দাদুনা লৈরে। মফম অদুদা মচানুপা তাপুং শীঙমিংনাপা পোকলে। মহাকসু মতম চাদনা শিরে।

পোইরৈতোনগী মচানুপা তাপুং শীঙমিংনাপানা মনুং মতম চাদনা তাইবং পুম্নী লোয়রদুনা খমনুং লৈবাক্তা লৈনুং থোঙঙারেলগী মনাক্তা থুংলুরে। থোঙঙারেলনা কনাগী মচা মসুনো হায়না হংবদা তাপুং শীঙমিংনাপনা চিংখোঙ পোইরৈতোন অমসুং লৈমা লৈনাওতাবীগী মচানি হায়না মশক তাকলবদা লৈনুং থোঙঙারেলনা অসুম্না হায়রকখি,

পারিও
নশাবি চাখা খোংহনপা
সকাং য়াইমাপা
কাঙতোল লৈনৌপা
লৈশং খেকব্রাইপা
ইমোম খায়োয়নুব্রাহল
হুইয়াই কোংতিংনু অহনপী
হাওচেং লাংমাইনু সাফাপীসুঙ
নোংমল্লকলে।
পনথৌ নপানা
উরেপ কনাপু চারাখিন্না
ফমলেল কনাপু রূথুপ ওইনসিপনো হায়না
প্রেম খকমাতানা মিকপলিঙৈনে।
পারি নঙদি তাইবঙ মাল্লংপালতা
হলব্রাইখিও।
পনথৌ নপা চীংখোঙ পোইরৈতোন্দা
হায়রু ও।
নঙনা নপারি খাইনা য়াম
নমোম তোকনা হুকপতী
লাহাল নঙনা মালেম খুনফাওনখিপা
থৌতু নুঙথোঙ হাংনা
শল মানপী কাশোম শল
লাইমানপাপু চীঙখোঙ নমিয়োক
নাশাল কনন ও।

তরংলাইচায়াং লৈঙমপাপু
মরোং য়াইকা তমহল ও
তেকপী ওকচাউ য়োয়রোক ও
কাইরৈ য়েনফাং য়ইনা য়োয়রোক ও
লাখঙপানা শুকপু সোইপু খাঙনা
য়োয়রোক ও নাউহিংপানা
শুকপু সোইপু হিংনা য়োয়রোক ও।
লাথুপপানা তীনচা লাইচা থুপনা
যোইরোক ও ওইনা লইপা
ওইনা থোক ও য়েৎনা লইপা
য়েৎনা থোক ও। পারই সোয়নাতা
চোইনা মাংনা কেন্নাতানা য়োয়রোক ও।
লোইতাম মনুং ওইরাপাতা
থাঙয়িনা ঙাঙতম লকলাপা
লোইমোমনা খোইঙাঙা সারাপাক
চীংখোঙ নমিয়োক নাশাল কন্নাও।

তাইবংমীনা মনুং মতম চাদনা শিদনবা ইরাৎ-থৌনি অসি তাকলগা লৈনুং থোঙঙারেননা তাবুং শীঙমিংনাপাবু তেংবান্দা অমুক হন্না থারকলে। পোইরৈতোন্না তাপুং শীঙমিংনাপাবু 'নিংঙোল শীহনপা' হায়বা অনৌবা মমিং অমা থোনবীখি। অনৌবা খানিং মিকোন অসি লৈনুং থোঙঙাবেননা তাকলকপগী মতুং ইন্না মেরা থাদা পোইরৈতোন্না পাংথোকলগা মতম চাদনা শিবা নাবদগী কনদুনা তাইবং মীওইবনা তেংবান্দা নুংঙাই-য়াইফনা পানখি।

পোইরৈতোন্না তাইবংপান্দা খুম্ভোক্তিহৈঙেগী মমাংদা খমনুং অমা তেংবান অমা খায়রমদে। মহাক্না খুম্ভোকলবা মতুংদগীদি খমনুং অমা তেংবান অমা খায়রে। খমনুং হায়বসি নারবসু শিদবা, শিববসু পুমদবা সনথোঙ তাইমা য়েল অখোম সিঙঙুৎ য়েল হৌবা, অশি অনা লৈতবা মফম অমনি। তাইবংপান অসিদি অশি অনানা থন্না লৈবা অশিবগী লমদমনি। তেংবান্দা শিদবা নাদবা লম অমা লৈতে। জীব পুন্নমক মমাগী সিযোমনুংদগী তাইবংপান্দা পোকলকই। পোকলবনিনা নোংমদি শিবা তাবকই।

অশিবগী দেমা (লাই) না তাইবংপান্দা খুম্ভোরকপগা, লোয়ননা তাইবংপান্দা অশিবা লাকখি। অসিগুম্বা লাই অসিনা খমনুংদগী তাইবংদা খুম্ভোকলকপগী কুম্মৈ

অমা নুঙগী যুগকী মীশাচাবা কাংবুনা কেরামদা নুমিৎ কয়ানি চঙনা পাংথোকলম্মী। লাইসোন কয়া মীয়াম পুন্না হৌনা হৌনা লাউদুনা, উক্রোংদা কন্না কন্না য়েদুনা অমসুং শন খোংবগী অহৌবা খোঞ্জেলনা অসিগুম্বা কুম্মৈ অসি পাংথোকলম্মী। শনগী খোঞ্জেল অসি দেমাগী খোঞ্জেলনি। শন্না হৌনা হৌনা খোংবগী মখোল অমা থোকহল্লিবা অসি অশিবগী দেমা ময়ামনা খমনুংদগী ফাওগৎলক্তুনা মালেমদা য়ৌরকপগী খুদমনি।[১] তাইবংমীনা পী অমসুং পাগী থৌদাং অসি খঙলকপদা পোকপগী অরোনবা অসি খঙলকই অমদি শিবা হায়বা অসিসু খঙলকই। এদাম অমসুং ইভনা থৌদাং অসি খঙদ্রিবঁগে অশি অনা লৈতবা ইদেনগী ইংখোলদা ইংনা নুংঙায়না লৈরম্মী। লিন অমখক্কী ৱা লৌদুনা মখোয় অনিনা হৈতুপ চামীন্নরুবদগী অশি অনাগী মালেমদা য়ৌরকলে। খমনুংগী মচিন্দা লৈরম্বা নুঙজাওবু শন নৎত্রগা শন্দং মচিনা ইনথোকপদগী তাইবংমীনা তেংবান্দা খুম্থোকখি। লিন অমসুং শন অসি কুইরবা মতমদগী নুপাগী পা ওইবগী মতিক খঙহনবা খুদম ওইনা লাইরোন্দা লৈরি। মীওইবনা তেংবান্দা য়ৌরকপগা অশিবসু থেংনরে, '... death and sex came into the world as the basic correlates of temporality'.[২]

মেরা থাদা শন হাৎতুনা কৎপা ইরাৎ থৌনি অসি 'মেরা শন্তুবা' হায়না খঙনদুনা চীং-তম অনিমক্তা চহি খুদিংগী কায়বা লৈতনা চৎথরম্মী। শন তুবগী মওং অসি অসুন্না থেংনৈ, ' . . . শন অদু থৌরি থুদুনা পুন্নগা চৈ অদুনা থিন থিন্দুনা হাৎকদবনি।' (বি, কুলচন্দ্রা শর্ম্মা, ১৯৯৮ ঃ ৭১)।

মৈদিংঙু পামহৈবগী মতমদা (১৭০৯ - ১৭৪৮) অয়াম্বা মৈতৈনা লাইনিংলম্বী হোংখিবদগী 'মেরা শন্তুবা' অসি তোকখ্রবসু, থৌরম অসি মওং মতৌ হোংদোক হোংজিন তৌদুনা 'মেরা হাওজোংবা' কৌদুনা ঙাক্তুনা থমলি। হিন্দু মৈতৈনা মেরা থা অসিদা হিন্দু ধর্ম্মগী চৎনবী মওংদা য়েলহৌঙেদগী চৎথরকপা লাই-তীন খুরুম্বগী সক্তম অদুদি হৌজিক্কী মতম অসিদসু চৎথরি। চকপা ফয়েংনা মেরা থাদা লাই হরাওবগী থৌ চহি খরগী মমাং ফাওবদা চৎথরম্মী।

শাশিংগী মসাদা অতুম্বা চৈনা মফম কয়া থোক্লা থিনদৎলগা ঈ থোকহল্লবা শাগী সক্তম কয়া খা থংবা ফ্রান্সকী সুরুংগী ফক্লাংদা অরিবা নুঙগী যুগকী শাদানবা সমাজগী মীনা য়েক্তুনা, শা তানবগী ইরাৎ-থৌনিগী শরুক অমা ওইনা থনম্মী। মসি

১। Joseph Campbell, Masks of God vol. I, 1991: 70

২। মথক্কী য়াওফম লাঃ ১৮২।

মখোয়না শা মরাং কায়না ফাবা ফংনবা পাংথোকপা শাদানবগী থৌনি ( Hunting magic ) অমনি। চৈনা থিন্দুনা শা হাৎপা হায়বসি মীওইবনা নুঙ অমসুং অতুম্বা চৈ শিজিন্নদুনা শা তাল্লিঙে মতমগীনি। মেরা শন্তুবদা মফম কয়া থোক্লা থিল্লিবা অসি শাগী ঈ তাহন্দুনা পাংথোকপা থৌনি ওইবা মরমননি অমদি পুন্দুনা থমলিবা অসিনা অসুম্না মফম কয়া থোক্লা থিনবা য়ানবগীদমক্নী।

অতিয়াগী লাইরৈপাক্তা লাইনিংথৌ ওইদুনা পাল্লিবা মপা লাই লাৎপা মালেমগী মশক নাইবা লাইনিং লম্বীশিংগী মতৌগুম পোইরৈতোনগী খানিং মিকোন অসিসু মমাংথানা লৈরম্বা মমা লাইবেম্বী লাইনিংগী মচাক কয়াদা য়ুমফম ওইদুনা সাগৎলকই। অনাল অমসুং কোমগী ৱারীদা খমনুং অসি মপা লাই য়াওদনা মথন্তনা পুমনমক্কী হৌফম লোইফম ওইরিবা মমা লাইরেম্বীগী সিয়োমনি। কবুই, মরিং অমসুং পোইরৈন-চিংবগী খুম্বোক ৱারীদা শন নৎত্রগা সন্দং য়াওরকলিবা অসি মপা লাই য়াওরকলবনি। অসিগুম্বা খুম্বোক ৱারীশিং অসি মপা লাইগী মশক শাগৎপা হৌরকপা মতমগীনি। পোইরৈগী ৱারী অসিদা কাও অসি লাবা নত্তে মচানুপা চিংমা পোকলুবদা ঙায়বিবা মমা ওইরি। লৈমা লৈনাওতাবীবু অসুম্না মশক তাকলি,

নাতৈ লৈমা লৈনাওতাবী
খুনুং ঙানপা মপু নিংথৌ চনু
চৈরৈ লাকা পানপাপু খোংফৈনাপী
সুকমু থনপাপু ৱাঙমপা
লাংয়া থনপাপু ৱাতোমপা চনু
চাখা খুননু লাইহনপানা পোকপী
লৈমা লাইহননু লাইচম থোঙখোঙ সেমপা
চিঙয়া লাইফা তেংপা
চিঙনুং খাবো লাইহৎপানা য়েনপী
খমনুং লওরী শেমপা
সীঙকাঙ তাউপা নুৱোক সেমপা
মথেল তৈপা চনু
পুরোয় লেমনু লিনকোয়কি
খমনুং থোংঙাইপা ৱায়েন চুমপানা পোকপী
মপাম হেবল লান্নীকিতি মাহৌ নুঙচোংচা
লিললা হাওতমথীপু অহোঙ লাললু তৈনা
সুংপা চনু · ·।

লৈমা লৈনাউতাবীনা খমনুংদা হৌবা, নারবসু শিদবা, শিরবসু পুমদবা শনথোঙ তাইমা য়েল অখোম সিঙঙুৎ য়েল কাওদুনা তাইবংদা পুরকত্রে। অদুনা মহাক তাইবংদা লাইরেম্বী ওইখিদে। লৈনুং থোঙঙারেলগা তাইনদুনা লাইগী লাইবাও পুরকলিবা অসি লৈনাউতাবী নত্তে, মচানুপা তাপুং শীঙমিংনাপানি। পোইরৈতোনগী খানিং মিকোন অসিদা লাইগা তাইনবা অসি নুপা মাইবী (Shaman ) না তায়নৈ। তাপুং শীঙমিংনাপানা অহানবা নুপা মাইবীনি।

মীওইবনা হোমো সেপিয়ান্স সেপিয়ান্স (Modern man) কী থাক্তা, উরু-ৱারু, উহৈ-ৱাহৈ অমদি অপিকপা শা ঙা চাদুনা হিংলম্বদগী নুঙ, সরু-ঙারু অমদি মচিন তুম্বা চৈ পায়দুনা চবুন চবুন ওইনা লমসাশিংগী খোংলম মতুংইন্না চৎতুনা অচৌ অচৌবা শা তান্দুনা হিংবা, শাদানবগী খুন্নাইদা হিংলকপা মতমদা, মীনা মমা ওইবীগী শক্তিদা থাজরম্বদু মপা ওইবগী শক্তিদা হোংলকই। অসিগুম্বা শাদানবগী খুন্নাইদা লাইগা তায়নবগী থবক অসি নুপা মাইবীনা তৌই। অৱাং অমেরিকাদা খুন্দাবা ইন্দিয়ানশিংনা চহি তরানিথোই তরাহুমদোইগী নুপা মচাবু য়ুমদোমপোক অমদা মথন্তা হুন্দোকতুনা চরা হেলহন্দুনা অশিবগুম থমলগা করিগুম্বা শক্তি অমা থেংনদুনা অথুপ্পা লৌশিং (লন নৎত্রগা তিনকোক লাইকোকপগী) ফংদুনা নুপা মাইবী (Shaman) ওইরক্লবা হোৎনবগী চৎনবী অমা লৈরম্মী। নুপানা মাইবী ওইনবা হোৎনবগী চৎনবী অসি সাইবেরিয়াদসু য়ান্না সাংনা চৎনরম্মী। মওং অসি কাংলুপ অমগা কাংলুপ অমগা খরা খরা খেৎনরবসু পুমনমক্কী ওইনা মান্নবা মওংদি-মাইবী ওইগদৌরিবা নুপা অদুগী পুক্নীং হকচাং অমদি ৱাখলনা অশিবগা থেংনরুরগা মালেমদা অমুক হল্লকপা (an adventure of death and resurrection ) গী লৌশিং ফংলক্তুনা অশিববু ঙমলকপগী লৌশিং অমদি সক্তি অদুনি। খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎত্রিবা অয়াম্বা চীংমীশিংনা য়ুমহোংবা, উক্রোং হোংবা, নুঙ য়ুংবনচিংবা পাংথোকলমদাইদা হান্ননা মাংজিন থানা মানা পাংথোকনিংলিবা থবক অদু পাংথোকপা য়াগদৌরিব্রা নৎত্রগা য়ারোইদৌরিব্রা হায়বদু মপা মপু পোকপা লাইগী মফমদগী খঙদোক্লবা, নুমিৎ কয়ানি করিমতা চাদনা য়ুতমক থকলগা, নুপী অঙাং অমদি মরুপ মপাং অমতা সোক্ল উন্নদনা মথন্তা হিপতুনা লৈরগা মঙ তমগনি। মঙ তমবগী থবক অসি থৌবু ওইগদৌরিবা নুপা অদুনা তৌই। তপুং সীমিংনপাগী থৱায়না খমনুংদা চৎতুনা, লৈনুং থোঙঙারেলগা উনদুনা, তাইবংমীনা তেংবান্দা মনুং মতম চাদনা শিদনবগী লাইৱা লৌরুরিবা মওং অসি, সামানগী কলচরগী সক্তমনি।

সামানগী চৎনবী লৈবা কাংবুশিং অসি সক্তি অমদা নিংজবা অমা থুংনবা মখুৎ খুৎসা কক্থৎলগা কৎপগী চৎনবী লৈরম্মী। নুঙগী যুগকী মীনা সুরুংগী ফক্লাংদা খুৎসা সুনা য়াওদ্রবা খুৎসা কয়াগী মমি তাহন্দুনা থনম্মী। কনাগুম্বী চান্নবী অমা কায়নববদ মসাগী খুৎসা কক্থৎচরগা চান্নবী অদুদা অরোইবা খুদোল ওইনা পীখিবগী চৎনবী অসি মণিপুরদসু লৈরি।

পোইবৈতোনগী কাংবু অদু খুম্হোকলমদাইদা মাগী মাগী থৌ য়েনথোকনবা মতমদা,

লৈনুং যীমাইপা
থীকনেম ফোইনেমপা নঙতী
শনচী নাবোং যান্না
মিকোন চেমরো।
হাযদুনা মাইবগী থৌ পীখি।

খা থংবা ফ্রান্সকী Trois Frères কী অরিবা নুঙগী যুগকী মীনা ইরাৎ-থৌনিফম ওইনা শিজিন্নরম্বা সুরুংগী ফক্লাংদা শাশিংবু সুমহৎতুনা, শা মরাং কায়না ফংনবা থৌনি অমা পাংথোক্তুনা লেপলিবা মাইবা অসি মচি যাওবা শনগী কোনমাই অমদি ইরোইগী মউন শেৎলি,

The sacred object of the rite is to be a bull's head and buffalo robe.[৩]

পোইরৈতোনগী কাংবু অসি শনবু মপা মপু পোকপা লাইসা (Totem animal) ওইনা লাৎপা কাংবুনি।

উনগী যুগ (Ice Age ) লোয়খিবদগী মীওইবনা লৌউ-শিংউবা হৈত্রিবা ফাওবদি, চবুন চবুন ওইনা শাগী শারম ইন্নদুনা মালেমগী মফম অমদগী অমদা শিন থুংনা চৎতুনা লৈবা মতমনি। শাদানবা কাংবুশিং অসি লাইশা (শন, ইরোই, হামেং, সজীনচিংবা) দা থাজবা কাংবুনি। অসিগুম্বা কাংবুসিং অসি লৈবাক অসিদসু য়ৌরকখি। নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতমদা সাগৈ সলায় (শা-কৈ, শা লাই নৎত্রগা শনলাই) খায়বকপা মতমদা লাইশাসিং অসিবু লাইরেম্বী তবেৎকী নুপা ওইনা যেক তরেৎকী মপা মপু ওইনা লৌসিনখি।

৩। Joseph Campbell **The Masks of God**, 1991 · 286

মপামপু লাইশাবু ইরাৎ-থৌনি অমদা কৎতুনা নৎত্রগা হাৎতুনা চারিবা অসিগী ৱাহ্নথোক অঙনবা খুন্নাইগী ৱাখললোন্দা ময়েক শেংনা লৈজে। মতাং অসিদা আমেরিকাগী মোন্টানাদা খুন্দাবা ব্রেকফুত ইন্দীয়ানগী ইরোই জগোয়গী ৱারী অসি য়েংবা য়াই।

ব্রেক্লফুত ইন্দিয়ানশিং অসি অৱাং আমেরিকাগী নাপীগী পাকলবা লমহাং অদুদা চাক্তরিবা ইরোই সঙ্গুশিংনা সল্লুপ সল্লুপ ওইনা অমুক চৎখিবা অমুক হল্লকপগী অসিগী তানজা য়েংদুনা ইরোই হাৎলগা চাবা কাংবুনি। খ্বাযদগী ফবা মওংদি ইরোইশিং অদু সুমহৎতুনা চীংয়াং অমদা পুথোকলগা মখাদা শল্লুপ ওইনা ওনথহন্দুনা হাৎপনি। নোমনা অসিমক ইউরোপতা অচৌবা সুরুংশিংগী মতম চহি ৩০,০০০ - ১০,০০০ গী মতমদা শিজিন্নবম্মী হায়বদু ফ্রান্সকী Trois Frères কী সুরুংদা য়েকলিবা অসিদগী খঙবা ঙম্মী।

থায়না মমাংঙৈ মতম অমদা ব্রেককুত ইন্দিয়াশিং অসিনা ইরোই ওম্থফম অসিদা ইরোই অমতা ওম্থহনবা ঙমলমদে। ইরোইশিংদু চীংযাং তান্না হোইজিল্লবসু ওম্থফম তম্পাক অদুদা কুমথরগা লানথোকলগা চৎখি। করি মরমদগী মখোয়না· ওম্থফম অদুদা ওম্থদ্রিবনো হায়বদু খঙলমদে। মখোয়গী কাংবু অদুদি চারা হেন্দুনা শিগদৌরে।

নোংমা অয়ুক অমা, লৈসাবী অমা ঈসিং সোকপা চৎপদা ইরোই শল্লুপ অমা ইরোই ওম্থফমগী চীংয়াং অদুদা সজিক চাদুনা লৈবদু উরে। মদু উবদা থোয়না খল্লুদনা, নখোয় অমতংনা হেক ওম্থবদা নখোয় অমদা ঐ লৈগে হায়না হায়দোকখি। খংহৌদনা ইরোই শল্লুপ অদু মথং মথং ওম্থফম অদুদা ওম্থররে। মরক অদুদগী ইরোই লাবা অচৌবা অমা নুপীদু তম্না চুমদ্রিং লাকলে। মদু উবদা নুপীদু য়াম্না কিরে। অদুবু হায়খিবগী মতুংইন্না য়ানিংদ্রবসু ইরোইদুগী মতুং ইন্নদুনা চৎখ্রে।

শাদানবা কাংবুদুনা ইরোইসিংদু হাৎপা অমদি শেম্বা লোইরবদা লৈসাবী অমা ৱাৎলিবদু খঙনরকলে। মখোয় ময়ামদু য়াম্না নুংঙাইখ্রে। লৈসাবীগী মপাদুনা লিরুং তেন পুদুনা মচানুপীগী খোঙ্গুল লিরুনবা খোংসানখ্রে। অসুম অসুম লাকপদা ৱারদুনা মপাদু ইরোইশিংগী ঈসিংখোংদ য়ৌবদা পোখারে। অরাপ্পদা ইরোই শল্লুপ অমসু সজিক চারি। মহাক করি তৌগদগে হায়বা খঙলমদে। খংহৌদনা মমৈ অশাংবা পানবা অমুবা অমদি অঙৌবগী ফজরবা উচেক মেগ্‌পী অমা উরে। উচেক অদুদা মহাক্না ফজবা ৱাহৈনা অসুম পাইবদা মচানুপীদু উরবদি মপানা ঈসিং খোংদা ঙায়দুনা লৈহৌই তম্বিয়ু হায়দুনা হায়জরম্মী।

মেগ্‌পীদুনা চুমদ্রিং ইরোই শল্লুপতু তান্না পাইখিবদা ইরোই মরক অদুদা নুপী অমা য়াওবদু উরে। মনাক তান্না পাইশিন্দুনা পাওদু তমলুরে। নুপীদুনা লাওনা হায়গনু মনাক্তা নক্লা তুমলিবা মপুরোইবা ইরোইদু তাখিনি হায়রকই। মেগ্‌পীদু হেক পাইখিবগা ইরোইদু তুম্বদগী হৌগৎলক্লুনা নুপীদুদা ঈসিং সোকলুচো হায়দুনা থৌদারে। নুপীদু হরাওরদুনা ইরোই মচি অমা ইরোই অদুদগী লৌরগা ঈশিং শোকপা চৎখ্রে।

ঈশিংখোংদা নুপীদু মপাগা উনরে। মপানা চেনখ্রসি হায়বা মতমদা নুপীদুনা অরেম্বদা মপা মচা অনিমক ইরোইশিংনা তান্নরক্লুনা হাৎখিনি, তাঞ্জা য়েংলগা মখোয়না তুমলিঙৈদা নানথোরক্কে হায়দুনা মপাদু থেমজিল্লগা নুপীদু চৎখ্রে। ইরোইদুনা ঈশিংদু খরা থকলগা ঈশিং খোংদা নুপা অমা লৈরে হায়রকই। নুপীদুনা কনাসু লৈহৌদে হায়দুনা খুমলবসু কিবনা নিকলম্মী। ইরোইদুনা অঙকপা অকিবা খোনথোক অমদা খোংলকই। মদু তাবদা ঈরোই শল্লুপতু মমৈ থেৎকৎতুনা, মনা য়ুংখৎতুনা মকোক থাঙ্গৎতুনা খুমলকই। অদুদগী মখোং খুমাং হোৎলদুনা মায়কৈ মরিদা চাইথোক্লখ্রে। ঈশিংখোংদা মচানুপী ঙায়রিবা নুপা অদু মখোয় ময়াম চঙদুনা হঞ্জীন হঞ্জীন শিংকুপ শানা সদোং অমফাও লেমহন্দনা নেৎথৎতুনা হাৎলে।

নুপীদুনা মপাদুগী তেংথা নাওইবদু তাবদা ইরোই অদুনা হায়রকই, নঙদি নপাগীদমক কপলিবোইরে। ঐখোয়গীদি ইমা ইপা সাগৈ নাতে পুমনমক নখোয়না হাৎখ্রবনি। নঙগী নপাদু করিগুম্বা হিংগৎহনবা ঙমলবদি নয়ুমদা চৎচখিবা য়াগনি।

মদু তাবদা নুপীদুনা মেগ্‌পীদা ওনশিন্দুনা মপাগী সরু মচেৎ অমতা ওইরবসু লৈখোম মরক্তুগী খুনবীয়ু হায়দুনা হায়জরে। মেগ্‌পীনা খুদক্তা ঈসিংখোং তান্না পাইখিদুনা লৈখোম মরক অদুদা থৌরবা মচিন্না কক কক হন্দুনা থিরুরে। অসুম থিবদা ঙৌরুনবা অমা থেংনদুনা চিংথোকপদা য়াংলেনগী সরুমচেৎ অমা ওইরমলে। মদু পুরক্লুনা নুপী অদুদা পীররে।

নুপীদুনা শরুমচেৎ অদু ফিনা কুপসিন্দুনা থমলগা ঈশৈ অমখক শকলক্লে। ফিদু হায়দোকতুনা য়েংবা মতমদা মপাগী হকচাং মপুং ফানা সাগৎলমলে অমদি অতুম্বগী মতৌগুম লৈরম্মী। ফিদু অমুক কুপসিন্দুনা ঈশৈদু মখা অমুক সকথরে। ঙহাক শকলগা ফিদু হায়দোকপদা মপাদু শোর হোল্লকলে অমদি হৌগৎতুনা ফমলে।

মীওইবগী তৌবা ঙম্বা মতৌদু উবদা ইরোইশিংদু য়াম্না ঙকলে। নুপী অদু মপাগা চৎপা তারকলবদা ইরোই মপুরোইবা অদুনা হায়রকই,

'নখোয়না চৎত্রিঙৈ মমাংদা ঐখোয় ইরোইগী জগোই অমসুং ঈশৈ অসি তমখো। কাওদনবা মুন্না য়েংঙু'।

ইরোই ময়ামদুনা মখোয়গী অতপ্পা, নুংহিক্লরবা ঈশৈদু শকলে, খোংথাং লূমনা লূমনা, চেকশিননা থাংবা খোংথাংদা মখোয়গী জগোয়দু শারে।

জগোয় লোয়রবদা ইরোইদুনা হায়রকই,

'হৌজিক্তি নখোয় চৎলো। নয়ুম য়ৌরগা হৌজিক উখিবদু কাওগনু। জগোয় অসিগা ঈশৈ অসিগসি নখোয়গী মীশিংদসু তম্বীয়ু। ইরাৎ-থৌনি অসিগী খ্বায়দগী অরুবা অশেংবা ওইনা শিজিন্নগদবদি, শনলাবগী মচি অমদি ইরোইগী মউননি। ইরাৎ-থৌনি অসি পাংথোকপা মতমদা শনকোক অমসুং ইরোই মউন শেৎকদবনি'।

মপামচানা মখোয়গী লৈফমদা হল্লকলবদা মীশিংদু য়াম্না হরাওরদুনা সাগৈগী অহলশিংগী মীফম অমা কৌরে। ৱারী পুমনমক তমলবদা মীফম অদুনা নহা নুপা খরা খল্লে অদুগা জগোয় ঈশৈদু তম্বীরে।

ইরোই মপুরোইবা অদুনা তাকলকইবা ইরাৎ-থৌনি অসি পাংথোকতুনা হাৎপা শা শনশিং অদু অমুক অনৌবা মপোক নৎত্রগা অনৌবা সদোং অমুক ফংদুনা হিংগৎলক্কনি হায়বনি।

ৱারী অসিদা ইরোই সল্লুপ অসি অহানবদা ওন্থফম অদুদা ওন্থখিদে অদুগা কোন্না অমুক ওন্থরকই। মসি ইরোই লূচিংবা অদুনা থোকহনবনি। ইরোই অতৈদুদি মাগী মমিনি। মহাক্না মহাক্কী ইরোই কাংবুগী মাংবা তাবা শোকপা লৈত্রবা পুমনমক্কী হৌফম মরু শিদবনি,

He is a figure of one more dimension than the others of his hard: timeless and indestructible, whereas they are mere shadows (like ourselves) subject to the laws of time and space. They fell and were killed, whereas he was unharmed. He is a manisfestation of that point, principle, or aspect of the realm of essence from which the creatures of his species spring.

... it holds a prominent place in all primitive thought [8]

৪। Joseph Campble, **The Masks of God** Vol I, 1991: 2921

মণিপুরদা খুন্দাবা কোম কাংবুনা শন্দং হাৎপা মতমদা মথক্তা য়ু হৈদুনা শিং অসুবা হাপতুনা য়ুপান থাগনি। অদুগা 'নঙদি নহানমুক্কী মপোক্তা পাথিন (নোংথক্তা লৈবা ইপা) না লোম (লুপ) গী ওইজৌ হায়দুনা সেমলকপনি। হৌজিক্তি নঙগী নথৌ নঙম পাংথোকলগে হায়দুনা সোল্লগা শন্দং অদু মঙক ককতুনা হাৎলি।

শা শন হাৎতুনা চাবা অসি মহৌসাগী ওন্নতৈনবা, পাপকী থবক নত্তে। মহৌসাগী মওংদি পুন্সীনা পুন্সী চাদুনা পুন্সী হিংবনি। শাশিংনা মসানা য়ানা মীওইবনা হিংনবা মসাগী তোংসা পিজরবনি।

ব্রেকফুতকী ৱারীগী মতুংইন্না শাশিংনা মসানা য়ানা মশাগী তোংসা পিরবনিনা মীনসু মখোযবু হাৎপা মতমদা, শাশিংনা মীওইবদা তাকলকইবা থৌনি অদুগা লোয়ননা পাংথোকলবদি শাসিং অসি মথংগী চহিদা মালেমদা অমুক হল্লকনি। শাসিংনা পীরিবসি মখোযগী তোংসা অদুখকতনি, থৱায়দু নত্তে। থৱায়গী মপুদি শাগী মপু অদুনি। মাগী অনিংবা মতুংইন্না শাশিংনা মসাবু পীজদুনা মীবু হিংহললিবনি। মাঙবা সিবা নাইদবা থৱায অসি অমবোমদা মীওইবগী পুন্সী পীবীবা মীওইবসু হিংহনবীরিবা মপু ওইরকই।

অরিবা নুঙগী যুগতা মীওইবনা চানবা পুথোকপা হৈত্রিঙৈ থিরগা চারিঙৈ মতমদা সেমখিবা ৱাখলগী মশক অদুদা, তুরেল মপান্দা খুন্দাদুনা লৌউবা হৈরেকলবা মতমদা মনামশিংগী লাইরোনগী মশকসু য়াওসিল্লকই। ব্রেকফুত ইন্দিয়ানগী ইবোই জগোয়গী ৱারীদা মপাগী সরু মচেৎ অসিদগী হকচাং মপুম সাগৎলকলিবা অসি মনা-মশিংগী লাইরোন্দা য়াওবা মরু-মবাংগী মশকনি। অরিবা নুঙগী যুক্কী মথকথংবা সরুক নৎত্রগা অঙনবা মতমদা লৈখিবা মমা লাইরেম্বীগী মশক অদু লৌউবা খুন্নাইদা অমুক হিংগৎলকই। শাদানবা খুন্নাইদা নোংথক্কী মপা অতিয়া মরু সিদবা লাৎলি। মহাক্কী মসক অসি সাগৎলকপা মতমদা অঙনবা মচিনঙৈদা লৈখিবা মমা লাইরেম্বীগী মশক্তা য়ুমফম ওইদুনা শেমগৎলকই।

মমাগী সিয়োমনুংদা থা খুদিংগী লাকলিবা ঈ অসিনা তাইবংমীগী হকচাং ওইরকই। মমানা ঈ পীবা ঙম্বদগী মমা লাইরেম্বী ওইরিবনি। নোংথক্কী মপা লাইনিংথৌগী মসক সাগৎলকপদা মওং অসি তৎতনা সিজিন্নরকই। খ্রাইস্টকী মসাদগী ঈ শিন্থখিবা অদুনা তাইবংগী লানবিবা মপু ওইরিবনি। খৃষ্টান ধর্ম্মদা ৱাইন্ (য়ু মখল অমা) বু খ্রাইস্টকী শেংলবা তেংবানগী পুন্সী পীবীবা ঈগী খুদম ওইনা লাইনিং লম্বীগা মরি লৈননা থকলি। মণিপুরদা খুন্দারিবা অয়াম্বা কাংবুগী মফমদা শন, নৎত্রগা শন্দং অসি

তেংবান মপুগী লাইসানি। তেংবান মপু মরু শিদবনা মসাদগী নুমিৎ, থা, থব্বানমিচাক অপকঙা পুমনমক পুথোকতুনা লৈসেম নোংসেম্বা লোয়রবা মতুংদা শন য়োংমানবী ওইনা তুরেলদা তাওথরকখি। পাখংবনা মদুবু চিংখৎতুনা মথৌ মঙম পাংথোকলগা মতুংদা তরেৎ থোক্লা ককতুনা সাগৈ সলায় তরেৎতা য়েনথোকতুনা চামীন্নবগী থৌ অমা পাংথোকখি। মদুদগী মহাকপু পাখংবা হায়দুনা কৌখি (হিজম মনি, ১৯৬০)।

পোইরৈতোনগী খানিং মিকোনগী মপুং ওইবা মশক্তী অরিবা নুঙগী যুগতা লৈরম্বা শাদানবা খুন্নাইদা মপা লাই লাৎপা হৌরকপা মতমদা অহোংবা অমা পুরকলিবা লাইনিং লমচৎকী মওংসিং অদুনি। মতমনা হোংলকপগী মতুং ইন্না চান্ন-চান্ননা ইবাং থৌনি মওংদসু ওনবা তারকই। লৌউ-শিংউবগী খুন্নাই ওইরকপগা লোয়ননা পোইরৈতোনসু ফৌ মরু পুরকপা লৌউবা পোইরৈতোন ওল্লকই।

লৌউ-শিংউবদা য়াম্না দরকার ওইবা শা শন য়াম্না হাৎতুনা পাংথোকপা থৌনিশিং অসিগী মাংজবসু থোকলকখি। অসিগুম্বা ইরাৎ-থৌনিদা য়ুমফম ওইবম্বা অঙনবা মতমগী হিন্দু ধর্ম্মনা লৈখা তারুরগা অমুক হৌগৎলকপা মতমদদি বৌদ্ধ ধর্ম্মগী অহিংসা নিতিদা য়ুমফম ওইদুনা হৌগৎলকখি। নোংপোক অমসুং খা-নোংপোক এসিয়াদা বৌদ্ধ অমসুং হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোলকপদা মণিপুবদসু য়ৌরকখি। লোযননা পোইরৈতোনগী খানিং মিকোন্দসু অহোংবা লাকখি। **লাই কাও** (নোংমাইথেম মনাওয়াইমা সিংহ, ১৯৯৫) হায়বা পুয়া অদুদা তাপুং শীংমিংনাপানা কাওরেন ফাদুনা লাইদা কৎপগী মতাং অদু ইরি। লৈনুং থোঙঙারেলনা তাকলকপগী মতুংইন্না পাংথোক্কদবা ইরাৎ-থৌনি অদুগীদমক তাপুং শীংমিংনাপানা কাও থিবা চৎপগী মতাং, কাওরেনগী মশক মতৌ অমসুং মতিক মগুন থাবগী মতাং, অঙকপা ফংনা ব্বাংলবা সাহিত্যগী থাক অমদা শিংথারি। লৌউবা খুন্নাইনা পুথোকরকপা সাহিত্যনা শাদানবা খুন্নাইগী সাহিত্যদগী মরিক চুম্বা, লৈসি-লৈথেৎ চঙখোনবা হেনখি। কাও অদু তাপুং শীংমিং নাপানা পুদুনা লাকলগা লাইমাংদা কৎপদা কাও অদু মথন্তা লাই ওইজখি। পেনা শকপা ওজাশিংনা খম্বা থোইবীগী ব্বারী চাওথোকহল্লকপদা খম্বানা কাওফাবগী মতাং অসি তাপুং শীংমিংনাপানা কাও ফাবগী ব্বারী অসিনি। য়েন অহিংবা ওইনা থাদোক্কুনা কৎপা অসি হৌজিক হিন্দু মৈতৈনা পাংথোকপা থৌনি ওইরি। লাইদা কৎপা কাও নৎত্রগা শন অসি অহিংবা ওইনা লাইকাও ওইনা থাদোকপা অসি হৌজিক জিরিবামদা চৎনরি।

লাইব্বারী, মিথোলোজি হায়বসি লাইরোন অদুবু পুথোকলকলিবা লাইনিং

লম্বী অদুগী য়াংলেন সরুনি। লাইনিংলম্বী অদুবু ঙাকলিবা মীশিং অদুনা লাইব্রারী অদুবু থাজফম থোকই। মৈতৈনা হিন্দু ওইরকপগা লোয়ননা আর্জুনগী লানগী শগোল অদু শগোলবন্দা পন সাদুনা থৎতুনা থমলগা পাশোইদা মপা মচা বাব্রুবাহন অমসুং আর্জুনগা লান শোক্লহনখি। অসামদসু অদু মঙাই। অসামদা হিন্দু ধর্ম্ম লাকপগা লোয়ননা অসামগী লম্মীৎ-তুমীৎকা মরি লৈনবা হিন্দু মিথোলোজিগী ৱারী কয়ামুক সাগৎলকখি।

## (ii) হোঙনেম্বা

মণিপুরদা নুঙ হোঙবা, উ হোঙবা, যুম হোঙবনচিংবা অচৌবা হোঙনেম্বগী লাইথৌ কয়া অঙনবা মতমদগী চৎনবকই। হোঙনেম্বগী লাইথৌ অসি নুপাগী মপা মপুবু লাই ওইনা লৌদুনা, পেত্রিয়ার্কেল সোসাইতি সেমগৎলকখিবা, শাদানবা খুন্নাইনা পুথোবকপা পোইরৈতোনগী খানিং মিকোনগী সরুক অমনি। হোঙনেম্বগী মকওইবা পান্দমদি মীওইবনা তেংবান্দা হিংলিঙৈদা মীনা পাক পাংথোকপা ঙমনদবা অচৌবা থবক পাংথোকলবদি মীংচৎ ফংদুনা মীনা ইকায় খুমনৈ অমদি শিরবা মতমদা খুদোং থিবনা থল্লবা অশি লৈবাক্তা লম্মাংনদনা অশিবগী য়ুম য়ৌবা ঙম্মী নৎত্রগা মালেমদা অমুক হন্না মী ওইনা পোকচবা ফংই হায়বনি। মীওইবনা হিংলিঙৈদা পাঙথোকপা ঙম্বা খ্বায়দগী অচৌবা থবক্তী হোঙনেম্বগী লাইথৌ অসিনি। মসি মী খুদিংমক পাংথোকপা য়াবা লাইথৌ নত্তে। নিংথৌ নৎত্রগা খুল্লাকপা, শাদা লান্দা থৌবা, মীরক্তগী মশক নাইরবা অমদি ময়ামদগী হেন্না মরল লৈরবা ইনাকখুনবা মীওইখকতনা পাংথোকপা য়াই। মখোয়শিং অসিসু মঙ তমদুনা যেংবদা মঙ ফৎত্রবদি হোঙনেম্বা য়াদে। মঙফবা মরাইবক ফবা মী অদুতনা পাংথোকপা ঙম্মী। মীওইবনা লৈকুৎ লৈরাইদা লৈরিঙৈ, তমথিরবা অচৌবা শা ঙানা থল্লবা উমং ৱামংদা, অপিকপা শাদানবা কাংবু ওইনা শাক, ঙারু, নুঙ অমদি মচিন তুম্বা চৈগী খুৎলায় পায়দুনা মহৌসাগী অইং-অসা নোংজু নুংসা মরক্তা, তম্বা ঙমদ্রবা মরাইবক পুদুনা হিংলিবা শাদানবা সমাজগী এক্সপরিয়েন্সতা য়ুমফম ওইদুনা, মীওইবগী ৱাখলনা সেমগৎলকপা শিবগা মরিলৈনবা লাইরোন অমদা য়ুমফম ওইদুনা হোঙনেম্বগী ইবাৎ-থৌনি অসি সেমগৎলকই।

(ক) নুঙ হোঙবা

অৱাং নোংপোক ভারতকী লমদম অসোমদা চাইনা শন্দেক্লুনা লৈরিবা নুঙজাওশিং—নুঙপাক (Doleman) অমসুং নুঙ অয়ুংবা (Menhir) অসিনা মায়কৈ অসোমদা নুঙ হোঙ্বগী চৎনবী লৈরম্মী হায়বা তাকই। মসি মালেমগী অতৈ মফমশিংদা লৈরম্বা নুঙজাও খিনবগী নাৎকা চাংদমনদুনা য়েংবা য়াই,

A very interesting aspect of North-East Indian archaeology is the widespread remains of a megalithic culture, ... Although these stone structures have not yet been definitely dated, these appear to be as old as the remains found in various west European and east Mediterranean countries. The scholars in the field are of the opinion that all these European archaeological finds belong to the period between the late Stone Age and the early Bronze Age (A. Rajkhowa, **Bulletin of the Assam State Museum** No VIII, 1986: 32)

য়ুরোপ অমসুং মেদিতেরেনিয়ানগী লমদমদা অশিবগী ইরাৎ-থৌনিগা লোয়ননা নিংশিঙ খুদম ওইনা নুঙ খিনবগী চৎনবী লৈরম্মী। মোন খেমর নৎত্রগা মোন অনম হায়দুনা ভারত্তা খুন্দারিবা অস্ত্রিকশিং— হো, মুন্দা, খাসি অমসুং জয়ন্তীয়া নচিংবনা অশিবগী মোংফমদা নিংশিঙ খুদম ওইনা নুঙ খিনবগী চৎনবী লৈরম্মী। মণিপুরদসু অঙনবা মতমদগী খুন্দারক্লিবা পোইরৈ মৈতৈ, কবুই, মরাম, মাও তাংখুলনচিংবদসু চৎনবী অসি লৈরম্মী। খৃষ্টান তংখায় অমা ওনখ্রবা, ৱিলোংদা খুন্দারিবা মরাম অমসুং মাওদা খুন্দারিবা খৃষ্টান ওনখ্রবা মাওনা, চৎনবী অসি হৌজিকসু ঙাকলি। তম্পাক্তা খুন্দারিবা মৈতৈসু ১৮ সুবা চহিচাগী মমাং, হিন্দু ধর্ম্ম ওন্ত্রীঙৈগী মতম ফাওবদা নুঙ খিনবগী চৎনবী অসি লৈরম্মী। মদুগী খুদম ওইনা গবর্নর বঙ্গলোগী ওইথংবদা, কেন্থৌজম য়ুমফমদা হৌজিকসু নুঙ অমা য়ুংদুনা লৈরি।

নুঙ খিনবগী চৎনবী অসি অশিবগী থৌনিগা মরি লৈনরবসু নাৎ অসিগী হৌজিক ফাওবা খঙবা ঙমদবা অরোনবা ওইনা লৈরিবা শকওং কয়া অমসু লৈরি। ইংলেন্দা লৈরিবা অচৌবা অৱাংবা নুঙজাওশিংবু ইকোয় কোয়না খিন্দুনা থনম্বা ষ্টোনহেঞ্জ (Stonehenge) অমসুং ফ্রান্সকী ব্রিতেনিদা কি. মি. ১২০ লোম শাংনা পরেং পরেং ওইনা পরেং তরামুক ওইনা খিন্দুনা থনমলিবা, মেনহিরশিং অসি করি করম্বা নাৎকা মরি লৈননা থমলিবনো হায়বদু হৌজিকসু মুন্না খঙবা ঙমদ্রি। ষ্টোনহেঞ্জগী অচৌবা অৱাংবা নুঙজাওশিং অসি মারলিন্ (Marline) হায়বা তীনঙম লাইঙম্বা মাইবা অদুনা মাগী

মেজিক্কী সক্তি সিজিন্নদুনা অহিং অমতদা সাখিবনি হায়বগী ৱারী অমদা থাজনৈ। খাসি অমসুং জয়ন্তীয়াশিংগী ফুত ১৭ তগীনা ২৯ ফাওবা ৱাংলবা অচৌবা নুঙজাওশিং অসি মমাংঙৈদা মার (Mar) হায়না কৌবা অচৌবা মীজাওসিংনা মখোয়গী সক্তি উৎতুনা থমখিবনি হায়দুনা থাজনরি। ৱিলোংগী কতককিতুদা লৈরিবা নুঙজাও অয়ুংবশিং অসিগী মরক্তা মওং খরা খেণ্নবা নুঙ খরা অমা য়াওরি। মখোয় অসিসু মীওই লাইওই তৌবা অমনা মেজিক্কি সক্তি উৎতুনা অহিং অমতদা থমখিবনি হায়দুনা থাজনৈ। করম্বা নাৎকা মরিলৈননা থমখিবনো হায়বা শেংনা খঙনদ্রবা সলাংথেলগী নুঙজাওসিং অসি কব্রুই সলাং মাইবনা মতিক উৎতুনা নোংমতদা মথন্তনা খিনখিবনি হায়দুনা মায়কৈ অসোমদা তাবা কব্রুইশিংনা থাজনরি।

ফিজি অমসুং সোলোমোন আইলেন্দগী মরক্তা লৈবা মালেকুলাদা নুঙগী যুগকী মীসাচাবা মীশিংনা মাকি (Maki) হায়না কৌবা নুঙজাও খিনবগী ইরাৎ থৌনি অমা মীকোক অমসুং সাকোক কৎতুনা পাংথোকলম্মী। থৌরম অসি মাকি পাংথোকলিবা মীওই কাংবু অদুগী শাহোং-মীহোংনবা, লোয়নবা মাকি পাংথোলিবা থৌবু অসিনা হিংলিঙৈ অমদি শিরগা মীংচৎ ফংদুনা, অশিবদগী নানথোকনবা নৎত্রগা অশিবু মায়থিবা পীনবা পাংথোকপা থৌরম অমনি,

This highly interesting, theoretically challenging megalithic complex of Malekula is brought to focus in a context of ceremonials known as the Maki, which lasts from fifteen to thirty years and when finished is immediately recommenced. It serves on the one hand the aims of the community, in as much as it magically fosters the fertility of the race, but on the other hand the personal fame and ambition of the individual, since it is a rite of a strongly competitive kind, in which[7] the men of the village, breeding up and sacrificing numberless boars, vie for status both in this world and in the next. (Joseph campbell, **The Masks of God** Vol I, 1991: 445).

মাকিগী ইরাৎ-থৌনি অসি মালেকুলাগী অশিবগী লাইরোন অমগা মরি লৈননা পাংথোকপনি। মালেকুলাগী অশি লমগী থোংগান, সুরুং অমগী মচিন্দা লাইরেম্বী অমা ফমদুনা লৈ। অশিবা মী অদুনা অশিলমগী সুরুংদু হেক লানসিনবদা মাগী মমাংদা লাইরেম্বী অদুনা, চঙখ্রগা থোকখিফম হন্দোকফম খংদবা লম্বী (Labyrinth) অমা য়েক্কনি। অশিবা মী অদুনা লম্বী অদু তংখায় অমা মুথৎকদবনি। মহাক্না লম্বী অদু লানথোক্লবগীদমক মুথৎখ্রিবা সরুক অদু অমুক হন্না য়েকপা হৈগেদবনি লোয়নবা মাগী

মহুৎতা ওক লাবা অমুবা অমা লাইরেম্বী অদুদা পীগদবনি। ওকশিং অসি চুম্নগী ওক অমনা হেক্তা য়াবা নত্তে। চহি কযা চঙনা মহাক্না মাকিগী লাইথৌদা কৎখিবা ওক অদুগী মহুৎসিনবা য়ারবা, চহি কয়া চঙনা মহাক্কী মখুৎমক্না পিজ পিথক্নুনা য়োকলবা, য়াখাগী ময়া অদু থাগুম্বা নিংথিনা কোয়দুনা মপুংফারবা, পুক্সী অমগী নোমজমনগী মশক ওইরবা অদুগুম্বা ওক ওইগদবনি। অসিগুম্বা ওক অসি অনি সুনা কৎপা ঙমলবদি লাইবক ফবা ওই। অহুম সুনা কৎপা ঙমলবদি খ্বায়দগী ফবা, মীনা পাক ঙমনদবা অমা ঙম্বা শকই। ওকশিং অসি চুম্না চারগা পুক থননবা হকচাংগী অরাম্বা কোকননবা নত্তে,

These radiant pigs are not physical food; they are spiritual food (Joseph campbell, **Masks of God** vol I; 1991·446)

অশিবা মী অদুগী মহুৎ নৎত্রগা মমল ওইনা পীরিবা, ময়ানা থা মচেৎ শানা কোয়রবা ওকলাবা অমুবা অসি শিবা মতমদা থা ওইরবনি। লাইবেম্বী অসিনা ওকসা অদু চাথোকখ্রগা লেমহৌরিবা ময়া অসি থানা শিরগা অমুক হিংগৎলকপগুম অশিবা অদুনা অমুক হিংগৎলক্নবগী খুদমনি। অশিবা মী অদুনা ওক অদু পীদুনা লাইবেম্বীবু মীনমলগা মসাবু, মাগী থৱায়বু কন্নজনবগী লাইথৌনি। অঙনবা অরিবা নুঙগী যুগতা নুপীনা থিবরগা পুরকপা হা, মংগ্রানচিংবনা মরু ওইবা চিঞ্জাক ওইরিঙৈ, নুপানা শা অচৌবা তান্দুনা হিংবা শাদানবগী খুন্নাই ওইদ্রিঙৈগী মমাং, নুপীনা অশিবগী লাইরেম্বী ওইরিঙৈদা নুপানা মসাবু হিংজনবা হোৎনবা হৌরকপগী লাইরোন অমদা মাকিগী থৌরম অসি পাংথোকপনি। মখোয়না থৌনি অসিদা ওক লাবা কৎপগুম মী কৎপা মতমদসু নুপা ওইনা কৎলি। মাকি অসি নুপা ঙাক্তনা পাংথোকপা নুপাগী থৌরমনি।

মাকিগী য়াম্না মরু ওইবা শক্তমদি নুঙপাক (Dolman) খিনবা অসিনি। নুঙপাক অসিগী মমাংদা উ অমা মাকি পাংথোকখিবা মপা মপুশিংগী (মমাগী নত্তবা) খুদম ওইনা য়ুংই। নুঙপাক অসিগী মথক্তা য়ুমথক অমা কুপলকপদা উয়ুং অসিনা ঙাকফমসু ওই। উয়ুং অসিগী মথকথংবা মতোনগী অরোইবা মচিন অদুদা খুনু খরংগী মশক অমা, মতম কয়া চঙনা পাংথোকলিবা মাকিবু য়েংদুনা য়াওদুনা লৈরিবা, শিবা নাইদ্রবা থৱায়গী (মাকি পাংথোকখ্রবা মপা মপুশিংগী) খুদম ওইনা হক্তুনা হাপ্পী।

মাকিদা খিল্লিবা নুঙপাক অসি নুঙগী মোংফম, অশি থোঙ্গালগী নুঙগী সুরুং অমদি মীওইব্না অমুক হন্না পোকচবগী মফম ওইরিবা মমাগী সিয়োমগী খুদম ওইনা থমই।

জোসেপ কেম্পবেলগী মতুংইন্না মলেকুলাগী মাকিগী নুঙ খিনবগী থৌনি অসিগা আইরলেন্দগী ইতিহাস মমাংগী নুঙজাও খিনবগী নাৎ অসিগা নকনৈ,

On the Melanesian island of Malekula .. . an extremely complicated system of men's rites involving the sacrifice of many sacred pigs is celebrated among megalithic shrines that closely resemble those of prehistoric Ireland. (Joseph Compbell, 1991 : 444).

রোমান লান্মীশিংনা নোংচুপ য়ুরোপ য়ৌরকপদা কেল্টশিংগী (Celts) মীকোক অমসুং শাকোক কৎপা লাইনিং অমদি মখোয়গী মাইবা দ্রুইত (Druids)পু থেং নরকপদা অকিবা পোকখি। মখোয়গী লাইনিং মওং অসি রোমানশিংনা খঙবা ঙমখিদে। মখোয়না লাইনিং অসি চাওখৎতবশিংগী জ্ঞান য়াওদবা লাইনিং ওইনা লৌখি। নিংথৌরেন ক্লাওদিয়সনা খৃঃ কুম ৪৩দা খা থংবা ব্রিতেন লৌসিল্লবা মতুংদা রোমান সম্রাজ্যগী মনুংদা কেল্টগী লাইনিং চৎপা য়াহনখিদে, থিংদুনা থমখি। অমদি খৃঃ কুম ৬০ দা ব্রেল্‌সকী অৱাংথংবা সমুদ্র তোর্ব্বান্দা লৈবা মোনা আইলেন্দা কেল্ট লাইনিংগী খ্বায়দগী শেংলবা, উয়ুং পাম্বীশিংগী উমং অদু কেল্ট লাইনিংগা লোয়ননা মরু ফংনা মাংহনখি। লাইনিং অসি মনুং চংশিন্না লৈবা স্কোতলেন্দ, আইরলেন্দ অমদি ব্রিতেনি হায়না খঙনবা অৱাং নোংচুপ থংবা ফ্রান্সতা চংশিন্দুনা লৈখি। হায়রিবা মফমশিং অসিদা লাইনিং অসিগা মরি লৈননা খিন্দুনা থনম্বা নুঙজাওশিং- মেনহির অমসুং দেলমেনশিংনা মতম অমগী কেল্টশিংগী লাইনিংগী মশক তাকলি। কেল্ট লাইনিং অসিগী অহবা রের্কোদ ফংদবনা মতম শাংনা লিরবা লাইনিং অসি মশক খঙবা ঙমদনা অমদি রোমানশিংনা খল্লম্বা মতৌগুম নাৎ অসি হন্থবা থাক্তা থমদুনা লাকখি। আর্কিওলোজিগী সাইন্স অসি চাউখৎলকপগী মতুংইন্না অনৌ অনৌবা জ্ঞান পুথোরক্লুনা অসিগুম্বা অসোয়বা অসি তপ্না তপ্না শেংদোরকলে অমদি মালেমনা নাৎ অসিগী ফজবা মশক খঙবা ঙমনরকলে। হৌজিক্কী মতমদা নাৎ অসি ঈশিং মপান্দা য়ুমফম ওইদুনা পুথোকখিবা মালেমগী চাউখৎপা মরি, ইজিপ্ট, মেসোপোতামিয়া, ইন্দীয়া অমসুং চীনাগী থাক অসিদা পুখৎতুনা নাৎ অসিবু ইকায়খুম্নরকলে,

Like any other science, archaeology makes progress by correcting mistakes.

... the European cultures of prehistory used to be treated as the 'poor relation' of the great civilizations, (Egypt, Mesopotamia and so on). in spite of their achievements.

... Now our illiterate but most civilized European ancestors are given equal treatment (Giorgio P Panini 1983 : 156).

কেল্ট লাইনিংগী মশক ওইনা লেমহৌরিবা ষ্টোনহেনজ অমসুং ব্রিতেনিগী

নুঙজাও খিনবগী কলচরগা মণিপুরগী সেনাপতী দিস্ত্রীক্কী ৱিলোং খুলেনদা য়ুঙদুনা লৈরিবা নুঙজাও মপৈ অমা, অকরুবা মফম অমদা, মওং অমদা কাঙথোঙ নাইনা, ষ্টোনহেঞ্জগী নুঙজাও খিনবগুম খিন্দুনা সেমলিবা 'নুঙ উমং' অসিগা চাংদম্নদুনা য়েংবা য়াই।

ৱিলোং ইম্ফালদগী অৱাং নোংচুপতা কি মি ১১৬ লাপ্না মণিপুর অমসুং নাগালেন্দগী ঙম্খৈদা লৈবা মরাম খুল অমনি। নেসনেল হাইৱেদা লৈবা মরাম খুনজাওদগী লম্বী মচা অমদা কিঃ ৩৬ চংলগা লৈবা খুল অমনি। খুল অসি হৌজিকসু লম্বী থোঙগী ফিবম ফত্তবনা অতোপ্পা খুলশিংগা সমনবা ৱাৎলি। মৈ, ঈশিং অমদি দাক্তরগী হিদাক লাংথক্কী খুদোংচাবা ফংদ্রি। লাইরিক হৈবগী চাং নেমলি। সেমী হন্টীং অমসুং সেমী এগ্রিকলচরেল সোসাইতী ওইনা লৈরি। নোংঙানবগা নুপীশিংগা সমদা লৌউবগী খুৎলায হাপলগা চানবা চয়োম পুদুনা লবুক্তা লৌসুবা চৎখি। নুপা নহাশিংনা নোংমৈ পুদুনা অকোয়বগী উমংদা শাতানবা চৎখি। নুপা মীয়াই চল্লবশিংনা মনমদা অঙাং পোদুনা মহৌসা শা লান কললিঙৈ মতৌগুম খুল ঙাকসেন্দুনা লৈহৌই।

ৱিলোং খুল অসিগী নোংপোক্তা অপৌকিলুঙ অমসুং সাকালুঙ চীংজাও অনিগী ওই যেৎ ওইনা ৱাংলবা সাংলবা চীংসা অনিনা উমায়বী মসাগুম ফন্দোকত্তুনা খুল অসিবু ঙাক্কুনা সুক্না লেপলি। নোংচুপ, খা অমসুং অৱাংদা চপ ঙম্বা চীংমায়শিংনা খুল অসি য়েক্লবনা লায়না লানসিনবা ঙমহন্দনা লৈরি। অৱাং অমদি নোংচুপ ওইনা, মরাম লোন্দা মবই হাইনা খঙনবা, মৈতৈনা গ্বায় হায়না খঙনবা বরাক তুরেলনা ঈচেল পিক্না খোঙচেল য়াংনা ৱিলোং লান্দুনা ৱাংলবা চীংলক, শোংলবা উমং ৱামং ফাওদুনা ভারত মহাসাগর তম্না চেনথখ্রি। নিংশিঙবা থোক্ত্রবা চহি কয়াগী মমাংদা মরাম খুনজাওদগী মরাম কাংবু অমা খুল অনৌবা অমা সেমলুনবা খুদোংচাবা মফম য়েং য়েংদুনা লাকপদা মফম অসি থেংনখি। অহল খরা অমনা মফম অসিদা অহিং অমা লেক্কুনা মঙ তমখি। মঙ ফরদুনা মফম অসিদা মরামনা মসাগী ৱাংলবা নাৎকা লোয়ননা খুন্দাখি। লৈহাও লৈরবা তম্পাক, অকোয়বদা লৈরিবা শা উচেক মরাং কায়রবা উমং ৱামং, ওক, য়েন লোয়বগী নাৎ অমসুং য়েক্লবনা পাক চঙবা ঙমদ্রবা মহৌসাগী ফিভম, পুন্নমক অসিনা ৱিলোংদা খুন্‌দারিবা মরামনা, মালেমগী অরিবা চাউখৎপশিংগী থাক য়ৌনা চাংদমনবা য়ারবা, নাৎকী শক্তম অমা পুথোকখি।

ৱিলোং খুলগী ময়াই, মমাঙ ওইনা অচৌবা ইৱাৎ-থৌনি অমগা লোয়ননা মীকোক শাকোক কৎতুনা সাখিবা খুল্লাকপগী অহোঙয়ুম জেলেকি অমদি চীংখৈ পাংনা খজিক চৎলগা লৈবা রাহঙকি পাখংফান, য়াইফরম্বা মতম অমগী মমি ওইনা চিং-লেম্না

লেপলি। অহোংয়ুম অসি নুঙ হাপতুনা সেম্বা য়ুমফম অমদা মমাই নোংপোক ওন্দুনা সাবনি। য়ুমগী মমায়দা উখোং নৎত্রগা মরাম লোন্দা খাবা অহুম অসি হৃক খোৎতুনা য়াম্না মরু ওইনা হাপলি। অহুম অসিগী মনুংদা হেন্না মরু ওইবদী মযাইদা হাপলিবা সনা য়ুম্বী নৎত্রগা মরাম লোন্দা চেঙদি অসিনি। চেঙদি অসিনা খ্বায়দগী ৱাংনা অহোংয়ুমগী য়ুমথক অসিবু ভাকলি। মসিগী খ্বায়দগী মতোন য়ুমথক ওইনা থা মচেৎ শানা চিরোং হাপলি। চিরোং অসিগী মখাদা মথং মথং ওইনা উচেক লাংমৈগী মচিন, সন্দং মচি, নুপীগী শিনুং, ইরোই মচি হকলি। য়ুমমাই থুংনা ফৈনা মীকোক পরেং হক্তুনা হাপলি। চেঙদি অসিগী মখা লৈমায়দা সুমবন অসাংবা অমা থমই।

মরামগী অহোঙয়ুম, মরু ওইনা পাখংফান রহাঙকি অসিদা মালেকুলাগী মকিগী ইরাৎফম নুঙপাক দোলমেন, মোংফম অমদি পোকফম ওইরিবা মমাগী সিয়োম, মাকি পাংথোক্তুনা অশি লমদম লানথোকখ্রবা মপা মপুশিংগী মশক ওইনা মতোন্দা থা মচেৎ শারবা ওক লাবগী মচি হাপতুনা, খুনু খরংগী মশক হাপলিবা উয়ুং, পুন্নমক অদু য়াওবা উই। মবামগী অহোঙয়ুমগী সনা য়ুম্বী চেঙদি অসি মালেকুলাগী মাকিদা মপা মপুগী মশক ওইনা য়ুংদুনা থমলিবা উয়ুং অদুনি। চেঙদিগী মথক ওইনা য়ুমগী য়ুমথক্তা থা মচেৎ শানা হাপলিবা চিরোং অসি, অশিবগী লৈবাক্তগী নানথোক্তুনা অনৌবা মপোক ফংখ্রবা মপা মপুগী খুদম ওইনা হাপলিবা থা মচেৎ শাবা ওকলাবগী মযা অনি অদুগী



রাহঙকি (পাখংফান)

(কর্তেসিঃ ত্রাইবেল মিউজিয়ম এন্দ রিছার্স সেন্টর)

মওংনি। উচেক লাংমৈ অসিনা শিবা নাইদ্রবা শিববু মায়থিবা পিথ্রবা মপা-মপুগী মশক ওইনা মালেকুলানা হাপখিবা খুনু খরং অদুনি। চেঙদিদা নুপীগী শিনুং হকলি অমদি মখাদা সুম্বন অমা থমলি। সুম্বন অসি নুপীগী শিনুংগী খুদম ওইনা লৌই। মরামগী য়ুম অসি মাঙ্গোল নাইদে। য়ুমগী খ্বায়গী মমাংথংবা মপানগা তায়নবা সরুক্তা চেঙদি লৈরগা ইমুং লৈ। নুঙ খরনা মখা থারগা লৈরিবা ইমুংগী সরুক অসি মাকিগী মখাদা নুঙ খরা থারগা খিনবা নুঙপাক অদুগী মশকনি। মণিপুরদা অহোংয়ুমগী থৌনি পাংথোক-লিবা কাংবু খুদিংনা সারিবা য়ুমগী য়ুমফমগী মওংগা মরামগী য়ুমগী য়ুমফমগা অমতনি। মালেকুলাগী নুঙগী যুগকী মীনা মোংফম অমদি সিয়োমগী খুদম ওইনা থমলিবা নুঙপাক অমদি মপা-মপুগী খুদম ওইনা য়ুংলিবা উয়ুং নৎত্রগা য়ুম্বী অসিদা মীকোক অমসুং শাকোক কৎতুনা মাকি পাংথোকপগুম, লমদম অসিগী মীনা অঙনবা মতমদা মীকোক অমদি শাকোক পীদুনা অহোঙয়ুম শারম্মী। লমদম অসিদা লৈরিবা মীনা লাইগীদমক লাইশঙ সারমদে, মীওইবনা শিরগা থোকফম হন্দোকফম খঙদ্রবা অশি লমদমদগী অরান খুবম ফংনবা, থৱায়গী লান্নফম ওইরবা তীর্থ ওইনা য়ুম সাবম্মী। অহোঙয়ুম অসি চুম্নগী মপালথোংগী লু-তোংনা সাবা হকচাং অসিনা নোংজু-নুংসা, শা-কৈ অমদি য়েন্নবদগী ঙাকথোক্নবা ঙাক নত্তে। থৱায়গী লান্নফম ওইববা মমাগী সিয়োম অমসুং হকচাংনি।

মালেকুলাগী মাকিগী নুঙজাও নুঙপাকতগী মরাম, মাও, কবুই, তাংখুল, মৈতৈনচিংবা কাংলুপশিংনা অহোংয়ুমগী ৱাপু (Concept) সেমগৎলকপগুম নুঙপাক অসিগী মমাংদা য়ুংলিবা উয়ুং অসিদগী মরামগী নুঙজাও অয়ুংবা (মেনহির) খিনবগী ৱাখল মওং অসি সাগৎলকপনি হায়বা য়াই। মরাম খুল্লাকপগী অহোংয়ুম জেলেকি অসিদগী মৈরম পাংবদা খুলগী পনথোং অমা লৈ। পনথোং রঙমুই অসি লানথোকলগা মাঙদা লৈরিবা নুঙ চনবা থাক থাক অসি কুমথরগা, নোংপোক ওইনা সেলৈননা চীংচেপ ওইনা, নুঙকুপ নিংথিনা চাইথোকলগা সেম্বা লম্বী মচা অমগী মতুংইন্না, খরা চৎলগা 'নুঙ উমংগী' লমজীন্দা, মী তরামুক অমুক্তদা পুল্লপ চৎপা চনগদবা লম্বী ওইনা পাকথোরকপা মফম অদুদা, লেপ অনি হেল্লা ৱাংগদবা অচৌবা অয়ুংবা নুঙজাও অনিনা নুঙ হোঙনেম্বা কাংবুবু ওকপগী মতৌগুম লেপতুনা লৈরম্মী। নোংপোক নোংচুপ ওইনা চুমদ্রিং সাংনা নুঙজাও অয়ুংবশিং অদুগী মরক্তা লৈরিবা লম্বী অদু, খুলগী মাঙদা লৈরিবা চীংজাও অনিদু তন্না ফাওদোক ফাওজিন য়াবা শাংলবা লম্বী ওইনা উই। নুঙজাওশিংনা ৱাংনা চাউনা চিংলেমনা নাক য়েৎ অনিমক্তা লেংদুনা লৈবা লম্বী অমদা, অচৌবা কোরিদোর অমগী লম্বীদা চৎলিবগুম চৎলিবা লম্বীদু খোংথাং খরদং থাংজিনখিবদা, ওই য়েৎ নাকল অনিমক্তা লাইওইবা নুঙ পাম্বীশিংগী মরোল, মরোল মরোল অদু লানথোক্নুনা, তেংবান অসিগী

ৱাংমদা লৈবা তেংবান অমগী খোংচৎতা অসুম চঙসিল্লগা, ৱাংলবা নুঙ পাম্বীশিংদুনা ইকোয কোয়সিনবা, অহাঙবা মফম অমা লৈ। মফম অসিনি কতককিতু লাইফমগী ময়াইলেপফম, নুপাগী মতিক, মতিং ফুদোকফম, পা খংবগী ইরাৎ-থৌনি অমদি কুম্মৈ পাংথোকফম, নুপাগী লাইরমলেন। কতককিতু অসি নুঙ-হেঙ কুম্মৈ পাংথোক্লুনা তেংবান অমদি লাইরমলেন অনিমক্তা শিদবা মীংচৎ উরোং খিল্লমলবা, মতিক মথৌনা অমদি লাইবক ফবনা অশিবগী লাইরেম্বীদগী নানথোকখ্রবা, মুক্তি ফংখ্রবা থৱায়শিংগী য়াকাবুংনি । মরাম খুলেনগী মৈরমগী রঙমুই লানথোক্লুনা কতককিতুগী নুঙ উমং অসি হেক লানসিনখিবদা তেংবান অসিদগী হেন্না ৱাংবা, নুংঙায়বা নত্তনা অতৈ করিসু লৈত্রবা লাইরমলেন অমদা চংলকপগী ইতোপ তোপ্পা ইহুল অমা (পোইতিক এক্স পরিয়েন্স অমা), থম্মোয়দা পোকহনবা ফিভমদা সেমলম্মী। কনাগুম্বা মরন লৈবা নুপা অমনা নুঙজাও খিনবা পামলবদি অহানবদা খুলদা তাক্কনি। অয়াবা ফংলবা মতুংদা মঙ তমগনি। মঙ ফংত্রবদি থৌরম অসি পাংথোকপা যাদে। মঙ ফংবদি থৌরম অসি পাংথোকপা য়াই। মঙদা নুপা অদুনা খিনগদবা নুঙ অদু উগনি। মদুগী মতুংইন্না নুঙ চিংবগী থৌরম কানাৎ পাংথোক্কনি। অহানবদা থৌবু অদুনা মাগী মঙদা উখিবা অদুগী মতুংইন্না নুঙ খনদোক্কনি। নুঙ অদু খন্দোকলবা মতুংদা খুলগী নুপা পুমনমক চৎতুনা নুঙ চিংলুগনি। নুঙ অসি খুলদগী লাপনা চৎলগা লৈবা মাগালুই (Magalui) হায়বা লোক অদুদগী চিংলুগনি। নুঙ অদু খুল য়ৌনা চিংলক্লুনা, ককপা, সেম্বা, খিনবা লোয়বা ফাওবা মীয়াম অদু শা হাৎতুনা, য়ু পীদুনা, থৌবুনা খুল পুমনমক চাক খাংই।

কতককিতুগী ময়াই অকোয়বা অসিদা ফুত তরুককমুক ৱাংবা নুপা অমনা লেপলগা মাগী শিনুং হাপ্পা চনগদবা মখুল য়াওবা নুঙজাও অমা য়াওরি। অকোয়বা অসিদগী খরা চৎথোকলগা ফুত তরুক্কী অৱাংবা চপ চানা য়াওবা শাংনা হোবা অমসু লৈরি। ৱিলোংগী অহলশিংনা হায়বগী মতুংইনা অৱাংবা অসি য়ৌরবা মীনা লুহোংবা য়ারে হায়বা তাকই হায়রি। নুঙ অনি অসিদা হাপলিবা দাক অনি অসি লুহোংবা য়াবগা লোয়ননা অকোয়বা অসিদা নুপা ঙাক্তগী ওইনা পাঙথোকলিবা কুম্মৈ অমদি থৌনি অসি য়াওবা য়ারে হায়বগী খুদম ওইরম্বসু য়াই। মসি অমরোমদা সলাংথেন্দা খিন্দুনা থমলিবা নুঙজাও (Menhir)দা হাপলিবা সুভাই ফেল হায়বা লাইরেম্বী অদুগী শিনুংনি হায়দুনা থাজনবা নুপীগী শিনুং অমা হাপলিবা অসিগা চাংদমনবা যাই। নুঙজাও অসিদা হাপলিবা শিনুং অসিদা তিন্নরুবা নুপা পুমনমক শি। রেনগাম হায়বা থৌনাফবা নুপা অমখকতি লাইরেম্বী অসিগী থৌজান ফংদুনা লাইরেম্বী অসিগা তিন্নবা ফংখি। মমৈথংদা রেনগামসু লাইরেম্বী অসিগী মখুৎতা থৱায় থাখি।

সলাংথেনগী নুপীগী শিনুং য়াওবা নুঙ অসি মালেকুলাগী অশিথোংদা শঙদুনা লৈবা নুপাগী থৱায়বু অমুক হনলকপা ঙমহন্দনা চাথোকলিবী অশিবগী লাইরেম্বী অদুনি হায়বা য়াই।

ৱিলোংদা কতককিতুগী নুঙজাও খিনবগী কলচর অসি নুপাগী মথৌনা মপাঙ্গল, অমসুং তৌব ঙম্বা মতিক ফোংদোকপগী খ্বায়দগী ৱাংবা মশক অদুনি। মসিদা নুপাগী শিনুংগী খুদম হাপতুনা থমলিবা নুঙজাও অসি নুপাগী থৱায়না, 'পা' ওইবা ঙম্বগী মতিক অদু খঙজরদুনা, নুপানা পোকপা অমদি শিবগী মপু ওইরকপা, মদুবু ফোং দোকপগী খুদমনি।

কতককিতুদা হৌজিক নুঙজাও ১৩০ মুক লৈরি। নুঙশিং অসি মশিং থিবা তৌহৈদে হায়দুনা মরামনা থাজে। কনাগুম্বনা লম হেন্দুনা মশিং থিরুরবসু ময়াই য়ৌরকপদা চমমনরক্তুনা থিফম খঙদদুনা তোকই হায়দুনা থাজে।

মরামগী নুঙ খিনবগী অহোং কুম্মে নৎত্রগা নুঙ হোঙনেম্বা অসি নুপা ঙাক্তগী ওইবা কুম্মেনি। নুঙ হোঙবগী য়ু অসি চাখম নাওখমলবী নুপীনা সেম্মী। মসি নত্তনা কুম্মে অসিগা মরি লৈননা য়াওবা য়াবা নুপীগী থবক ইরৈ লৈতে। অশিবা মীগী মোঙফমদা নুঙজাও নুঙপাক খিনবগী চৎনবী অসি ৱিলোং খুলেন্দসু লৈ। মী অদুনা শিখিবা চহি ওল্লকপদা, সুমাং মতোন্দা লৈবা মঙদা চাক, শা, য়ু খাঙদুনা নুঙপাক খিনবগী লাইথৌ পাংথোকই। মসি নুপাগী মোংফমদা পাংথোকপা থৌনিনি। নুপীগীদি পাংথোকতে। ৱিলোং অসি সেমী এগ্রীকলচরেল সোসাইতীগী থাকতা লৈরবসু মখোয়গী লাইরোল অসি নুপানা মপুং ওইবা শাদানবা খুন্নাইগী লাইরোন ওইনা লৈরি। তাংখুলগী উ-হোং কুম্মেদা লৌউবগী মতাং য়াওনা নুপীগী মফম য়াওবা উই। নুপী নৎত্রগা লাইরেম্বীগী মফম চপ চানা য়াওবদি তম্পাকলমদা খুন্দাদুনা লেংদবা তম্পাক-লৌউ হৈরক্তুনা লৌউবগী পুন্সীদা মপুংফানা তাংজরবা মতমদনি। ৱিলোংদা লৈরিবা মওং অসি মেত্রিয়ার্কেল সোসাইতিদগী পেত্রিয়ার্কেল সোসাইতি সাগৎপা হৌরকপা নুপাগী পা ওইবগী মশক মপুং ফানা খঙলকপা, মদুগী মতুংইন্না নুপানা হেন্না মরু ওইহনবা নাৎ সেমগৎলকপা মতমগীনি। অসি লৈদুনসু পেত্রিয়ার্কেল সোসাইতী মপুং ফানা মরা তানা সেমগৎপা খুন্নাইগী নাৎ মক্তী ওইদ্রি হায়বা য়াই। মরমদি অহোংয়ুমগী মমাং কা, মৈ হৌদুনা য়াম্না মরু ওইনা থমলিবা সরুক অসি ওইথংবা সরুক্তা লৈ। মৈ হৌফম অসিগী অকোয়বা মায়কৈ মরিদা সেমলিবা ফমফম বমসোই, নুপাশিংগী তুমফম, শাকোক ময়াম থেৎলিবা, নুপামচাশিংগী নাম্থুৎপগী

লাইথৌদা চঙবা চফনচিংবা পোৎলমশিং পুমনমক অসি অহোংবগী ওইথংবা সন ক্তা থমলি। হায়রিবা মখোম অমদি পোৎলমশিং অসি নুপীনা চঙলবা অমদি পাযকপা যাদে। নুপীগী হিপদাম অমদি চৎকম অসি যেংথংবদা লৈ। নুপীগী মফমবু ওইদা ওইহন্দুনা নুপীগী ওইবস্না যেৎপু নুপাগী ওইখিবা অসি পেত্রিয়ার্কেল সোসাইটি মপু যানা সাগৎতুনা তম্পাক্তা শন্দাবন মতমদনি।

খ) খোংনাং হোঙবা

রোম বাংবুনা পাংথোকপা উ হোঙবা অসি যেংবা যাই। কোমনা উ হোঙবা হায়বগা খোংনাং হোঙববু খংলৈ। খোংনাং হোঙবগী লাইথৌ অসি চহি অমা চঙনা থৌবাং তৌবগা পাংথোকই। কন্নাগুম্বা তৌবা ওম্বা নপা অমনা খোংনাং হোঙবগী হোঙনেম্বা অসি পাংথোককে হায়রবদি খুলগী লুপতা চহি অমগী মমাংদা হায়গনি। মদুগী মতুংইন্না পাখ যানগী খুংগী অহল লোমা উপ্পানা নৌ লোযবকপা মতমদা খোংনাং হোঙগদৌবিবা মী অদুগী নখ অমদা নুমিৎ অকন্না অমা যেংলগা খোংনাং অমা থাবিকগনি। মফম অসি মযুমগী থবা চৎথোকলগা লৈবা থৌবু অদুগী লমদা পাবনি। চহি অদুগী মনুংদা খোংনাং হোঙগদৌবা মীনা পৌবম অদুগী যু থোংদুনা থমগনি। লাইগী কৎলবা যুদি যুথুবীনা সেমগনি, মচা মপু অভোপ্পা নুপী যা যাদে।

চহি ওন্নবকপানা লৌ শিং লোযনবকপা মতমদা নুমিৎ অফবা অমা লেপলগনি। নুমিৎ অদুগী অযুক্তা পাখং থাবপনা খুনগী লাই নোংসাবা তমস্ন পাংজীং খুকমলগা সুমাং মতোন্দা শন্দং অমা মথৌ মঙম পাংথোক্তুনা হাৎকনি। শা অদুগী মবিন মনৈ পে, মখোং মমে মনা অসি মৈ থাদুনা মুন্না লৌবগা লা লাতোন শমদা হাপ্পলগা খোংনাং হোঙগদৌববা নুপা অদুগী সাগৈগী পিবানা কোম্ভোং মযাদা পুনগা কোম্ভোং মনুং ইংখোলদা বাইযু হৈদুনা সাগৈ অদুগী লৈখিদ্রবা অহলশিং (পিবা) শী মখোং সুমাং পন্দুনা কৎলি। পাখংফান, লৈসাফান অমদি খুলগী মী লোযনমক খোংনাং হোঙবগী যুমদা থুংলববদা মযামদু শা থোংবা পীজবে। যু পীথকলে।

নুংথিল নুমিৎ লেথবকলবদা মযাম অদু মচা নুপী লকপা অমা মফী সেংতুনা [illegible] লাকলগা খোংনাং হোঙবগী যুমদা অমুক থংলগা, মনা হোঙবনা খ্বাযগী মাঙদা দোনাই তোংদুনা অমদি অভোপ্পা দোনাই [illegible] হোংলগা [illegible] থৌবাং তৌদুনা থমলিবা অদদা খোংনাং হোঙবগী [illegible]

তোংই অসুম্না য়ুম্বুনা দোলাই তোংদুনা অমসুং ময়াম অদুনা খোংনা ইন্নদুনা, চহি অমগী মমাংদা খোংনাং থাখিবা মফমদু তান্না চৎলি। চৎপা অসিদা লাংদে পুঙ, সরাং দার (পেনা), রুসেম (চিন্না কামলগা খোংনবা অমা), সবকি (শন্দং মচিদা উকক ৱাককনা য়েবা) ময়াম অসি য়েদুনা খোংদুনা লোম উপ্পানা মাঙ থাদুনা চৎলি।

খোংনাং মখোং য়ৌরবদা ময়ামদু ফমলে। সাগৈগী পিবানা খোংনাং হোঙবা হৌদোকখিবা মীগী মমিং অমদি মথং মথং হোঙখিবা মীসিংগী মমিংদা য়ু হৈরে। কাবোক কৎলে, অহাও অথুম কৎলে। খোংনাং অদু ফি অঙৌবা অমা শেৎপিবে। ছত্র অহুম য়ুংলে। ময়ামদু য়ু থকমীন্নরে, হৈ, লৈ, কবোক অথুম অহাও ময়ামদু য়েন্নদুনা চামীন্নরে। অদুগী তুংদা ময়াম অদু ঙসাই চৎখিবগী মতৌগুম্না অমুক থৌবুগী য়ুমদা থুংলরে।

য়ুমদা ময়াম অদু ফমলবদা পাখং লৈসাবী পুংবা পুংবা থোক্তুনা জগোয় সামীন্নরে। অদুগী তুংদা খুলগী অহল লমন নুপা নুপী পুমনমকসু জগোয় সামীন্নরে, য়ু থকমীন্নরে। নুমিদাংৱাইরম য়ৌরকলবদা ঈশৈগী থৌরম হৌবে।

খোংনাং হোঙবা, হোঙনেম্বগী য়ান্না মরুওইবা থৌরমদি ঈশৈগী থৌরম অসিনি। ঈশৈ শকপা অহল অমা মাগী খোনবাং নৎত্রগা মানা ৱারদুনা শকপা ঙমলকত্রবদা মহুৎ শিনগদবা অনিগা ময়াইদা ফমদুনা লৈগনি। খোনবাং অনি অদুগীসু অতোপ্পা খোনবাং অমদি খোনবাংদুগীসু খোনবাং পুরকপা য়াই। ঈশৈ অসি নুমিদাং অহুম চুপ্পা য়ু থক্তুনা লেপতনা শক্কদৌরিবনি।

ঈশৈ শক্কদবা নুপা অহল অদুগী মনাক্তা ৱাইয়ু খরুং অহুম খিন্দুনা থমগনি। খরুং অমদা তোংজৈ পান্দুনা অমসুং দাক অমসু খরুং মনুংদা থাদদুনা থমগনি। ঈশৈ শকত্রিঙৈদা য়ু থকমীন্নবগী মতাং অমা হান্না পাংথোকই। তোংজৈ অদু ঈশৈ হনবা অহল অদুনা হান্না থকলগা ভাবুক মরক্তগী মশক নাইবা অহনশিং অমদি মানা কৌনিংবা মীওই কৌসিন্দুনা পীথক্কনি। থকপা মতমদা দাক অমা থমলিবদুতমক থক্কনি। অমা থকপা হেক লোয়বগা খরুং মনাক্তা লৈরিবা য়ুপানবা মী অদুনা অমুক হৈজিন্দুনা খরুং অদু থন্না অদুম থমগনি।

অসুম্না ঙহাক থকমীন্নবা অসিগী তুংদা ঈশৈ হনবা অহল অদুগী ঈশৈ হৌগনি। ঈশৈ অসি খুলগী মী পুমনমক সুনা তিন্দুনা তাগনি। ঈশৈগী মতুং ইন্না ময়াম অমুক পুন্না খুমদুনা সকমীন্নবা, জগোয় থোক্তুনা সাবা মতাং কয়া য়াওরি।

অসুম্না ঈশৈগী থৌরম পাংথোকলিঙৈদা কনাগুম্বনা লম হেন্দুনা লম্বীদা চৎতুনা ময়াম তিনবা য়াওদবা, লমহেনবগী থবক তৌরবদি লাই তিন ওক্লদুনা অৱাবা তাই হায়দুনা থাজনৈ। মখোয়গী ঈশৈ অসিদা শকলি শোল্লিবা মপা-মপুশিং অদুসু লাক্নুনা থৌরম অসি য়াওৱে হায়দুনা থাজনৈ।

অহানবদা খোংনাং হোঙলিবা মী অদুবু শিংথাদুনা মহাক্কী মতিক মগুন শক শোন্দুনা ঈশৈদু হৌগনি। খোংনাং হোংখিবা মীশিংগী মরমদা মথং মনাও নাইনা শক্কনি। ঈশৈগী থৌরম অসি লোয়সিল্লকপদা মখোয়না খুদক্তা সেমদুনা খোংনাং হোঙলিবা নুপা অদুবু শিংথাবা ঈশৈ অমা তমলমগনি। অসিগুম্না খোংনাং হোঙবগী থৌরম পাংথোকখিবা খুদিংদা শেমখিবা ঈশৈশিং অসি মথং মনাও নাইনা খোংনাং হোঙবা খুদিংগী শকই। অদুগা মী অদুনা শিবা মতমদা ঈশৈ অসি মাঙোন্দা উনবীখি। ঈশৈ শকলিবা কাংবু  অসিনা ঈশৈ অসি য়াম্না চেকসিন্না শকই। করিগুম্বা অসোই অঙাম য়াওরবদি অতাবনা হায়রকই অমদি সোয়খিবগীদমক ৱাকোংহল্লি।

হয়েং শিরবা মতুংদা খোংনাং হোঙখিবা নুপা অদুনা অশি লৈবাক্তা নোংলৈ নুংশিৎ থেংনরবদি খোংনাং অদুগী মরুমদা থুপতুনা নুংশিৎ নুংসা খাঙনৈ। লাই ফত্তবা থেংনবা মতমদা ঈশৈদু শকলবদি খুদোংথিবদা তাদে, খোংনাং হোঙবা মীনি হায়দুনা ইকায় খুম্নবী। মাগী অপাম্বা দরকার ওইবা পোৎ পুমনমক মাগী ঈশৈদুগা ওন্নদুনা ফংবা ঙম্মী।

অহিং অহুম চঙনা শক্কদবা খোংনাং হোঙবগী ঈশৈগী অহানবা অমসুং অনিসুবা শরুক অদুতমক লৌখৎলগা মখাদা থমলি।

**ৱাইলাহ ***

(১)

অনি অলাইয়া নিনতিয়া আ এ

মীয়াম মাঙদা ফমদেংদুনা

ঙানথোইরিবা শৈশকপসে

রেংৱোন অলাইয়া নিনতিয়া আই

পুমসুপ সুপ্লা মপুনি ঙসি নোংগীদি

* ঈশৈ অসিগী কোম লোন অমসুং মৈতৈলোনগী ৱাহন অসি ওজা চিবাও কোমগীনি।

সংবোন অলাইবা লিলাতবা অা এ

পুন্নমকপ্ সুপলবাসে ঙসে কোবৌ নোংগী

অতু শাইপংগো ঐ মনি

মহাক্তনা ঙমলগা মনি ঙশিনোংদি

যোল্লা ফুন চোংঙ চেকইন দৈই এ

মহাক্তনা লমজিং লমতাকপিগনি ঙশিনোংদি

চোংসান স্বন তুই অংঙেকি মিনম্

ইবাৎ-থৌনিবু হেন্না সেংহনলগনি

অখুপু উএ অখুপুকো ঐ মনি

থৌবুদি কনানো ঙসি নোংগী

চোং ইনবমএ চোং ইনবমকো ঐ মনি

বাহৌদোর্কাত কনানো ঙসিনোংগী

অখুপু কো ঐ মনি

থৌমপুদি কনানো ঙসি নোংগী

রেন সুন অসুক ঐ মনি

করি খোক্লবগে (শৈশকপা) ঐগা ঙসি নোংগী

চোংইন বমএ চোংইনবম কো ঐ মনি

বা তেমথোক্লগদবদি কনানো ঙসিনোংগী

চোইন বমকো ঐ মনি

কবম্না বা তেমহনখিবনো (শৈশকপা) ঐগা

সুমতিন অসুক ঐ মনি

য়ানখ্রবনি(থৌবু) মাগা (শৈশকপা) ঐগা ঙসিনোংগী।

(২)

শৈশকপা ঐগী অনিংবনা

পুঙগী পুঙখোন থোকহনখিবনি

দাব (মাংগং মচা) গী পুঙখোনসু থোকহনখিবনি

থোকচসনু মালেম সিন থুংনা
তাজসনু মীপুম তিংনা
জগোয় সাসি খুন হৌনা
ঈশৈ শকসি খুন হৌনা
জগোয় সারো হায়রে ইনিংথৌনা
চুংগোয় থাঙ পীবিখো
জগোয় সাসনু ইনিংথৌসু
খুনজাও লৈচাওনবা
চাহোং ঙাহোংনবা।

### (গ) তাংখুলগী উ-হোঙ য়ুম

তাংখুলগী উ-হোঙ-যুম হোঙনেম্বগী মরমদা মতিকচানা অইবা ইরৈ লৈত্রি হায়বা য়াই।

> উ-হোঙবা হায়বসি খুল পুম্বদু থা অমরোম লেন্না উসব তৌদুনা থাকপনি। চৎনবীগী মতুংইন্না কনাগুম্বা মীশক অমনা অসিগুম্বা মশক নাইবা কুম্মৈ অসি হেক পাংথোকপা য়াদে। নিংথৌ মচা নৎত্রগা পিবাশিংদনা মসি তৌবা য়াই। উসব অসিগী মনুংদা খুল পুন্নমক্কা হৌদুনা মসাগা কোন্নবা উজাউ মঙাখক পুরক্কদবনি। উ হোঙবগী মমল অসি শা মশিং ওইনা পানৈ। মশিংশিং অদু অকন্ননা লেপ্লীবা চাং অদুদগী তাবা যারোই ঃ ইরোই ১২, শন লাবা নৎত্রগা অমোম অমা, ওক ১০ অমসুং থানবা য়াদ্রবা উসব মনুংগী চান, থক্লবা (য়ু)। উ হোঙবগী য়ুম মমাংদা উ পুন্নমক খিন্দ্রি ফাওবা খুল পুন্নমক থাক্কদবনি (**বাই, কে, শীব্রে, ঋতু ৪৪ সুবা মশিং, ১৯৭২ ঃ ৩২**)।

উ-হোঙ য়ুমগী হোঙনেম্বা পাংথোককে হাযদুনা লেপলিবা নুপা অদুনা অহানবদা মঙ তমগনি। মঙদা লাইগা ফাওনদুনা অয়াবা ফংলবগী মতুংইন্না থৌবাং হৌই। অহানবদা মহাক্লা মহাক্কী অপাম্বদু খুলদা খঙহনগনি। খুলগী অহলশিংগী অয়াবা

ফংলবা মতুংদা উমংদা চৎতুনা উ য়াল্লুগনি। উ য়ানবা অসিসু ইরাৎ-থৌনি যাওনা য়ানগদবনি। মহাক্না উশিং অদু খল্লবা মতুংদা মাইবা (Aokkashashar) না উ অদুদা তেন্না কাপকনি। তেনগী তেনজৈনা উ অদুদা পাল্লবদি উ অদু হোঙনেম্বগীদমক খল্লে। কবিগুম্বা পান্দ্রবদি অতোপ্পা উ অমা অমুক থিবগী থবক চৎথৈ। উ অদু ফংলবা মতুংদা মাইবনা শিংজং অমনা উ অদুদা থুমনা য়ানশিন্দুনা, উ অদু য়াল্লগদবনি হাযবগী খুদম ওইনা থনমলগা ময়াম অদু খুলদা হনখি। অহিং অদুদা মাইবনা মঙ তমদুনা উশিংগী থৱায়গা পাউ ফাওনবগী থবক চৎথৈ। মঙদা উশিং অদুনা মখোয়গী মমিং তাকলম্মী। নোংঙাল্লগা উ য়ানবা চৎপা নুমিৎতা ঙরাং য়ৈশিন্দুনা থনম্বা শিংজং অদু লেংদনা লৈবমলবদি অফবা খুদম ওইনা লৌনৈ। কবিগুম্বা শিংজং অদু নানথদুনা লৈবাক্তা তাদুনা লৈবমলবদি ফত্তবা খুদম ওইনা লৌই অমদি অতোপ্পা উ অমা অমুক যেংই।

উশিং অসিগী মনুংদা খ্বায়দগী মকুওইবদি অহোঙ যুমগী মমাঙদা খ্বাযদগী মযাই ওইনা সনা যুম্বী নৎত্রগা যাত্রা ওইনা যুংগদৌবা উ অসিনি। উ অসি নুপীনি। মমিংনা রামলৈফি (Ramleiphi) কৌই। মাগী যেৎথংবদা যুংগদৌবা উ অসিনা লোঙরুঙফি (Longrungphi) কৌই অমদি মাগী ওইথংবগী উ অদুনা ফুইলৈলা (Phuileila) কৌই। বামলৈফি অসি উমং অদুদা হৌবা খ্বায়দগী ৱাংবা ফজবা উ অদুনি।

মাইবা অদুদা উ অসিনা মহাক অসি রামলৈফিনি হাযদুনা মশক তাকলবগী মতুং ইন্না, উ অদু য়ানবা মতমদা নুপীগী লিক-কোন অমদি ফি পীদুনা, হৌজিক্তি ঐগীদা চৎলসি. ঐনা নঙবু মফম অদুনা নিংথিনা তৌগনি অমদি নঙনসু ঐঙোন্দা অফ-নুংঙাই পীবীয়ু' হাযনা তাইনগনি। মসি লোযরবা মতুংদা মাইবনা তেন অমা অমুকসু কাপথোক্নুনা তিনমু লাইমু ফত্তবা তানথোক্কনি।

উ অদু করিগুম্বা নুপা ওইরমলবদি নুপাগী লিক-কোন, হাবাওফি অমদি নুপাগী লুহুপ মায়োংপাসি (Mayong Pasi) হায়বা লাইরেনগী ময়েক য়াওবা লুহুপ অদু উ অদুগী মখোংদা থমদুনা তাইনগনি।

উশিং অসি মখোংদা ককলগা য়াল্লবা মতুংদা মসা অপিকপশিংদু হিদোকলগা উগী উসা কারোংশিংদু খাকতুনা থৌরাং তৌই। মসি লোয়রবা মতুংদা খুলগী পাখং শিংগী লেংবান্দা উশিং অসি থাঙ্গৎতুনা 'হোই' 'হোই' লাইসোনগা লোয়ননা হোঙনেম্বা হয়েংনি হায়বগী নুমিৎ অদুদা পুরক্নুনা খুলগী পনথোং ৱাংমদা থম্মী। হোঙনেম্বগী

নুমিৎ অদুগী মমাংদা উশিং অদু খুল মনুংদা পুসিনবা তৌহৈদে হায়দুনা থাজনৈ।

উ-হোঙ-য়ুম কুম্মৈ, তাংখুল লোন্দা 'মরান কাসা সিম' (মরন লৈবনা সাবা য়িম নৎত্রগা য়ুম) হায়দুনা লৈরম্বা হৌজিক্কা সমজিন্না 'রনসিক সিম' হায়না খঙনবা হোঙনেম্বগী য়ুম অদুসু মাংওইননা শাদুনা থম্মী। য়ুম অসি মমাইদা হাপলিবা সনা য়ুম্বী রামলৈফি অসিগা পুন্না য়ুমমাইদা হক খোৎলবা য়ুম্বী মঙা হাপতুনা মমাই নোংপোক ওন্দুনা সাই। সনায়ুম্বীগী য়েৎওইননা য়ুমগী মমাঙথোঙ অমা হাপ্পী। থোঙনাও য়াওদে। য়ুমগী মথক ওইনা সনায়ুম্বীগী মথক্তা চিরোং হাপ্পী। য়ুমগী য়ুমমাই অমদি উখোং শিংদনা নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক, মী মকোক, ইরোই মচিনচিংবা অতে খুদম কয়া হক্তুনা হাপ্পী। য়ুমদা হাপলিবা মী মকোক, শাকোকশিং অসি অহোংয়ুম অসি সাবা মতমদা হাৎখিবা মশিং অদুগী মতুংইন্না হাপ্পি অমদি কনাগুম্বনা য়ুম্মাই অসি উবগা য়ুম অসিদা লৈরিবা মী অদুগী মতিক খঙনৈ অমদি ইকায় খুমনৈ।

য়ুম অদু শাবা লোইরবদা, হোঙনেম্বা নুমিৎকী মমাং নুমিৎ মঙানি, থৌরম মপু য়ুম্ব অদু মপংগী সরুক চাদনা য়ুতমক থক্তুনা নুমিৎ মঙানি য়ুম অদুগী মনুংদা লৈগনি। নুমিৎ মঙানি অদু মাগী নুপীগা শোক্ক শমনরোই।

উ-হোঙ-য়ুম হোঙনেম্বগী নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা ইবোই অমা থৌরি অমনা পুল্লগা থাদোকলগা শা তানবগী থৌরম অমা পাংথোকই। থৌরম অসিদা ইরোই অনি হাৎলি। অহানবদা ইরোই অদু পুল্লগা থম্মী। য়ুম হোংলিবা য়ুম্ব অদুনা ইহান হান্না তানা থিল্লবা মতুংদা ময়াম ওমসিন্দুনা তানা থিল্লি। শা অদুনা লেপ্পা ঙমলক্তদুনা তুথরকলবদা মঙক ককতুনা হাৎলি। অনিসুবা ইরোই অদুনা থৌরি অশাংবা অমনা পুল্লগা লমপাক অমদা থাদোকই। মহৌশাগী নুপাগী চীংফী অমদি কোক্কী লুহুপ অমদি তা অশাংবা পাইদুনা ময়াম চঙদুনা শা অদু তান-তানদুনা তানা থিল্লি। শা অদু চেনবা ঙমলক্তদুনা তুরবদা মঙক ককতুনা হাৎলি। শনসা অদু মচেৎ কয়া থোক্কা ককথৎলগা খুনগী য়ুমথোং থুংনা য়েল্লি। খুঞ্জাশিংনা শা অদু লপ্‌তা থাঙ্গৎতুনা হযেং থোংনবা লিদুনা থম্মী। মকোক অদুনা অহোংকুম্মৈ পাংথোকখিবগী খুদমওইনা য়ুমদা থেৎনবা য়ুম্বুনা লৌই।

শা তানবা অমদি শা য়েনথোকপগী থবক লোয়রগা খুঞ্জাশিংনা য়ুম্বুগী লবুক্তা লৌ কুম্বা চৎলি। শা হাৎপা অমদি শা তানবা মতমদা নুপীশিংনা নাৎকী ফি শেৎলগা নুপীগী তা পায়দুনা কুম্মৈ য়েংদুনা লেপ্পী। লৌকুম্বগী মতাং অসিদদি তা

পায়দুনা সমদা লৌ উবগী খুৎলাই হাপ্তুনা চৎখি। সম অদুদা লৌ কুম্বগী য়োৎপাকনচিংবা খুৎলায়শিং হাপ্লী। লবুক য়ৌরবদা নুপীশিংনা থাংতুপ মনানা লোনবা য়েনপাক সেনখম মকোক্তা উপলগা 'হোই' লাওদুনা লৌয়ান ঈশৈ শক্তুনা লৌয়াল্লি। লৌয়াল্লিউঙে মরক অদুদা নুপী খরনা লোং খোনদুনা ঙা ফাবগী মওং অমা উৎলি। অসিগুম্বা মতম অসিদা নুপা অমা ফি য়াওদনা লবুক্তা চোংথরক্তুনা লৌয়ানবা অমসুং লোংখোনবা মরক অদুদা য়াওসিল্লি। নুপীশিংনা লৈখোম অমদি ঈশিং চায়শিন্দুনা নুপা অদু তানথোক্লবা হোৎনৈ। নুপীশিংনা নুপাদু ওনশিন্দুনা ফারগা লৌচিদা লৈবা কোম অদুদা লংথৈ অদুগা মখোয় ময়াম কোয়শিন্দুনা য়া য়া নোক্তুনা খুবাক খুদুনা মাবু লকনৈ। নুপীশিংনা অনি অনি পাম্বোম পায়শিনদুনা লৈখোমদা নমশিনদুনা য়া য়া নোকতুনা কুম্মৈ অসি পাংথোকই।

মথক্কী থৌরম অসি লোয়রগা লৌহোন চাইথোক্তুনা থমলিবা থংনবা লৌফম অদুদা নুপী ময়াম অদু লৌ লিংবগী ঈশৈ শক্তুনা লৌ লিংই। লৌ লিংবা লোয়রগা নুপা নুপী ময়াম অদু হল্লকপগী লম্বীদা, লম্বী লমলোং অহুম ফাংবা অমদা কোয়না লেপমীন্নদুনা মখোয় পুন্না কোয়না কোয়না লৈ লৈদুনা জগোয় শাই। অসুম্না নুমিৎ অদুগী নুংথিলগী থৌরম লোয়সিল্লি। নুংদাংদা য়ুম্বুগী য়ুমদা ময়াম পুন্না জগোয় শাই, ঈশৈ শকই।

মথংগী অয়ুক্তা নুমিৎনা ব্বাতোন তমখৎলকপা মতমদা মাইবনা নাহৈরোল অমা শোন্দুনা য়ুম অদু ঈশিং অশেংবনা চাইথোকই। মসি লোয়রগা য়ুম্বুগী মমাগা পোকমিন্নবা মামনা মাং থানা চংদুনা শঙকাবগী থবক অদ[redacted]ংথোকই। শঙ কাথ্রবা হেক মতুংদা কুম্মৈ অদুদা য়াওবা খুলগী অহলশিংগা মফম অদুদা য়ুম্বুগা চামিন্নবগী থৌরম অমা পাংথোকই। খুনজাশিংনা ঙরাং য়েনথোকখিবা শনশা অদু মাগী মাগী য়ুমদা থোংলগা সমদা হাপতুনা য়ুম্বুগী য়ুমদা লাকই। অমদি মনাক অনকপা মফম অমদা খুলগী খুঞ্জা পুন্নমক চাম্মীন্নবগী থৌরম অমা পাংথোকই।

চাকচাবা লোয়রগা নুমিৎ লৈথদ্রিঙে, নুমিৎ য়ুংলকপগী অদুব্বাইদা য়াওসোক পুবী নৎত্রগা সম পুবী য়ুম্বুগী নুপীনা সমদা লৌকুম্বগী খুৎসু খুৎলায় মরুমরাং হাপতুনা মাং থাদুনা চৎলগা মথংদা য়ুম্বু, খুল্লাকপা অমদি খুঞ্জাশিংনা চৎনবী ফিজেৎ অমদি নুপী অমদি নুপানা মাগী মাগী খুৎলায় তা পায়দুনা তরুংয়ুংবা নৎত্রগা উক্রোং হোংবগী থবক হৌই। মসি মীংচৎ উরোং য়ুংবা হায়নসু কৌই। মসি মরান কাসা সিমগী য়াম্না মরুওইবা থৌরমনি। য়ুংগদৌরিবা উ অসি অহুমনি। মপুং ফানা চাউরবা উজাও মপুম অমবু মরাগী

শরুক অদু লৌথোকলগা মশা মরেং অচৌবশিং অদু খাক্তুনা থম্মী অমদি উগী উকু অদু নিংথিনা নাননা হিদোকলগা থাঙফম মচা মচা কয়ামুক চাং নাইনা নিংথিনা হক হকতুনা হান্না মাংজৌননা থৌরাং তৌদুনা মফম অমদা থম্মী। উ অহুম অসি চাউবা মান্নদে। খ্বায়দগী চাউবা, ময়াই অমসুং খরা পিকথবা অসিনি।

অহানবদা উরি অশংবা অমনা খ্বায়গী চাউবা উ অদুদা পুল্লি। খ্বায়গী মাংদা য়াওসোক পুবী, মথংদা নুপীশিং অমদি উগা থংনবা অমদি উগী মশাদা নুপাশিংনা থৌরি মতোন্দগী মথং মথং উ ফাওবা পায়রগা অহুমলক হন্না 'হোই' লাওদুনা খুকুম্মী। উ অদুগী মথক্তা নিংথৌনা ইনবা খ্বায়দগী অরুবা অমদি অৱাংবা ফি শাফি লানফি অদু কৎচবগী মওংদা উ অদুগী মথক্তা হাপ্পী। উ অদু পুদুনা চৎপগী মওংদু চুমদ্রিং হেক্তা অহোংযুম তান্না পুদুনা চৎতে। লম্বীদা লাই হরাওবগী লাই লম থোকপদা লাই ঙাওবগী মওংগুম খরা খরা হায়দোক হায়জিন তৌদুনা পুরকলগা মরান কাসা সিমগী মমাংদা উখুল অহুম তৌথোক্তুনা লৈবমলিবা অদুগী ময়াইথংবা উখুল অদুদা উপী উরেল অদু মযাম চঙদুনা য়ুংই। মসি লোয়রগা মথং মথং উ অনি অদু অমুক লৌরুই। অকোনবগী অনি অসি লৌবা চৎপদা য়াওসোক পুবী য়াওদে অমদি অনিসুবা উদা য়ুম হোংলিবা য়ুম্বু অমদি অহুমসুবা উদা মচা নুপী লৌবা ময়ানা তোংদুনা লাকই।

উ অহুম অদু য়ুংবা লোয়রবদা উশাশিং অদুদা মৈলৈ পাম্বীশিং থাজিল্লি। মসিগী মথংদা উনানা য়োম্বা অচাপোৎ অমদি অচাপোৎ য়াওদবা উনাগী ময়োম থন্না য়াওরবা পোল্লাং অমা, ময়াইগী উপী উরেল অদুগী মথক্তগী চাইথরকই। অঙাং ময়ামনা য়োম-শিন্দুনা খুল্লগা চাই। অচাপোৎ ফংবনা লাইবক ফবা, ফংদবনা লাইবক ফত্তবা ওই।

থৌরম অসি লোয়রগা উ চিংবা য়াওরুবা ময়ামদু ইকোয় কোয়না নুপীনা ওইরোমদা নুপানা য়েৎলোমদা কোয়না ফম্মীন্নদুনা শা চামীননৈ য়ু থকমীননৈ। য়ুম্বুগী ইমুংনা অৱাৎপা য়ু হৈ, শা হাপ্পী।

অসুন্না ঙহাক পোত্থারগা সুমবন মচা অকোয়বা তরামুক তরুং য়ুংলিবা অদুগী মমাংদা শাংনা থমলগা নুপীশিংনা ফৌসু ঈশৈ শক্তুনা ফৌসু লংনদুনা ফৌ সুমীননৈ। ফৌসু ঈশৈ অদুদা ৱারী অমা য়াওরি। অশম্বা ৱারীদি অসিনি—মতম অমদা মমা মপা লৈত্রবা অঙাং নুপামচা অনিখক লৈরম্মী। মখোয় অনিনা লবুক্তগী ৱানা কুমলকপগা ফৌ অমুক সুবা অদুদা লাইরৈপাক্তা লৈখ্রবা মমাদুনা য়াম্না নুংঙায়ত্রদুনা

হেক হেক লাক্কুনা সুদোকপিরে। মখোয় অনিগী মনিং ওইনা য়ুমলোন্নদুনা লৈবা হনুবী অদুনা তৌবা ওইরমগনি খনদুনা হংলুবদা হনুবী অদুনা মীনমদুনা অচুম্বনি হায়দুনা খুমলে। মদু তাবদা মখোয় অনিনা হরাওরদুনা নুমিৎ খুদিংগী মমানা সুবিরম্বা চেং অদু খরা খরা খাইদুনা হনুবী অদুদা পীরে। অসুম্না মতম খরা হৌখ্রে। নোংমদি হনুবী অদুনা ফৌসুবা মখোল তারক্কুনা য়েংবদা অঙাং অনি অদুগী শিথ্রবা মমা অদু লাক্কুনা ঈশৈ অমা শক্কুনা ফৌ সুরিবদু উরে। মানা অসুম্না শকলম্মী,

ঐনদি অসুক ৰানা
খুবাক কুরোল ঙম্না
ফৌসু চেংসু তমলগা
হনুবী অসিনা চাথোকপিরে।

মরোল অদু তারুবদগী হনুবী অদু নিঙমমক্লে। হনুবী অদুনা নোংমদি অঙাংশিং অদুদা ৰারী অশেংবদু তমলে। মদু তাবদা অঙাং অনিদু মমা উনিংবনা লাংতক্করে। হনুবীনা হয়েং নমানা ফৌ সুরিঙৈদা ফি খাওন মনুংদা নকোক লিংশিন্দুনা ফাহৌ হায়দুনা তাকলে।

মথংগী নুমিৎতা অঙাং অনি অদুনা লবুক্তা চৎপা সাদুনা থোকখ্রগা মচি অমদা লৈসিন্দুনা লৈখ্রে। মমা অদুনা মখোয় অনি চৎখ্রবোই খন্দুনা হান্নগুম মচা অনিগী চানবা ফৌ সুবিররে। অঙাং অনিদুনা লোন্না চঙলক্কুনা মমাগী ফি খাওন্দা মঙক থিংজিনদুনা মমাবু ফারে। মমানা মচা অনিবু নিংথিনা থেমদুনা থনমলগা অশি লৈবাক্তা হনখি। (এল, দল্লিয়ু, সিমৈরৈইয়ো মশামক্লা লিবীবা)।

নুমিদাংদা সুমাং অদুদা ইকোয় কোয়না নুপা নুপী পুন্না অচম্বা খোংথাংদা জগোয় সাদুনা ঈশৈ শকমীন্নবগী থবক অসি নুমিৎ কয়ানি পাংথোকলগা তাংখুলগী উ-হোঙ য়ুমগী কুম্মৈ লোয়সিল্লি।

পেত্রিয়ার্কেল সোসাইতি সেম্বা হৌগৎলকপা, মপা লাইগী মশক সাগৎলকপদা হান্না লৈরম্বা মেত্রিয়ার্কেল সোসাইতিনা সেমখিবা মশক মওংদা য়ুমফম ওইদুনা সেমগৎলকই। মীকোক তানবা মালেকুলানা মপা মপুগী খুদম ওইনা য়ুংলিবা উয়ুং, মরামগী অহোঙয়ুমদা হাপলিবা চেঙদি, চকপা ফায়েংনা লাই হরাওবদা চকপা সন্নাং সোরারেন অথুপ্পগী খুদম ওইনা য়ুংলিবা ৰা, মৈতৈনা মপা মপুগী তোতেম পোল



উ পাম্বীগী লাইরে



পুন্সি পামেল

ওইনা য়ুংলিবা ছত্র, পুমনমক অসি মমাংগী অঙনবা মতমদা লাইরেম্বীগী খুদম ওইরম্মী হায়বদু রমলৈফিনা তাকলি। তাংখুলনা হোঙগদৌবা উ অদুনা নুপা ওইরবদি লিনগী ময়েক য়াওবা নুপাগী লুহুপ অমা উ অদু য়ানবা মতমদা পিদুনা তায়নরিবা অসিনা লিন লাইনা মপা লাই পুন্সী পামেল ওইরকপা অদু উবা ফংই। লিন লাই অসি অহানবদা লাইবেম্বী ওইরম্মী, লাইরেম্বীগী নুপা ওইরকই (consort) অমসুং পেত্রিয়ার্কেল সোসাইতি ওইরকপগা লোয়ননা মপা লাই ওইখি। মতাং অসিদা বি সি ২৫০০ গী মতমগী সুমেরদগী ফংবা সিল অমদা উহৈ অনিখক্তা পানবা উপাম্বীগী লিন লাইরেম্বী অমসুং শা মচীগী লুহুপ উপ্পা লাইরেম্বীগী মপুরোইবা (Husband) লাইনুপা অমগা পুন্না ওইয়েৎ নাইনা ফম্মীনবা অমা হক্কুনা থনম্বা অসি পনবা য়াই। লিন লাই অসি **দি হোলি বাইবল** চহি লিশিং কয়াগী মমাংদা পুন্সী পামেলগী মপু ওইনা লৌনরম্মী।

মীওইবগী লাই নিংলম্বীগী ইতিহাসতা খ্বায়দগী অঙনবদা এনিমিজম (Animism) গী মথংদা ফেতিসিজম (Fetishism) য়ৌরক-পদা করিগুম্বা পোৎশক অমবু লাই ওইনা নৎত্রগা লাইগী খুদম ওইনা লাৎলগা নুংঙায় য়াইফবা ফংঙি হায়না থাজবা মতমগী পোৎশক অমা ওইনা ঐখোয়না রমলৈফিবু য়েংবা য়াই। উপাম্বীনা চহি খুদিংগী মপাল শাবা, মহৈ য়ানবা, শংদুনতা লৈবা মরমশিং অসিদগী অঙনবা

মতমদা পাম্বীবু পুন্সী পামেল ওইনা, অফবা অমসুং ফত্তবা মহৈগী পামেল ওইনা অমদি চাহোং-ঙাহোংবগী লাই ওইনা মওং কয়াদা লাৎনরম্মী।

হৱায় আইলেন্দগী মিথোলোজিদা অশিলমগী চঙফমদা নাকল অমদনা মনা অশংবা পানবা নাকল অমদনা মনা অকংবা পানবা, মখোংদা অঙাং ময়ামনা য়োমশিন্দুনা লৈবা উ পাম্বী অমা হৌই। তরুং য়ুংবগী থৌবমদা উপী উরেল রমলৈফীগী মহৈ ওইনা ময়োম মচা মচা চবুন অমা চাইথরকলি। খবনা চানবা যাওরম্মী, খরনা য়াওবমদে। মহৈ অমদি মহৈ য়াওদবা ময়োম অদু অঙাং মযাম অমনা ওমসিন্দুনা খুন্দুনা চাবি। খবনা চাবা ফংঙি, খরনা চাবা ফংদে। মীওইবগী পুন্সী পামেলদা পোকপা অমসুং শিবা কৌবা উহৈ অনিখক পাল্লি। পোকপগী উহৈ চাবা ফংলগা লাইবক ফদুনা অমুক তাইবংদা পোকলকই, শিবগী উহৈ চারুরগা তাইবংদা অমুক হল্লকপা ঙমদনা পাকলবা লোযনাইদ্রবা অসিলমদমদা কোয়চৎ চৎতুনা লৈ। নৎত্রগা শমলাং অমনা পাম্বৈ ওইবা শমলাং অমনা থোং ওইবা লানবদা ৱাববা ঈপাক ঈবেল কযা লান লান্দুনা চৎলগা খমনুং সৱা তান্দুনা হৌরকফমদা হনজিনলি। হৈশিংবা অমদি লাইবক্তা তম্বগী মতুংইন্না হিংবা তাবা, শাদানফম উমংগীদমক অতোপ্পা শাদানবা কাংবুশিংগা তৎতনা শোকনবা লান, অসিগুম্বা লোযবা খম্বা নাইদ্রবা খুদোংথিবনা থল্লবা শাতানবগী পুন্সীদা শাগৎলকখিবা তরুং য়ুংবগী থৌরমদা যাওরিবা উপী উরেল অহুম য়ুংলিবা অসি ফেতিসিজমগী থাক অদুদগী তোতেমমিজমগী থাক্তা চাউখৎলকপগী মওং ওইনা লৌবা য়াই। মরামগী অহোংয়ুমগী ময়াইয়ুম্বীগী খ্বায়গী মথক্তা উচেক লাং-মৈদোংগী মচিন হাপ্পী, মখাদা মথং মথং ওইনা লমওক্কী মচিন, নুপীগী শিনুং অমদি ইরোই মকোক হক্তুনা হাপ্পী। উচেক লাংমৈদোংনা মী ওনখিবগী ৱারী চীং অমসুং তমগী ফুঙ্গা ৱারীশিংদা ফংই। অদুবু মতৌ করম্না উচেক লাংমৈদোংবু তোতেম নৎত্রগা মপামপু নৎত্রগা ঙাকপি শেনবীবা লাই ওইনা লাৎলিবনো হায়বা ৱাফম অসি মখা তানা য়েংখিগদবা ৱাফম ওইরি। নোংপোক এসিয়াদগী বৈরিং ষ্ট্রেৎ ফাওদুনা অৱাং অমসুং খা-আমেরিকাদা শন্দোকখিবনি হায়না থাজনরিবা রেদ ইন্দীয়ানগী অয়াম্বা কাংলুপসিংনা ইগলবু মপা-মপু নৎত্রগা ঙাকপি সেনবীবা লাই, তোতেম ওইনা উখোং নৎত্রগা তোতেম পোল অমগী মতোন্দা সাদুনা হাপলগা মখাদসু অতৈ অতৈগী মুর্ত্তি কয়াসু হক্তুনা হাপলগা লাৎলি। ইগলবু নোংথাংলাই ওইনসু লৌই। চীংমী শাদানবশিংগী পুন্সীদা নোংথাং অমদি নোংখাকপা হায়বসি য়াম্না ঙকনা কিনা লৌই। রেদ ইন্দিয়ানশিংগী লৈশেম নোংশেম্বগী মিথোলোজিদা ইগল হায়বা উচেক অসি মালেমবু ইশং শংহন্দুনা জীবপানবশিংবু হীংহল্লিবা য়াম্না মরুওইবা লাইনিংথৌ

ওইনা লৌই। তোতেম পোল অসি মরুওইনা শাদানবা খুন্নাইগী পোথোকনি। ওক, ইরোই অমসুং শনবু অরিবা নুঙগী যুগকী মতমদগী হৌনা মালেমগী অতে মফমশিংদা তোতেম ওইনা লৌনরকলি। মণিপুরগী চীংগী মিথোলোজীদা শন্দং অসি য়াম্না মরুওইবা শানি। কবুই অমদি মরিংগী ফুঙ্গা বারীদা মীওইবনা লৈনুংদগী সুরুং অমা ফাওদুনা তাইবংপান অসিদা থোকলকপদা সুরুংগী মচিন্দা লম্বী থিংদুনা লৈরম্বা নুঙজাও অদু তাইবং মীনা ইনথোকপা ঙমদ্রবদা শন্দং অমনা ইনথোকখি। অসিগুম্বা মিথ অসি মণিপুরদা লৈবা অয়াম্বা চীংমী কাংলুপকীসু লৈ। পোইরৈ হায়না খংনরম্বা মৈতৈগী অহানবা খুম্ভোরকপগী মিথোলোজিদা শনবী অমনা সুরুংগী নুঙজাও ইনথোক্তুনা তাইবং মীনা মপানগী তাইবংদা খুম্ভোরকখি। শনবী অদু লৈনুং থোঙঙারেলগী মফমদা হাৎতুনা কৎলবা মতুংদা পোইরৈতোনগী মচা মসু মনুং মতম চাদনা শিবদগী কনখি। অতিয়া গুরু সিদবনা মালেম লৈশেম্বা লোয়রবদা শন য়োংমানবী ওইনা তাওথরকখি। পাখংবনা মপানি খংলদুনা শন অদু ঈশিংদগী চিংখৎলগা শন অদু হাৎলগা ইরাৎথৌনি অমা পাংথোকখি। শনলাই অদু মচেৎ তবেৎ থোক্না ককলগা য়েক তবেৎতা য়েনথোকতুনা ইবাৎ-থৌনি অদুগী শরুক অমা ওইনা শনশা অদু চামীন্নখি। অরিবা মতমগী লৌউ-শিংউবা হৈত্রিঙৈগী শা তানবগী খুন্নাইদা মখোয়না হাৎতুনা চারবা, মখোয়বু হিং-হনবীরিবা শা অদু মখোয়গী অপোকপা মপা ওইনা লৌবগী থাজনবী লৈরম্মী। চীংগী অহোঙ য়ুমগী ইরাৎ-থৌনিদা ইরোই অমা হাৎলবা মতুংদা য়ুম অদুদা চংদুনা লৈবদা নুংঙায় য়াইফবা পুল্লী নুংশাংবা ফংই হায়বগী থাজবা অসি উবা ফংঙি। খৃষ্টান ধর্ম্ম মপুং ফানা চৎত্রিবা বিলোং খুলেনগী অয়াম্বা য়ুমশিংগী চেঙদিদা ইরোই মচি থেৎতুনা থমলি।

কবুইনা তলংকাই হায়না খঙনবা অহোঙয়ুমবু নুপীগী য়ুমনি হায়দুনা লৌই (Mutua Bahadur. M. Y. Santa Bai, 1989 : 22)। জেমি নৎত্রগা জেমৈ হায়না খঙনবা কবুইনা অহোঙয়ুমগী ইরাৎথৌনি লোয়রগা অহানবা শঙকাবদা নুপীনা সমদা মরু মরাং ফৌদিনচিংবা হাপতুনা মমাঙ থানা চঙগনি অমসুং নুপানা থাঙ য়ান্দুনা নুপীগী তুংদা ইন্নদুনা চঙগনি (অনিল খুরাইজম, পোক্লকম ২/৮/১৩৯৮)।

তাংখুলগী অহোংঙয়ুমগী ইরাৎ-থৌনি অসি তম্পাক্তা তম্পাক লৌ উদুনা খুন্দাখ্রবা মৈতৈগী হোঙনেম্বশিগা য়াম্না নক্লা মান্নবা অমনি হায়বা য়াই। তাংখুলগী অহোঙয়ুম অদু হান্না শাদুনা থমলগা মাইবনা ঈশিং অশেংবা চাইথোকলগা শঙকাবা, য়াওশোক পুবীনা খ্বায়গী মাঙ থাদুনা চৎলগা নুপা নুপী মীয়াম চঙনা উপী উরেল

রমলৈফি লৌরুবা, নুপা নুপী চঙনা লৌয়ানবা, লোংখোনবা, ফৌ সুবা অসিনচিংবা মওংশিং অসি মৈতৈনা লাই হরাওবদা হেন্না সিম্বোলিক ওইনা অমদি ফিলোসোফিকেল ওইনা থম্লবসু লাইরোনদি অমতনি।

মরামগী নুঙহোঙবগী থৌনি অসি নুপাগী ওইবা, নুপানা মেট্রিয়ার্কেল সোসাইতিগী নুপীগী লাইরোন্দগী নানথোক্নুনা নুপাগী থবায়গী অরান খুবম ফংনবা লম্বী থিরকপা, নুপাগী অপুনবা মশক, (গ্রুপ ইন্দিভিজুয়েললিতি) অমা থিরকপা অমদি মদুবু মপুং ফানা ফোংদোকপা মশক অমনি। মরুওইনা কবুই, তাংখুল অমদি মৈতৈগী লাই হোই লাউবা নৎত্রগা লাই হরাওবগী থৌরমশিংদা মেট্রিয়ার্কেল অমদি পেট্রিয়ার্কেল সোসাইতিগী লাইরোন অনিগী তাইনবা, সিনথেথিস পুরকপা উই। মৈতৈনা লাই হবাওবা নৎত্রগা লাই হোই লাউবগী লাইথৌদা অতিয়া গুরু সিদববু পুমনমক্কী মপা ওইনা মহাক্কী লৈসেম নোংসম্বগী লাইরোনবু ফোংদোকলবসু মেট্রিয়ার্কেল সোসাইতিগী নুপীনা লাইগা হকথেংনবা মাইবী ওইরম্বগী মশক অদু লেংদনা থমলি। মসি ঙসিগী অতিয়াগী মপা লাইনিংথৌ অমগী লাইরোন্দা হিংলিবা হৌজিক্কী মালেমগী তোঙান তোঙানবা লাইরোন অমদি ইরাৎ-থৌনিদা তোপ তোপ্পা মশক অমনি।

### (ঘ) উক্রোং হোঙবা

তম্পাক্কী তুরেন অমদি পাৎ মপান য়েং য়েংদুনা খুন্দাবা মৈতৈ হায়বা কাংবু অসিসু উক্রোং হোঙলম্মী। নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতমদা নোংদা লাইরেন পাখংবসু উক্রোং হোঙখি,

> পাখংবনা লাইস্না পুদুনা লাকলবদা লাইশিংনা লাইস্নানা লাইগী লৈমরেন ওইবা য়ানিংখিদে। · · · মতম খরা লৈরক্রবদা পাখংবগী পুক্কীং নুংঙাইতবা উবদা খোইয়ুমসিংনা লৈমবু (লাইস্নাবু) লৌখৎপিরগে খল্লকই। মতম অদুদা খোইয়ুম লাইয়াম্না তাইবংময়ুম পিবা তরেৎতা হায়রকই, তাইবংপিবা তরেৎমক, নবেন শিজ লাই ওইবীসে খোইয়ুম ঐখোয়না য়াবিরগে, মরম অদুনা খোইয়ুম ঐখোয়দা উক্রোং হোঙঙো (থোকচোম রাজো মাইবী, ১৯৮০ : ৯৮)।।

উক্রোং হোঙবা হায়বসি লাইশিংনা পেনবীনবা তাইবংমীনা পাংথোকপা

ইরাৎ থৌনি অমনি হায়বদু মথক্কী বারী অসিনা খঙহল্লি। খুমল্লম্বম্ য়াইমা সিংহ, সনা কোনুংগী পণ্ডিত অচৌবা ওইরম্বা পণ্ডিত অসিগী মোৎ মতুং ইন্না উক্রোং হোঙবগী লাইথৌ অসি খৃঃ কুম ৩৩ দা পানখিবা নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমাং হয়িচক্কী মতমদগী ইহান হান্না নিংথৌ ওইখিবা নিংথৌ কাংবগী মতমদা চৎনদুনা লৈরকলে (খুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ, ১৯৭৭:৯)। পণ্ডিত অসিনা পুথোকলম্বা **মৈতৈ জগোয় অনোইরোল** (অহমসুবা সরুক, ১৯৭৭) অসিদা উক্রোং হোঙববু লাই হরাওবগী মশক ওইনা, মতৌ করম্না থৌরম অসি লাইশিংনা হৌদোক্লুনা তাইবংমীনা চৎনরকখিবগে হায়বদু উৎলি। য়াম্না শম্না হায়রবদা থৌরম অসিগী নুংগী ওইবা মশক্কী জগোয় ঈশৈগী ৱাংলবা কলা অসিনা তাইবংপান্দা হিংলিঙৈ অমদি শিরবা তুংদা ঈশ্বর ফংবা ঙম্মী লোয়ননা তেংবান অসিদা লাইরৈপাক্কী নুংঙায়বা ফংজদুনা অরান খুবম ফংঙি হায়দুনা তাকপনি। পণ্ডিত অসিনা থম্বীরম্বা উক্রোং হোঙবগা মরিলৈনবা অনোইরোল অসি মতাং অসিদা থমলি,

লহালনোং হয়িঙৈদা —
পামা মচল থিংনাউ তাউবীনা
মথিং লাইরেনপাতুবু য়ুকৌএ।
ইথিং লাইরেল তাউরোইনাইও
তুবি নউল হবিরমও
লাইরেল নতাংমাবু সিৎপীরমও ।।১।।
লাইরেল তাউরোইনাইনা —
ঐদি তাঙজা নত্তে ইকু হফরোই
লিল নত্তে ইতাং সিৎফরোইএ।
শোঙবু কনম ফকতুবু
কংলৈ নগুমমাঙদা থাররো।।
লাইরেন্না ঙৌনা ওল্লঙৈ
অঙৌবা কোইচা হৈনা লৌও।
লাইরেন্না মুনা ওল্লঙৈ
অমুবা কোইচা হৈনা লৌও।
লাইরেন্না ঙাঙনা ওল্লঙৈ
অঙাঙবা কোইচা হৈনা লৌও ।।২।।

খুনবী নোংলৈশংনা কোনখারে,
লৈখাম তরৈ য়ান্না হেনমোইরেদা।
অশৈ খোংফাং লেংনা তিন্নলেমলে
তাইরোই পুংলেন-ৰাকসুং
হৈনা লৌনা মথেক হৈনা লৌএ।
অশৈ খোংফাং তাউরোই পুংলেনৰাক
নেম-ৰাং মারেপ চৈগা-তম
থক-খা খাগা নাই
মকোক মমৈ নাই
চৈরৈ মকা-ফোং মানলৌ মীমাঙ তাক্লা
চুকোই লেপলৌ শারে।।৩।।
খোঙফম খোঙথাং মান্ননা
মথেক শানা মকোয় শানা
সমু মাঙ-ইন্ননা মরাক নাইনা
মযুং নাইনা সমু খুৎশন্ননা
সমু খুৎমা-শম্ সমু-মানা থেক্লা নোইএ।
সমু য়েৎলম-শম্ সমু-মানা ওয়না নোইএ।
লাইরেন মতৌ তন্না থিংনাউ তাউবীনা
চুকোই মকোক মঙম তম
লাইরেল হৈনা লৌবদি নোইচুর নোইচুবে ।।৪।।
লাইরেন তাউরোইনাইগী খোম্নোক্তা
তিং-তিং তা-তা তিং-তিং তা-তা
নিংসা খোংকাপ চানা নোই এ।
য়েৎনা থাংলে ওইনা হাইএ
ওইনা থাংলে য়েৎনা হাইএ।
খোঙহাই খোঙথিল খোঙনিঙ-কাঙ
শমু খুৎশম থাদোক্লা খুৎফাং মাঙইন্না
খুৎচেং লয়না খুৎচা ফন্না
খ্বাং পমশি নম্না

থেক্লা নোইএ খুৎকা খুৎকা নোইএ।।৫।।

মতৌ অসুন্না সাখিবা জগোয় অদুদা শকখিবা ইশৈদি,

আ হোইরৌনে
হোই হোই হে নকেদা।
হোইনে আ হোইরৌনে
সে ফি অ হয়ানা
হযা হয়া নেকেদা।
আ হযানে সে
হয়িঙৈদবু নোইএ
হযিঙৈদা নোইববু
মৈনা বায়না নোইএ।
তাংনা শমনা নোইএ।।১।।
লমলেন-মাদা নোইএ
মদাইমাদা নোইএ।
পামা মচল থিংনাউ তাউবীনা
মথিং লাইবেনপাতুবু য়ুকৌঙৈদা
চীংঙু মঙাইরোইবু শরুক লুক্পম্হানা
খালৈ লুকতম শেম্না মায়খঙএ।
সেনখোং নারিন খাগী তুবি পুন্না হৌ
লাইরেন-য়োমলোই হৌনা
তাঙজা লিলা য়াওনা নোইএ।
লাইরেন তরেৎনা নোইএ।।২।।
লাইবেন লৈনুং খোমতারিবা
লাইরেন পোরোং থেৎপা
লাইরেন পোরোং খোকনাইবা
লাইরেন সমু নানৈবা।
তিম্নিরেন তিনশংলেন
তিনঙাংলেন তিনমুরেন
তিনঙৌরেন তিনপুকশ্রি

তিনফিখাম মালেম লৈখারোনগী
পূন্না নোইএ, তাঙজা কাঙনা
কোক্তোন ফাওনা নোইএ।।৩।।
লৈপাককিদি অসৈপা হুমলেং লৈপাইব্রাক
হাইস কোংচি কোংপাইব্রাক।।
লৈকং লাংপা কংখু তোংলেং নোংতোনব্রাক
য়াইথিং সিথিন্‌পা সিংসুব্রাক।।
লিলা পাখংপা লাখা খারোই সেমনাব্রাক
নোংথৌ অসৈপা খরং থাংথংব্রাক ।।১।।
নোংথৌগীদি অসৈবা
লৈনুং কংখু নোংলেনচা
নুংচেংচা খারি নুংচোংপা
য়াইথোং সিথিন্‌পা
লেরা খারোই সেমপা
ঙাংঙ্গ্রা তৌসূপা লেরা খোংচি-ব্রাক
খাপা লাংথংচানা সৈসকলেদে ।।২।।
লৈপাক মাইবা খুরাই-তাঙ
নোংথৌ মাইবা চিরাই-তাঙ
লাইমিং তিনমিং সোন
লয়গা নোংগা তাই
খোইয়ম মতিক সকলকলে দে
চীংঙু ময়াই শোললকলে দে
খোইয়ম থৌরম হৌরকলে দে।।৩।।
হুম্ হুম্ উম্ খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
অতিয়া উংলৈনুংকি অমমপা
য়াইপী মতোমমাকি অথুপ্‌পা
পোকলেন য়াইপীরেন মমথোইপা
অব্রাং নোংফু মাহুমনুংকি অমমপা
হুমলেন য়াইপীরেন সিতাপা লীহুনফম

চীংঙু নতিক অরুপাপু হোঙনেমকে।।৪।।
হে হৌ হে হৌ
হে হৌ হে হৌএ।।
হোঙনেমলো হোঙনেমসে
লমলেনমাদা হোঙনেম্বা
মদাইমাদা হোঙনেম্বা
খোইয়ুম থৌবু লাইয়িংথৌবু
চীংঙুবায়না খোঙবান বায়না
অসৈগীদি খোংফাংলেং
পুংলেন বাক্কা নাকা-কা
কৌবা লাকথোং কানা
খোইয়ম থৌবু হোঙনেমসে।।৫।।
করোং মিতম-য়ুং
সায়ালুক লীকলাং পরেং হাপ
খোইয়ান ফিদা অমা তৈনা
তাউজিং মখল তৈ
লৈরাং খয়োম শানা
পেরে খোংলেন লমপাউ বাক
নিংসা থিংকামনা
অমাইনা কাসা পাউতাক্লা
তিনমিং লাইমিং শক্লক্লে দে
খোইয়ম মতিক শক্লক্লে দে।।৬।।
অসৈ খোংফাংলেং খুবাক তাপুংফু
সমু খোঙসিৎ থাংমাম্না
সমু খুৎহাই সিননানা
য়াবা খোনচেল খোনমাননা
খোইয়ম মতিক সৈথারেদে।।৭।।
পামেলকিদি চাউথোইপা তলা উনুং হুৎপদা
তালা বাংথোইথি তাউরোই পুংলেন-সেম

য়োয়পু য়োমলোই হৌ
নূবা য়োমতাং সাংনা
সুকলেনকিদি লয়তম্ ফেন
লোইমোম ফৌসূ মনিননাই
লৈপাক হৌনা হোঙনেমলে দে।।৮।।
নোংথৌ অসৈ লেংতিননা
চৈপুল সূনা য়েৎলম ফেন
ওইবম সমু খোঙথাংনাএ দে।।৯।।
সমু ওইবম ফেনথববকা
সমু খোঙনা য়েৎলম থাং
অসৈ খোনথাং খোনমান্ননা
কংলৈ মরাঙহৌ হবাউ মাথোই তোংনা
পূংলেন মনিন নাইনা
খাচিক খাচিক খাচঙ্ননা
ফেনথানাএ পাউদোইনৈএ দে।।১০।।
য়ুহানা নীকতানা য়ুচেংনা হাইতানা
মালেম লয়খৈ ফংনা নীকলকলেদা।
তলা পামেল চাউথোইপানাচিংনা
ঔরি সমৈ থাংনা ফেনথায়েদা।
চীংবুরোই তমবুরোই লোইচিং লোয়া হুপনা
তাউচিং মখল তৈ হায়রাঙ পুংবু লেমলেদা।।১১।।
লমলেনমাদা মদাইমাদা
কংলৈয়োনদা পুঙমায়োনদা
য়োয়মায়াইবু তাউদনববু
মালেমখৈবু লাঙজখৈবু
অঙানববু সনাতোনবু
খোমমাতোনবু অপানববু
থবীরেংবু সেনকোইরেংবু
চারংসেনবু খোয়বুং সেনবু

নোংসামৈবু নোংপোক লৈমাচনু
তৌরিং লৈমাচাবু।।১২।।
মালেম লয়রায় পাংকি নিংথৌ চনু
পায়মাগীদি লিনকোয়গীদি
পলেম পিথাঙ-সিননা
নাউয়োকপিবা মৈবু।।
নপললোনবু কোরৌ খোনবা চনু
মালেম লয়বু লূম্বা চনু
সনাগীদি লিনকোয়গীদি
যোইময়াইদি তাউদনবা।।১৩।।
অসৈগীদি খোংফাংলেং
অমাইগীদি লাইমিং সোন
খোইয়মগীদি থৌরমসু
য়িরাৎ থেনলাৎলকলেদা।
তুবীগীদি তুথুপ-হৈ
লাইরেনগীদি মরন-কুবু
ফমলেন লাইথংব-লমদা
কোরৌ নোংলুপানদি অঙৌবা
মালেম লয়সনাদি অঙাংবা
সেনলি সেনচাউ কোনফূবু
ফিপোং চামিগা লনকুবিরকলেদা।।১৪।।
খোইয়মগীদি মরনকু
চীংঙুগীদি মথৌচাল
চাকসৌপূংতা চাকসৌরে
য়েনসৌপূংতা য়েনসৌরে।
নিংথৌগীদি মহিসাং
ফমথৌগীদি মঙাইরোই
চামলৌ লাপোৎ সেম
তরা চাকপোৎ সেম

খুমলোং নাথংনানা
সাজম সায়াকোৎ সেমনারে
লোইবি চীংগুম পৈররে।।১৫।।
তুবি য়োইনোংদা
নোংদা লাইরেন পাখংবগী
নিংথৌ পোংবা তরামা
কংলা মাইয়োক-লেপ
পুখ্রন নোংথোন মঙাইরোই
চকথাঙ য়ারোংফান
মৈবুল হাইচাউ-থান
তরেৎ সেললুং খাউয়াইগা
চীংবূরোই তম্বুরোই খুনফাংথৌ
লোইচীং লোইয়া হুপনা লেংনা
তয়ম নাইফাংথৌ লেংনতিন
কংলৈ সুমখোং মনিন-নাইরেদা।।১।
মদাইরেম লৈনূং থারুক অসৈবা
পোইরৈ সৈসকপা রাঙম তেংথাবা
কংলৈ পুমনা হুপনা তিনবদি
অয়ুক্কী য়েনদা অঙনবা
লফূৎ ফমতিং লাংদা-ফম্
পেনা নুংওনববু থাদ-পম
চৈচিং য়েৎতা পায়না
সরীক চোমতাউ খিং খিং খিংনা
সমমৈ অনি কারন্‌নানা
সমলাং অনি লিয়েৎনানা
রু রু রি রৈ য়াকাইরকলেদা।।২।।
করোং খোকলাং মিতম য়ুং
নুংপান য়াওরৈ পামব্না
কোরী সায়ালুক খোয়ান ফিথা তৈ

লীকলাং পরেং ঙংকোই হাপ
হাউমন সিংপাক হুন
য়েনলম মথেন তৈ
কোরী থারউচি থোঙলেন লমপাউ ৱাক
থিনকামনানা কাসা পাউতাক্লেদা।।
য়োইরেন লোনচা পুংক্রাইবনা
ক্রাং লোনহোইনরক্লেদা।
লৈনুং থারুক অসৈবনা সৈসক্লা
লাইরেন মতিক থানা সৈসকলকলেদা।।৩।।
হুম উম্ য়াইবিরেন সিদবা
য়াৱা কোনখাং সাগী
নমু পোংথোক মথং লেংনা
থেৎতমলকপা লাইয়িংথৌ।
থিরেল উংলৈনুংগী
লাবা থিয়াং থোকনা লমহৌরকপা
খোইয়ম য়াৱা খোনচেললেননা
লাংপল খোইমু খোনতা-নবনা
চেংলৌ সকথোং ওইনা
মালেম মাবু লমহৌরকপা
সনা কোনফুরেন নিঙথিবা
মালেম লৈসিরককি তোননিংথৌ।।৪।।
তাইবং থৱায় অপকমাবু
লাংবন কাউরেল সনসেনবগুম
অপোক চাদা লাইহুইনা নোংদমবিবা
নমু পোংসেম হৌরকপা
থৱাই মীপোকপা লাইয়িংথৌ
খোইয়ম সনা নখোঙ খা
লৌসিং নাৱা সৈতমবা
পায়মা সিললৈ লোমবনা

তাঙচা লুদা থোংনা
তাইবং নোংসা পানসিগী
থকসি কারল ৰাবু তেংথাজবককে।।৫।।

মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা উক্রোং হোংখিবগী মবমদা **নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা** (নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৬৭) কৌবা লাইবিক্তা যাওবি। মৈদিংঙু নাউথিংখোং (৬৬৩-৭৬৩) না ফম্বাল কাদ্রিঙৈ, খুমনদা খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সী য়ুমোইবগী মচানুপী খযোযরোন কৈরুংহাংবী অমসুং কেগে মোইবাং নিংথৌ ঙাংঙোই সনা লাকখ্বাগী মচানুপী লৈমা নামুন চাউবী অনিগী মপুবোইবা ওইদুনা খুমনদা পাল্লবদা,

নোংয়ায় খুমন নিংথৌ
অদোন পুন্সি য়ুমোইবনা
লাইরেন ইনোংয়ায় অসিবু
নোংয়াই ইপুংয়ায় অসিদা
পুন্সি মতোন লোমফরোই,
হয়েং ফম্মোইমিৎতা ফম
ফল্লাংমৈদা তোংনা
পোইরৈ খুল নিংথৌবু
ওইঙৈনে।

হাওরৈ অৰাং লাইনা পাংবরম
ময়ু নুংবান হোংনেম
লূৰাং নিংথৌ পুন্সিবদা
শিওংহনগে ...

খন্দুনা খুমন নিংথৌনা মৈদিংঙু নাওথিংখোংবু লুৰাং নিংথৌ পুন্সীবগী মনাক্তা থারকখি। নাওথিংখোংনা লুৰাং মকুবী চীংদা লুৰাং নিংথৌ পুন্সীবগী মনাক য়ৌরবদা লুৰাং নিংথৌ পুন্সীবনা,

ইনোংয়ায় লাইরেন
হোঙনেময়োয় খুনজাউ

লংমাই তেংনা য়িমকাব-ও!
নঙনা নয়ু নুংবান
অয়িমনাকপু ইন্দাল্লকপদি
পোইরৈ ৱারমলেন অরুবা,
থায়না মালেম লৈহৌঙে
য়েনহৌ খোইরা অহানবা
নমু পোং চারি লমথারকপা
পোংথাঙ চারি তৎতবা,
চীংঙু ওঁচা চীংমাবনা
মমোম কোরৌ অৱাংবীগা
মদু হৈনা কোঙ্গোই সেমনা
শামদোন মশা ককনা ৱা
পোংনু কোনলি-ও পাওমেন লৈ
ঔগ্রী কোনলৌৱাক হংগেন কোনলো
পাউতাকশৈ খেনচো লাংমৈ লীহৌৱাক
পোইরৈ ৱারমলেন অরুবা,
লাইজ তরঙ ঈপাকথক্তা
মালেম লীরি লীহৌৱাক
তানথোঙ লেমথোঙ খাঙবরম,
উকাক লাথা হৌন ৱা,
পোইরৈ ৱারমলেন পুন্নমকপু
পাউতাকপীগে নয়ু ইপাউতাক
নুংবান য়োয়না ইরনকুবু
উনবী খোয়খৈ তান্না

খন্নরৌ ও,

অসুন্না মৈদিংঙু নাওথিংখোংনা তীনলোন লাইরোন অরুবা লুৱাং নিংথৌ পুন্সীবদগী লৌবদুনা নুংঙায় য়াইবী মরাং কায়না তালোয় মখন য়াম, লুমলেন মহোং যাম, তয়ম নাইয়াম লোই, কাওরেন শনকোন তৈ, মহুয় ময়েন য়াম, তরা কৈজাং সাং · · · য়াংগোয়রবদা মরা পামেন উ হোংগে হায়দুনা থৌরাং তৌরকলে,

হয়েং লোইদাম মনুং ওই

কুম্বী ময়াই কারবদা
পামং মরানয়ায়দা মরান
পামেন উ হোংগে হায়বগী
লমলেন লোনলোয় লৌচীংথাং,
চীংথাং থোং লাংমৈদগী
পামেন হাও উরোং
তল্লা উ কারোংববু
শীংজঙ লৈতোই চন
তল্লা উমৈ তুপনা
উনৌ খোংচা শম
ঔবি লীযাই নোপ
উরা পামচীং হৌনা
তল্লা হোই শোনলক
পামেন হোই চিংলকপবু
পামং ময়িমনাক্তা ৰাইথুংলে।
তল্লা উ কাবোংবু
পামেন লেপতম য়ুংনা
হোঙনেমলে।
খাবী লৈখোংচু হাঁওদৈ য়ুনৈহৌ,
খারম পাকয়ু হোঙনা
লাইরম পাকনৈনা তরা লুকমাইরেম
শারেন ফাহাপ্পা হোঙনেৎ চাউনেৎনা
পানহৈ শাহৈনা অহোঙ লৈরেন খৈনা
হোঙনেমলে।
অদু নোংগীবু লাইবেন মৈদিংঙু
হোঙনেময়োয খুনজাউ পামং খুন্দাবা ও
তৌনা কৌএ।

মরাম অমসুং মাওগী হোঙনেম্বগী থবকশিং অসি নুপী য়াওহন্দনা নুপা ঙাক্তনা পাংথোকপা ওইবনা মখোয়গী অরুবা অশেংবা জগোয় অয়াম্বসু নুপাগী ওইনা লৈরি। কবুই, তাংখুল, কোম নচিংবগী হোঙনেম্বগী থবকশিং অসি নুপী

অনোইরোল য়াওই। মৈতৈগীসু নুপী য়াওই হায়বদু মৈতৈগী হোঙনেম্বগী অইবা ওইনা লৈরমলিবা অসিনা তাকই চৈথারোল কুম্বাবা দা নুপীনা থৌবু ওইদুনা হোঙনেম্বগী থৌ কয়া পাংথোকপগী বা য়াওরি।

মৈদিংঙু পামহৈবা (১৯০৯-১৭৪৮) গী মতমদগী লাইনিং হোঙখিবগা লোয়ননা হোঙনেম্বগী থবক অয়াম্বা লেপশ্রে। মৈদিংঙু পামহৈবগী পুন্সী লোইরমদাইদগীনা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বগী ফম্বাল কারকপগী অঙনবা মতম অসি লৈবাক্কী ওইনা নুং পান অনি তুনা য়াম্না চরাংনবা মতমনি। মৈদিংঙু পামহৈবগী মমা তিন্নদ্রবা মচাশিংনা নিংথৌ ফম্বালগীদমক তৎতনা হাৎনসুনবা অসিনা লৈবাক্কী ওইনা পাঙ্গল ময়েং তাথবা মতমনি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বগী মতমদদি অসিগুম্বা হাৎনসুনবা অসি নেমথগ্রবসু, অচেংবা ঙাইদুনা লৈরিবা য়ুমলোন্নবা অবাগী মখুৎতা তৎতনা মায়থিখি। কাইনথংদা তেখাওদা চেন্দুনা চংজফম লৌবা তাখি।

মৈদিংঙু পামহৈবনা নিংথৌগী সক্তি শিজিন্দুনা নমদুনা পুসিল্লকখিবা অনৌবা লাইনিং লম্বী অদুদা য়ানিংদবা কয়া, লৈবাক নিংথৌ কিদুনা ফোংদোকপা ঙমদবা অমদি অনৌবা লাইরোন্দা চাসিনা চুসিন্নবা হোৎনরকপা অসিনা নুংগী ওইবা পুন্সীদসু য়াম্না লৈতাদবা মতমনি।

কাইনথংদা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা মচা ইবেম্মা কুরঙ্গনয়নীবু তেখাওগী নিংথৌ সর্গদেব রাজেশ্বর বর্বরুবাদা থাজদুনা ঙাই ওইরগা তেখাও নিংথৌগী মতেংগা লোয়ননা মণিপুরদা অমুক হন্না পানখি। মতম অসিদা মৈদিংঙুনা শ্রীগোবিন্দ নিপর্ন তৌদুনা লাৎখি। বাহৌদি মৈদিংঙুনা তেখাওদা সামু অঙাওবা ফাবদা শ্রীগোবীন্দনা মতেং পাংবিখি অমদি মাবু লাৎলু হায়দুনা হায়বিরম্মী অসিনি। মৈদিংঙুনা মণিপুরদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবদা নোংমা মঙদা শ্রীগোবীন্দা লেংলক্লুনা কাইনাদা থৈবোং পাম্বী ওইনা হৌরমগে হায়দুনা তাকপিররে। মঙগী মতুংইন্না মৈদিংঙুনা কাইনাদা চৎতুনা য়েংবদা থৈবোং পাম্বীদু থেংনরে। উ অদু পুরকলে। মুর্ত্তি হক্লুনা সারে। অদুগী তুংদা সংকৃর্ত্তন অমা কৎতুনা শ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌখি। মতাং অসিদা শ্রীগোবীন্দনা মঙদা নির্পন তৌগদবা উগী উশক তাকলম্বা, মদুগী মতুংইন্না উ থিরুবা, উ য়ানবা, অমদি হক্লুনা মুর্ত্তি সেম সারগা নির্পন তৌবা পুন্নমক অসি ঐখোয়গী নুঙজাও হোঙবা অমদি উক্রোং হোঙবগী মওংশিং অদুদা করিমতা কায়বা লৈতনা নিংথিনা পাংথোকলি। নুঙজাও নৎত্রগা উ হোঙবা মতমদা হোঙগদৌরিবা মী অদুগী মঙদা হান্না নুঙ নৎত্রগা উগী লাই নৎত্রগা থবায় অদুনা ফাওনগনি, নুঙগী নুঙশক উগী

উশক তাকলমগনি। তাকলমলিবা অদুগী মতুংইন্না নুঙ নৎত্রগা উপী অদু খনদোক্কনি। খনদোকলবা মতুংদা নুঙ নৎত্রগা উ অদু সনা কোনয়াই, লুপা কোনয়াই হুন্দুনা উয়ান লোনগী মতুং ইন্না হৌনবী ইরাৎথৌনি তৌরগা নুঙ নৎত্রগা উ অদু কক্পা, কংহনবা, পুরকপা অমদি হকপগী থবক মথংমনাও নাইনা নিংথিনা চৎথগনি। মসিগী তুংদা নুঙ নৎত্রগা উ অদু অফবা নুমিৎ য়েংদুনা মীয়াম চঙনা লৌরুবা, হোঙফম তান্না পুরকপা, অশেংবা ইশিং খিক্তোক্তুনা হৌনবী মতুংইন্না শেংদোকলগা মফম চানা লেংসিনবা, পুঙ ইশৈ জগোয় কৎতুনা অচৌবা চাকলেন নৎত্রগা কির্ত্তন তৌদুনা হোঙনেম্বা অসি অমতা চিৎথবা তৌদনা শ্রীগোবীন্দ নির্পনদসু উরি।

মৈদিংঙু পামহৈবনা নিংথৌগী শক্তি শিজিন্নদুনা নমদুনা লাইনিং হোংহনবা, প্রজানা করিসু তৌবা ঙমজখিদ্রবসু মায়দি ইপাক পাকখিদে হায়বা য়াই। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা হান্নগী লাইনিংগী মশক মওং কায়হন্দনা শ্রীগোবীন্দ নির্পন তৌখিবনা মৈতৈগী থম্মোয় ফাবা ঙমখি। মৈদিংঙু অসিনা সেমখিবা, ঙসি মালেমনা ঙক্না য়েংনবিবা জগোয় রাস অসিসু লাই হরাওবগী মশক, মহাও অমদি মতিংদা সাগৎখিবনি,

> মৈতৈ জগোয় ··· মখলশিং অসিনা মপুং ওইরগা লাইশিংনা হৌদোকলম্বা অদু মথং মথং তাইবং মী ওইবক্নগা জ্ঞান লৌশিং মপুংফানা ফংলক্লবা মতমদা, তন্নকপা মতৌশিং অসি মতমগী মতুংইন্না য়াওন কয়া হোংলকখি। থায়নগী অহল লমনশিংনা লাইবৌ মখল ৯ নি হায়। অদুবু হৌজিক্তি ৯ অসিগী খেন্নবা মওং অদু উত্তুনা শান্নবদি ইউবু উদ্রে। তৌইগুম্বসুং মরুওইনা ময়াই যুগতগী লাইবৌ মখল ৫ রোম অসিতা চৎনরক্তুনা মৈতৈগী উমং লাইশিংগী থৌগল তৌনরি। মসিগী ফজবা, চীং লেমজবা মতৌ অমসুং তাইবংমী অসি করম্না ওইরকপনো হায়বগী মওং অদুগা, কনাদা মরু হুন্নগা ওইরকপনো হায়বগী মওং তাকপনা জগোয় অসিগী মরুনি। মসিনা যুম্ফম ওইরগা ফজবা মওং মতৌ হাপ্তুনা সেমগৎ-সাগৎলগা শ্রীকৃষ্ণগী রাসকী জগোয় অদু মৈদিংঙু ভৈগ্যচন্দ্রগী সনা হাক্তক্তা সেমগৎতুনা জগোয় অসিগী অথুপ্পা মওংগী ঈচেল চেলহনখি। মসিদা য়াওরিবা ভঙ্গি মঙামক অসি মৈতৈ জগোয়গী লাইবৌ মখল মঙা অসিনা ওইখিবনি হায়নৈ। অসিগুম্বা লাইবৌ মখল মঙা অদুগী মমিংদি ১) খুম্বোক হরাওবা, ২) খুনুং হরাওবা, ৩) কংলৈ হরাওবা, ৪) চকপা হরাওবা অমসুং ৫) মোইরাং হরাওবা অসিনি। (খুমন্লম্বম য়াইমা সিংহ, ১৯৭৭ : ৪৭)।

হাওরৈমা শম্মুবী



চীবোং তেকখ্রবা জেলেকি



'নুঙ উমং' কততকিতু

# মরিসুবা শরুক

## পাখংবা অমসুং লাইরেম্বীশিং

কোৎকী লাই খুরুম্নবগী লাইরোনদা ফৌওইবী অমদি মতা মঙা পুন্না, লাইরেম্বী তরুক য়াওরিবা অসিদা নত্তনা লিন লাই অমসু য়াওরি,

লাই খুরুম্বগী লা থাগদবা হাইগে। কোৎ অদুগী মমাংদা কোনয়াই হান্না হুলগনি। লা লাতোন অমদা য়োৎ অনি, সেন অনি, ফৌ মরম ৭ কী চেং খুৎনা খোকপা, চুহি, খোইহি, শঙ্গোম, লফোই লফাং চংথোকপা অমা। ফৌ হৈরি ১, চেং খরা হৈগনি। হৈ-লৈ ক্বা ১, পানা মখোক পৎতবা অমা, লৈশং মরোং থাগনি, অদুদগী লা লাতোন অমদা শরেং অমা ঙাপাং অমা থাগনি, মনাক্তা চফু অমা ইরান অমা। চফু অদুদা চেং খরা হৈগনি। মদু চবান চফু কৌই। খাবৈ থাদনা থোংলগা চাবান য়েংগনি অদুদসু ফৈ ফৎতে হায়বা খুদম পী। কোৎ অদুগী মখাদা লা উপ্পা থাগদবনি। লাতোন মথক্তা ফৌরম ৭ কী খুৎনা খোকপা, অদুগা হৈ, লৈ, পানা ক্বা কোনয়াই ফু অমা। লফোই চংথোকপা লফাং অমা থাগনি। কোৎ ময়াইদা লা লাতোন অমা লোংনা থাগনি। ফৌরম ৭ কী চেংনে, লাংথ্রে মপোপনে, হৈ মনম নাইবনে, কবোক অথুম অহাও, লফোই চংথোকপা লফাং অমগা থাগনি। ফৌ হৈরিঅমা, লৈশং অমা কোনয়াই ফু ১। লিন লাইগীদমক লা অমা উপ্পা থাখো। কবোক য়েরুম ১, হৈ, পানা, ক্বা, লফোই চংথোকপা সুনা থাগনি। [১]

মতাং অসিদা ফৌওইবীগা পুন্না লিন লাই অমা কোৎকী লাই ওইনা ইরাৎপা

১। ভারিয়াম্বম কুলচন্দ্র, ফৌওইবী খুরুম্বা, লাঃ ১৮ -১৯

উই। অরিবা নুঙগী যুগকী লাইরেম্বী চবুনবু অনৌবা নুঙগী যুগকী লৌউ-শিংউবা মতমগী ফৌ অমদি মহৈ-মরোং পীবা লাইরেম্বী ওইনা লাৎনখি। অমদি কোন্না লাইনিংথৌ অমগী নিংথৌ লৈবাক্তা লাইরেম্বী চবুনবু হেলেয়গী থাক্তা হন্থখিবা অসি লিন লাইগী মতাংদসু ওইখি। লিন লাই অসি মৈহৌরোন্দগী লাইরেম্বীশিং অসিগা তৎন-থানবা লৈতনা লোইনদুনা লাকই। মখোয়গা লোইন-লোইননা মাগী শক্তম মপুং ফারকই। অতিয়া গুরু শিদবনা লৈশেম-নোংশেমলকপা মতমদা লাইরেম্বী চবুননা লাইনুরা তরেৎ ওইনা লৈশেম্বগী মরুওইবা থৌদাং লৌদুনা শিদবগী মতেং পাংখি অমদি হান্নগী অরিবা মতমগী লাইরেম্বীগী শক্তম অদুনা হেলোয় হায়দুনা লৈখিবগুম লিন লাই অসি পাখংবা কৌদুনা কোন্না লাইনিংথৌ ওইনা মশক হোং লকই অমদি হান্নগী অরিবা মতমগী লিন লাইগী শক্তম অদুনা কাসা নিংথৌ ওইনা লৈহৌই। কাসা হায়বসি কোন্না অয়েৎপা, অপনবা পীবা লাই ওইখি। অদুবু লাই অসি অঙনবা মতমদা ফৌওইবীগা চপ মান্ননা ফৌ-চেং পীবা লাই ওইনা লাৎনরম্মী হায়বদু কোৎকী লাই খুরুম্বগী থৌনিরোল অসি য়েংলগা খংবা ঙম্মী,

> হৌজিক্তি কোৎকী থৌনিরোলগী ৱা হায়গে। কাসা নিংথৌ লাইনিং-থৌ, অপোকপা অকু অয়েনবও নসু হেবুংথৌ নসু হেবেম্মা হৈরাং শিলাংবী ননাই উমিৎ উতাংগুম লমহৌরপশিংনা মখুৎ খুবাং চাংজৌ ১০ না শমলাং লখা অমনা খুরুমজরি। ঙসি কোরৌ নুমিত্তা থবি চৈজেন্দা থাবা লাননংদবা নুমিৎ অসিদা খোইমোম লাইরেম্মা তরা চাকওইবী পোইরৈ খুনয়োকপী তয়ুম নাইয়োকপীবু লাহান নোংঙৈদা, মুবা মচল থিংঙা তাওবিনা, মথিং লাইরেম্মাবু তরা চাককৌবদি, তরা লুকমাইরেম সরেন ফাহনা, তরা চাক্কৌবদি, মথিং লাইরেম্মানা খোইমোম মরল কুবু কুবিরম্বগী, পনথৌগি ফমমেন খা থংবদা করি সেনজাওগা, ফিথুপ ফিদাইগা সেলি খুজাইবু, লোইমোম চিবুং পৈনা লনকুবিরমও। মাংশোক লাইনা থংবদা কুরাও ফান্না ৱাৎলগা তয়ুম নাইনা থোইববু লনকুবিরমএ। মুবা মচল থিংঙা তাওবীগী, কংলৈ মশুমাং দা তোকপি কোনদৈদা, মচেং লৈরিক-লৈরাক থন্না চংবি মকৈরেনদা কৈখু চগা তৈনা, মথিং লাইরেম্মাদা পাওমেনলকত্র। হে! ইথিং লাইরেম্মাও, নঙনা নমোম ঐবু লনকুবিরম্বা অসিবু কৈদৌনসিবনো? তুবী নঙবু নউল হুবিরমও লাইরেন নঙবু নতাং শিৎপিরকউ।[২]

২। মথক্কী লাইরিক, লাঃ ১৭

লাইরেম্বীবু শা-উচেক পুমনমক্কী মপু ওইনা লৌবগী মথক্তা লিনবু লাইরেম্মগী মশক ওইনা অঙনবা মতমদা লৌনরম্মী। ক্রেতশিংনা লিন্না মশা পুম্নমক য়েৎশিনবা লিন লাইরেম্মা নৎত্রগা লাইরেম্বীবু লাৎলি। ইজিপ্টসিয়ানশিং না লিন লাইরেম্বীবু বুতো (Buto) কৌদুনা ঙাকপি-শেনবীবা লাই ওইনা লাৎলি। গ্রীকশিংনা জিয়ুস লাৎত্রিঙৈগী মমাং ওইনা য়াম্না ঙল্লিঙৈদা লাইরেম্বী দেমেতরবু মহে-মরোং পীবা লিন লাইরেম্বী ওইনা লাৎলম্বা অসি ঐখোয়গী ফৌওইবীগা নকনবা মশক অমনি হায়বা য়াই। তুংদা শক্তিগী মীৎয়েংদা পানথোইবী কৌবী লাইরেম্বী অমা শাগৎলকপদা লিন লাইরেম্বীগী মশক অসিসু য়াওই। বেঙ্গলদা হৌজিক হৌজিক লিন লাইরেম্মা মানসা লাৎনরি।


ক্রেতকী লিন লাইরেম্মা

লিনবু হি-য়াই পুবী অমসুং চাথোক-ফৌথোক মবাং কাইনা পীবা লাইরেম্বী ওইনা লাৎলম্বা চীংগী ফুঙ্গা ৱাবি কযাদা ফংই। মতাং অসিদা পাইতেগী ফুঙ্গা ৱারী থাং হৌ-লিয়ানদৌগী ৱারিগী মতাং অমা পনবা য়াই,

> · · · নোংমদি মচিন-মনাওনা য়োৎ থাংজৌ ৱাইরগা পামলৌ উবা চৎলম্মী। মখোয়না লৌউদুনা লৈরিঙৈতা চাওরবা লিন অমা উচেক অমনা ফারগা হাৎকদবগী তৌরিবদু উবদা খংহৌদনা চেনশিল্লক্লুনা উচেক অদুদা লিনদু হাৎপিগনু হায়জবা উচেক অদুনা লিনদু থনমলগা পাইখি। মফম ইখং খংহৌদনা চাওরবা লিন অদু মাংখ্রে, মদু উবদা মখোয় অনি ঙকলে। নুমিৎ তারদুনা মচিন-মনাওনা ময়ুমদা হল্লকপদা যুম মনুংদা মৈ হৌবগী মৈখু কারকপদু উবদা ঙক্লম্মী। মখোয় অনিনা পুক্লিংদা চিংন-চিংননা লাক্লুনা লোন্না ফক্লাং অহোবদা য়েংবদা ইমুংদা হনুবী অমনা চাক থোংদুনা লৈরিবদু উরে। চাক থোংলিবী হনুবী অসি ঙসাই মখোয়গী পামলৌদা লৈরম্বা লিন অচৌবা অদুনা ওনবনি, মহাক মী নত্তে লাইরেম্বীনি। ৱারবা নংলবা মচিন-মনাও অনিগী মতৌ য়েংবা ঙমদদুনা নুংঙাই-য়াইফহনগে অৱাৎ-অপা লৈহল্লরোই খল্লদুনা লাকপনি। মখোয় অনিনা কিনা কিনা ইমুংদা চঙশিল্লক্লগা 'ইবেল নহাক কনানো' করিগীদমক ঐখোয় অনিগী য়ুমদা লাক্লুনা চাক থোংলরিবনো,

হংলম্মী। লাইরেম্বীনা ওনবা হনুবী অদুনা ইশুনুপা ঐ অসি কনাসু লৈত্রবী ইতোমতা ঙাইবী হনুবীনি, নখোয় অনিসু নমা নপা লৈত্রে। অদুনা নখোয় অনিগা ঐগা লৈমিন্নগে খল্লদুনা লাকপনি। হৌজিক্তি ইবেলনা নখোয় অনিগী ননাক্তা লৈরবনিনা ৱারল্বগনু নখোয় অনিগী অৱাৎ-অপা পুন্নমক ইবেন্না পিগনি হায়রকপা ৱাদু তাবদা মখোয় অনি অদু য়ান্না হরাওরে। ইবেল ইবেল হায়দুনা লুনা-চান্না লৈমিন্নরে। হনুবী অদু লাকপদগী মখোয় অনি চরা হেন্দ্রে, মবুক থন্না চাবা ফংজরে।[৩]

লিন লাইনা লাইরেম্বী মশামক, নৎত্রগা লাইরেম্বীগী লোয়নবা (consort) নৎত্রগা মচানুপা ওইনা, অমদি লাইরেম্বীবু লাই নুরা (Virgin Goddess) ওইনা লাৎলম্বা মতম অসে মেত্রিয়ার্কেল সোসাইতি হায়বদি পীদগী চাদ-নাওদা চথরকপা খুন্নাই অমগী মতমদনি। পেত্রিয়ার্কেল সোসাইতি হায়বদি পাদগী চাদ-নাওদা চথরকপা খুন্নাই ওইরকপগা লোয়ননা লিন লাইরেম্মা নৎত্রগা লিন লাই লাইরেম্বীশিংবু নমথরগা লাইরেন পাখংবগী মশক শাগৎলকই। অমদি ঈশিংদা নুংশিৎতা, লম্মাংদা মনিং তম্না লৈরম্বা লাইরেম্বী চবুন অসি লাইরেন পাখংবগী লোইনবী ওইনা মিথোলোজি শাগৎলকই। লাইরেন পাখংববু মপাগী মশক, মগুন, মতিক ফোংদোকপা মশক ওইনা উত্তুনা অসিগুম্বা মপা লাই ওইবা লাইরেন অসি লাৎলগা মীওইবগী অফ-নুং ঙাই পুরকই হায়বগী থাজবা ফোংদোকপা লাই-তীনগী ৱারী কয়া থোরকই। ৱাফম অসিগা মরি লৈননা কবুইগী ফুঙ্গা ৱারী "কখুইগায়" পনবা য়াই,

> থায়না মমাংঙৈদা লোনে খুলদা মীরোম্বী লুখ্রাবী অমা লৈরম্মী। নোংমা মানা শম পুদুনা লৈহৌরা হেকপা চৎপদা লম্বীদা চাউরবা লাইরেন অমা থেংনরম্মী। . . . মীরোম্বী লুখ্রাবী অদুনা লাইরেন য়েংলগা, 'হে লাইরেন নহাক অসে মীৎনা উবা লাইনি। . . . ঐগী পুকন্নুংদা লৈরিবা ইচা অসি নঙগা থেংনবা ঙম্বা মতিক মথৌনা নুপা ওইনা পোকচগে। করিগুম্বা অঙাং অদুনা নুপা ওইরবদি মরাইবক ফবদগী নঙগা থেংনগদৌরিবনি হায়বসি খঙননবা ইচানুপাগী মিং কখুইগায় থোনগে। ইচানুপানা মপুং মরৈ ফাদুনা মপাঙ্গল ফরক্লবা মতমদা ঙসি নঙনা ঐগা উনরিবা মফম অসিদা থারক্কে। নঙসু মতম অদু ফাওবা ঙাইবা ঙমগদবা ওইরবদি মফম অসিদা লেংদনা ঙাইবিরো . . .।'

৩। সনাংখেম বরমনি, চীংতম্মগী ফুঙ্গা ৱারী, ১৯৮৬, লাঃ ১৫০-১৫১

মতম খরা লৈরগা মীরোম্বী নুপী অদু থাশিং শুরদুনা মচানুপা অমা পোক্লে। মঙানিশুবা নুমিৎতা অঙাং অদুগী মমিং কখুইগায় থোক্লে। . . . অসুন্না চহি কয়া হৌখ্রে, মচানুপা কখুইগায়সু পাখং ফারক্লে। নোংমা মচানুপাদা মানা মীরোল্লিঙৈদা লৈহৌরা হেকপা চৎপদা লাইরেন উন্নদুনা ঙাংনখিবা ৱারী অদু লিদুনা তাহল্লে। . . .

নোংঙাল্লে, লুখ্রাবী মমা-মচানা শিং মপোপ অশুবনে, মতোল থোকপা ফৌগী নাপ্লোক অশুবনে, উমী অশুবনে, য়ু-পালনে পুরগা খুলগী মীয়ামগা লোয়ননা লাইরেন লৈরিবা মফম অদুদা লাক্লে। লুখ্রাবী মমা-মচানা লাইরেন অদুগী মনাক্তা চংশিল্লক্তুনা খুরুমদুনা 'হে লাইরেন ইবুংঙো, লুখ্রাবী ঐগা হায়নখিবা মতুং ইন্না নহাকপু ইৱাৎ-থৌনিজগে'। অসি হায়রবা মতুংদা কখুইগায়না লাইরেনগী মকোক্তা শিং মপোপ অশুবা, নাপোক অশুবা, উমী অশুবা হাপলগা মথক্তা য়ুপান হৈথবে। ফৈগাও কৌবা ফি অদুনা লাইরেনগী মথক্তা কুপ্লগা, 'হে লাইরেন ইবুংঙো, ইমাগা হায়নখিবা মতুং ইন্না ঐগী ইতুং ইন্না ঐগী য়ুমদা চৎলসি মাং থাবিরো' হায়রক্লে। কখুইগায়গী ৱা অদু তাবদা লাইরেন অদু মকোক থাঙ্গতুনা মীয়ামগী মাং থাদুনা চৎলে। মমা-মচানা লাইরেনগী নাক্তা শেন্নবগী মতাগুম চৎলি। তুংদনা খুনগী অহল-লম্মন মীয়াম্না মখুৎতা থাং-তা পায়দুনা 'হোই' লাওদুনা চৎলি। . . . য়ুম য়ৌরবদা কোকন কৌবা উ অদু মতুপ অমা কক্লগা লাইরেনগী মকোক মনাক্তা থম্লে। কখুইগায়না লাংচৈ উগী চেগপনা মকোক্তুদা ফাদুনা চপ্লগা কোকন মথক্তা থাঙ্গৎলে, লাইনা থাংফম পীরক্লে। কখুইগায়না মপা-মপুগী মমিং শোল্লগা থাংনা লাইরেনগী মঙক কক্লে। থাং মচিল তুম্বা অমনা লাইরেনগী মবুক হোগায়দুনা য়েংবদা সনা অহিংবা মচু মান্বা শেনবুং অমা য়াওরম্মী। শেনবুং অদু কখুইগায়না লৌশিন্দুনা থম্লগা খুলগী অহল-লম্নশিংনা হৌনবী মতুং ইন্না ইরাৎ-থৌনিরবদা লাইরেনগী মশা অদু মতুপ তরেৎ থোক্লা কক্তুনা থোংলগা খুলগী মীয়াম কৌথোক্তুনা শানৈ-য়ুনৈরে, মকোক অদুনা ময়ুমদা থেৎলে।[৪]

লুখ্রাবী মচা কখুইগায়গী ৱারীদা লাইরেন অসি চুম্নগী নুংঙাই-য়াইফবা পীবা লাই ওইনা লৈরি, মপা লাই পাখংবা ওইনা শাগৎত্রি। লাইরেননা কখুইগায়গী মমা-

৪। মথক্কী য়াওকম, লাঃ ১১-১৪

মচাগী য়ুমদা চৎলিবা অসিদগী খঙবা ঙম্মী ৱাবী অসি মেত্রিয়ার্কেল খুন্নাই অমদা লাই নুপা অমগী মশক মতিক শাগৎপা হৌরকপা মতম অমগীনি। লিন লাইরেম্বী ওইরম্বদগী চুন্নগী মীচম নুপী নৎত্রগা মমা ওইহল্লক্কুনা লাইরেন পাখংবগী মশক শাগৎলক্কুনা মেত্রিয়ার্কেল (লুহোংলবা মতুংদা নুপী ময়ুমদা লৈবা) সোসাইতিদগী পেত্রিয়ার্কেল (লুহোংলবা মতুংদা নুপা ময়ুমদা লৈবা) সোসাইতি অমা ওইরকপা, খুন্নাই মওং অনি অদুগী মরক্তা য়ানদবা কনফ্লিক থোরকপা, অসিনচিংবা মওংশিং উৎপা চীং অমসুং তমগী ৱারী কয়া লৈরি। ৱারীশিং অসিদা লাই পাখংবগী লৈমশিং অসি পাখংবদা ওংলবা মতুংদা মমা-মপাগী য়ুমদা লৈতে, লৈমশিং অসিগী মপা অদুগা পাখংবগা অনিগী মরক্তা য়ানদবা, মুক্নবা অমা উবা ফংঙি। লাই পাখংববু লাৎলিবা অমদি মপানি হায়দুনা মশক তাক্লিবসি নচানুপা ঙাক্তনি, মচানুপী নত্তে। হায়রিবশিং অসিগী মথক্তা লাইরেন পাখংবা হায়বা লাই অসি অচম্বা তাইবং মীওই অমগুম য়ুম্বাল খুল্লিংদুনা, খুন্দাদুনা লৈতে, লম লাই ওইনা হাম্নগী য়েলহৌঙেগী মশক অদু কায়হন্দনা থল্লি। ৱাফম অসিগা মরি লৈননা পাখংবগী লৈমা খরগী ৱারী লৌখৎলগা নৈনবা য়াই। মখাদা ৱারী-শিংবুন খরা লৌখৎলিবা অসি মণিপুরগী চীং অমসুং তমদা লীনরিবা ঙাক্তনি।

## (ক) লিকশঙনু শাফবী [৫]

লৈমা অসি কবুই থাঙ্গাল চনুনি। মহাক্না চীংদা পাম য়াল্লিঙেদা শকখঙদবা পাখং অমা হেক হেক লাক্কুনা লৌ য়ানবা পাংবীরে। শাফবীনা মহাকপু কনানো হায়না হংবদা পাখংবনি হায়না মশক তাক্ই। মখোয় অনি অসুম লোনদিন্নরকপদগী লিকশঙবু মশা ৱাই শংদ্রে, মমা ওইগদৌরে। মাগী ফিবমদু খঙদুনা মমা মপানা হংবদা লিকশঙনুনা পাখংবনি হায়দুনা তাক্রে। পাখংবদি য়াম্না মনিং তম্বা লাইনি, মশক উন্নবসু ফংলোই, লৈকাইদগী মীনোকখোলসু তাবা ঙম্লোই হায়দুনা মচানুপীবু তানথোক্রে। উমংদা লিকশঙনু মচানুপা অমা পোক্রবদা পাখংবা লাক্কুনা মতাং তরেৎ পানবা চৈশু অমা পীরম্নগা চৎখ্রে। লিকশঙনুনা মচানুপা পুদুনা মোইরাংদা অহল অমগী ময়ুমদা তাংদুনা মতম খরা লৈরম্বদা তৌবিমল উৎপা ওইনা চৈশু মতাং

৫। ৱাংখেম-চা জয়, লিকশঙনু শাফবী, ১৯৭১।

তরেৎ অদুদগী মতাং অনিখক কক্তুনা অহল অদুদা পীরে। অহল অদুনা কোনুং কাবদা চৈশু পুদুনা চৎলি। চৈশু অদু থোংজিন্দা থম্বদগী ওন্থরক্তুনা তুদুনা বৈবিঙৈদা নিংথৌগী মচা অপিকপা অদুনা কান্দুনা লাম্থোকলুবদগী অপিকপা অঙাংদু খুদক্তা শিবে। চৈশু অদুগী ৱারী-ৱাখোং হংনরকপদগী মমা-মচাগী থৱায় মাংবা তারবদা লিকশঙনুনা মচা পুদুনা চেনখি। লম্বীদা খুগা তুরেল চাউবমদুনা মমা-মচা পুল্লপ লাম্থোকপা ঙমদদুনা লৈরিঙৈদা তুরেল ৱাংমদগী ফিশুবী অমনা উগী খুদেংদা অঙাংদু হাপ্পুনা লাম্থোকখ্রে। মমা অদুক্তুনা নিংথৌগী লাম্মীশিংনা ফাদুনা পুখ্রগা কৈশুমশঙদা থমখি। অসোমদা অৱা লৈপাক্কী নিংথৌ শিখিবনা মরম ওইদুনা নিংথৌ ওইবিনবা লৈতদুনা শামু অঙৌবা থাদোক্তুনা থিহন্বদা অঙাং অদু ফংলে অমসুং অঙাং অদুবু পুদুনা চংখ্রগা অৱা লৈপাক্কী নিংথৌ ওইহনখ্রে। চহি কয়াগী মতুংদা মমা অদু কৈশুমশঙদগী থাদোরক্তুনা মচাগী মনাক্তা চঙদুনা লৈখি।

লিকশঙনু সাফবীনা পাখংবনা পীবা পাখংবমক্কা মান্নরবা মতাং তরেৎ পানবা চৈশু অদুগী মতাং অনি ককতুনা মোইরাং নিংথৌদা পীথোকলুবগী মহৈ ওইনা অৱাফম তাখি। মপা লাইগী মশক সাগৎলকপা মতমগী মতাং অমনি হায়বা য়াই। লিকশঙনু সাফবী, হুন্দুং খুল্লাকপগী মচানুপী অমদি পাখংবদা ওইখিবী লৈমা পুন্নমক মমাগী য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবা অমদি মীচমগী থাক্তা হন্থরকপা অসি উবা ফংই। মসিদা মেত্রিয়ার্কেল সোসাইতি থুগায়বা হৌরকপা অদুগা পেত্রিয়ার্কেল সোসাইতি অমা মপুং ফানা সাগৎত্রিঙৈ মতমগী মমি তারি।

## (খ) হুন্দুং খুল্লাকপগী মচানুপী [৬]

হুন্দুং খুল্লাকপগী মচানুপীগী মরমদা লিনরিবা ফুঙ্গা ৱারীদু মখাগী অসিনি,

> থায়না মমাংঙৈদা হুন্দুং খুলগী খুল্লাকপগী অমত্ত পোকপী মশক মতৌ ফজবী লৈশাবী অমা লৈরম্মী। নুমিৎ খুদিংগী মানা মতোমতা নৎত্রগা মমা-মপাগা লোয়ননা লৌ উবা চৎলি। নোংমদি মহাক মতোমতা লৌ উবা

৬। সরাংথেম বরমনি, চীং-তমগী ফুঙ্গা ৱারী, ১৯৮৬, লাঃ ৩৭-৪১।

চৎপদা ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা কুরাক অমা পাইরক্লুনা মাগী খোইদৌদা তোংলম্মী। কুরাকতু লৌথোকপসু য়াদে, তাম্থোকপসু চৎতে। অসুন্না ঙৈহাক তোংলম্লগা কুরাক্তু মথন্তা পাইজখি। কুরাক তোংলম্বা নুমিৎ অদুদগী খুল্লাকপগী মচানুপী লৈশাবী অদু মীরোম্লে খণ্ডবদগী নুংশা থিরক্লে। · · · নোংমা মতোমতা লৌবুক্তা লাক্লগা মশাদা ইল্লিবা করৌফি অদু লৈবাক্তা থারে। মহাক্না থারিবা করৌফিগী মনাক্তা ফম্লগা পঙলবী লৈশাবী ঐবু খণ্ডহন্দনা মীরোলহল্লিবা মহাক, মী ওইরবসু লাই ওইরবসু থোরকলো, ঐনা থাজরিবা করৌফি অসিগী মথক্তা ফমবিরো হায়না মথবায় ব্বানা কপ লাউদুনা হায়জরুবদা লাইনা লিনগী মশক লৌদুনা লাক্লগা মাগী করৌফিগী মথক্তা কুল্লবে। অকিবগী মশক ফংলবা চাউরবা লিন অদু উবদা মহাক কিবনা পাখৎলে, মনাক্তা চংবা ঙমদ্রে। লাইনা ওনবা লিন অদুনা মীরোন্দা ইবেম্মা কিগনু ঐগী নাক্তা ফমলো লাউ হায়রবা ফাউবদা মনাক্তা কিদুনা চঙদ্রে। লৈশাবীগী অকিবগী মওং মতৌ অদু উবদা লিন অদু খণ্ডহৌদনা মশক মতৌ ফজবা নুপা অমা ওল্লে। মদু উবদা লৈশাবী অদু ঙক্লে, কিবা খরা ফরে। নুপা অদুনা কৌশিল্লবদা মহাক কিবা অমসুং হঙ্গোইবা লৈতনা নুপা অদুগী মনাক্তা চংশিল্লক্লুনা মখোয় অনি ফম্মিনরে, ব্বারী-ব্বাতায় শাদুনা চামিন-থকমিন্নদুনা লৈরে।

মীরোনবা থা মঙাতরুক্ক ফাজিল্লক্লবা ফাওবদা লৈশাবীদুনা কিদুনা মমা-মপাদা হায়দোক্লে। · · · নোংমা মপা খুল্লাকপনা শা তানবা চৎলুবদা শা অমত্ত ফারক্তদুনা হল্লকপদা মচানুপী লৈশাবীদু মীরোনবগী মওং-মতৌ উবদা মহাক শাউরে। মচানুপী কৌরগা মহাক্কী নুপা কন্নানো হংলক্লে। মপানা কন্না তকশিল্লক্লবদা লৈশাবী অদু খাঙবা ঙমদদুনা মপাগা লোয়ননা লৌবুক তাম্না লাক্লগা মশাদা ইল্লিবা করৌফি অদু থারগা মবুংঙোবু কৌজরক্লে। · · · মানা কৌজরিবা লাই অদুনা থোকপিরক্লবদা খুল্লাকপদু শাউবনা ফি ফি কাম্লে · · · হয়েংগী নুমিত্তা নঙবু মীরোলহল্লিবা নুপা অদু মী ওইরবসু লাই ওইরবসু ঐঙোন্দা উৎপা ঙমদ্রবদি নহাক হাৎক্কনি হায়রক্লে। মপাগী অকনবা য়াথং অদু তাবদা লৈশাবী অদু নুংশা থিরে, মহাক চরা হেন্দুনা কপ কপ্পুনা তুমখ্রে। অহিংদা মাগী মঙদা লাই অদু লাক্লগা "ইবেম্বা। নহাক্লা কৌবদু তানা তানা ঐনা লাক্তবদি ঐগী ঈশক অসি নহাক নত্তনা কন্না অমত্ত খণ্ডহন্বা য়াদে অদুনা লাক্তবনি। নহাক নপাগী ননাক্তা লৈরবদি মীব্বা-মীশা তারগনি, লৈফম চাফম খণ্ডলরোই। অদুনা হৌজিকমক নমা-নপাগী য়ুম থাদোক্লগা

চেল্লকউ, ঐ নঙবু হুইমৈ খুলদা ঙায়দুনা লৈরমগে।" অসি হায়রম্লগা লাই অদু মাংখ্রে। লৈশাবী অদুনা মীকপ হেক থোরকপদা মমঙদা লাইনা হায়রম্বা ৱাদু নিংশিঙদুনা মমা-মপা খঙহন্দনা অহিংদা ময়ুম থাদোক্তুনা চেল্লক্লে।

. . . অসিদগী খুল্লাকপগী মচানুপী লৈশাবী অদু মতোমতা লাক্লগা হুইমৈ খুলদা লৈখি। মফম অদুদা লাই নুপাদু লাক্তুনা মখোয় অনি লৈমিন্নখি। অসুন্না হুইমৈ খুলদা লৈমীন্নদুনা থা তরা মপুং ফারগা মচানুপা অনি (ফায়বোক) পোক্লে। মচানুপা পোকপা নুমিৎতগী লাই অদু মাগী মনাক্তা অমুক হন্না লাকখিদরে। হুইমৈ খুলদা লৈদুনা মচানুপা অনিদু নোংম-নোংমগী চাউশিল্লক্তুনা পাখং ফারক্লে, মমাগী মতেং পাংলক্লে।

নোংমা মচানুপা অতোনবনা 'ইমা ঐ তমদা কুমদুনা লম য়েংলুগে হায়ববদা মমানা ইচানুপা নহাক্তি অতোনবনি, নপাঙ্গলসু শোল্লি, করন্না নতোমতা তমদা কুমদুনা লম য়েংবা চৎকদৌরিবনো, চৎকনু, হায়না মমানা থিংবদা য়াদ্রে। মমানা মঙোন্দা ওক অমোম, য়াইঙং মনাও খরা, পাল মনাও খরা, ফৌ খরগা হাপ্পিরগা চয়োম, য়ুখোম হাপ্পিরগা মচানুপা অতোনবদু তমদা কুল্লক্লে। খরা চৎলগা মফম চাবা য়েংদুনা অহিং লেক্তুনা লৈবদা মহাক্লা পুবকপা ওক অমোমদু ওক লাবা অমগা ওন্নখি হায়বদগী মফম অদু উখ্রুল কৌনখি। মফম অদুদা মতম অদুদা মতম খরা লৈরম্লগা মানা পুরকপা ওক অমোমদু পুদুনা অমুক লাক্লে। মানা অসুম লাকপদা ওক অমোমদু থাশিং শুরক্তুনা মচা পোক্লে হায়বগী মফম অদু ওকপোকপী থোক্লে, হৌজিক্লা য়াইঙংপোকপী কৌনরে। মফম অদুদা মতম খরা লৈরম্লগা অমুক লাকপদা লৈতেম মান্নবা তম্পাক য়ৌরকপদা লমগী লাই লৈশাবী ময়াম্না লম্বীদা জগোয় শাদুনা লৈরম্বদু থেংনরে। মদুদগী লাম্থোক্লগা লাকপনা তম্পাক য়ৌরকপদা মাগী লৈনবা য়ুম অমা শারে। মহাক মতোমতা মফমদুনা লৈরিঙৈদা নোংমা নোং য়াম্না কন্না চুবা নুমিৎ অমদা কবুই মচল মবুং অনি লাক্তুনা মাগী ময়ুমদা লাক্তুনা নোং থুপ্তুনা অহিং লেনখি। নুমিৎ অদুদা কবুই লৈশাবী অদুগা মাগা নুংশিনদুনা লৈশাবী অদু মাগী নুপী ওইনা লৈহৌই, কবুই মবুং অদু মতোমতা ময়ুমদা হনখি। মখোয় অনিনা তম্পাক্তা লৈদুনা লৌ উদনা ইংখোল কোয়দুনা লৈরকপা চহী ওল্লকপদা মচানুপা অমা পোক্লে। মচানুপা পোকপা নুমিৎ অসিদা চীংদা লৈবা ময়াম্বগা মমাগা অনিনা মাবু থিবা লাকপদা কবুই পাখং অদুসু মচল উন্নবা লাকপদা লম্বীদা থেংনদুনা লাকমিন্নরে।

মখোয় নৌনা পোক্লিবা অঙাং অদুবু কাংলুপ অনিগী মচানি খঙজনবা অঙাং অদুগী মমিং মিতীন (মৈতৈ) থোল্লে। মতুংদগী নুপা পোক্লগা মপাগী কাংলুপ্তা তিনবা নুপী পোক্লগা মমাগী কাংলুপ্তা তিনবা হাযনসু য়ানরে। অসুন্না নুমিৎ অদুগী হৌনা তাংখুল পিবাগা কবুই নিঙোলগা লৌন-লৈনদুনা তম্পাক্তা খুন্দা-লৈতাবা হৌখি হায়নৈ।

মথক্কী 'হুন্দুং খুল্লাকপগী মচানুপী'গী ৱারী অসি মতৌ কবন্না মমা অমত্তগী মচা হায়বদি তাংখুল অমসুং মৈতৈনা চীং অমসুং তমদা খুন্দাদুনা লৈখিবনো হায়বদু তাক্লবা ৱাবী ওইনা তাংখুলনা লিনরি। মৈতৈনসু পাখংববু ইপা হাযদুনা কৌনদে ইবুধৌ পাখংবা হাযদুনা কৌই। লোয়যম্বা নিংথৌনা (খৃঃ কুম ১০৭৪-১১১২) শিন য়েনথোকপগী মরমদা ইবা লোয়য়ম্বা শিনয়েন কৌবা লাইরিক্তা 'সলাম নঙদি লংমাইচিং লাৎও, তাংখুল সবম পাখংপা শাও। · নোংদোল অমাইপি নঙদি লাইচা ফুহিং লাকও, খালৈ লৌকা তাও, তাংখুল নুবাবীবু শাও' হায়দুনা ইরিবা অসিদগী খঙবা ঙম্মী লাইরোই নুমিৎকী অহিংদা তাংখুল নুরীবী ৱারী মতাং অমা শান্নরিবা অসি হুন্দুং খুল্লাকপগী মচানুপীগী ৱারী অসিনি। লাইরোই নুমিৎতা থোরক্লিবা তাংখুল অসিসু অচম্বা তাংখুল নুপা নত্তে, তাংখুল পাখং শাদুনা হুন্দুং খুল্লাকপগী মচানুপীবু লৌখিবা লাইরেন পাখংবনি।

## (গ) খমলাং তাউবী [৭]

খমলাং তাউবী চোথে খুল্লাকপগী মচানুপীনি। মহাক্না লৌ ঙাক্লিঙৈদা পাখংবা লাক্লুনা লৌ পাংবিররে। মখোয় অনি নুংশিনরক্লুনা খমলাং তাউবী মশা লুপ্লে, মমা ওইগদৌরে। হয়েং মতম শুদুনা অঙাং অদু পোক্লবদা য়েন তরেৎ পুদুনা মখা পাংনা লাকউ অদুগা অঙাং অদুগী মমিং থোনগে হায়রম্লগা পাখংবা চৎখ্রে। খমলাং তাউবীনা খংহৌদনা মচানুপা অমা পোক্লবদা মহাকপু পোকপা মপা অদু য়াম্না ইকাইরে। অঙাং অদু মাংহল্লগে খন্দুনা অচেংবা তাঞ্জা ঙাইদনা লৈরে।

অঙাং অদুনা পুংকক চাউরকপদা খমলাং তাউবীগী মপানা উ য়াল্লুসি হায়দুনা মশু অদু পুদুনা অশুকপা উমংদা পুরগা উজাও অমা য়ানবদা, উ অদুনা তুগদবা

৭। সল্লাংথেম বরমনি, চীং-তমগী কুন্দো ৱারী, ১৯৮৬, লাঃ ৩৭-৪১।

মায়কৈদা মশু থাজিল্লে। উদু তুরক্তুনা মশু অদু উনা নল্লে। মপুবোক অদুদি ময়ুমদা হুনখ্রে। মতম অদুদা পাখংবা চোংথোরক্তুনা মচানুপা অদু কল্লে। অঙাং অদুদা মমাগী মফমদা মপা কনানো হংলুনবা তাক্লে। অঙাংদা মতিক-ময়াই হাপ্লিদুনা উজাও অদু মশা-মরেং ময়ামগা চিংদুনা চৎহনখ্রে।

অঙাং অদুগী মতিক-ময়াই উবদা মপু অদুনা অঙাং অসি অচম্বা অঙাং নত্তে হায়বা খঙখি। অঙাংনা মপা কনানো হংলবগী মতুং ইন্না, মপা মশক তাক্লবগীদমক খমলাং তাউবীনা য়েন তরেৎ পুদুনা মচা নুপাগা লোযননা মখা মাইকৈ পাংনা লাক্লে। খরা চৎলবা মতুংদা পাখংবগী শামিন ফংদনা য়েন তরেৎ অদুনা মশানা লৈপাক্তা ফু ফুদুনা খোংলক্লে। য়েননা খোংলকপা মফম অদুদা লেপ্তুনা খমলাং তাউবীনা পাখংববু কৌজরক্লে। পাখংবা থোরক্তুনা মচাগী মমিং থোল্লরে। তুংদা মচা অদু মোইরাং লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি।

গ্রীক্কী লাইনিংথৌ জিয়ুসনা মালেম লৈমা গিয়া (Gaea) গী মচা অতোনবা তাইফুন (Typhon) হায়বা মশা তংখায় অমা লিন ওইবা তংখায় অমনা মী ওইবা লাই অসিবু মায়োক্নবা লানফম অমদা মায়থিবা পীরগা পেত্রিয়ার্কেল খুন্নাই লিংখৎখি অমদি মালেম লৈমবু নমথদুনা নোংথক্কী মপা লাইনিংথৌগী শক্তি মপুং ফানা শেমগৎখি,

> The counterpart for the Greeks was the victory of Zeus over Typhon, the youngest child of Gaea, the goddess Earth by which deed the reign of patriarchal gods of Mount Olympus was secured over the Titan broods of the goddess mother. [৮]

লাইনিংথৌ জিয়ুসকী অসিগুম্বা শক্তম অসি লিন লাই নৎত্রগা লাইরেন পাখংবা অমগী মশক্তা Zeus Meilichios হায়না খঙনবা মশক অসিদা শাগৎখি,

> .... a native tablet found in the Piraeus, dedicated to a farm of Olympian Zeus Known as Zeus Meilichios ... (in) the form of a serpent .... [৯]

গ্রীক লাইরেম্বী দেমেতরগী মচানুপী পরসেফোনেবু পতালগী নিংথৌ হেদেস (Hades) না ফাদুনা পুখ্রগা মাগী রানী হাপখি। মণিপুরগীসু ঈরৈমবু পাখংবনা

৮। Joseph Campbell, **Masks of God: Occidental Mythology**, 1991, p 22
৯। মথক্কী লাইরিক, লাঃ ১৮

লৈনুং লমদমদা পুদুনা চৎথ্রগা মাগী লৈমা ওইহনখি। মতাং অসিদা ঈরৈমগী ৱারী য়েংবা য়াই। লেংলি-পাল্লিবা তাইবং অসিগী মপু লাইরেন পাখংবনা ওইরকপগা লোয়না খমনুংগী নিংথৌসু পাখংবনা ওইরকপা মতমদা মহৌশাগী ঈশিং লাইরেম্বী চবুন অদুবু ঈরৈমা হায়না খঙনদুনা পাখংবগী লৈমা ওইনা লৈখি। ইরিল তুরেলনা মাওগী অৱাং নোংপোক্তা লৈবা লংপুই অমসুং কদাং চীংদগী ঈচেল পিক্না হৌরকই। চীংগায় চীংশাং লাম্ভোক্লগা চীংগায় তুরেল কৌদুনা চেঙ্গরকই। তম্পাক লমদম য়ৌরক্লদুনা পুখাও য়ৌরকপা মতমদা ঈরৈমা লাইরেম্বীগী খুবম কয়ামুক ইরিল তুরেল মতুং ইন্না শন্দোকখি। শগোলমাঙ ফাওবদা লৈরিবা ঈরৈমা অসি শাগৈ লাই ওইনা লৈবা নত্তে, লম লাই নৎত্রগা উমং লাই ওইনা লৈবনি। মসিগী মখা তাবদা লৈরিবসি অযাম্বনা শাগৈ লাইরেম্বী ওইনা লৈবনি। ঈরৈমবু শাগৈ ওইনা লাৎলিবা শাগৈশিং অসি তুরেল নৎত্রগা ৱাইশেন মপান্দা খুন্দাই। লাই হরাওবা হায়দুনা পাংথোক্লিবা লাইথৌ অসিগী মথক্তা থৱান পোৎলাকপা হায়বা ঈরৈমা লাইরেম্বীবু ঈশিংদা ইরাৎপগী থৌরম অমসু থাৱান থাদা পাংথোকই। কনাগুম্বী নুপীমচা লৈশাবীনা ঈশিংদা তিনখিবা নৎত্রগা লৈখিদবা মতমদা অমদি নুপীমচা অদু লাই ওইদুনা ঈরৈমদা তিনখ্রে হায়দুনা থাজনরবদি মহাকপু ঈরৈমা ওইনা মাগী শাগৈনা খুবম য়াদুনা লাৎপগী চৎনবী মণিপুরদা লৈরম্মী। ঈরৈমবু শাগৈ লাই ওইনা অসিগুম্বা মওংদগী লাৎখি,

> ওইনামনা ঈরৈমবু ঐখোয়গী নিঙোলনি হায়না লাৎলি, মরমদি নহানঙৈদা ঈরৈমনা তৌরে মতুং ইন্না খুন্দারকপদা ওইনামদা চংদুনা পোকখ্রিএ। চহি তরেৎ কুম্বা লৈরগা হৈরাং অমা খুত্তা পায়দুনা লাইজ ঈরোন্নুংদা লাংওনখিয়ে। অদু নোংদমগী মচা ঈরৈম্মা ঈরৈমবু লাৎখিএ।[১০]

ইরিল তুরেল মতুং ইন্না ঈরৈমগী মিথোলোজি মথং মথং শাগৎলকপদা পুখাওদা লৈরিবা লাইরেম্বা কোনফম হায়না খঙনবা মফম অসিদা লোইশিনখি। ইরিল মতুং ইন্না পুখাও ফাওবদা লৈরিবা লমশিংগী মমিং ঈরৈমগী মিথোলোজি অসিগা মরি লৈনা লৈননা থোক্লকই। মিথোলোজি অসিগী মতুং ইন্না ঈরৈমা হরাওবা মতমদা তবুং পাখংবগী ওইদা ঈরৈমবু ফমদেংহন্দুনা হরাওই। তবুং পাখংবা অমসুং ঈরৈমগী লাইফম অসি লিংলোংদা ইরিল তুরেল অমদি ইম্ফাল তুরেল অনি তিন্নফম অসি ফাওবনি।

ঈরৈমগী মিথোলোজি অদু মখাদা অসুমনা থমলি।

১০। থোকচোম রাজো (মাইবী), লংজাই, ১৯৮০, লাঃ ১৮

(ঘ) ঈরৈমা [১১]

রারী অসি তাংখুলগীনি। চীংদাই নিংথৌ খিলেম্বনা মচানুপী পিক্রিবী লিকশঙনু শাফবীবু পুদুনা চীংদা পাম য়ানবা চৎলম্মী। নুংশাগী মৈশানা কনবনে, পাম য়ানবগী চোকথবনে খৌরাংবা পোক্লদুনা ঈশিং থিবসু ফংলমদে। থৌরাংবনা থরায় লানগদৌরবদা চানফুং খুল্লাকপগী মচানুপা তবুং পাখংবা থেংনরে। তবুংনা পায়রক্লিবা তেন অদুনা লৈমায়দা য়ুংশিল্লগা অমুক চিংখৎলকপদা ঈশিং ইফুৎ অমা থোরকই। ঈশিংদু থক্তুনা চীংদাই নিংথৌগী অরাবা কোকখি। লমন শিংবা ওইনা মচানুপীবু হয়েং মনুং মতম চারগা তবুং পাখংবদা পীগনি হায়দুনা রাশক্লম্মী।

মতম খরা হৌখ্রগা নোংমা চীংদাই নিংথৌনা শা তানবা চৎপদা তিশোং খুল্লাকপসু শা তানবা লাকপদা থেংনখি। অনি অদু মচা মচা পীনসি হায়দুনা য়ানখি। চৎনবীগী মতুং ইন্না নুপা অদু নুপী মযুমদা লাক্তুনা লৈররে।

সোমদা লিকশঙনু শাফবীনা পাম য়ানবা চৎপদা তবুং পাখংবা লাক্তুনা উন্নরে। পাখংবনা লাকপা মতমদা শঙাই অমা ওন্দুনা লাক্লেম্মী। লিকশঙনুগী মপানা শাদানবা কাংবু অমা পুদুনা শঙাই অমা হেক হেক লাকপদু খংলদুনা ফাগদবগী তান্নবক্লে। শঙাইনা অসুম অসুম চেল্লি। ময়াম্না তুংদা থাঙগা থাঙগা তেনগা তেনগা তাল্লকই। শানা রাবদুনা উবিবা মখৌনা য়াল্লদুনা মখোঙ নামা লৈবাক্তা শৌদুনা ঙহাক পোত্থাবম্মী। মফম অদুবু খৌয়ান লোক (খামেন লোক) কৌখি। চীঙাই কোমশাং মবিন্দা চেল্লক্তুনা শানা শাথুপ্তুনা লোৎলম্মী। মফম অদুবু লোৎলি (লোকলি) কৌখি। লোৎতুনা লৈরিঙৈদা তেন্না নোং চুবগুম কাপথবম্মী হাযদুনা মফম অদুবু তেনজুরোক (তেনলোন) কৌখি। থুপ্লম্বদগী অমুক চেল্লকই হায়দুনা শাচেন চীং নৎত্রগা শাচেন লোক (শনজেনলোক) কৌখি। মীওইবগী মপোক্তদি শানৌ মহাকপু অমুক হন্না রাইথুংনররোই খন্দুনা শানা নুংঙাইতনা রানা তেংথাবম্মী হায়দুনা মফম অদুবু ময়াওয়ি কৌখি। চানফুং তন্না চেল্লকপদা তেন্না থাদুনা শাদু ফারে হাযদুনা মফম অদুবু তুশাম কৌখি। ফারিবা শাদুগী মকোক, শাকোক কক্লে হায়দুনা মফম অদুবু মকোকচীং কৌখি।

মপানা শাকোক অদু পুরক্তুনা লিকশঙনুদা পীররে। লিকশঙনুনা শাকোক অদু লপতা থাঙ্গৎত্তুনা থমই। নুংঙাইতনা ফৌ শুদুনা লৈরিঙৈদা, শেন্দ্রাং অমথক

---

১১। লৌরেম্বম চাউবা মীতৈ, লাইকম পুখাও, ওজা অসিদগী রারী অসি ফংজবনি (২৩/৬/৯২)।

শাইজিন্দা তোংদুনা মঙোন্দা য়েংদুনা খোংলরে। লিকশঙনুনা চেং খরা মখুৎনা খোত্তুনা খুবাক্তা হাপ্তুনা কৌবদা, শেন্দ্রাং অদু লৈবাক্তা পাইথরক্লগা খোংথাং অহুমলক থাংদুনা চংলক্লগা চেং অদু চাররে। তবুংগী থবায়দি মাংবা লৈতে হায়বদু লিকশঙনুনা খঙজখি।

অহিং অদু লিকশঙনুনা তুমলিঙৈদা মমঙদা তবুং পাখংবনা লং অমা তিংদুনা থনমগে নহাক লংগী মতুং ইন্দুনা লাকউ হায়রম্মী। শাফবীনা হৌগৎত্তুনা লপতা য়েংলুবদা শাকোক অদু লৈরমদ্রে। মপান্দা থোক্তুনা য়েংলুপদা লং অমা মাঙ্গোনগী অবাং থংবা উখোংদা তিংদুনা লৈরম্লে। লং অদুগী মতুং ইন্না অসুম মথং মথং লাকপদা, লংগী লংজিন অদু ঈশিং মনুংদা তাদুনা লৈরম্লে। করিনো হায়দুনা ঙক্তুনা লৈরিঙৈদা মাবু তান্নরকপগী মীনিল মীখোল তারক্লে। তাঞ্জা অদুদা ঈশিং মনুংদগী পাখংবনা চীরেন অনি লোংদুনা ফিদুপ পাফলদা তাউখৎলক্লে। পাখংবগী মনিংসানা নোংলৈ-নুংশিৎ ওইদুনা লিকশঙনুবু হুমথদুনা পুথখ্রে। পাখংবগা কোন্ননা পুন্না লুপমিন্নখি হায়দুনা ঈশিং মফম অদুবু লাইরেম্মা কোনফম হায়দুনা খঙনখি। মাবু তান্নরকপা হাওয়ামদুনা পাৎপান অদুদা মাবু ফংদ্রবদা চায়োম থোক্তুনা চারম্মী হায়নুনা পাৎ অদুবুনা চাক্তংপাৎ কৌখি।

লিকশঙনুদি ঈশিংদা তিনখ্রে হায়দুনা তম্লুরে। পাউ অদু তাবদা মপানা পাৎপান অদুদা উতং হায়না খঙনবা ৱাদু থাররে। চহি খুদিংগী মপানা ৱাদুদা শম অমদা পান্নাউ-শিংনাউ হাপ্তুনা হেক হেক য়ানবীরম্মী। হাওফি অমসু য়ানবীরম্মী।

লিকশঙনুবু ঈশিংদা তিনখি, হায়দুনা ঈরৈমা ওইনা লৌনদুনা ঈরাৎনখি। লাইরেম্মা কোনফম হায়না খংনদুনা পুখাওদা লৈরিবা ঈশিং মফম অসি হৌজিকসু অৱবা লাইফম ওইনা ময়াম্না লৌনরি।

শগোলমাঙদা লৈরিবা ঈরৈমগী লাই হরাওবা খুদিংগী খামেনলোক্তা খুন্দারিবা তাংখুলশিংনা ঈরৈমবু মখোয়গী নিঙোলনি হায়দুনা নিংশিঙবা থোক্তবা মতমদগীনা হৌজিক ফাওবা ফি কৎলৈ, শরেন চনলৈ। চীংমী-তম্মী অনিমক অমত্ত ওইর্ম্বগী শক্তম হরাওবা খুদিংগী নিংশিঙহল্লি।

লাইরেন পাখংবনা পোকপা শিবগী লাই ওইখিবগা লোয়ননা মতম অমগী পোকপা শিবগী লাইরেম্বশিংবু পাখংবগী লৈমা ওইহন্দুনা, পাখংবগী মশক মতিক ফোংদোক্লবা মপা লাই লাৎপা মচানুপাশিংগী মমা ওইনা, মচানুপাশিংবু নাওকোনবগী থবক্তমক শিন্নরগা থম্বা মওং অসি লাইরেম্বীশিংনা য়ানিংলকখিদে। মখোয়না পাখং-

বগা চপ মান্নবা শক্তিদা, চপ মান্নবা ফিবমদা কাখত্তুনা মশাগী মাংখ্রবা শক্তম অদুগীদমক অমুক হন্না হোৎনরকপগী মতৌ অদু লৈমা লাইস্নাগী মিথোলোজিদা উবা ফংঙি।

মতাং অসিদা লৌখৎলিবা লাইস্নাগী ৱারী অসি ইতিহাসতা থেংনরিবা অদু নত্তে, লাই-তীনগী ৱারীদা য়াওরিবা লাইস্নাগী শক্তম অদুনি।

## (ঙ) লাইস্না[১২]

পাখংবনা মী লাই অনিমক্কী নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমই। মহাক মশাদি লাই ওইবনা অয়াম্বা মতমদা লাইশিংগা লোয়নদুনা লৈখিবনা তাইবং মীনা মহাক্কী মনাক্তা পাক পাক হেক চংবা ঙমলমদে। মতম অসিদা মী লাই অনিমক্কা পাখংবগী লৈমা অমা থিদুনা লৈবাক্কী মমা অমা হাপলসি হায়দুনা খন্নরক্লে। লাইগী কাংবুনা লাইগী নুপী অমা হাপনিংঙি। মীগী কাংবুনা মী অমা হাপনিংঙি। অসুম্না খন্নরিঁঙৈ অসিদা পাখংবনা তাইবং মী লুৱাং চনু অমা পুদুনা লাক্লে। চনু অসিবু লৈবাক্কী মমা ওইহল্লবসু লাইশিংনদি চনু অসিবু কয়া পাল্লমদে। মওং অসিদা পাখংবদু য়াম্না নুংঙাইরমদে। মাগী নুংঙাইতবা অসি উবদগী লাইশিংনা তাইবং মীশিংদা উক্রোং হোংবগী থৌ অমা পাংথোকহল্লগা লৈমা অদু লৌখৎপিরে। লাইশংনা লৈমগী মমিং লাইস্না হায়না থোন্দুনা লৈবাক্কী লৈমনি হায়দুনা য়াবিরে। অসুম্না লৌখৎপদগী লাইস্না অদু লাইগী মরোলসু থোক্লে।

মসি ওইদুনসু লাইয়াম্না করি খনখিবগে হায়না চিংনদুনা পাখংবনা অয়ুক নুংথিলগী মতমদি লাই মমান্নবশিং অমদি লাই চনুশিংগা লোয়নদুনা লৈ। লাইস্নানা নুংঙাইররোইদ্রা হায়দুনা অহিং মখৈদি লাইস্নাগী মনাক্তা হল্লকই। মতৌ অসি উবদা লাইস্নাদু য়াম্না নুংঙাইরমদে।

নোংমদি লাইস্নানা পাখংবগী মফমদা অয়ুক নুংথিলগী মতমদা কদায়দা লৈবগে হংলক্লে। পাখংবনা লাইশিংগা লোয়নদুনা লৈবনি হায়না খুমলে। লাইস্নানা মাসু লাই মরক্তা পাখংবগী মতুং ইন্দুনা য়াওজগে হায়জবদা পাখংবনা মাদি তাইবং মীনি, লাই নত্তে হায়দুনা য়াবিদ্রে।

১২। থোকচোম রাজো (মাইবী), লংদাই, ১৯৮০, লাঃ ৯৩-১০৬।

খাংবদা ৱারবা লাইস্নানা নোংমা নুমিৎ অমদি পাখংববু থিরুবগে খন্দুনা থোরকলে। মাইকৈ কদোমদা চৎখিবগে হংজবদা লাইশিংনা অমত্তসু তাকপিদ্রে। লাইস্নাগী অৱাবা উবদা নুংঙাইতদুনা উচেক অমখক্না পাখংবদি মনুং নুংজেংপাৎতা ঙা ওইনা শায়োন্দুনা লাইরেম্বী তরেৎকা শান্নদুনা লৈহৌই তাকপিরে। লাইস্নাগী পুক্নীংবু উই হায়দুনা উচেক অদুগী লাইস্নানা উৱা হায়দুনা থোনলম্মী। লোং অমা শারগা লাইস্নানা নুংজেং পাৎতা কুমথদুনা পাখংববু থিরক্লে।

লাইস্নানা কপ কপ্তুনা অসুম অসুম চংশিল্লকই, পাখংবনা ঙা ওন্দুনা, লিন ওন্দুনা, নাপী-শিংবী ওন ওন্দুনা অসুম অসুম লাপথোকখি। মতাং অসি লংদাইদা মখাগী অসুন্না ইরি ঃ

'. . . লাইস্নানা ঐবু থিরক্লেনা, ওঙ্গোক্না ইকাইখ্রেদা, খল্লুবদা পাখংবনা সাওরকই হায়য়ে। মতম অদুদা লাইস্নাবু কিদুনা হনখিনবা হায়রদুনা পাখংবনা ঙবিল ওল্লে, ঙাসেপ ওল্লে, ঙাক্রা, শারেংখোইবী, ঙাকিজৌ, ঙম্মাই, ঙানপ অসিনচিংবা শক্তম ওন্দুনা লাইস্নাগী লোংদা লাকই। মতম অদুদা লাইস্নানা লেমলৈ মখোয়বু খোনবা নত্তেয়ে নবুংঙো নোংদা লাইরেন পাখংববু খোনবনে হায়দুনা লাইস্নানা লোংদা লক্লিবা মখোয়দুবু ফারগা ঈশিংদা থাদোকপীগে হায়দুনা পায়কবদা সনা খুৎ অদু লেমলৈ ঙাগী মচিনা হাইরম্লে হায়য়ে। চৈনাখোল অদু ফংবগী লাইস্নানা লাইস্নানা ঐনা ৱাবদি নবুধৌ পাখংববু ফংলোইদ্রা হায়বগী ৱাবনি'।

লাইস্নাগী অৱাবা উবদা লেমলৈ ঙা ওন্দুনা লৈবিবী লাই চনুবাশিংনা নুংঙাইতদুনা পাখংবগী মনাক যৌনবা লমজিংবীরক্লে। লাই মযামনা লাইস্নাগী মিচং চংবীদুনা পাখংবগী লৈফম তাকপিরে। লাইস্নাগী তুংগোল মনুংদা লেমলৈ শাদুনা য়াওবিবা পাখংবসু লোৎপা য়ারক্তদুনা চোংথোরক্লগা লাইস্নানা থারিবা ফিদাদা ফম্লরে। লাই ময়াম্না অনি অদু পুদুনা ফম্বাল থক্তা থাঙ্গৎলে। মতৌ অসুন্না লাইস্নানা লাইমরক্ত তিন্দুনা পাখংবগী লৈমা ওইনা পান্দুনা চারোল শুরোল তাদুনা নুংঙাইনা পানখি।

হিমালয় চীংগী চীংসাং নাপোম পরিংদা খুন্দারিবা আস্ত্রোলোয়দসিং* অসি অয়াম্বানা অঙানবা মতমদা মেত্রিয়ার্কেল সোসাইতি ওইরম্মী। মেঘালায়াদা খুন্দারিবা খাসি অমসুং গারো কাংবু অনি অসি হৌজিকসু মেত্রিয়ার্কেল খুন্নাইদা লৈরি। থেৎনবা

* নোংপোক অমসুং খা-নোংপোক এসিয়াদা, য়েলহৌঙেদগী খুন্দারক্লিবা মীওশিংবু পুন্না মঙ্গোলোয়দ হায়না খঙনরিবা অসি, হৌজিক্কী মতমদা থোরক্লিবা অথং-অহৈশিংনা চুমদবনি হায়দুনা, মিং অসি শিজিন্নবা তোক্লগা, 'অস্ত্রোলোয়দ' হায়বা মিং অসি ওইনা সিজিন্নরে।

খরা লৈতবদি নত্তে। খাসিগী মেট্রিয়ার্কেল খুন্নাইগী মওংদি নুপা অদুনা লুহোংলবা মতুংদা নুপী ময়ুমদা অমদি মাগী হান্নগী মমাগী য়ুম অনিমক্তা চৎন-থোকনা লৈ। অদুগা গারোগীনা লুহোংলবা মতুংদা হান্নগী মমাগী য়ুম অদু থাদোকলমলগা নুপী ময়ুমদা লৈ।

চীনাগী য়ুনান প্রোভিন্সতা ১৯৯০গী অঙনবা মতম ফাওবদা মেট্রিয়ার্কেল সোসাইতিদা লৈবা কাংবু কয়ামুক লৈরম্মী। মখোয়গী মনুংদা মাক্সি (Maxis ) হায়বা কাংবু অসি পনবা য়াই। লুহোংলবী নুপীনা ময়ুমদা লেংদনা লৈবগী চৎনবী অসি মখোয়গী লোন্দা অজ্হু (Azhu) হায়না খঙনৈ। চৎনবী অসিগী মতুংইন্না নুপীনা লন-থুম অমসুং য়ুমগী খুবম ফংহৌই। মচা মশু পুন্নমক নুপীগী ওইদুনা সমাজগী খ্বায়দগী হ্বাংবা থাক্তা নুপীনা লৈ। অজহু হায়বদি ইপাং নৎত্রগা ইমান্নবা হায়বনি। মতৈ-মনাও ওইবগী মরি লৈনরিবা নুপা অমদি নুপীনা 'অজ্হু' হায়বা মীংগৌ অসি কৌনৈ। নুপা অদুনা অয়ুক নুংথিলগী মতমদা মমাগী ইমুংদা লৈদুনা থবক ইনখাং নোমদুনা লৈ অদুগা অহিংগী মতমদা মাগী অজ্হু ওইরবা নুপী অদুগী ময়ুমদা লাক্নুনা তুমলৈ। নোংঙালগা অমুক মমাগী ময়ুমদা হনখি। মখোয় অনিগী মরি অসি থোয়দোকপা অককনবা ফিভম অমতনা পুনদে। মখোয়গী অনিংবগী মতুংইন্না কায়নরগা অতোপ্পা অজ্হু অমা ইরাই লাইনা সেবা য়াই। মখোয় অনিনা য়ানরিঙৈগী মতমদা নুপা অদুনা মচাশিংগীদমক্তা মতেং খরা পাংবা য়াই। অদুগা মখোয় অনি কায়নবা নৎত্রগা খায়নরবা মতুংদা মদুগী থৌদাং অদু মপা ওইবা অদুনা তোকখি অমদি মমানা থৌদাং অদু লৌহৌই। লাই-তীনগী থবক্তা য়েৎথংবা ফমফম অসিনা ওইথংবা ফমফমদগী হেন্না মরু-ওইনা লৌই। য়ুমগী য়াম্না মরুওইবা মফম ওইনা থমলিবা মৈ হৌফম অসিগী য়েৎথংবা ফমফম অসি য়ুমগী মপু ওইরিবী মবেনপোক হন্নুবী অমদি নুপীসিংগী ফমফমনি। অদুগা ওইথংবা ফমফম অদুনা নুপাসিংগী ওইনা লৈ।

নোংদা লাইরেন পাখংবা হায়বসি ইতিহাস হৌরকপা মতমগী অহানবা নিংথৌ ওইরবসু ইতিহাসকী ওইবা মশকতগী লাই-তীনগী ওইবা মশকনা হেন্না মপুং ওইনা থেংনৈ। ইতিহাসগী ওইবা মীৎয়েংদা য়েংলবসু হায়রিবা পাখংবা অসিগী মতমদগী মচাগী মসক মপানা তাকপা, মপানা মকোক ওইবা সমাজ অমা মপুংফানা সাগৎপা হৌখি হায়বা য়াই। চাদ লাইহুই দা নোংদা লাইরেন পাখংদগী হৌরগা মৈতৈগী নিংথৌরোলবু মমাগী মিংদা পীরিবা অসিনসু অসিগুম্বা চৎনলোন অমা মমাংদা লৈরম্মী হায়বা তাকলি। অমরোমদা নোংদা লাইরেন পাখংবা অসি খুন্নাই মওং অনি অসিগী লাংদাইদা লৈরম্বা মীওইনি হায়বসু য়াই। মরম অসিনা পাখংবা অসিগী

ৱারীদা খুন্নাই মওং অনি অসিগী মচাক মরাং কায়না য়াওবা উই। নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমা লৈনুং য়াবিরোকপু **চাদ লাইহুই, নিংথৌরোল লম্বুবা** নচিংবা অরিবা লাইরিক কয়াদা 'লৈনুং য়াবিরোক চখা নুরোল য়াম্বী, পিরোল য়াম্বী, য়ুজাও লৈমা, লৈমা অহুমলক সানওনপী, নিংথৌ অহুমলক ওননা লৈমা ওইবী' হায়দুনা তেং-থারিবা অমদি নোংদা লাইরেন পাখংবনা লৈমা লাইস্নাগী মনাক্তা অয়ুক নুংথিলগী মতমদা লাক্লগা অহিং অহিংদমক লাকই হায়দুনা **চৈথারোল কুম্বাবা** নচিংবা অরিবা লাইরিক কয়াদা ইরিবা অসি চীনাগী য়ুনানদা চৎনরম্বা আজহু গা চাংদমনদুনা য়েংবা য়াই।

(চ) চোতেনু

চনু অসি কোম নিঙোলনি। লৈসাবী মপুং ফারকলবী চোতেনুনা পামদা লৌ য়াল্লিঙৈ, পাখংবনা কোম পাখং ওইনা কোমগী ফি কেৎতুনা হেক হেক লাক্কুনা লৌ পাংবীরে। অসুন্না লোন্দিনরকপদগী চোতেনু মশা ৱাই শংলক্নে। চোতেনুগী মপা অসি থিমপু মাইবানি। মচানুপীগী ফিভম হোংলকপদু উবা মপা থিমপু য়াম্না সাওরে। চোতেনুদা নহাক্কী নুপা কনানো হায়না হংবদসু তাকত্রে। চোতেনুগী মনাও নুপী মচা অমা লৈ। মহাক্না নোংমা নুমিৎ য়ুংলকপদা পাখং অমা মচেগী লৌশঙদা চঙখিবা উখি। পাও অদু মহাক্না মপাদা তমলে। মদু তাবদগী নোংমদি থিমপুনা মচানুপীগী মতুং ইন্নদুনা লৌদা চৎলে। মহাক্না পুরকপা তিলহৌ অমসুং চনম অদু মচানুপীগী লৌশঙগী ফক্লাং চিথেক মরিদা থেৎচিন্দুনা থমলে। অদুগা থাঙ অমা পায়দুনা ঙাইদুনা লৈরকলে। চোতেনুনা নুমিৎচুপ্পা লৌয়ানবদা ৱারদুনা নুমিৎ হায়গৎলকলবদা লৌশঙদা পোথাদুনা লৈরিঙৈদা পাখংবা খোংদোই হুল্লকলে। লৌশঙ নকসিলক্লবদা লাইরেন ওইনা লাকপা পাখংবদু মী ওনবা ঙমদদুনা লাইবেন ওইনা চঙলকলে। লাইরেনদু উবদা চোতেনুগী মপা থিমপুনা হংলকই,

"নঙলা ইচানুপী লৌরিবা অসে"?

পাখংবনা মাম্নি হায়না খুমলগা হৌনবী মতুংইন্না থিমপুদা খুরুমদুনা ইকায়খুম্নবা উৎলে। থিমপুনা মখা তানা হংলকই,

নঙদি কনানো?

'ঐদি কংলৈ নিংথৌ তুবী লাইরেন পাখংবনি'।

'ইচানুপী লৌরবনিনা চৎনবীগী মতুংইন্না মতিকচাবা মংকৎ পীবা ঙমগদ্রা?'

'ঙমগনি'।

'অদু ওইরবদি শেম্বুং অমা পীয়ু'।

শেম্বুং অদু ফংলবদা থিমপুনা পাখংবদা হায়জরকই,

'হে কংলৈ নিংথৌ তুবী লাইরেন পাখংবও, নঙদি সলাই তরেৎ ওনবা ঙম্বা লাইনি। নঙবু ওক্লরুবা মীদি তিনথুং-লাইথুংই। তিনচু-লাইচুরবদা কোকনবা নরোন তাকপিরম্মূ'।

পাখংবনা তুবী লাইরেন পাখংবা ওক্লরগা তীনকোক লাইকোক্লবা লাইরোন তাকপীরল্লগা চোতেনুবু পুদুনা কংলৈদা হনখি।

লৈমা চোতেনু সোংথু সাগৈনি। পাখংবনা পীরম্বা শেম্বুং অদু সোংথু সাগৈনা লৌহৌই। মদু কোমনা লাইনিং ওন্দ্রিঙৈ, চহি খরগী মমাং ফাওবা লাইসঙ শাদুনা লাৎতুনা থনম্মী (চিরাও কোম, ১১/২/৯৯)।

পাখংবনা চোতেনুগী মপা থিমপুদা তিনকোক-লাইকোক্লবা মরোন তাক্লুনা য়ানবা অমা পুরকপা উই। লৈমা অসিবু মপাগী অয়াবগী মতুংইন্না পীফম থোকপা মংকৎ পীরল্লগা পুদুনা চৎখিবা অসিনা পাখংবগী পেত্রিয়ার্কেল খুন্নাই মপুং ফানা চাউখৎলে অমদি মচানুপীশিংগী মথক্তা ৱাংখৎলকলিবা মপাগী সক্তি অদুগা তায়নবা ঙমলকলে হায়বদু উবা ফংই। কোম্থৌজম লাইবেম্বী য়ৌবকপা মতমদদি অৱাং পাখং য়োইরেনপা নোংনিংথৌ ওইনা, নোংথক্কী পুমসুপ সুপ্পা মপু ওইনা পাখংবগী মশক অসি চাউখৎলক্রে। কোম্থৌজম নিঙোল অসিবু মাগী লৈমা ওইহনগে হায়দুনা লেপ্পা অমদি পুদুনা চৎখিবা মতমদা, পুন্নমক মহাক্না নিংবগী মতুংইন্না পাংথোকপা লেপথোকপা ঙম্বা, মহাক্না লেপ্পা অদুনা মী মী অদুগী মরাইবক ওইবা 'লাইবক খেলাই ইবা' লাইনিংথৌ ওইরে।

## (ছ) কোম্থৌজম লাইরেম্বী

কোম্থৌজম লাইরেম্বী হায়না খঙনবা, হাওরোক কোম্থৌ হুইমু লৈমাগী মচানুপী চিলফুরোলবু, অৱাং পাখং য়োইরেনপা সোরারেনগী তালোয় ওইনা, নোংলৈমা ওইরুরগা

লাইনিংথৌগী য়াথং হিক্তোকলুবদগী হাওরোক কোষ্টৌদা অমুক হন্না মপাম খোং-দাহনখিবগী ৱারী অসিদা য়াওরিবা অৱাং পাখং লোইরেনপা সোরারেন অসি নোংদা লাইরেন পাখংবনি। পাখংবগা পুন্না লাই পাখং তরেৎপু, পাখংবগী মচা অঙাং ওইরিবা খুইনা তৌনা থাদুনা হাৎলগা, পাৎতা লংথখ্রবদা লাইস্না অমদি লাইরেম্বী তরুকনা লোং পায়দুনা থিরকলবদা লাইস্নানা পাখংববু কোখপ্পগী মতাং অসি **পাখংবা লাইহুই** (নাওরোইবম ইন্দ্রমনি, ১৯৯৫:৩১) অসুন্না তেংথারি,

> লইকক লইয়ারেন চনু লাইস্না
> পাখং য়োইরেনপাবু খোনখৎলে।

মণিপুবগী লাইরোন্দা পাখংবা হাযবসি শকলোন যাম্বা, যান্না মরু ওইবা লাই অমনি। তোঙানবা মতম কয়ামুক্কী পাখংবা কয়ামুক্কী ৱারী ঐখোয়না ফংই। অদুবু পুন্নমক অসিগী অপুনবা মশক্তী নোংদা লাইরেন পাখংবা অসিদা তিন্নররি। মাগী ৱারী পুন্নমক ইতিহাসতগী লাইরোনলোমদনা হেন্না নকনা থমলম্মী। মহাক্না মৈতৈগী অকনবা নিংথৌ লৈবাক অমা, মরা তানা সেমগৎলকপা মতমদা মমাংদা পানখিবা পাখংবশিংবু নৎত্রগা মপানা মচাগী মশক তাকপা, মপানা মকোক ওইবা সমাজ সেমগৎলবা হিরোশিংবু মহাক্কী মশক্তা পুনশিন্দুনা মহাক্কী মশক সাগৎনবা সিজিন্নবম্বসু য়াই। অমদি তুংদা মহাক্কী চৎলম মতুংইন্না পুথদুনা লৈবাক পাল্লকপদা মহাক্কী মশকপু হেন্না হেন্না লাইরোন্দা নকসিনহন্দুনা চাওথোকহন্দুনা সিজিন্নরম্বসু য়াই।

লাইৱারীসিং অসি অয়াম্বনা ভাপনা পংসা সাবা ৱারী নত্তে। ইতিহাসতা য়াওখিবা মশক নাইবা হিরো নৎত্রগা থৌদোক ৱাথোকসিংবু ওল্লক-ওল্লকলিবা মফম মতমগা চান চাননা দরকারগী মতুং ইন্না সেমগৎ-সাগৎলক্তুনা পুথরকপদা মীওইবগী বিলিফ সিষ্টেমদা চংবা ঙমখি। **গিলগামেসকী ঈপিক** তা য়াওরিবা মীওই-লাইওই তৌবা গিলগামেস হায়রিবা হিরো অসি বেবিলোন্দগী উরুক হায়বা মফম অদুদা বিসি ২৭০০ দা পানখিবা অচৌবা নিংথৌ অমনি। **ওল তেষ্টামেন্ট** তা য়াওরিবা অচৌবা ঈশিং ঈচাও অমদা নোৱানা হিজাও অমা তোংদুনা ঈচাও অদু লোয়বা ঙাইদুনা লৈখিবগী ৱারী অসি ইপিক অসিদা অহানবা ওইনা য়াওখ্রবনি। মেসোপোতামিয়াগী লমদম অসি ঈশিং য়ান্না চাউগনবা মফমনি। খ্বাইদগী হেন্না সাথিখিবদি বি সি ৪০০০ দা উর সিতিবু লৈখোন্না মিতর ৩ থানা ফুমজিন্দুনা থমখিবা অচৌবা ঈচাও অদুনি। ইপিক অসি বিসি ২০০০ দগীনা ১৬৩০ গী মরক্তা ইখি। ৱারী অসি য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিং গ্রীকনচিংবগী লাইরোনদা চংখি। অমদি তপ্না তপ্না সন্দোরক্তুনা অচৌবা ঈসিং ঈচাওগী

মিথ অসি মালেমগী লৈসেম-নোংসেম্বগী লাইরোন্দা য়াম্না মরু ওইবা অমা ওইদুনা লৈখ্রে। অদুবু লাইরোন নৈনবগী পান্দমদি ইতিহাস অদু নত্তে, অদুদা য়াওরিবা মীওইবগী ৱাখনগী মরেপ্ অমদি মঙম্ অদুনি।

কোন্থৌজম লাইরেম্বী য়ৌরকপা মতমদদি য়েলহৌঙৈগী লাইরেম্বীসিংগী মথক্তা সাগৎলকলিবা লাইনিংথৌ পাখংবা অমগী মসক মপুং ফারে। পন্দোন য়ৌনা ৱাংখৎলক্তুনা লাইরেম্বীগী অপাম পামদা য়েংদনা লাইনিংথৌনা নিংবগী মতুং ইন্না তাপ্লোয় ওইনা থনবা, লাইনিংথৌগী য়াথং হিক্তোকপগী চৈরাক ওইনা মপাম খোংদাহনবা ঙম্বা ফাওবগী থাক য়ৌখ্রে। মসিদা য়াম্না পুক্নীং থিংজিন্নীংঙাই ওইবা সক্তমদি মপাম খোংদাহনববু চৈরাক ওইনা সিজিন্নরকপা অমদি মচাবু মপাগী হক ওইনা লৌরকপা অসিনি। পেত্রিয়ার্কেল সোসাইতি মপুং ফানা মরা তানা সাগৎখ্রে হায়বা য়াই। কোন্থৌজম লাইরেম্বীবু কবুইনা দিনন্দেংলু হায়না কৌই। সাগৈনা গোলথংমৈনি। (দা. মনিমোহন সিংহ, ১৯৬৮:৫)। মৈতৈ জাতিনা ইদুনা থনম্বা ৱারী অদু মখাদা সমজিন্না থমলি।

হয়াহে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
চিঙঙু নোংথৌ সোরারেল
অৱাংপাখং য়োইরেনপা
থংপা নোংনিংথৌ
কোলখৈ অতামপা
সৱাং* অথান্না থংপা
সিংকাপ লোংনা থাপা
সিংতুম নিংকোই য়েকপা
মাকমৈ লুরেন খনপা
নমু ফমফম সিলপা
তাইবং অচং অসিরুংপা
সরুক লৌতম হুলপা
লালোই মিঙাথোক
সরেল মিসুং লাংবু
য়েনহৈবা

* কোমগী লোন্দা সৱাং হায়বসি খুম্লাকপা হায়।

লাইবক খেলাই য়িংপা
লাইনিংথৌও।

. . . তয়ম ইরাকমনা
চিঙচু নপায়েং খোয়য়ম নপা খন্না
লাহান্নোং হয়িঙৈগী হাওরোক মনিন্নাই
কোম্থৌ তানাতা পালমঙৈ
ক্রৌ হুইমু লৈমা লুচেং য়ামপী
সম্ভোং বাখাইচেং অহনপানা পোকপা
লাংহৈকুমতোন লোমপী হৈরিকুম পোকপা
লাংহৈকুমতোন লোমপী হৈরিকুম লোংচুম্বীনা
হৈরাংকুম মচায়াল তাউচিং তুকুম মরু পানঙৈদা
খোয়ম পাখং য়োইরেনপনা লাওথরকএ
হে য়িমাল ক্রৌ হুইয়ুলৈমও
হৌজিক নঙনা লাকলু ফিরাললিপা অসিপু
অবাং কৌরৌ নোংলৈমাপু ওইনকে।
হাওরোক সিহন্নোই কোম্থৌ নাহন্নোইএ
তরা চামাংকুনো শংলৌ য়েলমাংকুনো
হায়না খোমলেন মংলানচাতা পাওমৈন্নেএ।
কোরৌ অতু নুমিত্তগী তরা চামাংতা
সংলৌ য়েলমাংতনা লোইতাম থা সুরা
নুমিৎ সিংসুরকপকি তাইবং মালং ফাওনা
সাফোংলপকী কোরৌ নুমিৎ তরুকনি সুতরিঙৈ
খোইয়ম পাখং য়োইরেনবনা
মালং ফেনচি ওই
খমকোন নোংলৈ ওইনা লাওথরকএ।
হে য়িমান ক্রৌ হুইমু লৈমাও
হাওরোক কোম্থৌ লাকপা
থয়াল পথাপ নোংলেন মনিন
নাইপসিংও

নমোম পাৎঙরেপ সোইতা
সংলৌ য়েলমাং হনকুনো
লৈকাই তামফংকেন তুরেল
খাম্বালাননা কাওচানপিকুনো।
কোরৌ নোংলৈপাক্তা
য়িমু ফমলমসিল
সরুক লৈতম হুলপাপু
য়িপিঙা সিনমিন্নকে হায়না
লাওথরকপবু
হাওরোক কোম্থৌ পুন্নমক্কী
চুমলেন নাবু য়ুংনা নাতারৌএ।
কোরৌ হুইমুলৈমা লুচেং য়াম্বীনা
খোইয়ুম ময়াথংতকি মমোমপু
তরা চমাংত সংলৌ য়েনমাংতনা
নাওয়োকখিএ।
য়িঙা লৌকুমতা য়িঙেন লৌতাদা
সংলৌ য়েনমাংতনা অচৌ লেপফারা
সাংসু লেতমলকএ।

. .

কোরৌ নুমিৎমদা চিলফুরোল
কোম্থৌ সুনা . . .
অবাং খমলৈ তংপোক্তা
য়েলং থৌচৎপদা
সংলৌ য়েনপুন ফাতা
খুৎতাক ঙাইরন ফংতরিঙৈদা
চিঙচু নোংগী সোরারেন
অবাং পাখং য়োইরেনপনা
কোরৌ মাখলমতা লাওথরকএ।
হে পেম্মা চিলফুরোল কোম্থৌসু নঙবু
পনলেম পিপুকনুংকি খোইয়ুম ঐনা

য়েংতৌ উরোং য়ুং
পামেল উরাই হকপা
নত্তপরা
য়েলাং করিগী থৌচৎপনো
নপল হাওরোক নতু কোম্বৌ
য়িমাল ক্রৌ হুইমু লৈমতা হাইরুও।
হয়েং কোরৌ মঙানি সুপাতা
হাওরোক নয়ুমনাকা কোম্বৌ নসাইকোম্বা
তালোই নুয়িনকে হায়না লাওথরকপদা
চিলফুরোল কোম্বৌসুতি চেংলৌ সকউতা
পুনুং লেপখং ঙমতরপকি
উলপি পুক্লীং ঙকনা
হনবাইনরকএ।
য়িপল হাওরোক য়িতু কোম্বৌ
পনলেম সম্বোং হুইমু লৈমাও।
নমোম ঐনা পনম চৎথোকলুপতা
কোরৌ নথাপদা পাওমেললকএ।
মোমনু নঙবু নপল পিপুক নুংকি
হৈনা নউ কল্লকপনে।
কোরৌ নুমিৎ মঙানি সুপতা
হাওরোক নরাল য়াইতা
হাওরোক নরাল য়াইতা
তাল্লোই নুয়িল্লকে হাইরমএ।
অসুম পাওতমলবতা হাওরোক পুমনা হুপ
কোম্বৌ পাকতা তাইনা
মরান লানকাসেম মালেম লৈমাইতৈ
চামলৌ লাকা থানা চরৈ ফিঙৌ খননা
ঙাইখমলে।
চীঙঙু থংপা নোংনিংথৌতি
লাংকোই কোক অনি লোংপা

সারা মরি পানপপু থোং ওইনা
কোরৌ কুপতুম কুপ
লংতুম লংনা মালেম
লৈতারকলে।

. . .

খোইয়ম লাইনিংথৌনা চরৈ ফিশংনুংতা
লুহোং লৈকোই লোইরপতা
খাইয়ম লাইনিংথৌনা
হাওরোক সেল লৈঙাই
সেল থৌপাইরৈঙাই পুমনমাও
চিঙঙু য়িরনকুতি হাওরোক সিকনো
কোম্বৌ নাকুনো। কাওরেন সনয়ামলোই
তয়ম নাইসিন্না কৈরেন হাপচথন
সোইখোং ঙা চংপা সরেন সায়াম ফাপবু
লনকুবিরমএ।

. .

কোরৌ নুমিৎমতা হাওরোক পুন্ন হুপ
কোম্বৌ পাকন্না তাইনা লমলেন ঝাংত্রাই খাতা
য়াওরৌ সাতানলুপতা চীঙঙু মরনকুগি
কোবৌ থৌসি হুই ঝাংপন পাওহন হুইপু
তাংচ লিলাথিনা নোংপোক সেরম মৈনা ঙম্বনলপকি
থারৈ কুমলেন লৈতারে।
হাওরোক কোম্বৌ পুমনামনা
হাওসি মংথিনতম খুনুং পাউতাক তমনা
ঝাংলেন পুংচাও য়ৈ তরেৎ সেনফাং য়ৈ
মিকপতম মিরাং তম্বপু
ঝাংপন লৈমা নাহুইনা
মীৎয়েং সানকৈরপকি
খোইয়ম য়িসাবী ও
লহান নোংতি হাওরোক সিহনলোই

কোষ্টৌ নাহনলোই হাইপা নত্তপরা।

. . .

নসানৌ ঐতি
ইপান কনা কেম্বা য়িতু কনা মনবনো
মিৎয়েং সানখৈরুকে হাইরাপাতা
খোইয়ম লাইনিংথৌনা সানৌও
চিঙজ্ঞু ঐনা নপন কেমলো
হাইতরিএ।
সানৌ নঙতি য়িপারী খোইরিফাপপু
তরা চাপুম সাইনা নাওহম্বীনে চৎফরোইএ হায়রপদা
তৌয়িকিতি সাপি ও মানলেম লৈতারোইএ
কোরৌ মখলমতা পাউহংলুকে হায়না পুরুমচরপতা
সানৌ ও চিঙজ্ঞু ঐতি মিৎয়েং তাংচুম্বা
নাকোংনা চুম্বনে। তরা চাকমাংতা
ৰাংখৈ য়ুমাংলককুনো হাইখিএ।
চিলফুরোল নাহুইনুতি
মপল কুমলকলে মতু তারকলে

. . .

পলেম মমানা ফৈরা তানতাপম
খচাই লেংলোইচুপ য়োইচাননরে।
তরা চামা য়োম্লচিংনা
হাওতৈ অথুমববু তংখিও হাইরপতা
মমোমনা হাইকুনো . . .
খোইমোম মিৎয়েং তাংচুম্ববু
সোংকিয়ে হায়রাপতা
য়িমোম ও তৌরাং ফকচাখন
চরৈ ফিরোন তরেৎ কোয়রে
খোইয়ম তাংচুম্বনা উররোই
হায়না পুসিনখিএ।
চামলৌ লাথুপ সাংনো

বাংলৈ চেপনা হৈপতা
খোইয়ম নামুংপনা তিনলাং হাইসিৎনপানা
তৌরাং ফকচা ফাওনা
চামলৌ লাথুপ নুংতা
তাররে।
মাংলে মাংলে য়িপনখোই
য়িসাইঙৈনা হায়চপাতি থোক্লরে।
হাওরোক সিরঙৈনে কোম্পৌ নারঙৈনে
নমোম ঐসু খোইয়ম লাইনিংথৌকা
য়িনখোং লিকুম খাইরঙৈনে হাইনা
বাওইখিয়ে।
চিলফুরোল নাহুইনুদি চরৈ ময়িলফিবু
হায়না হুমনা কাখিয়ে
কোরৌ মখলমদা য়াইবী মনুংহৌনা
য়িপন কেমলো য়িতু মনলো
হায়না কোল্লোই মখুৎতোপ্পু
ফেন্নথরমএ।
তাংচ লিলাথি নোংকোন সেরন মৈপু
সাবোনখিএ।
কোরৌ নোংলৈমদি লাইয়িংথৌ সোরারেম্না
কোরৌ নোংথোংথিংনা লৎনরে।
চিঙঙু মপারি পনলেম পিনাইতা
পানবা কৈখোম থকনা নাওনৌপতি
পনলেম পিথাংসিনপী বাংপন লৈমপু উতরপকি
চিংলেন নোংলাও থীকুপ মিকপলে।
খোইয়ুম লাইয়িংথৌনা পারি সনাহন ও
পনলেম নমাতি তরা চামাংপী
বাংলৈ য়ুমমাংপীনে হায়না চরৈ
নাহোংসা
সমু নমতা পোনা হয়া নে নে
পাওথেমপপু
চিংলেন নোংলাও থীকুম মিকপলপকী

অবাং নোংনিংথৌনা চিঙঙু য়িঙাইরোই
খোইয়ুম য়িহিসাংসিংও
যিপারিবু পাওথেমবিও
থৌনেকখিয়ে।
বাংপরেন খানা চাউবনা
সনাকি সরেং সাপাপু
সমু খুত্তা সুনা পাওথেমপপু
চৈরত্তে।
কোরৌ নুমিৎমতি থংচিং লাইমরুনা
চোইনৌ সনা থেংকু সাপপু
সমু খুত্তা সুনা পাওথেমপপু
ক্রৌ খাকতুম খাকলে।
কোরৌ নুমিৎ মদি
চিঙঙু হনকোক নিংথৌ
কৌপরু অচিপনা
সনাকি সামু সাপপু
সমু মাংতা চিংনা
পাওথেমপপু হোইয়াতরপকি
কোরৌ নুমিৎ মদি
খোইয়ুম কৌবরেন অহনপনা
সনাকি য়েনপা সাপু
সমু খুত্তা সুনা
লাইয়িংথৌ সোরারেনকি মপারি
খোইয়ুম খোরি ফাপাও
চিংলেন নোংলাও থীকুমপপু
চৈরৎও পাওথেমপপু হোইয়াতে।
কোরৌ নুমিৎ মদি
লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চিংসোম্বনা
শিংলেন লৈসং চোনলোংপপু
সমু খুৎতা সুনা পাওথেমপপু

সিংলেন মসকয়েং লৈরাং খুৎনা ৱাইনা
খেল্লা নোক্লে। অতু নোংকিপু
লৈসং খেকৱাইবাও তৌনা কৌয়ে।
অসি তুংদা
নোংপোক হুমওইপনা নোংথৌ সোরারেনও
চিলফুরোল নাহুইনু সিপু তরা চামাংতা
ৱাংলৈ য়ুমাংতবীনে হায়না

পাওথেমখোনকিপু

নোংথৌ সোরাবেননা চিঙস্তু ময়াথংকি
কোবৌ তাসিলনা ৱাংপন হলচিলনকে

হায়পকি

লাইচা য়িরিক লাইসেং থোইনা
লৈনুংপা য়েৎপুপা মংয়িহুন
লাইচ ইনোৎকাতনা চাওপা
মতোম সেংপয়িতা

সানতেংলপকা

চবৈ ফিঙৌ হোংনা
খোইমোম লেংনা তিনপলক্তা
ক্রৌ খাচিক্লা ৱাংপন খাপংননা
ৱায়েলমনরে হাইতপরা।

(উমং লাই খুন্দা ৩৫/৩৬, ১৯৯০)

হাওরোক কোম্ছৌ কাংবু অসি মেত্রিয়ার্কেল সোসাইতিদা লৈবা অপিকপা কাংবুনি। কোম্ছৌজম লাইরেম্বী চিলফুরোলগী মমা মমিংবু হাওরোক কোম্ছৌ হুইমু লৈমা হায়না তাকলি। অদুগা মপাগী মমিংদি পীরমদে। পাখংবনা চিলফুরোলবু লৈমা ওইহল্লগে হায়না খলকপদা হুইমুলৈমগী মফমদা ফোংদোকখি। পাখংবনা পেত্রিয়ার্কেল সোসাইতি মপুং ফানা সেমগৎখ্রবদা হাওরোক কোম্ছৌগী মমানা মকোক ওইবা, নুপীনা পানবা কাংবু অসিবু হুহুনা লৌদুনা চাকতিন্-য়ুতিন্নবা পামখিদে। মওং অসিবু হাওবোক কোম্ছৌনা য়ানিংদবা ফোংদোকলুবা অমসুং মদুগী ফল উৎপা ৱাবীনি হাযবা যাই।

পাখংবনা হাওবোক কোল্লৌগী মশক মতৌ ফজবী চনু অমা (অপাম পামদ হংদনা) লৌরগা হাওবোক কোল্লৌগী অপিকপা কাংবু অসিবু অতোপ্পনা লান্দারকপদগী ঙাকপি সেনবীবগী য়ানবা অমা থমখি। হাওরোক কোল্লৌ চনু চিলফুরোলনা মচা অমা পোক্তুনা পাখংবদা ওংদুনা লৈখ্রবদা নোংমা নুমিৎ অমা মপাম খোংদারকখি। পাখংবগী য়াথং হিকক্তোক্তুনা হাওরোক কোল্লৌ কাংবুনা কুইনা উরুদ্রবী মচানুপীগা চামিন থকমিন্নখি। মদুগী মহৈ ওইনা পাখংবনা লৈমা চিলফুরোলবু মপাম খোংদাহনখি অমদি হাওরোক কোল্লৌবু ঙাকপি সেনবীবগী য়ানবা অদুসু থুগায়খি। মসিনা মরম ওইনা হাওরোক কোল্লৌ কাংবু অসি অৱাবা তাখি।

পাখংবগী লৈমা অতৈগী ৱারীগুম ৱারী অসিসু পাখংবগী মতিক উৎপা ৱাবীনি। অযাম্বা ৱারীশিংদা মপা লাই সাগৎলকপা অমসুং মপাগী মতিক ফোংদোকপা উই। কোল্লৌজম লাইরেম্বীগী ৱারী অসিদদি মপুরোইবা লাইগী মতিক থেংনরে। লোযননা মেত্রিযার্কেল সোসাইতি, মমানা মকোক ওইবা খুন্নাইনা লৈখা তাখিবদু উবা ফংই।

কোল্লৌজম লাইরেম্বীগী ৱারী অসি থোকখিবা ৱারী ওইনসু লিনরি। ৱাবী অসিদা লাইরেম্বী অসি মপাম খোংদাহন্দুনা মপামদা লাই ওইনা লৈখিবগী ৱারী ওইনা লৈ। ইদুনা থনমলিবা অসিগা ৱাবী ওইনা লিনরিবা অসিগা খেৎনবা খরসু লৈতবা নত্তে। খেৎনরক্লিবসি য়েল্লাং হেকপা চৎপগী মতাং অসিনি। নোংমা য়েলাং কেঙোই হেকপা চৎপদা খংহৌদনা হুমলকপা অকনবা নোংলৈ নুংসিৎ অমনা লাইরেম্বীবু চেনখৎতুনা পুখি হায়দুনা লিনরি। হৌজিকসু লম্বী লমখাংদা নোংলৈ নুংসিৎ থেংনরবদি লাই ওক্লগনি হায়দুনা কিন্নরি, থৈদোক্তুনা লৈনৈ। কবুইনসু ৱারী অসি লিনরি। লাইবেম্বীগী মিংবু মখোয়না গোলথং সাগৈগী দিনন্দেংলু হায়না কৌই। লৈরাং লৈসংগী মহুত্তা মখোয়গীনা লেংলৈ হায়বা লৈ অদু ওই।

মতিক লৈবা অকনবা খোইয়ুম অমনা অকনবা নোংলৈ নুংসিৎকী সক্তম লৌদুনা লাকলগা মসক মতৌ চঙখোল্লবী নিংথৌগী মচানুপী কয়া ফাদুনা পুখিবগী ৱারী য়ুরোপ অমসুং রুসিয়াগী ফুঙ্গা ৱারী অমদি লাইৱারীদা মরাং কায়না লৈরি। নোংচুপকী লাইরোন্দা মতিক লৈবা অকনবা নোংলৈ নুংসিৎ অসি গোদনা মালেম লৈসেম নোংসেমদ্রিঙৈগী মমাংদা লৈরম্বা অমদি লৈসেম-নোংসেম্বা মতমদা হারাবা লৈথিনগাই ওইখিবা লাকঙম ফাঙমদ্রবা সক্তি অদুনি হায়না লৌই। মহাক্কী সকওং অসি লিন লাই নৎত্রগা চীংলাই (Dragon) ওইনা লৈ। জীয়সনা মালেম লৈমা

গিয়াগী মচানুপা মসা তংখায় অমনা লিন ওইবা তংখায় অমনা মীওইবা তাইফুনবু হাৎলগা লাইগী নিংথৌ ওইখি। গোদনা নুংসিৎ হারাবা অসি নমথরগা মালেম লৈসেমখি। অদুবু লিন লাই অসিনা ইভতা ইনসিন্দুনা এদাম অমদি ইভবু গোদকী মায়য়োক্তা থবক তৌহনখি। **বাইবল** গী বুক ওফ রিভেলেসন (Book of Revelation) দা থরানমিচাক ১২গী লুহুপ উগ্নী, মখোঙদা থা থোকপী, নুমিৎকী ফি সেৎপী নুপী অমগী পোকপদা ঙায়রিবা মচানুপা (অপিকপা খ্রাইস) বু হাৎকদগী চোংসিল্লকখিবা চীংলাইবু অসুন্না মসক তাকলি,

> "The great dragon was . . . that ancient serpent called the devil or satan, who leads the whole world astray, (**The Holy Bible**, 1984:876).

নোংচুপকী ফুঙ্গা বারী অমদি লাইরোন্দা চীংলাইসিং অসিবু নমথরগা অকন অথৌ শকই অমদি মখোয়বু হাৎপা অদুনা হিরো ওই। মসি মরুওইনা খৃষ্টান লাইনিংনা পুরকপা ফলনি। গোদনা লৈশেম নোংশেমদ্রিঙৈগী চহি লিশিং তরেৎকী মমাংদগী হৌনা লিন লাই নৎত্রগা দ্রেগোন অসি লেভেন্টতা য়ান্না মরুওইবা লাই ওইদুনা লৈরম্মী,

> "In Eve's scene at the tree, for example, nothing so said to indicate that the serpent who appeared and spoke to her was a diety in his own right, who had been revered in the Levent for at least seven thousand years before the composition of the Book of Genesis. ( Joseph Campbell, **The Masks of God** Vol III, 1991:9 ).

নোংপোকলোমদদি য়েলহৌঙৈদগী হৌনা দ্রেগোনবু মহৌসা য়েলহৌঙৈগী অফবা অমসুং ফত্তবা অনিমক্কী অপুনবা মশক ওইনা, মহৌসাগী খঙবা ঙমদ্রবা মপাল নাইদ্রবা পাঙ্গল, মাংবা শিবা নাইদ্রবা সক্তিগী সক্তম অদুদা লেংদনা লৈরি। মায়কৈ অসোমদদা বৌদ্ব লাইনিংনা মরা তানা-চঙবা ঙমখি,

> For the last two thousand years Buddhism has mainly florished in rice-growing countries and little elsewhere. In addition, and that is much harder to explain, it has spread only into those countries which had previously had a cult of serpents or Dragons, and never made headway in those parts of the world which view the killing of dragon as a meritorious deed or blame serpents for mankind's ills (Edward Conze, 1980:12)

লিন লাই নৎত্রগা চিংলাই অসি ঈশিংগী মশকনি। লাইরোন্দা ঈশিং অসি পুন্সিগী খুদমনি, লাইরেম্বীগী মশকনি। চীনাদা য়িন্ অমসুং য়াঙগী হ্বাঙুরোন শাগৎলকপদা চিংলাইবু নুপীগী মশক ওইরিবা য়িন্ ওইনা লৌখি। মসিগা লোয়ননা নুপা থোকপা, থৌনাফবা, অকন-অথৌ অমসুং লৌশিংগী মশকসু চীংলাইনা ওইরি।

চীনাগী অরিবা লাইনিংদা সেন লুঙ (Shen Lung) হায়না খঙনবা চীংলাই অসি অফবা অমসুং ফত্তবা অনিমক থোকহনবা ঙম্বা, লৈথক অমসুং লৈখাগী মপুনি। মহাক্না তু-খোং পাৎ, তুরেন, ঈশিং ইরেল পুন্নমক্কী ঈখায়বা ইখায়বী ওইনা লৈ। লৈবাক নোংথক্কী মপু ওইনা মহাক্কী মনিংসানা লৈচিল ওইরি অমদি মদুনা নোং চুহন্দুনা মালেমবু সংহললি। ইকং থোকপা মতমদা চীংলাইবু খুরুমজদুনা তায়নৈ। চহিগী ওইনা পাং থোকপা চীংলাই হরাওবদা (Dragon Festival) চেনা শাবা অচৌবা চীংলাইগী সক্তম পুদুনা মীয়ামনা পরেং চৎতুনা মতম চানা নোং চুহন্দুনা মহে-মরোং চুমহনবা নিজবগী থৌরম পাংথোকই। করিগুম্বদা মতমদসু অচৌবা ঈশিং ঈচাও থোকহন্দুনা সাথিরবা অমাং অতা, অশি অনা থোকহল্লি। মীওইবদা নুংঙায় য়াইফবা পীবিরিবা সেন লুঙ হায়রিবা চীংলাই অসিগী ময়া মনুংদা থৌরবা থাং অমনা মীওইবগী অরানবা অশোয়বা মিকুপতা খংহৌদনা চৈরাক পীনবগী মীকুপ নাহুম সেন্নদুনা লৈ হায়দুনা থাজনৈ। চীংলাই অসি য়ান্না মনিং তম্বা মহাক্কী অনিংবগী মতুংইন্না নুংঙাই-য়াইফবা অমসুং অমাং অতা থোকহনবা ঙম্বা লাইনি।

লিরবা মতমদগী চীনাদা চীংলাই অসি লাইসা মরি (ইউনিকোর্ন, ফোনিক্স, থেন্সু অমসুং চীংলাই) গী মপু ওইনা খঙনরকই। মহাক্কী সক্তম অসি উটকী মকোক, মরাইবক্তা মুক্তা, সাংনা তাবা খদাংগী কোই, থেবগী মমিৎ, মরৈ ওইনা থৌরবা থাঙ, লিনগী মঙক, হঙোইগী মথা, ঙাগী মকু, খুনু খরংগী খুজিন, কৈগী খুবাম অসিনা ওই। মহাক্কী অনিংবগী মতুংইন্না পিকসিনগে, চাউথোক্কে অমদি মাংগে হায়বদু ঙম্মী। মালেম অসিদা লৈরিবা জীব পানবা পুমনক্কী মপু ওইরিবা চীংলাই অসি অকন-অথৌ অমসুং নিংথৌগী খুদম ওইনা সিজিন্নৈ। মতিক মথৌনাদা চীংলাইগা পান্দমনরবদি মী অদু মপা লৈতরবনি হায়বা খঙনৈ (Clifford H. Plopper, 1969:45-52).

মথক্তা পনখিবা কখুইগায়, ছন্দুং খুন্নাকপগী মচানুপী, খমলাং তাওবী, ঈরৈমা অমসুং চোতেনুগী হ্বারীসিংদা পাখংবা অসি লাইরেন, লিন অমদি শঙায়গী সক্তম লৌদুনা লাকপগী হ্বা য়াওরি। লাইন্নাগী হ্বারীদসু পাখংবনা অয়ুক নুংথিলগী মতমদা নুংজেং পাৎতা লিনগী শক্তমদা লাই ওইনা লাইরেম্বীসিংগা সান্নদুনা লৈবা অদুগা

নুমিদাংগী মতমদা মী ওইনা লৈমা লাইস্নাগী মনাক্তা লাকপগী বাফম থেংনখ্রে। ঈরৈমাগী বারীদা চীরেন য়াওবা লাইরেন পাখংবগী মসক অসি থেংনৈ। মচি অসি শঙায়গী মচিনি। নোংচুপলমগী লাইরোন্দা হাইব্রিদ (মী অমসুং শা-ঙাগা য়ানসিন্নবা সক্তম) কী মওংদা লাইগী সক্তম কয়া মরাং কায়না ফংই। মসি নোংপোক লমগী লাইরোন্দা য়ান্না তাংনো ফংই। মণিপুরগী লাইরোন্দদি হাইব্রিদকী সক্তম অসি চীরেন য়াওবা লাইরেন পাখংবগী সক্তম অসিদনি হায়বা য়াই। পাখংবগী থেনোল অমা লৌখৎতুনা য়েংবা য়াই,

হে গুরু লাইয়িংথৌ পাখংবা
তুবী য়েকসু য়েকসোইদা
লাইরেন য়েকসু মাঙদবা
হয়গোয় মসিঙসু লাইয়েং
ফিভম ফাবা। তুবী চীরেন পাংমনা
সনাগী লোঙখুম পঞ্জন হুকলিবা
লাইরেন চীরেন পাংমনা লুপাগী
লোঙখুম পঞ্জন হুকলিবা, য়ারেন
খোংজি খুদিংদা সনানা হাজং
য়ৈরিবা। নতু তুরক খুদিঙদা সনানা
কোং মোৎ চাইরিবা। তুবী চিনা হেল
লাইরেন লুনা বাংবা লাইয়িংথৌ।

(খুলেম চন্দ্রসেখর, ১৯৮৪:২৭)

চীনাদা চীংলাইনা অকন-অথৌ অমসুং নিংথৌগী খুদম ওইনা থমলবসু কন্‌ফুসিয়াননিজমগী য়িন্ অমসুং য়াংগী বাংঙুরোল সাগৎলকপদা, ইপা লাই অতিয়া সিদবা য়াংগী মসক্তা চীংলাইনা তীনবা ঙমখিদে। মণিপুরগী লাইরেন পাখং চীংলাইগী তোপ তোপ্পদি ইপা ইমাগী লাইনিং চাউখৎলকপদা মপা মপু পোকপা লাই ওইনা 'ইবুধৌ পাখংবা' ওইনা থোকলকপা ঙমখিবা অসিনি। মসিগী লিখুন লৈতবদি নত্তে।

চকপাগী লাইনিংথৌ সবাংনা শজি তানবা চৎপগী বারী অমা **অনোইরোল** দা য়াওরি,

হয়িঙৈদা নোইববু সোরারেন্না নোইএ
কোরৌরেন্না নোইববু চকপরেন্না উরকএ

চকপা সবাংবনা সবাং মেলোংবনা
মেলোং হামেংমিৎনা য়াওরৌ তান'দা উরকএ
সজী তান'দা খঙলকএ য়াওরৌ সজী তানবদা
সজী কুরাং তানবা য়াওবৌ সজীতেংদুবু
লাবা খুমন তাননা য়াঙদৌ সারম লীবদা
কোরৌরোমদা তানখৎলে খোইমোম থৌনা
নোইঙমএ লাইযিংথৌনা নোইএ ।। ১।।

সোরারেন্না নোইএ ৱাহোং নোইবু নোইএ
পুংফা নোইবু নোইঙমএ যাইফ নোইবু নোইঙমএ
কোরৌচিন্দগী উবকএ
কোরী মথকচিন মেনোংমিৎনা নোইবকএ
হামেংমিৎনা নোইরকএ সজী তানবনা নোইরকএ
কুরাং তানবনা নোইবকএ
চীঙুথংবা নোংনিংথৌ পাখংবনা নোইএ
য়োইরেনবনা নোইএ নোংথৌরেননা নোইএ
সোরারেন্না নোইববু চকপরেন্না নোইতমএ
সরাং মেলোংবনা ময়ুম হেমচেং নাক্তা
নুংনাং নোইবু নোইতমএ।। ২।।
চকপা মসাই কোন্দা চৈরৈ সঙখন্না
ফিঙৌথক্তা খন্না চকপরেন্না নোইএ
হেমচেংবনা নোইএ সুপ্না চিংনা নোইএ
চকপরেন্না নোইবদি হেমচেং চনুগা
চকপা য়োমলোই হৌনা কোরৌ নোইবু নোইতমএ
নুংনাং নোইবু নোইতমএ কোরৌ ৱায়না নোইএ
নোইনা হৌনা নোইএ ঙমদমহৌনা নোইএ
খোইয়ুম থৌগী নোইতমএ নোইচুনেসে সম।।৩।।

চকপগী লাইসবাংনা শজী তানবদা শজীনা নোংথকলোমদা চেনখৎতুনা লাইরেপাক্কী ফজববু উহনখি। কলাগী ফজবনা লাইরমলেন তানবগী ৱাংলবা ৱাখনলোনবু চকপা সবাংবনা মালেমদা পুথরক্তুনা মীওইবদা তম্বীখি। শজী অসি চকপগী মপা মপু

পোকপা, অফ নুংঙাই পীবীবা লাইশা নৎত্রগা তোতেম এনিমেলনি। চকপনা 'চকপা অরিবা সবাং অথুপ্পা, চকপা পোকপা সোরারেন অচিববু' থৌনিজবা ওইনা চহিগী থৌরম অহমবু কায়বা লৈতনা চেকসিন্না পাংথোকই। থৌরমসিং অদুদি লাইশা কৎপা, খোই কৎপা অমসুং হরাওবা অসিনি। লাইশা কৎপা অসি ফাইরেন নৎত্রগা লমতা থাদা অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা পাংথোকই।

চকপা ফয়েংনা হয়েং লাইসা তাগনি হায়বা নুমিৎ অদুদা য়েন অমা থাদোকলবা মতুংদা, তান্নদুনা ফারগা লাইদা কৎলি। শারৌ অদুসু অমুক কৎলগা ময়াম চংনা চামিন্নে। লাইশা তানবা মতমদা খুলগী (১) খুলাকপা (২) লুপলাকপা (৩) তোঙ্লোই হঞ্জবা (৪) তোঙ্লোই হিদং (৫) য়ুপানবা (৬) খুঞ্জামু (৭) হিদং লাকপা (৮) লৌমী লাকপা (৯) লৌমী হিদং (১০) পাখংলাকপা (১১) নহাবাকপা (১২) চবোন হঞ্জবা (১৩) সেলুংবা অসিনা লুচিংদুনা অয়ুক অঙনবদগী শা তানবা য়াওবা ঙম্বা নুপা পুন্নমক শা তানবা চৎকনি। লাং থাক্তুনা শজী অদু থৎচিন্দুনা ফারগা তানা থিন্দুনা হাৎকনি। শা অদু খুন্দা 'হোই' লাউদুনা পুরকলগা খুলগী লাইবুংদা পুদুনা লাইদা কৎকনি। শাবাং ওইনা য়েন অমা হাপতুনা কৎলি। শানা লাবা ওইরগা য়েন অদু মমোম অদুগা শানা অমোম ওইরগা য়েননা লাবা ওইগনি। য়ুমথোং খুদিংগী চেং সরুক পুখৎনরকলগা নুপা নুপী ময়াম চঙনা থোংলগা লাইদা কৎলগা ময়াম পুন্না চামিন্নদুনা লাইশা কৎপগী থৌরম লোয়সিল্লি।

লাইশা শজী ফাবা চৎত্রিঙৈদা য়েন ফাবগী লাইথৌ অমা পাংথোকলিবা অমদি লাইশা ফারকলগা লাইদা কৎপা মতমদা য়েন অমা শবাং ওইনা হাপলিবা অসি য়েংবা য়াই। ফৌওইবী খুরুম্বদসু য়েন অসি য়াওদবা য়াদবা অমা ওইরি। কবুইগী অয়াম্বা লাইথৌ পুন্নমক য়েন য়াওদবা য়াদে। মৈতৈগী হিন্দু ধর্ম্ম চৎত্রিঙৈ মমাংগী লাইথৌ অয়াম্বা য়েন য়াওই। হৌজিক্কী মতমদা য়েন অসি অহিংবা ওইনা কৎলি। য়েন অসি ঐখোয়গী মণিপুরগী অঙনবা মতমগী লৈসেম নোংসেম্বগা মরি লৈনবা য়াম্না মরুওইবা লাইশা অমনি। মালেম অসি অহানবদা ইমম মমদুনা অমমবনা কুপতুনা লৈরম্বদগী য়েম্বা অমা থোরক্তুনা থোংলকপদগী নুমিৎ থোরকখি অমদি তেংবান অসি ওইরকখি হায়বা থাজনবী অসি হৌজিকসু মহৌসাগী লাইনিং থাদোক্লিবা কবুইগী লাইরোনদা লৈরি (মরুঙ্লুং রেম্মৈ, ১৯৮৯ঃ৪)। মালেমগী অয়াম্বা লাইরোন্দা য়েম্বা অসি নুমিৎকী মসক ওইনা, নুমিৎকী পাওজেন পুবা ওইনা খঙনৈ।

চকপা ফয়েংনা খোই কৎপগী লাইথৌ অসি লাংবন নৎত্রগা মেরা থাদা পাং-থোকই। খোই ফানবগীদমক অহানবদা ঙমু অরৌবা অমা চৈনা লেংলগা খোইচাক

থাদুনা থম্মী। খোই পাইরক্তুনা ঙা অদু চারিঙৌদা ব্বা মপ্রাম অশেম্বা অদু খোইদা কিসিনহৌই। খোইনা পাইখ্রবদা ব্বা মপ্রামগী অঙৌবা অদু য়েং য়েংদুনা খোই মহুম তান্না ইন্নরগা খোই থোকলুই। খোই অসি ঙানম ওইনা নমদুনা মুলহল্লগা লাইদা কৎলি। অদুগী তুংদা ময়াম য়েন্নদুনা চামিম্লে। লাই হরাওবগী লাইরোই নুমিৎতা তাংখুল পাখংবনা খোই লোক্তুনা চাবগী মতাং অমা অরুম্বা লাইথৌ অমা ওইনা থাদোকপা য়াদনা হাপলি।

খোই অসি পোইরৈতোন্না খুম্ভোরকপদা য়াওরকপা য়াম্না মরুওইবা তোতেম ওইনা লৌবা লাইতিন অমনি। পোইরৈতোন অমসুং মাগী কাংবুনা শুকংদগী মপান থোকলবদা খুনমারোঙ অথৌবা অমসুং মাইমারোঙ অকনবা অনিবু লম্বী চিংহন্দুনা মাঙ থাহন্দুনা চৎহনখি। মখোয় অনি অদু লম্বীদা লৈরম্বা কৈ অচৌবা অমনা চাথোকখ্রে। মখোয়না মথং মথং কৈদু হাৎনবা হোৎনবদা কনামতদা ঙমদ্রবদা খোই অমা চোং থোরকখি। মহাক্না কৈ অদুগী মতু তুরক্তা চঙ চঙদুনা চিকলবদা কৈদু খাঙবা ঙমলক্রদুনা চৈনখি। অসুন্না খোইনা ময়াম অদুগী থবায় কনখি।

খোই অসি পাখংবগী মশক ওইনসু লৌই। কনাগুম্বগী য়ুমদা খোই শারবদি, খোইগী মমায় মতুংইন্না অফ-ফত্ত খুদম চাংদম পী হায়দুনা থাজনৈ। অফবগী খুদম ফংলবদি হৌনবী মতুং ইন্না কবোক অতুম অহাও কৎতুনা অফবা বর নিনৈ। ফত্তবগী খুদম ওইনা ফংলবদি হৌনবী মতুং ইন্না হৈকৎ-লৈকৎ তমদুনা তাইনৈ। তাইনবগী মরোল থরদং মথাদা থমলি,

খোইচিকচেং খ্বাইনৌবা খোইবাংচেং খ্বাংনৌবা
খোইরাই পাখংবা ও ঙালেন য়ুসুংবা
খোইঙাল য়িমচংবও খোইনাল চাক্তবাও
খোইমু চাকহোনবও খোইঙৌ ককচেং লেন ও
য়োইমোংবগী য়ুমদা কদৌবা নহুম সারম্বনো সাফারোই
নচাক অসি চাদুনা হনখিয়ো হল্লক তেরক্তুনো।

(ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র, ১৯৮৮:৪০)

খোইরা অমদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিবসি খোইমপীনি। খোইবু অরিবা মতমদগী হৌনা থবক কনবা, মসা নানবা অমদি পুন্না হিংমীন্নবগীদমক খংনরকই। অরিবা ইজিপ্টকী মীনা খোইবু থবায়গী খুদম ওইনা লৌই। বিসি ২০০০গী মতমদা মীওন্

(Mion) না খোইবু সনানা লৈতেং ওইনা সাদুনা সিজিন্নরম্মী। মণিপুরগী মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈক্ষাবানা খৃ: কুম ৯৬৯ দা খোইবু ফনেক ফিবান্দা লোন্দুনা সিজিন্নবা হৌদোকখি। লিলনা মকু হুরগা অনৌবা পুস্নি অমুক ফংবগুম খোইনা নিংথমথাদা শিরগা কালেন য়ৌরকপদা অমুক পাইরকপা উরগা  নোংচুপকী লাইরোন্দা খোইবু পোকপা শিবগী খুদম ওইনা লৌই।

খমনুংদগী মীওইবনা মালেমদা খুনথোরকপা মতমদা সুরুংগী মচিন্দা থিংদুনা লৈরম্বা নুঙজাওবু শন্দং নৎত্রগা ইরোই মচিনা ইনথোক্তুনা মীওইবনা তেংবান্দা থোরকখি হায়না লাইরোন্দা থাজবা মণিপুরগী অয়াম্বা কাংলুপসিংগী লাইশা অসি শন্দং নৎত্রগা ইরোইনি। অসুম্না মালেমদা খুনথোরকখিবা পোইরৈতোন অমসুং লৈমা লৈনাওতাবিগী মচা মসুশিং শিবা নাবা হাকমনবদগী লৈনুং থোঙারেন্না তাকলকপগী মতুংইন্না পোইরৈতোন্না তাইবংদা থোরকফম ওইখিবা সুরুং মচিনগী নুঙজাও অদু মচিনা ইনথোকপিখিবা শনবী অদু কৎতুনা হাৎলগা (ময়াম চামিন্নবগী) অশিব্বগী ইরাৎ-থৌনি অমা পাংথোকলগা মচা মসু শিবা নাবদগী কনখি।

শন, শন্দং ইরোইনচিংবা মচি পানবা শাবু মালেমগী অয়াম্বা মফমদা তোতেম এনিমেল ওইনা লৌই। মচিনা শাগী মতিক খঙহনবগুম মচি পানবা শাবু অরিবা নুঙগী যুগতগী হৌনা সক্তিগী মসক ওইনা লৌরকই। শনবু কুইরবা মতমদগী বেবিলোন্দা লাইরেম্বীগী মসক ওইনা লৌই। ইজিপ্ট অমসুং ভারত্তা শনবীবু লাইবেম্বী ওইনা লৌই। শন মচি অনিগী থা মচেৎ সানা কোইববু থাগী খুদম ওইনা লৌদুনা পোকপা শিবগী খুদম ওইনা মহৌসাগী ৰাৎপা লৈত্রবা হন্না হন্না পোকলকপা ঙম্বা সক্তিগী মসক ওইনা লৌই। মচিনা নুপা ওইবগী মপা ওইবগী মতিক ফোংদোকপা ওইনসু লৌই। য়ুরোপতা মরু ওইনা খা থংবা ফ্রান্সতা সুরুংগী ফক্লাংদা বি সি ৩০,০০০ গী মতমদা অরিবা নুঙগী যুগকী মীনা শাদানবা কাংবুগী নুপা মাইবী নৎত্রগা সামানশিংগী মকোক্তা শন, শজিনচিংবা মচি হাপ্পা শাগী কোমাই সিজিন্নদুনা শাশিংবু সুমহৎপা মেজিক রিচুয়েলগী সক্তম কয়া সুরুংগী ফকলাংদা হকলম্মী। শাদানবা সমাজনা নোংথক্কী অকনবা লাই নুপা লাৎলি। মীগা লাইগা সমনবগী থবক অসি সামানশিংনা তৌই। হৌজিকসু সাইবেরিয়াগী মনুং চঙসিনবা লমদমদা সামানশিংনা লাইগা সমনবগী থবক অসি চৎথরি। মণিপুরগী অয়াম্বা চীংদা খুন্দাবা কাংবুশিংগী লাইরোন অসি শাদানবগী লাইরোননি। হৌজিকসু খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎত্রিবা চীংমী কাংবুশিংগী মাইবশিংনা লাইগা সমনবগী থবক অসি চৎথরি। অঙনবা নুঙগী যুগকী মীনা মফি সেৎতবী, অঙাং পোকপগা মরি লৈনবা হকচাং কয়াৎ মরাং কায়না উৎথোকপী নুপীগী মুর্ত্তিশিংবু

লাৎলম্মী। নুপীগী হকচাং অসিমক মহৌসাগী অরোনবা অঙকপা ফোংদোকপা মসক ওইনা লৌরম্মী। অদুগা শাদানবা খুন্নাইগী নুপা মাইবশিংনা শাগী মচি হাপচিন্দুনা, নুপাগী মপা ওইবা ভম্বা শক্তি ফোংদোকপা মসক্কী খুদম ওইনা সিজিনরকই। য়ুরোপতা নোং থক্কী অকনবা লাই নুপা লাৎপগী লাইনিং অমসুং লিন অমসুং শনবু লাইরেম্বী ওইনা লৌনরম্বা লাইনিংগা অনি অসি শনগী মচি পানবা লিন নৎত্রগা লাইরেনগী মশক্তা তাইনফম, সিন্থেসিস পুরকখি।

নোংপোক্কী লাইরোন্দা শজীগী মচিবু লিন নৎত্রগা লাইরেনদা হাপচিন্দুনা লাইনিংথৌগী মশক সাগৎলকখি। Trois Frères কী খ্বায়দগী চাউরবা সুরুংগী হোল অমদা শাগী সংসার নৎত্রগা তেংবান অসিগী মপু ওইবা, মতিক লৈরবা মী অমসুং শা-উচেক মখল কয়াগী হাইব্রিদ অমা, সুরুংগী নুঙগী ফক্লাংদা অরিবা নুঙগী যুগকী মীনা হক্তুনা থনম্মী। মহাকপু "Sorcerer of Trois Frères" হায়না খঙনৈ। মহাক্কী মচি অসি শঙাইগুম্না পীসুমদা হৌজিম্বা (antlered head) শজী মখল অমগীনি। চীনাগী চীংলাই অসি মখল কয়াগী শা উচেক অমসুং লাইরেনগী হাইব্রিদতা শজীগী মচি পানবনি। মসিনা শজীবু য়াম্না মরু ওইবা লাইশা ওইনা লৌনরম্মী হায়বদু তাকই। য়ুরোসিয়াগী অবাং থংবা মায়কৈদা রেন্দীয়ার সজী চীরোংবীবু থাগী খুদম ওইনা লৌরম্মী। মখোয়না শিরবা মতুংদা শজী অসিনা মীওইবগী থবায়বু অশি লমদা লমজিংদুনা পুই হায়দুনা থাজনরম্মী। নুঙগী যুগকী মীনা সুরুংগী ফক্লাংদা রেনন্দীয়ার কয়া হক্তুনা থনম্মী। নুঙগী যুগকী মমাংদা মীওইবনা রেন্দীয়র অমসুং মোনমথ্ তান্দুনা মখোয়তবু চাদুনা হিংলম্মী। মতম অদুবু রেন্দীয়ারগী যুগ হায়না খঙনৈ।

মণিপুরগী লাইরোন্দসু অঙনবা মতমদা লিনবু লাইরেম্বীগী মসক ওইনা লৌনরম্মী। শন অমসুং ইরোইনা শাদানবা সমাজগী অতিয়া গুরু সিদবা অমসুং সনামহিগী মসক ওইনা লৈরকপা মতমদা লিন নৎত্রগা লাইরেন্না পাখংবগী মসক ওইনা লৈ। নোংদা লাইরেন পাখংবনা পোইরৈতোনবু মায়য়োক্লবা লানফমদা মায়থিবা পীথিবা অসি মরুওইনা মৈতৈ হায়না খঙনরিবা কাংবুগী লাইনিংগী ইতিহাসতা য়াম্না মরুওইবা অমনি। নোংদা লাইরেন পাখংবনা মমা লাইরেম্বী লাইনিংবু লৌসিন্দুনা নোংথক্কী মপা লাইনিংথৌগী লাইনিংগা অনিগী মরক্তা য়ানবা পুরকখি অমদি শঙাইগী মচিবু চীরেন ওইবা লোইদাম থাজ তুবী লাইরেন পাখংবগী মসক্তা লৈথক লৈখা অনিগী লাইনিংথৌ ওইখি।

শন, ইরোই, ওক, য়েন অমদি শজীবু লাইশা ওইনা ইরাৎ-থৌনিগী সরুক অমা ওইনা ময়াম চামিন্নবগী থৌ পাংথোক্লবসু পাখংববু মপা মপু লাই ওইনা নিংবা

মৈতৈনা লিন অমসুং লাইরেবুদি চারমদে, নামুংলম্মী। অদুবু কবুইগী ফুঙ্গা বারী কখুইগায়গী মতুংইন্নদি তেবু (taboo) অসি অহানবদা লৈরমদে কোন্না লৈরকখিবনি হায়বা খঙই। কখুইগায়না নিংথিনা পাংথোকপা ইরাৎ-থৌনি অমদা লাইরেন মকোক কক্লগা ময়াম চামিন্নখি। লাইরেনগী মবুক মনুংদা সেনবুং অমা য়াওরমদুনা নুংঙাই য়াইফবা পুরকখি অমদি অহোংয়ুম ফাওবা সাখি। মথংগী থৌদোক অমদা কখুইগায়না লাং থাক্লুনা লাইরেন অমা ফাখি। লাইরেন অদু মখুলদগী চিংথোকপগী লোয়বা নাইদ্রবদা অঙম্বা সরুক অদুতমক চিংথোকলগা খুল ময়াম য়েন্নদুনা চামিন্নখি। লুখ্রাবী অমখক্তী হয়েং নোংঙাল্লগা চারগে খন্দুনা মাগী সরুক পোল্লাংখোক্তা য়ান্দুনা থম্মীরম্বা অদু লৌসিনহৌদে। অহিং অদুদা লাইরেন চারম্বা ময়ামদু কখুইগাই য়াওনা লাইরেন ওনখি অমদি মখোয়গী খুল অদু নমথখিদুনা হৌজিক্কী লৈমতাক লোক অসি ওইখি। লুখ্রাবী অদুগা মাগী য়ুম্ফম অদুতমক হৌজিক্কী লৈমতাক্কী মনাক্তা লৈরিবা লুখ্রাবী যুমফম অশি ওইনা লেমহৌই। বারী অসি লৈমতাক্তা লাইরেন য়াম্না লৈরিবা অমদি লুখ্রাবী য়ুম্ফমগী মিথ ওইনা লৈ। মৈতৈগী থাজনবীদা লাইরেন ওকনবা নৎত্রগা চারম্বা মীদি অশি অনা নংই নৎত্রগা লাইরেন ওন্দুনা চৎখি হায়দুনা থাজনৈ। মাইবী চংলবা মীদি ঙাক্রা, ঙাকিজৌনচিংবা মচি পানবা ঙা ফাওবা চাদে। পাখংবগী য়েক ওইবা নিংথৌজা সলাইগী মীনা ঙাপ্রুম, ঙারিন অমদি সেবোৎ লিনমানবীনচিংবা লিন মানবা নৎত্রগা লিনগী মওংগা নল্লবা ঙা অমদি মনা মশিং কয়া চাবা য়াদে। নামুংবা (taboo) ওইনা  থম্মী। পাইতেগী ফুঙ্গা বারী থাংহৌ অমদি লিয়ানদৌগী বারীদা ফৌওইবীনা ওনবা লিন অমবু ব্বাক্কী মখুৎতগী কনবিখি। মদুগী মহে ওইনা মখোয় অসি নুংঙাই য়াইফবা ওইখি। মালেকুলাগী নুঙগী যুগকী মীনসু অশিবগী ইরাৎ থৌনিদা কৎপা ওক্কী ওকসা অদু চাহৈদবা নামুংবা ওইনা থম্মী।

পাখংবগী লাইসা ওইনা লৈবা লিন নৎত্রগা লাইরেনবু লাইসা, তোতেম এনিমেল নৎত্রগা নামুংশো ওইনা ইরাৎ-থৌনিগী শরুক ওইনা চাহৈদবা ওইনা থমলবসু শঙাইবুদি চারম্মী। শঙাই অসি পাখংবগী লাইসানি। ঈরৈমগী বারীদা পাখংবনা শঙাই ওন্দুনা লাকখি। অহোঙ কুম্মৈ নৎত্রগা হোঙনেম্বগী ইরাৎ-থৌনিদা কৎতুনা হাৎপা ইরোই অমদি শন্দং মকোকবু  য়ুমমাইদা হাপতুনা য়ুম্বুগী তৌবা ঙম্বা মতিক মথৌনা তাকপগী মওং ওইনা শিজিনরিবা খৃষ্টান চৎত্রিবা মীওইশিংগী য়ুম কয়া লৈরি। হিন্দু ধর্ম্ম চৎলবসু মৈতৈ অঙম-অথৌ নৎত্রগা নুংঙাই-য়াইফবশিংগী য়ুমগী মাঙ্গোলদা মপুং ফারবা শঙাই লাবগী মচি য়াওবা শাকোক থেৎতুনা মতিক ফোংদোকপা হৌজিক ফাওবা চৎনরি।

পোইরৈতোনগী খানিং মিকোন চৎপা, শন, শন্দং অমদি ইরোইবু লাইসা ওইনা লৌবা কাংবু অসিনা অনৌবা নুঙগী যুগ য়ৌরক্নুনা লৌউ-শিংউবা হৈরক্নুনা তম্পাক্তা খুন্দাদুনা লেংদনা লৈরকপদগী সঙাইগী চি য়াওবা লাইরেনগী সক্তমদা তুবী লাইরেন পাখংবা লাৎপা হৌনখি। ঐখোয়গী লাইরোন্দা অতিয়া গুরু সিদবা অমদি সনামহিবু পাখংবগী মপা অমদি ময়াম্বা ওইনা লৈরি। অতিয়া গুরু সিদবা অমদি মহাক্কা মান্নবা মচানুপা সনামহিগা অনি অসিগী লাইসাদি শননি। লৌউ-শিং উবগী পুক্সিদা ঈশিং হায়বসি য়াওদ্রবা য়াদ্রবা অমনি। মালেম লৈবাক অসিদা ফৌ হায়বসি হৌরকই। মরম অসিদগী অঙনবা অরিবা নুঙগী যুগতা লৈখিবা লাইরেম্বী লাৎপগী লাইনিং অদু ময়াইথংবা অরিবা নুঙগী যুগকী শাদানবা খুন্নাইনা লাৎপা নোং থক্কী মপা লাই লাৎপগী লাইনিংগা পুনশিন্নবা লাইনিং মওং অমা লৌউবগী খুন্নাই অদুগী য়ুমফমদা থোকচরকখি। মরম অসিনা তম্পাক্তা খুন্দাদুনা লৌউবগী পোখোকতা মপুং ওইনা তাংজদুনা হিংখিবা কাংবুনা পাখংববু লাৎখি।

লিন লাই অসি মীওইবনা শাদগী খায়দোরক্নুনা তোঙানবা কাংবু ওইনা থোরক্নুনা মী ওইরকপা অসিগা চপ মান্ননা কুইরবনি। অরিবা নুঙগী যুগতা শাহোংবা ঙাহোংবগী, পোকপা অমসুং শিবগী অরোনবগী মশক ওইবী লাইরেম্বীনি। অনৌবা নুঙগী যুগতা লৌউবা খুন্নাইদা ফৌগী লাইরেম্মনি। চহি খুদিংগী ফৌ পাম্বীনা শিরগা চহি খুদিংগী পোকলিবা, পোকপা শিবগী তৎপা লৈত্রবা, খম্বা লৈত্রবা তেংবান-পুক্সি ইচেলবু, মমৈবু ময়ানা চিকলিবা তুবী লাইরেন পাখংবগী মশকনা ফোংদোক্লি। চিরেন হাপলকপদগী মপু মপু পোকপা মবুধৌগী মশকসু পুনসিলক্রে। 'পন্থৌ হায়না কৌরগা হাওবু খুমলিবা, পলেম হায়নবু কৌরগা হাও হায়নবু খুমলিবা, পলেম-পন্থৌ অনিগী অপুনবা শক্তম' অদু পাখংবা হায়বা লাই অসিদা উবা ফংই।

অরিবা নুঙগী যুগতগী পোইরৈতোনগী খানিংমিকোন চৎপা শাদানবগী পুক্সিদা মপুং ওইনা লৈখিবা কাংবুগী মফমদদি মওং অসি য়ৌনা চংসিন্নকপা ঙমখিদে। কবুইগী মৈহৌরোলদা চরাং থিংরংপুইনা মচা ওইনা মরুম নিপান কোক্নুনা তাইবং মীগী মমা ওইখি। মাওগী লাইরোন্দা নুপী অমখকপু লৈচিলনা য়োমশিলম্বদগী মীরোন্দুনা মচা পোকলগা তাইবং মীওইবগী মমা ওইখি। অসুম্না মপা য়াওদনা মমাতনা মীপোক মীশেমলকপগী লাইরোন লৈদুনসু চীংদা খুন্দারিবা শা তানবা পুক্সিদা লৈহৌবা কাংবুনা নোংথক্তা লৈবা তেংবান মপু অমতমক মমা য়াওদনা লাৎখি। তম্পাক্তা খুন্দাবা মৈতৈনা তেংবান মপু অসি অতিয়া গুরু শিদবা অতিং কোক নৎত্রগা সনামহী, কবুইনা তিংকাও রাগোং, তাংখুলনা অমেউ, কোমনা পথিন

অসিনচিংবা হায়দুনা খঙনৈ। লোন খেৎনবগী মতুং ইন্না মমিং খেৎনরবসু মসক্তী অতিয়াদা লৈবা তেংবান মপু, পুমনমকপু সেম্বীবা মপা হায়বনি। মসি কনানা কনাদগী লৌবা নৎত্রেগা তম্বা নত্তে। মৈহৌরোন্দগী হৌনা মালেম থুংনা শাদানবা খুন্নাইনা অতিয়াদা লৈবা মপা লাই অমা নিংলকলবনি। তাংখুলনা অমেউগী খুবম ওইনা চফু অমা ইমুংদা থম্মী। নোংমগী ফারক ফারকপা শাগী মনা মরৈনচিংবা কৎপা মতমদা চফু অদুদা হাপ্পী। কোমনা অতিয়াগী কাসা লাইবু কোৎ মনুংদা চফু অমদা নুঙ ওইনা হাপতুনা থম্মী। কুমগী চবি চনৌ কৎপা মতমদা চফু অদুগা হৈজিন্দুনা কৎলি। চফু অসি কুইরবা মতমদগী হৌনা লাইরেম্বীগী খুদম ওইনা মমাগী সিয়োম ওইনা লৌরকলবনি। চফু অমদা ঈশিং থন্না হাপলগা লৈমরেন শিদবীগী মশক ওইনা মণিপুর তম্পাক্তা খুন্দাবনা লাৎলি। অসুম্না চীংগী লাইনিং মওংদা লাইরেম্বীগী মশক য়াওরবসু লাইরোন্দদি মশক থোক্লা লৈবা ঙমদে। পোইরৈতোনগী খানিং মিকোন চৎলিবা, নোংথক্কী মপা লাই লাৎপা কাংবুশিংগী নুপী মাইবী লৈতে। মখোয়দা লৈরিবদি নুপা মাইবী অমদি মাইবনি।

শাদানবা খুন্নাইনা পুথোরকপা পোইরৈতোনগী খানিং মিকোন্না লন্নাই মীওইবগী তৌবা ঙম্বা মতিক'পু ইরাৎতুনা মতিক অসিবু শাৎতোকহল্লি। লৌউবা খুন্নাই ওলক্তুনা, অপুনবা মীওই কাংলুপ ওইনা, অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা হিং মীন্নবগা পুন্সি লোন্দা চঙলকলবদা 'অপুনবা মীওইবগী মশক' অমা হাপকৎলকই। শা তানবগী তম্বা ঙমদ্রবা লাইবক পুদুনা, ঙমখৈ নাইদ্রবা অশিবগী লমদা পম্বুং থিদুনা চৎলিবা থবায়বু, মালেমদা হন্না হন্না পোকপনা লান্নফম অমা পীদুনা মীওইবগী নুং গী ওইবা ৱাহংগী পাউখুমবু লৌউবা খুন্নাইনা পীরকলি।

অসিগুম্বা লাইনিং অসিনা থবায়গী অইংবা, পুক্নীংগী তাংথক লৈত্রবা মপুম ফারবা সক্তম অমসুং মাংদা সঙ সঙ উরিবা তেংবান অসিগগী মরক্তা খল অমা সেমজবা ঙমহন্দুনা মীওইবদা য়াওরিবা নুংগী অনৌ অনৌবা সেম্বা ঙম্বগী সক্তিবু মপুং ফানা সাৎতোকহনখি। মালেমদা ঙসি মৈতৈশিংনা পোঙজরিবা মণিপুরগী তোপ তোপ্পা নাৎকী সক্তম অসি অসিগুম্বা পুকনিং মতা অসিগী পোখোকনি।

লাইনিং মীৎয়েং অসিনা লমদম অসিগী ইতিহাস সাগৎহন্দুনা মীখা পোন্দবা ময়ুম অমা পীবীরমখি।

### মঙাশুবা শরুক

# মাইকৈ ঙাকপা লাই মরি অমসুং মখোয়গী লৈমশিং

লাই হরাওবগী লাইরোই নুমিৎতা মাইবী অনিনা জিওমিত্রিকেল ওইবা লৈইশিংদা, মোইরাং লাইজিদগী লাকপা মাইবীগা চিংখৈদগী লাকপা মাইবীগা ময়াই চপ চানা থাঙ অমদি ফিরাল চুনবা, মৈরমদগী লাকপা মাইবীগা কৌব্রুদগী লাকপা মাইবীগা ময়াই চপ চানা থাঙ অমসুং ফিরাল অমুক হন্না চুনদুনা শাবা জগোয়গী মতাংদা অনিশুবা চেপ্তরগী সরম তাংখুল নুরাবীগী মতাংদা পনখ্রে। মৈতৈগী লাইতীনগী ৱারীদা মাইকৈ মরি অমদি মঙাশুবা ওইনা ময়াই চপ চানা মাইবী অনিনা থাঙ অমসুং ফিরাল চুনফম মফম, পুন্না মফম মঙা অসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি। কংলাগী মাইকৈ মরিদা লাইরেম্বী মরিনা ঙাক্কুনা লৈবগী ৱাফম মথক্তা ১(৩) পনখ্রে। মণিপুর তম্পাকলম অসিগী মাইকৈ মরিদা লৈরিবা লাইশিংদি - মোইরাং লাইজিদা থাংজিং, চীংখৈদা মারজিং, মৈরমদা ৱাংব্রেন অমসুং কৌব্রু মাইকৈদা কৌব্রু অসিনি। ময়াইথংবা মঙাশুবা মফম অসিদা লাইগী নিংথৌ ওইনা লৈরিবনা লাইরেন পাখংবনি। মাইকৈ মরিদা লৈরিবা লাইশিংগী লাইফম অসি ৱাংব্রেনগী নত্তুনা অতৈ অহুম হায়বদি থাংজিং, মারজিং অমসুং কৌব্রুগী খুবমশিং অৱাংবা চীংজাউশিংগী মতোন্দা লৈ। ৱাংব্রেনগী লৈফমদি ঈশিংদনি। লৈতোংশিংবু লাইরেম্বীগী খুদম ওইনা লাৎনবা মথক্কী ১(৩) দসু পনখ্রে। নিয়ার ইস্টতা অরিবা মতমদা লাইরেম্বীশিংবু অৱাংবা চীংদোন্দা খুবম শেমদুনা লাৎনরম্মী। ওলিমপস চীংজাউগী (Mt.Olympus) মতোন্দা লাইনিংথৌ জিয়ুস লাৎত্রিঙৈগী মমাংদা লাৎনরম্বা মালেম লৈমা গিয়া (Gea) বু আরকাদিয়াগী থাউমাসিয়ম চীংদোন্দা (Mt. Thaumasium) লাৎনরম্মী। অসুন্না লাইরেম্বীশিংবু অঙনবা মতমদা চীংদোনশিংদা লাৎনরম্মী,

Etymologically Cybele was the goddess of caverns. She

personified the earth in its primitive and savage state and was worshipped on the tops of mountains on Ida in Phryogia, on Berecyntus, Sipyle, Dindymus She exercised dominion over wild beasts who habitually formed part of her retinue [১]

মণিপুর তম্পাক্কী মাইকৈ মরিদা লৈরিবা লাই মরি হায়বদি থাংজিং, মারজিং, কৌব্রু অমসুং ৱাংব্রেন নৎত্রগা ৱাংপুরেন হায়রিবা লাইশিং অসিনা চীংজাউশিংগী মতোন্দা মখোয়গী খুবমগা লোইননা মাইকৈ ঙাকপা লাই ওইনা লৈরবসু মিথোলোজিগী মীৎয়েংদা মখোয়গী ৱারীশিং অসি মবিক চুম্বা অমদি মখোং শেংবা ৱাৎপগুম তৌই। অমরোমদা মখোয়গী লৈমশিং অসিগী মিথোলোজিনা হেন্না মরিক চুন্না থেংনৈ। মাইকৈ ঙাকপা লাই মবি অমদি মখোয়গী লৈমশিংগী মরু ওইবা ৱারোল মখাগী অসিনি।

## (১) থাংজিং

মৈতৈগী লাই- তীনগী ৱারীগী মতুংইননা থাংজিংনা মণিপুর তম্পাক্কী খা-নোংচুপ নৎত্রগা শনথোং হায়না খঙনবা মাইগৈ অসিদা লৈদুনা মাইকৈ অসোম্বু ঙাকই হায়দুনা লৈ। থাংজিং লাইনা লৈবদগী মাইকৈ অসিবু মোইরাং লাইজি হায়নসু খঙনৈ। মাইকৈ অসোমদা থাংজিংগী খুবম কয়ামুক চীং অমসুং তমদা শন্দোক্লুনা লৈরি। খ্বাইগী মরুওইবদি থাংজিং চীংজাউগী মতোন্দা লৈরিবা খুবম অসিনি।

শনথোং মাইকৈ অসি মৈতৈনা য়াম্না মরুওইবা অরুবা মাইকৈ ওইনা লৌই। লাই হরাওবগী লাইরোই নুমিৎকী তাংখুল নুরাবীগী মতাং হৌরকপদা থাংজিং মাইকৈ শনথোং অসিদা লাইবৌলা থাদুনা, মাইকৈ অসিদা মরুওইবা হৈকৎ লৈকৎ তমদুনা থৌরম অসি পাংথোকই। মমাই নোংপোক ওন্দুনা শাবা মৈতৈগী য়ুম খুদিংমক্তা খা-নোংচুপ থংবা কাচিন অসিদা য়ুমগী লাইনিংথৌ সনামহিগী খুভম থমদুনা নুমিৎ খুদিংগী খুরুমনৈ। মাইকৈ অসিবু শনথোং হায়না খঙনরিবসিগী মতুংইন্না শন হায়বা শা অসিনা মৈতৈগী লাই-তীনগী ৱারীদা লৌরিবা মফম অসি য়েংবা য়াই। ওক অমসুং য়েনগী মথংদা ইরাৎ - থৌনিগীদমক অশেংবা শা ওইনা লৌনবা শা অসি শননি।

১। **New Larousse Encyclopaedia of Mythology** Hymlyn, 1990, p 150

পোইরৈতোন অমসুং মাগী কাংবুনা খমনুং লৈবাক্তগী তাইবংপান্দা খুম্হোকপা লাকপদা শুরুং মচিন্দা লৈরম্বা নুঙজাও অদু জীব অমতনা ইম্হোকপা ঙমদ্রবদা শনবী অমখক্কী মচিনা ইম্হোক্কুনা পোইরৈতোনগী কাংবু অদু তাইবংপান য়ৌবা ঙমখি। তাইবংদা পোইরৈতোনগী মচা মশু পুন্নমক মনুং মতম চাদনা শিরবদা শনবী অদু ইরাৎতুনা কৎলবদা পোইরৈতোনগী মচা মশু পুন্নমক পুন্সী নুংশাংনা পানখি।

পোইরৈতোন খুম্হোক্কী বারী অসি মপুংদি শনবীবু মতৌ করম্না ইরাৎ-থৌনিগী ওইবা অশেংবা শা ওইনা লৌনখিবগে হায়বদু তাক্লবা ওইনা শেমলম্বনি হায়বা য়াই। অরিবা ইজিপ্টসিয়ানশিংনা শনবীবু লাইরেম্বী হাথোরগী মশক ওইনা লৌই। হাথোরবু অতিয়া লাইরেম্বী, লৈশেম-নোংশেম্বী, মীওইবনা হিংলিঙে মতমদা নুংঙাই-য়াইফবা হরাও-তয়াম্বা পীবী অমদি শিরবা মতুংদসু অশি লৈবাক্তা লাকপশিংবু নুংশি চান্না ওকতুনা লৈরম্বী লাইরেম্বী ওইনা 'লৌই। অঙনবা মতমদা নিয়ার ইস্টকী লাইশংশিংদা শন লাবা অমসুং শনবীবু লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মশক ওইনা লৌবম্বগী খুদমশিং ফংই,

. . the earliest temple compounds of the Near East – indeed, the earliest temple compounds in the history of the world – reinforce the evidence for the bull – god and goddess – cow as leading fertility symbols of the period. Roughly dated c. 4000-3500 B.C., such primary temple compounds have been excavated in the Mesopotamian south, at Obeid, Uruk, and Eridu; two a little to the north, at Khasfajah and Uqair, respectively north and south of Baghdad; while a sixth, far away, at Tell Brak, in the Khabur valley of north-eastern Syria, suggests a broad diffusion of the common from that Syro-Cilician (so-called Taurean corner),[২]

খরা থেংথরগা শন লাববু জিয়ুসকী মশক ওইনা গ্রীক্কী মিথোলোজিদা ফংই। ইন্দস ভেলি সিভিলাইজেসন (২০০০ বি, সি) দা শল লাবা হকপা শিল শিজিন্নরম্বগী খুদম ফংই। বাফমশিং অসিদগী খঙবদি লিল লাইবু অহানবদা লাইরেম্বী মশামক, লাইরেম্বীগী শাদোং ওইনা লৌনরম্বদগী লিন লাইনা লাইরেন পাখংবা ওইরকখিবগুম শন হায়বা শা অসিসু লাইরেম্বীগী মশক ওইনা লৌরম্বদগী তেংবান পুম্বগী মপু ওইবা লাইনিংথৌগী মশক ওইনা লৌরকখি। লেভেন্ট অমসুং য়ুরোপকী লমদমদা

২। **Joseph Campbell, Oriental Mythology : The Masks of God,** 1991, p. 37

মতমগী মতুংইন্না শনলাবগী মচি পানবা, মতম পুন্নমক্তা লাইরেম্বীশিংগা লোয়নদুনা লৈবা লাইরেনগী মিথোলোজি শাগৎলকখি। ঐখোয়গী মিথোলোজিদদি মসিগী সিনথেসিস অসি পুরকপা ঙমখিদ্রে হায়বা য়াই। লাইরেন পাখংবগী মশক ওইবা লিন লাইগা তাইবংপান মপুগী মশক ওইবা কাওরেন অনি অসিগী কনফ্লিক্ট নৎত্রগা মূরুবা য়ানদবা তরেৎসুবা চেপ্তুরদা থেংনগনি। চেপ্তুর অসিদা লাইরেম্বীশিংগা লাইরেন পাখংবগা মিচং ওইনা পুন্না লেপমীন্নবা অমদি মখোয়গী অপুনবা শক্তি অসিগা শন কাওরেনগী মশক ওইরিবা অতিয়া গুরু শিদবা অমসুং মচানুপা সনামহিগা মূরুবা য়ানদবা অসি উবা ফংই। ইমা লৈমরেন শিদবীগী য়েৎতা ইপা ওইনা সনামহিবু ইমুংদা পুশিন্দুনা লাৎনদুনা কনফ্লিক্ট অসিগী সিনথেসিস অমা পুরকখ্রবসু সনামহি অমসুং পাখংবগী সিনথেসিস অদুদি ওইখিদ্রে হাযবা য়াই। লাই অনি অসিবু মচিন-মনাও ওইনা লৌরগা ইতিহাসকী অঙনবা মতমদা নোংদা লাইরেন পাখংবগী মচানুপা অনি য়োইমোংবা অমসুং তাউথিমাঙ অনি পুন্না তুরেল তেংমিন্নবা অমদি অনিগী অপুনবা শক্তিনা শুগনুদা কাকয়েন মীঙম্বা হাৎমিন্নবা অসিনা লাই অনি অসিগী সিনথেসিসনি হাযনা লৌবসু যাই।

মোইরাং থাংজিং হরাওবগী নিনিচনবগী অয়ুক্তা পেনানা শকলিবা য়াকাইবোল অসিদা থাংজিংগী মতিক-মগুন, তৌবা ঙম্বা, ফোঙদোক্নুনা শকলিবা মিংখৈরোল অসিদা থাংজিংবু অসুন্না তেংথারম্মী,

কে অঙৌবা কৈয়াংথক্তা তোং
লৈশং লৈঙৌ খৌওন্ননা
কাংহে মিতম মংহৌ
হুমাই কাগুপ মরাংহৌনা
মোংবা ঙাংখ ময়াই খাইনা
হামদোন খুনগুমলকপা
হে খোইয়ম লাইয়িংথৌ

**অনোইরোল** দা মোইরাং জগোই তেংথাশৈ হায়বা মতাং অদুদা থাংজিংবু অসুন্না তেংথারম্মী,

৩। বাহেংবম লুখোই সিংহ, লাই হরাওবা এশৈ, অশোককুমার, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ১৯৮৯, লা ২৪৫

কেগে থংচীং কোয়রেন নিংথৌ
মোইরাং কাসালেন লাইয়িংথৌ।।
থোঙলেন য়াংলৌ লৈপাক মপা
নুংপি সিতাপা খোঙনেৎনা
নুনাং নাতপাপু খুতা-নপা।।
সনথোঙ মাইলমকী তানথোং মপু নিংথৌ
সালম কামপা মহারাপা
য়াইপি পললোই তমপা
লাইয়িংথৌনা নোয়এ।।১।।[৪]

**অনোইরোন** দা থাংজিংগী তেংথারোল ওইনা ৱাহে পরেং মাপনখক ফংলিবসিগী মনুংদা তক্কশুবা পরেং অসিদা শনথোং মাইকৈদা পানবা নিংথৌ ওইনা শিংথাবি।

অয়াংলৈমা কবোক চাইবীগী কবোক চাইবগী ইরাৎ-থৌনিদা শকলিবা থাংজিংগী মিংখৈবোলদা 'শনথোং তানথোং মপু নিংথৌপা' হায়দুনা শৈথারি।

ৱাফম অসিনা থাংজিংবু শনথোং মাইকৈদা পাল্লম্বা মীওই ওইনা তাকলি। থাংজিংবু মাইকৈ অসোমগী লৈশেম-নোংশেমলকপা লাই ওইনা থাংজিংগী মীংখৈবোল তেংথাদা থেংনৈ,

নয়ুম মোইরাংকিতি
কোনফুরেল সিতপা মপু ওইরিপা

চীংঙু নঙনা চালিক মপান-থা
নোংথরৈ মউ শিনতোকপা
খুৎসু তমচিং য়াংনা
মিংসেন ওই
নলম সনথোং মৈরা পাইপা লাইনিংথৌও।

৪। খুমল্লঘম য়াইমা সিংহ, **মৈতে জগোই (অনোইরোল) অনিশুবা শরুক**, অফোঙবা অইবা মশামক, ১৯৭৫, লা ১

৫। খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ, **ইনাৎকী হরাও কুম্মৈ**, ফোঙবা-মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এন্দ রিসার্চ এসোসিএশন মণিপুর নাওরেমথোং লাইশ্রম লৈকাই, ১৯৯৪, লা ১১৮

ৰাংঙুদা লাৎলিবা তম্ফা লাইরেম্বী অসিগা মরি লৈননা থাংজিংবু কাওরেন ওইনা তেংথাবগী ৱারী অমা ফংই,

ইবুধৌ থংচিঙগা হৌমিন্নরকপা ইবেনধৌ (নুপী) গী মমিংদি লৈমরেল ঙাংশ্রবী কৌএ। খোয়ম নিংঙোল অয়াংলৈমনা চঙনা নোঙ্গাখিবগী অশম্বা ৱারীনি। তম্ফা লাইরেম্বী অসি ইরিক কোনবাল নিংথৌগী মমোমনি। তম্ফা লাইরেম্বীগা য়েলাংবগা লুহোং-খোংদোংনবা হায়না শিংনদুনা লোইরে। লুহোংবগী অউনপোৎ চাম্মা চাম্মানা খুজিং ওইরদুনা পুরকলে। অসোমদনা য়েলাংবনা লুহোংফান্দা ফমদুনা লৈরে।

তম্ফা লাইরেম্বীসু ময়ুমদগী খোংশানলক্লুনা লুহোংফান্দা লাক্রে। লম্বীদা ইবুধৌ থংচিঙনা শন অঙৌবী অমা ওইনা শায়োল্লদুনা তম্ফাগী মমাংদা লিপৎ লিপৎ চৎলে। তম্ফা লাইরেম্বীনা মিৎয়েং শাংখৈরুবদা ওম্থোক্লা নুংশিবা পোকখি। 'ওম্থোক্লা নুংশিখরেদা লমদম কৈদগী লাকপা শননো' হায়রদুনা মখুৎনা শোক্লা নাল্লুবদা শন অদুনা মখা লাওনা কাখত্তুনা তম্ফা লাইরেম্বীবু শনগী পিবুকনুংদা পুশিনখরে। শন অদুনা লেপ্তনা লাকপনা খুগা নানবী লাল্লগা শন্না মথি ফাইবদা তম্ফা লাইরেম্বী য়াওরক্রে।

অদুদগী ইবুধৌ থংচিঙগা ইবেনধৌগা লোইননা লাকপনা সনা শঙ্গাইদা য়ৌরে। মতৌ অসুম্না থংচিঙগা লৈমীন্নরকখি।[৬]

মথক্কী ৱারী অসি নত্তবা তম্ফা লাইরেম্বীগী অতোপ্পা মিথ অমসু লৈরি। খাবা য়েলাংবনা তম্ফাগীদমক হৈজিং খরাই পুরকপদা হৈশিং ৱাৎনা পুরকপগীদমক তম্ফাগী মপানা শাউদুনা য়েলাংবগী কাঙবু অদু নুঙ ওলহনখি। খাবা য়েলাংবগী নুঙ ওল্লবা কাংবু অদু ককচিং অমসুং ৱাঙু অনিগী মরক্তা হুইদোই পোকপী হায়না খঙনবা মফমদা লৈবা খাবা য়েলাংবা চীংদা লৈরিবা মী মানবা, মীনা পোৎ পুবা মানবা নুঙ ময়াম অমা পরেং ওইনা লৈরিবা অসিনি হায়দুনা হৌজিকসু থাজনরি। মপাগী মরিন খাবা মতৌদু উবদা কিদুনা তম্ফানা ময়ুমদগী চেনখ্রগা চঙনা নোংগাখিদুনা লাই ওনখি। ৱারী অসি য়েংলুরগা থাংজিংনা শন অঙৌবী ওন্দুনা তম্ফাবু লুহোংবা লাকপগী লম্বীদগী হুদুনা পুরকপা ৱারী অসি কোন্না অথেংবদা শাগৎলকপা ৱারী ওইবা য়াই।

৬। ওজা হৈস্নাম মাঙ্গোনজাও

## (১) অমাং লৈমা

থাংজিংগী লৈমা অনিনি। মখোয় অনিবু অয়াং লৈমা অহল অমসুং অয়াং লৈমা অতোনবী হায়দুনা খঙনৈ। অনোইরোলগী মোইরাং জগোই তেংথাশৈ অসিদা থংচিঙ নৎত্রগা থাংজিং অমসুং অয়াং লৈমা অনিগী মতাংদা লাই অহুমগী মীংখৈ তেংথারি। তেংথাবদা থাংজিংগী পরেং মাপল খকতা তেংথাবা মতমদা অয়াং লৈমগী তেংথাশৈ পরেং নিফুদা তেংথারি। অয়াং লৈমগী তেংথাশৈ পরেং খরদং লৌখত্তুনা য়েংবা য়াই। তেংথাশৈ অসিদা অয়াং লৈমা কনানো, কনাগী মচানো তাক্তুনা মাগী তৌবা ঙম্বা মতিক-মগুন শৈথারি,

মশানৌ তমপা (তম্বা) লাইরেম্মা
হাওরৈ খা থংবদা ৱাঙনবী
য়িরিক কোমপাল নিংথৌ চনু
তুরেল লাইচা য়িরাই খানপী
খোকচঙ লায়মায় হনপী
ঙাংখা লমমিৎ চুমপী
পোইতিং নুরা হাপু কোলোই সিন্নবা
য়াবা লাংহৈ সিললংননা
অয়াং লমকা হৌপী
মালেম শেকনিং লয়খৈকী
লয়পাক খুংশাপাগী হাওশম শেকনিং মানপা
লয়পাক হিকাই নমপাগী
তিংকোং লাইসরাকুম মতোম য়াহিপপী ।।২।।
. . .
নোংপাল লাইৱালৈমা লাইসন থানপী
কাংক্রু লয়হৌপোকপীতা থাউমৈ মাপল থানপী
তক্তম মৈমাঙ ফমপী পশোৎ লমলোই তানপীকা
অহুম্মানা নোয়এ।।৩।।
পিথ্রাইবী অসেমপী খোংত্রাইপী অসাপী
মালেম লয়খারোল মরোল তরা মরিমাকী

অহোঙ নোইরেন তমপু নোইতমপী
কোরৌ নোংখোঙ মাপনমাকী
অহোঙ নোইরেন খমপু নোইখমপী
মালেম তমপাক লয়নেমথককী
থবায় অচৎ-অরেপ পুমনামাপু
তাইপঙ খায়না য়েললিপী।।
থবায় অপকমা পুমনমাপু
পিসিন খোমহুক লয়না
নাবা খোয়রি সীৎপী
পনথৌ পাবোইনপী পলেম পিবোইনপী
মৈখাঙ তরেং সেৎনা য়িসিং কানকনপী
সনা কিয়াং লৈবাই ময়ুবনা খাংশেৎনপী
চীংঙু তরা চাকহোঙপী
নোইনু থুমহোঙপীনা নোয়এ।।৪।। [৮]

তেংথারোল অসিদা য়াওরিবা 'হাওরে খা থংবদা বাঙনবী' হায়রিবা অসিদগী লাইরেম্মা অসি খা থংবা মাইকৈদা খ্বাইদগী অহেনবী ওইনা মনিংতন্না বারক বাতেম্বী ওইনা লৈ হায়বা তাকই। 'য়িরিক কোমপাল নিংথৌ চনু, তুরেল লাইচা ইরাই খানপী' হায়রিবা অসিদগী লাইরেম্বী অসি ঈশিং লাইরেম্বীনি হায়বা উৎলি। লাইরেম্বী অসিবু 'মালেম শেকনিং' হায়বদি মরু লেমফু ওইবী লৈশেম্বদা লৈবাক লৌফম ওইখিবী অদুনি হায়না তেংথারি। মালেম লৈশেম্বগী অহানবা খোংথাঙ ওইনা শক্তি পুন্নমক পুদুনা শিংৎলকখিবা অয়াং নুংশিৎনি হায়না শৈথাদুনা লাইরেম্বী অসিনা লৈশেম-নোংশেম্বদা লৌখিবা থৌদাং অদু উৎলি। 'পনথৌ পাবোইনপী পলেম পিবোইনপী' হায়দুনা ইমা অমদি ইপাগী অপুনবা মশক অমদি শক্তি ওইনা তেংথারি। লোইশিল্লকপদা 'চীংঙু তরা চাকহোঙপী নোইনু থুমহোঙপী' হায়দুনা শৈথারিবা অসিনা মহাক অসি ফৌ, ঙা, থুম পীবীবা লৌউ-শিংউবা মতমগী লাইরেম্বী চনুন অদুগী অপুনবা মশক ওইনা লৈ হায়বদু উৎলি।

৮। থুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ, মৈতৈ জগোয় (অনোইরোল) অনিশুবা ;, অফোঙবা অইবা মশামক, ১৯৭৫, লাঃ ২-৬

মোইরাংনা বাকচিং থাদা অয়াংলৈমা অনিগী অয়াংলৈমা কবোক চাইবা হায়বা থৌনি নথত্রগা হরাওবা মখল অমা পাংথোকই। হরাওবা অসিগী য়াম্না মরু ওইবা শক্তমদি লাইরেম্বী অনিগী লাইমাংদা কবোক পোকলগা কবোক অদু ময়ামদা চাইদুনা নথত্রগা য়েন্দুনা কুম অমগী ফৌনৌ কারকপগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপনি। হরাওবা মখল অসিগী লাই ফি শেৎপা, লাই পুবা, লাই ইকৌবা, সনা-লুপা কোনচন-য়াইচনবগী থবক, ঈশিং কোম্বারোল শকপা লৈকু-লৈরাই চাকখাংবা, খয়োম লাইশোন অমদি লাই থবাই হাপ্পা (কংলৈ হরাওবদা লাইরেম্মগী থবায় মাইবীনা হাপ্পী) অসিনচিংবা থবক থৌরমশিং অসি শাগে পিবা অমসুং অমাইবশিংনা পাংথোকপ্রবসু কবোক চাইবগী থবক হায়বদি কবোক্কী ফৌ খোম্বা, মৈ হৌবা, কবোক পোকপা, কবোক চাইবা অসিনচিংবা থবকশিং অসিদি খুনগী নুপী মীয়াম অমদি মাইবীনা পাংথোকই। লাই হরাওবা মখলশিংগী মনুংদা তোপ তোপ্পা অমনি হায়বা য়াই।

অয়াংলৈমা অনিগী লাইশঙ থাংজিংগী লাইশঙগা পুনদে। তোঙাল্লা থাংজিংগী লাইশঙগী চিঙখৈ পাংবদা লাইশঙ অনি তোপ্পা শাদুনা লৈ। অয়াং লৈমা কবোক চাইবগী থৌনি অসি বাকচিংগী থানিলদগী হৌরগা নুমিৎ মঙানি চৎথৈ। বাকচিং থা চুপ্পা অসিমা থাংজিংনা অয়াংলৈমা অনিগী মনাক্তা লৈখি হায়দুনা থাংজিংগী লাইশঙ থোঙ লোন্দুনা থম্মী। বাকচিং থা লোইরগা থাংজিংগী লাইশঙ থোঙ অমুক হাংই। অয়াংলৈমা অনিনা থাংজিংগী লৈমা ওইরবসু থাংজিংগী শঙলেন্দা কুমদবা, মখোয়গী তোঙানবা লাইশঙ লৈরিবা মওং অসি লাইরেম্মা লাৎলম্বদগী লাইনিংথৌ লাৎপা হৌরকপা মতমগী তাইনবা মতাং অমা ওইনা য়েংবা য়াই। লাইনিংথৌ অমগী লৈমা ওইজববসু মশাগী লৈফম, মমিং অমদি শক্তি ঙাক্তুনা লৈবা অয়াংলৈমগুম্বী লাইবেম্মা কয়া মখাদা পিরিবা মাইকৈ অহমগী লাইশিংগী মিথোলোজিদা থেংনগনি।

থাংজিংগী ওইদা ফমদেংদুনা লৈরিবা লাইরেম্বী অসিগী তোঙানবা মমিং অমা লৈতে হায়বা য়াই। থাংজিংবু কোয়রেল লাই হায়না খঙনবদগী মহাক্কী মমিংবু কোইরেন লৈমা নথত্রগা থাংজিং লৈমা হায়দুনা খঙনৈ। 'লাইওন লাইচৎকী মতুংইন্না থাংজিং লৈমবু নোংথাং লৈমগী লাইচৎতা তিলহনখি'।[১] কোইরেল লৈমগীদি অয়াং লৈমা মচিন-মনাওগুম তোঙানবা তেংথারোল পীদে।

---

১। ইবোম অমুবী সিংহ, লেঠ্রে মাউকমলোন, ফোঙবা অইবা মশা, ১৯৮১, লা ২৯

(২) মারজিং

মারজিং হায়বা লাইনিংথৌ অসি **লৈথক-লৈখারোল** পুয়াগী মতুংইন্না অতিয়া গুরু শিদবনি। গুরু শিদবগী য়াথং মতুংইন্না মচানুপা অহল অসীবা সনামহিনা মালেম শেম্বা লোইরে। অসীবনা শেম্বা লৈবাক অদু গুরুনা মচানুপা অতোনবা অপানবা পাখংবদা পীখি,

> হৌজিক্তি মী শাগে হায়না লৈনুং-চাখা-খোঙচোম্বীনা অবাং ঙাকলিঙৈদা অতিয়া শিদব (গুরু) না হায়এ, 'অপানবাও (পাখংবা), নং চৎখিও, মী শেম্নুরো লৈবাকসু নঙগীনে' পিথখিয়ে। অপানবনা লৈপাক মুনগ্রবদি অসিবা (সনামহি) না ঐদি থা-দা কাপ্লগে হায়না থাগী মচিদা কাখিএ। লৈনুং চাখা খোঙচোম্বীনা লাই-ইংথৌ পোংনাওতোন (পাখংবা) গা অনিমকনা তিন্নদুনা পুনুং হৌবাই থাংপঙ থারে। সামরিংবনা অবাং ঙাকএ, চকমারিংপানা নোংপোক ঙাকএ, মুংমারিংপনা খা ঙাকএ, লৈশাতাওনা নোংচুপ ঙাকএ। অসাইগী থা মচিদা লৈবনা (সনামহি) কনচাও নারদুনা খুয়াদগী উৎফুল লৌদুনা শকোন শাবু নুমিৎকী মশেক মান্না শিথরকলে। শামুতোন অয়াংবনা হবাই মরী নেৎথৎলে। পোংখুগী মি ময়েংসু অংক কৌহৈতরে। পোংনাওতোন লৌথিবনা কনচাওরকপগীদমক লৈকপপী লাং থাকএ। শামুতোন অয়াংবা থুরে। পোং-লৈতোন্না হাও মূক্লা লেংফাইচন, মোংপা খুরৌ তাচিন য়েৎনরে, অনিমক ঙম্নদরে। লাইরেম্মা চাখা খোঙচোম নুপীনা বা কনলে। শামুতোন অয়াংবগী লাংচেং কাং মাসু (লাংচেং কোকথেসু), সেৎ থোকলে। লৈশেৎ চীং লাংমৈ কৌএ। মকোইমরাং ফোইতোকলে, মরাং কোইফোই চীং কৌএ। সামতোন অয়াঙবনা নেৎথৎপদি লৈচীল ওইখিএ। অমরক হৌএ (অমুক হন্না পুনুং হবাই থমপাক থারে), লাই থংবদা লমপুনা, নোংপোক্তা তুপুনা, খাদা লৈখোম তাওনা, নোংচুপতা মানখোমতাওনা ঙাকএ, মরি (চঙনা) মানা ঙাকপদি ঙমদ্রে।

সামুতোন্না নেৎথৎপদি উল ওইখিএ। অমরক হৌএ (অমুক হন্না থবাই থমপাক থারে), লাইথংবদা কোংনিংথৌনে, নোংপোক্তা খৌঙাইবনে, খাদা য়ৌঙাইবনে নোংচুপতা কোংতিংলেননে, মরিমক্লা ঙাকপা ঙমদ্রে। (সনামহি অমদি পাখংবা

অনিমক অমনা অমবু ঙমনদ্রবদা) অতিয়া শিদবনা হায়এ অপানবও, নতোমতা শেম্বা ঙমলরোই। থা মচিদা লৈবা অসিনা (সনামহিনা) তৌএ, ঐ কৌথগে হায়না ঙানৈ শেলন্‌বনা য়ু কৌএ। অসীবও (সনামহিও) কুমলকলো, হায়রগা থা মচিদগী কুমলকএ। অতিয়া শিদবনা হায়এ 'অশিবও নং অপানবগা নবিঙা মী শা-ও।... অশিবনা করম শাও হায়বনো হংবাবু অতিয়া শিদবনা হায়এ 'ঐগী ইশক তম্না শা-ও' হায়বগা মী অদুবু (মখোয় অনি চঙনা) শারিঙেদা অতিয়া শিদবনা সাকোন (শামুতোন) ফানবা খোঙ্গ মরিল চিংথোকলে মমিংদি মারাচিং (মারজিং) কৌএ। শাকোন ফারে। [১০]

পাখংবগী মতিক, মথৌনা ফোঙদোক্লুনা পাখংবনা মতৌ করম্না ফম্বাল কাখিবগে হায়বগী মরমদা ইবা লাইরিক **পাখংবা ফম্বাল** অমসুং পাখংবগী চাদ-নাউদাগী মরমদা ইবা **পাখংবা লাইহুই** হায়বা লাইরিকশিং অসিদা শামুতোন শগোল তায়াংবা ফাখিবা মীওই অসি পাখংবনি হায়দুনা ইরি,

> থক খাগী পাউতাক পীবা নোংদম্বিবা, থারোং ঈঙ্গনবা খোইমোম কংলৈ অশিবনা মালেম অমুরক লৈশেম্ববু অতিংঙা য়াইবীরেন শিদবনা খোইমোম কংলৈ অশিবা-ও পাংগন ইতিক চাউবনে হায়ববু অতিংঙা য়াইবীরেন শিদবনা নিংসা য়াইবী থিনকামনখিয়ে।
>
> থাজ পিবুক্লুংদা তরা চাথংদা লাংহৈ কুমশীং য়ামনা নোংথোইরিঙেদা চীংঙু লাইপোক অকোনবনা খোইমোম পাফম নামুংববু পূকনিং অশেংবা য়াথং অনোনবনা পুরুমখিয়ে। মালেম অমুক লৈশেম্বা হৌখিয়ে খোইমোম অতিংঙা য়াইবীরেন শিদবনা চীংঙু ওংজা চীংমাবা লৈবাক মাইবা হনবগা পোংলৌতোন লৌথিবগা মমোম কোরৌ অবাংবীগা অহুম্মকনা কোনুং থাঙবাকলীবু থাখিয়ে। তরা চাথংদবা লাইয়িংথৌনা য়াইবী মনুংহৌনা চীংঙু ঙকথি লুমলাং কোন্দগী থোকপা শামদোন অয়াঙববু মালেম লৈদা হুম্বরকএ।
>
> কোনুংলীবু নেৎথৎলে পুনুং উলকংনরবগী নোংনেম লাইনা পাংবরমদা খাবা উল্লেনবীচাবু ওইখিয়ে। কোনুং অমরক হম্না থাববু য়ুমিৎ পাংগনবনা নেৎথৎলে পুনুং উনকংনরবগী হাওরৈ খানা পাংবরম লৈচিল শিফা ওইখিএ।

১০। য়েংখোইবা ভৈগ্য, লৈথক-লৈখারোল, ১৯৬৭, লা· ৩৭-৩৯

খোইমোম অতিংঙানা থাঙবাই মারহনবনা লৈফন লৈরামখিয়ে। কোনুং থাঙপাকলীবু অমরক হন্না য়াইথাখিয়ে। শামুদোন্না মরী নেৎথৎকে তৌববু কোংলৌতোন লৌথিবনা হাওমূকনা লেংফাইচল মোংবা তাশিন খুরৌ য়েৎনরে।

কুমজিং হিকোক লিওংনা অমমম লৈখে লৈতবদা চীংখে লাইনা পানতমকুম তকুপ তকুপ ফেৎলকপদা খাকপা তেংলোইননা খোইমোম মীপোক অহনবীগা পুকনীং লীতিন্নরবনা কোংলৌতোন লৌথিবনা কোঙ্গোই থুরে মশা ককলে, মকোই ফোয়রে লাংজেং কোংগী লোল্লে। [১১]

ঔগ্রী লাইরোন নৎত্রগা ঔগ্রী লৈরোই নোংলোই ঈশৈগী মতুংইন্না শামুদোন অয়াংববু পোংলৌতোন মারজিংনা (পাখংবা) না ফাখি,

. . . কোংলৌতোন (পোংলৌতোন) লৌথিবনা থারিবা হৱাই থাঙপাক অদু নেৎখায়নবা শামতোন (শামুদোন) অয়াংববু থারকলে। শামতোন অয়াংবনা হৱাই মরি নেৎথৎলে। কোংলৌতোন্না য়ান্না শাউরে অমসুং মপুক্তা কনজাওরে। মহাক্লা শগোল ফানবা লৈকপকী লাং থাকলে। থাকলিবা লাং অদুদা শাগোল অদু থুরে। শামতোন অয়াঙবদু লাংদা থুরিঙৈদা কোংলৌতোন লৌথিবনা হাওমূকনা লেংফাইচন মোংবা তাজিল খুরৌ য়েৎনরে। . . অনি অদু ঙমনদ্রে। তান্নক অদুদা লাইরেম্মা চখা খোংচোন্নুনা কোংলৌতোন লৌথিবগী মতেং পাংদুনা শামতোন অয়াঙবগী কোকথেৎ শত্তোকলে, মকোই মরাং, মতু মমেন ফোয়রে, মশা ককলে। অসুম তৌনা কোংলৌতোন লৌথিবনা শামতোন অয়াঙবা ফাখি। [১২]

মারজিংগী মরমদা ইবা থাঙমৈরোন পুয়াদা মারজিংবু অসুন্না তেংথারি,

খোইয়ম লাইনিংথৌ থাঙবাই মারহন, চীংউ ওংজা চীংমাবা ওংলৌতোন লৌথিবনা লাংগোই শাকোন অপাইববু পাইখিরগনে হায়না লাংখোই মশা থেল্লা বারক থৌপাও তম্বীবা, . . . [১৩]

১১। খুমন্নখম য়াইমা সিংহ, পাখংবা কন্নাল, ১৯৬৭, লা .১-১৪
১২। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, ১৯৬৯, লা ২২
১৩। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, কল্লো ( থা ৩/৩ শী চেফেং), ১৯৮৩, লা ৩৭

মারজিংবু শগোল কাংজৈ শান্নবগী লাই অমা ওইনসু শিংথানে। অহানবা ওইনা শগোল কাংজৈ শান্নখি হায়না থাজনরিবা লাই ১৪ অদুগী মনুংদা মারজিংনা মখা য়েবা কাংবুগী পল ঙাকপা ওইনা লৈ,

| অবাং হাইবা | মখা য়েবা |
|---|---|
| ১। থাংজিং পনঙাকপা | ১। মারজিং পনঙাকপা |
| ২। ওকনবেল পনঙাকচন | ২। নোংপোক নিংথৌ পল্লকচন |
| ৩। খোবিফাবা পল্লকচন | ৩। পনম নিংথৌ পল্লকচন |

অসিনচিংবা।[১৪]

মারজিংগী লৈমাগী মশক মমিং চপ চানা ফংদে। মহাক অসি **পাখংবা ফম্বাল**, অমসুং **পাখংবা লাইহুই** দা পাখংবগী মশক ওইনা লৈবনা মাগী লৈমা অসি লাইস্না ওইনা লৈখ্রে। অদুবু লোইয়ারাকপা হায়বা উমংলাই অসিগী অপোকপা মপা ওইনা, লোইয়ারকপগী মরমদা ইবা লাইরিকনা হায়রি,

> . . . চিংঙু য়েলহৌঙৈ শাবোল মিননরকপী, খোইমোম মশানৌ য়োইবু তম্ফা লিহৌনরকপিগী ইনুং শিয়োমনুং, পায়মা খোইচি লাকলৌ ফিয়াল তৌই লোইতাম কুমশিং নাউপুরকপনা, তাইবং পানথোং বাইদা নাউবা থাদা পমনা, পলেম মমা পোকমাপি খোইমোম পানথোইপিনা, নাউবা নাউয়োকললকঙৈদা লাংহৈ কুমশিং নৌনা কুমচা মচিনঙৈদা নাউবা মপিচালকতাকি লাকঙমলকতববু, কৈরোই মিংথোল ফংবা খোয়য়ুম মপারিনে মপল মার থাংমৈ হনবগা পলেম নাউয়োকলকপী তম্ফা বাঙমলোন মপন পাহোইবিগা পলেম পহৌনা নাউবা মাবু য়েলহৌ মিংথোল কোলোইনবদি চিংঙু তোলোং খোমপাও তৌনা কোলোই মিংথোননখিয়ে হায়দবরা।
>
> . . . কোলোই মহাক্তি নহারাকপা তোলোং খোম্বা, লেমলৈ লাকপা, লৈশোং পামবা, লোইবি হাউয়ামলকতগী অকল অথৌবাবু ফানা তাংজা মশমতোনবু খোমদুনা ককথংলমই হায়বগীবু হাউমারক্কী কনবা ফাবা হলককী ঙায়খোমবা লোইচিং লোইয়ালাকনা তাংজা মাইপাক ফংলে হায়বগীবু লোইয়ারাকপাও থোননৈয়ে অদুসুং মদোমদেয়ে।[১৫]

---

১৪। কোঞ্জেংবম ধন সিংহ, মৈতৈ পুয়া বারী মচং, ১৯৭৪, লা ২৪

১৫। ঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র, লোইয়ারাকপা (উমংলাই খুন্দা ২/৩ শুবা মশীং), ১৯৮০, লা: ৫/৬

মারজিংবু অবাং মাইকৈগী লাই ওইনা য়াম্না মরুওইনা শিংথানৈ। মারজিংনা শামদোন অয়াংবা লাকপগী মিথোলোজি অসি শগোল অঙাওবা লাকপদা লাইরোন ওইনসু শিজিন্নবি।

## (৩) ৱাংব্রেন

ৱাংব্রেনবু ঈশিং মফম খুদিংদা লৈবা অশিবগী লাই ওইনা য়াম্না মরুওইনা কিনা লুনা লৌই। মাগী লৈফমদি ঈশিং লৈবা মফম পুমনমক্তনি হায়না থাজনৈ। খুবম য়াদুনা লাৎনবদি তুরেন অহনবী নৎত্রগা ইম্ফাল তুরেলগা ইরিল তুরেলগা তিন্নফম ওইরিবা লিলোংদগীনা শুগনু নুংথোং ফাওবা শন্দোক্নুনা লৈরি। মরুওইবা খুবমদি শুগনুদা লৈ।

ৱাংব্রেন্না মতৌ করমনা খা মাইকৈদা খুন্দাদুনা লৈখিবগে হায়বদু **ৱাংব্রেন খুনকুমলোন** কৌবা পুয়াদা অসুন্না তেংথারি,

> কৌবা কৌনু অনিমানা মপারী ৱাংহকলেনপু নোংলেম খানা পাং লাইচা ইৱাইতা খমনুং য়াংতৌ লমপু খুনকুমও হায়না মপারি চেংলৌ মিৎথিৎনা লমকুমপাবু চীংঙু মহিরোই খোইয়ম মহিশাং পুন্না লাইজা ঈপাথক্তা অশৈ তোরান শক্লা খুলকুমলকএ হায়তপরা।[১৬]

ৱাংব্রেনগী শকতমবু ৱাংব্রেন খুনকুমলোন্দা অসুন্না তেংথারি,

হে কুরু খানা চাওপা ৱাপরেন
পিসুম য়েকপা খোংচি য়াপা
মুনা য়েকপা মুনা লাংবা
লাইজা ইথোং লোনবা
লেমলৈ ইথোংথিংবা
চীঙঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
ৱাংপরেন খানা চাওপা

১৬। উমং লাই খুন্দা সমপাদক ঃ খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ, ২৩/২৪ মশিঙ, ১৯৮৬, লা· ২১
১৭। মথক্কী য়াওফম, লা ঃ ২৬

বাপরেন নৎত্রগা বাংব্রেনবু 'পিসুম য়েকপা, খোংচি য়াপা মুনা য়েকপা, মুনা লাংপা' হায়বা মশাদা য়েকপা (Tatoo) মীওই ওইনা উৎলি। মশাদা য়েকপগী চৎনবী কদায়দগী হৌরকখি হায়বসি চপ চানা খঙবা ঙমদ্রবসু, মসি খৃঃ মমাং ১৩০ গী মতমদগী লৈরকলে,

The origin of the tattooing is unknown, but there is no doubt that it is very ancient, for it was in existence before B.C. 130, as is shown by a petition from the prince of Hoai-nan to the emperor of China of that day, in which he says that,"the people of Yow shaves their hair and tattoo their body . . .[১৮]

খা-এসিয়াদা মশাদা য়েকপা মীওইশিংদি সান অমদি বরমিজনি। করেনশিংনা মখোয়গী নুপীশিংগী মমায়দা য়েকশিনবগী থবক অসি তৌই। বরমিজশিংনা পাম্বোম অমসুং মনংগন্দা লন্না লন্না অঙাংবা মচুনা য়েকপা অসি চৎনরম্মী। মুনা য়েকপা মুনা লাংবা (অমুবনা য়েকপা) অসি মুবাং নান অমসুং মুবাং পেগী সানশিংনা তৌই,

The operation is performed . . . only on the male sex and never commenced until the lad has left the monastery. The whole person from the waist, in a line with the navel, down to the knee, and amongst the Shans of Muang Nan and Muang Pe from neck to foot, is covered with heraldic figures of animals, with tracery filling up the intervening spaces, so that then whole, at a little distance, resembles a pair of dark-blue breeches.[১৯]

খোংচি য়াপা মুনা য়েকপা নৎত্রগা য়া অমুবা শঙবা অসি হৌজিক হৌজিক খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎত্রিবা মরিং কাংবুগী নুপাশিংসু শিজিন্নরি।

বাংপুরেন নৎত্রগা বাংহকলেন নৎত্রগা বাংব্রেন হায়বা মিং অসিগী অহৌবদা য়াওরিবা বাং হায়বা বাহৈ অসি চীনা লোন্দা নিংথৌ হায়বনি,

. . . the word king (wang) was explained in terms of another word with pronunciation meaning "to go toward" : the king is the man towards whom people go.[২০]

১৮। A.R. Colquhoun, **Ethnic History of The Shans**, 1985, pp.208-211.

১৯। **মথক্কী লাইরিক**, লা: ২১২

২০। Max Katenmark, **Lao Tzu and Taoism**, 1970, p. 58

কৌব্রু অমসুং কৌনুগী মচানুপা ৱাংহুকলেন নৎত্রগা ৱাংব্রেননা মথং মথং লাকপগী লম্বীদা ৱাংগোই য়ৌরকপদা লোকনিংথৌ থেংনৈ। লোকনিংথৌনা মফম অসিদি মাগী লমনি খুন্দাবা য়ারোই, অনাল নালফৌ মরৈপুংলোমদা খুন্দারুবো হায়রকখি। ৱাফম অসিগী মতুংইন্না ৱাংব্রেন্না অনাল, তরাওশিংনো খুন্দারিবা খা মাইকৈ পাংলকখি। মফম অসি য়ৌরগা অনাল চনু অমা মাগী তালোই ওইখি।

## (ক) অনাল চনু শঙনু লৈমা

চনু অসিগী মমিং শঙনু লৈমা কৌই। শঙনু লৈমনা চীংদা পাম য়ানবা চৎপদা ৱাংব্রেনগা শকখঙনখি। ৱাংব্রেন্না লৈমগী য়ুমদা লাকপা মতমদা মপা ইবুংঙো লৈরম্মী, পলেম মমাদি লৈরমদে। মপা ইবুংঙোনা ৱাংব্রেনদা শুমাং মতোনদা লৈবা অচৌবা নুঙজাউ অদু উৎলগা 'নুঙজাউ অদু থাংগৎপা ঙমলবদি শঙনুবু পুদুনা চৎখিবা য়াগনি, (ঙমদ্রগনা শঙনুগী মনাক্তা য়ুম অদুদা লৈবা)' হায়খি। ৱাংব্রেন্না ইরাই লায়না নুঙজাউ অদু থাঙ্গৎতুনা লংথোকপ্রবদা হায়নখিবা ৱাগী মতুং ইন্না শঙনু লৈমা ৱাংব্রেনগী মতুং ইন্নদুনা চৎখি। পলেম মমানা খোঙ্গুল লিরকনবা হায়দুনা ফি মচেৎ মচেৎ শেগায়দুনা থাদরম্মী। মমানা য়ুমদা হল্লকপদা অমতা পোকপী মচানুপীনা লৈরমদ্রবদা মচাগী খোঙ্গুল লিরকখি। মচানুপীনা থাদরম্বা ফি মচেৎ মচেৎকী মতুং ইন্না অসুম ইন্নরকপদা শুগনু চকপী তুরেল য়ৌরকপদা মচাগী ফি মচেৎসু লোইখি। মচানুপী অদো ঈশিংদা তাদুনা শিম্রবনি খন্দুনা নুংঙাইতবদগী মমা অদুসু ঈশিংদা চোংথদুনা শিরগে থৌরাংলবদা ৱাংব্রেনগা শঙনু লৈমগা ঈশিংদগী ফাওগৎলকখি। ৱাংব্রেনগী লৈমা ওইদুনা মচানুপীনা তেকতাকায়দনা লৈরম্বা উবদা মমা অদু নেমথখি। মচানুপীগী মংকৎ ওইনা ৱাংব্রেন্না মখুম খুম্বা উতোং অমা পীরকখি। মখুম অদু য়ুম য়ৌদ্রিঙৈদা হাংদোক্কনু হায়না শিন্নরকই।

শঙনুগী মমানা লম্বীদা সুম লাকপদা য়েংনিংঙ্মনগ্রদুনা উতোং অদু হংদোকল্লুই। উচেক খরা পাইথোকলকই। খরা চৎলগা অমুক হাংদোকলুবদা লমওক থোকলকই। অসুম্না লম্বী লমশাং লাকপদা অমুক অমুক হাংদোকলুবদা লমছুই, লমশননচিংবা মখল মখা অয়াম্বা শা মখল কয়া থোকলক্কুনা চীংদা-মান্দা লৈহৌই। মহাক্না অনাল খুনজাও য়ৌরবা মতমদা সেনবুং য়ৈদুনা অনাল পুমনমক কৌদুনা শন্দং তরা তরানা

খুজিং ওইদুনা পীখি। অসুম্না বাংব্রেনগী মপান্দগী অনাল কাংবুনা অৱাৎ-অপা লৈতনা নুংঙায়না পানখি।[২১]

বাংব্রেনগী ওইদা ফমখিবদগী লৈমা অসিবু অনাল নানফৌ চনু ঈরৈমা হায়দুনা শৈথানৈ। অনালশিংনা লিনবা অনাল নালফৌ চনু শঙনুগী ৱারী অমা লৈ। ৱারী অসি মখাদা লৈরে।

লমকাং নুপা অমগা নালফৌ নুপা অমগনা, কুকি নুপা মচা পোদুনা লাকচবা অমগী, মচাদু হাৎলগা, থোংলগা কুকি নুপা অদুদা পিজরুই। কুকিশিংনা শাওদুনা অনাল খুনজাওদা লান তাগদবগী শেম-শাদুনা, অচেংবা তানজা ঙাইদুনা লৈরে। ইঙা থা য়ৌরবদা অনালগী চয়োল অমা চুপ্পা চৎথবা য়ু হোংবা কুম্মৈগী মতম য়ৌরকলে। অনাল পুমনমক জগোই শাদুনা, শা থোংবা চাদুনা, য়ু থক্লুনা লৈখ্রে। কুকি লাম্মী কাংবু অমা থাঙ তা পুদুনা নোংঙাল্লমদাইদা লান্দাসি হায়নদুনা খুলগী পনথোংদা লোৎতুনা লৈখ্রে। মতম অসিদা অনাল নালফৌ চনু শমশাংবী শঙনুনা ৱাংব্রেনবু হৌদোকই,

'হৌগৎলু হৌগৎলু, নঙনা বাংব্রেননি হায়রগা ঐগী খুল কল্লো'।

মকোইনা লৈবাক য়ৌবা, মশা-মউ, মীওই ফবা বাংব্রেনদি য়ু ঙাওদুনা তুদুনা লৈখ্রে। শঙনুনা মথন্তা অমমবদা মপান থোকলগা মাইকৈ ঙাকপা লাইশিংবু ওন-ওন্দুনা খুরুমজরকই। অহানবদা খ্বাইদগী অহল কৌব্রু, থাংজিং, লোকনিংথৌ সনামহি অমদি বাংঙৌববু কৌদুনা মাগী খুলবু কনবিনবা হায়জরকই। ঙহাক লৈরগা কৌব্রু মাইকৈদগী নুংশিৎ উরু-উরু শিৎপা হৌরকই, লেন হৈথরকলে, বজ্র তারকলে। কুকি পুম্নমক অশোক-অপন নংলে। মমৈথংদা মখোয় লোয়নমক 'কতে কতে' হায়দুনা চেনখ্রে। অসুম্না শমশাংবী শঙনুনা অনাল খুনজাওবু কুকিশিংগী মখুৎতগী কনখি।[২২]

২১। দাঃ য়েনকোকপম শরৎ সিংহ, শিংজবুং লৈরক নাগ মপালনা ৱারী অসি পীবীরকখি।
২২। অনাল তোম্বা (নুপা মাইবী) বু পাল (PAL) না তাং ১২/৮/৯৬ ইংদা উন্নদুনা বাবী শাবগী কেশেত রেকোর্দিংদগী ৱারী অসি লৌথোকচবনি।

## (খ) ঙানু লৈমা

বাংব্রেনগী অতোপ্পা লৈমা অমদি ঙানু লৈমনি। ইঙা থাদা বাংব্রেন হরাওই। হরাওবা নুমিৎকী নিনি চনবা নুমিৎতা শুগনু তুরেলদা নুপা নুপী পুন্না হি অনিদা তোংদুনা ঙানু লৈমগী খুবম তান্না হোনথগনি। বাংব্রেনগী লাইফমদগী হায়থরগা ঙানু চিনথাবম হায়দুনা লৈরিবা অসিদনি মাগী খুবম লৈরিবদি। খুবম অসি ঈশিং ময়াইদা লৈ। মফম অসি য়ৌরগা ঙানু লাবা অহুম ঙানু লৈমদা কৎকনি। ঙানু অহুম অসিগা লোয়ননা কৈথেল মাপনদগী লৈরুবা কবোক খোইদুম মাপন, লৈ অঙৌবা মাপন, দখিনা মাপন, ফনেক কুমজিংবী অমা, ইন্নফি অমা, ঈশিং মথক ঈপাক অদুদা কৎলি। ময়াম অসি কৎলগা ঈরৈমা ঙানু লৈমা লৌখৎলি। লাই লৌখৎপা লোইরগা হি অনি অদু অমনা বাংব্রেনগী অমনা ঈরৈমগী ওইনা তান্নরকই। হি অনি অদুনা বাংব্রেনগী মপা য়ৌরগা হিনুংদগী লৌখৎলুরিবা লাই অদুগা বাংব্রেন হরাওবগী থৌ পাংথোকই।[২৩]

**বাংব্রেন খুনকুমলোন** দা বাংব্রেনবু 'তালোয় লুমলেন মাপনবু লুমনপা' হায়দুনা শৈথারি। তালোয় মাপন অসি ঈশিং লাইরেম্বী চবুন অদুনি। অপুনবগী মশক ওইনা ঈরৈমা ওইনা লৌখৎলগা লাই হরাওবা মতমদা বাংব্রেনগী ওইদা ফমদেংহনবগী বাদনি। অনাল চনু অসিদি ঈরৈমদা তিনখ্রে, ঈরৈমা ওইখ্রে।

ঙানু চিনথাফমগী খুবম অসিদা লৈরিবা অসি ঈরৈমা মথনতনি। বাংব্রেনগী য়াওদে। ঙানু লৈমা অমদি বাংব্রেন অনিমক শাগেগী লাই ওইনা লাৎনদে। লম লাই ওইনা লৈ। হরাওবা মতমদা বাংব্রেনগী কোমাই হাপ্পী অদুগা ঈরৈমা ঙানু লৈমগীদি কোমাই হাপতে।

ঈশিং লাইরেম্বীবু ঙানু নৎত্রগা কাংঙা ওইনা লৌদুনা লাৎনবা অসি কুইরবা মতমদগীনি। মালেমগী সিভিলাইজেসনগী হৌরকফমনি হায়নরিবা অরিবা মতমগী ইজিপ্টকী লৈশেম-নোংশেম্বগী মিথোলোজিদা ঙানু অসি য়াম্না মরুওইবা অমনি। মালেম অসিদা করিসু লৈত্রিঙৈদা ঙানু অমা লাকলগা মরুম অমা কোকলম্মী। মরুম অসিদগী নুমিৎ লাইরা পোকখি। য়ানা মালেম লৈশেমখি,

> The creation myths of Hermopolis, like those of Heliopolis and Memphis, speak of a primeval mound. At Hermopolis the main temple site stood near a sacred lake and in the lake was a small

---

২৩। বারি অসিসু দাঃ য়েনকোপম শরৎ সিংহনা পীবিরকখি।

island – the primeval mound and a great place for pilgrimages. To this mound, in the time of chaos, came the celestial goose, the 'Great Cackler' who broke the silence of the universe. He laid an egg and from this was born Ra, sun god and creator of the world.[২৪]

## (গ) কৌব্রু অমসুং কৌনু

কৌব্রুবু 'অবাং কৌব্রু অশুপ্পা লৈমনাই খুন্দা অহানবা' হায়দুনা শৈথানৈ। মৈতৈগী লাই-তিনগী বারীদা অবাং কোরৌ নোংনাংপান হায়দুনা লৈরিবা অবাংবদা লৈবা লাইরৈপাক অসি কৌব্রু চীংদোনদনি। খোংজোমনুপী তরুক্না লাইরৈপাক চৎপা মতমদা কৌব্রু চীংদৌন তাম্না কাখৎখি।

কৌব্রু চীংদা মীওইবনা অহানবা ওইনা খুন্দাখি হায়দুনা মফম অসি য়াম্না অরুবা লাইফম ওইনা লৌনরি। কৌব্রুগী লাইফম কয়ামুক অবাং মাইকৈদা লৈরি। খ্বাইদগী মরু ওইবদি কৌব্রু চীংথক্তা লৈরিবা অসিদনি। মৈতৈগী মিথোলোজিদা লৈরিবা কৌব্রুগী অতোপ্পা য়াম্না মরুওইবা অমদি মহাক অসি কুমদম্বা লাইশিংগী মনুংদা অমনি। কুম তমলিবা লাইশিংদি কৌব্রু, কৌব্রুগী মচানুপী লৌবা মারজিংগী মচানুপা লোয়ালাকপা, কৌব্রুগী লৈমা কৌনু অমসুং থাংজিংনি।

কৌব্রুগী খুবমদা কৌব্রুগী ওইদাকৌনু লাইরেম্বীগী ফমফম লৈরবসু কৌনু লাইরেম্বীগী মরুওইবা খুবমদি কৌনু চীংদোন্দনি। লোইনাই পাখংবনা অহানবা নিংথৌ ফম্বাল কাবগী ইরাৎথৌনিদা ইরম তরেৎকী ঈশিংনা ইরুজখি। লাই পাখং তরেৎনা কৌব্রুদা ঈশিংলৌবা চৎপদা কৌনু লাইরেম্বীনা ঈশিং পীরকখি। ঈশিং পীরকপা অসিদা কৌব্রুদি য়াওদে। মতাং অসি অনোইরোলদা অসুম্না ইরি,

চীংঙু লাইপুংথৌনা
লাইচা য়িরম তরেৎকী য়িখাইননা য়িরৌএ।।
বাংনু লৈমদগী য়িবানথাপাদি
সিনপী লৈমনা য়িতমএ।।

২৪। Richard Patrich & Peter Croft, **Classic Ancient Mythology**, 1987, p.27

অবাং কৌপরুতাগী লাইচা য়িবান থাপাদি
কৌনু অতোনপীনা য়িতমএ।
লমলেন চীংকোই লোকতাকী য়িবানথাপাতি
নোংপোক নিংথৌনা য়িতমএ।[২৫]

অবাং শেকমাইনা কৌব্রু হরাওবা মতমদা কৌজেং লাইরেম্বীগী লৈহুন তম্মী। লাইরেম্বী অসিসু কৌব্রুগী লৈমনি। কৌব্রু হরাওবগী ঈকৌবা নুমিৎকী নুংথিলদা কৌজেং লাইবেম্বীগী খুবম তান্না চৎতুনা লৈহুন অনি তমদুনা কৎলুই। কৌজেং লাইরেম্বীগী খুবমসু অয়াংলৈমা অমসুং ঙানু লৈমা লাইরেম্বীগুম মখোয়গী লাইনিংথৌগা পুন্না ফমদেংদুনা হরাওদে, তোঙান্না তোপ্পা লৈ।

মোইরাং থাংজিং হরাওবদা য়াওরিবা লাইবুংথৌ মাপনগী মনুংদা অমা ওইরিবা নোংশাবগী লৈমা ওইনা ইবেনথৌ মাপনগী মনুংদা কৌজেং লৈমসু য়াওই।

মালেম অসিদা লৈরিবা শা, ঙা, উচেকনচিংবা লেঙলি পাল্লিবা পুমনমক্কী লৈশেম্বা (পোকপা), শিবগী লাই ওইনা, ঈশিং লাইরেম্বী ঙানুলৈমগা অপুনবা শক্তম অমদা লৈরিবা ৱাংব্রেনগী মিথোলোজি অসি, মণিপুরগী চীং-তমগী অপুনবা মিথোলোজি ওইনা লাইরেন পাখংবনা খোইয়ুম লাই পুমনমক্কী লাইনিংথৌ ওইনা শাগৎলকলিবা মিথোলোজিদা নৌনা চঙখিবা নৎত্রগা হাপচিনখিবনি হায়বা য়াই। ৱাফম অসি কৌব্রুগী মতাংদসু পনবা য়াই। খোংজোমনুবী তরুক্না লাইরেপাক তমলকপা, কৌব্রু চীংদোন য়ৌরকপদা লৈরমলিবা লাইনিংথৌ অবাং পাখং য়োইরেনপাবু কৌব্রু ওইনা তাকপা থেংনদে। মারজিং হায়বা লাই অসিসু গুরু শিদবা অমদি মচানিপা অসীবা (সনামহি) অনিনা লৈশেম-নোংশেম্বা লোয়রবা মতুংদা থোরকখিবা লাইনি। থাংজিংগী মতাংদদি অহাঙবা অতিয়াদগী লাকপা লাই ওইনা মশক তাকলিবা অসি নত্তনা অতৈ থোইদোকপা মিথ থেংনদে। কৌব্রুগী মতাংদসু অসিমঙাই। ৱাংব্রেনগী মতাংদসু লোইনাই পাখংবনা অহানবা ফম্বাল কাবগী ইরাৎ থৌনিদা ইরম তরেৎকী ঈশিং লৌবা চৎপদা ৱাংনুলৈমা হায়বা লাইরেম্বী অসিনা ঈশিং পীরকই হায়দুনা য়াওরি, ঈশিং অসি ৱাংব্রেননা পিরকপা নত্তে।

মাইকৈ ঙাকপা ওইনা লৈরিবা লাই মরি হায়বদি থাংজিং, মারজিং, ৱাংব্রেন অমদি কৌব্রুগী লৈমশিং অসি অমরোমদা য়ান্না লিরবা অমদি কুইরবা মতমদগী

২৫। খুমনথেম য়াইমা সিংহ, মৈতৈ জগোই (অনোইরোল) অনিশুবা শরুক, ১৯৭৫, লা ২৫

হৌনা মখোয়গী লাইনিংথৌশিং অসি লাৎত্রিঙৈ মমাংদগী লৈরকলবনি হায়বসি মখোয়গী মিথোলোজি নৈনন্নবদগী খঙবা ঙম্মী। থাংজিংগী লৈমা অহুম, ৱাংব্রেনগী লৈমা মাপন, কৌব্রুগী অনি, অসুন্না লাই নুপাশিং অসিগী লৈমা নৎত্রগা তালোয় মশিং যাম্বা অসি সমাজদা পোলিগেমি নৎত্রগা নুপানা নুপী লোনবগী চৎনবী লৈরম্বগী মওং তাকলবসু গ্রীসতা জিয়ুস অমদি রোমদা এপোলোগুম্বা মতিক লৈবা লাই নুপাশিংগী মিথ শাগৎলকপদা হাননা লৈরম্বা লাইরেম্বী কয়াবু মখোয়গী লৈমা ওইনা তিনশিনখিবা মওং অদুগা চাংদমনবা য়াই।

মথক্তা লৈখিবা ৱাফম অসিগা মরি লৈনননা থাংজিং, মারজিং, ৱাংব্রেন অমদি কৌব্রুবু করম্বা মতমদগী মাইকৈ ঙাকপা লাই ওইনা লৌনরকখিবগে হায়বদু যেংবা য়াই। অতিয়া গুরু শিদবা অমসুং মচানুপা অসীবা (সনামহি) অনিনা অহানবা লৈশেমলকপদা মাইকৈ ঙাকখিবা লাই মরিদি,

> . . . চিথেক মরিমক্তা লৈপাক ঙাকপাদি পিসাতাওনা নোংচুপ ঙাকলে, কারীনা খা-রম ঙাকলে, কারানা নোংপোকলম ঙাকলে, নোংতম খুবনা অৱাং লম ঙাকলে।[২৬]

অহানবা শেমখিবা মালেম অদু হারাপা (পাখংবা) না চায়খাইদুনা মাংহল্লবদা অসীবা অমদি গুরু অনি তান্নদুনা অনিরকসুবা ওইনা মালেম লৈশেমখি,

> . . . লৈপাক অদুবু অমুক তন্না সেমএ। লৈপাক মহাক্তি হামৈ মরম পাকলে, য়ুহানা নোংসিৎলম ঙাকএ, য়ুচেংনা মৈরম ঙাকএ, থাবানা লাইচিরম ঙাকএ, চেংঙানা লিকলম ঙাকএ।[২৭]

অহুমলকসুবা লৈশেম্বা মতমদা মায়কৈ ঙাকখিবা লাইশিংদি,

> . . . লৈপাক্কী পনচি মরিমক্তা চুপশেং থারে। চুপকী মমিংদি লিক্রুমদা উরৈ পান্নে, নোংশিৎলমদা উরিং পাননে, মৈরমদা উশিং পান্নো লাইচিরোমদা উরৈপান্নে। . . . লৈসাতাওনা নোংচুপ ঙাকএ, নোংসাতাউনা খা-রম ঙাকএ, লৈখোম তাউনা নোংপোক ঙাকএ, নোংখোম তাওনা অৱাং ঙাকএ,[২৮]

২৬। য়েংখোম ভৈগ্য, **লৈথক-লৈখারোল**, ১৯৬৭, লা ১৯
২৭। মথক্কী লাইবিক, লা ২০
২৮। মথক্কী লাইবিক, লা ২৩

লোইনাই পাখংবনা নিংথৌ ফম্বালচীংদা ফম্বাল তোংবদা চীংতম চীংঙাক শেনবা-কোইবা লাই তরানিথোই লাকপদা থাংজিং য়াওরকই,

থাংজিং, কোইরেন, পোন্দে, পোলাং, য়িপুলেন, য়ুকৌলেন, বানশৌবী, বানশৌবা, চরিশোনবা, সরু লাইতংবা, লাংজেং, সলোইলাইতরানিথোইমকনা চীংশেম্বা।

নোংদা লাইরেন পাখংবনা তাউরোইনাই, তাউবী ঈরোইনাই, লাইরেন তাউরোইনাই অহুম্মকপু খুনেৎনা, থবা, চেংঙা, য়ুচেং, য়ুহা মরিমকপু কংলৈ শমজি (মাইকৈ) ফমহনবা মতমদা থৌবী লৈফনবী, ঙাঙোই লৈরাম্বী, থৌবী লৈখোম্বী, ঙাংঙোই কাজাউবী মরিমকনা চাকলেন ফাঙখোং ওইনখি।[৩০]

অসিগুম্বা মতম অসিদা চীংঙু কৌব্রু অশুপ্পা, চীংঙু হনকোই নিংথৌ, খোইমোম লাংবুম অরিবা, থাঙবাই মারহন নিংথৌ, চীংঙু ওংজা চীংমাবা, চীংঙু উতিন উকাং নিংথৌ, খোইমোম বাংব্রেন খানা চাউবা, সেল্লোই নুংখোংবা লংমাই নুংলাউবা, চীংঙু থোংনাং অরিবা . . . পুমনমক অসি পাখংবগী ফম্বাল তোংবদা লাকখি।

---

২৯। খুমনখম য়াইমা সিংহ, পাখংবা ফম্বাল, ১৯৬৭, লা: ৯

৩০। মথকী লাইরিক, লা: ২৪ - ২৫

## তরুকশুবা শরুক

# পানথোইবী

মণিপুরগী অবাং-নোংপাক্তা লৈরিবা উখ্রুল হায়বা মফম অসি অঙনবা মতম হায়বদি অরিবা নুঙগী যুগতগী হৌনা মীওইবনা খুন্দারকলবনি। য়োংদগী থংথরকপা হৌজিক্কী মী (Modern Man) গা খ্বাইদগী নকনবা হোমো সেপিয়ান্স সেপিয়ান্স (*Homo sapiens sapiens*) হায়বসি লৈরম্বগী খুদম উখ্রুলগী খংখুই শুরুংদগী ফংবা ঙমখিবা মমাংগী ১(১) শরুক্তা থেংনশ্রে। নোংপোক অমদি পানথোইবীগী হৌরকপা মতমগী শক্তম হায়বদি সরম তাংখুল নুরাবী অমদি সরম তাংখুল পাখংগী হৌরকফমসু উখ্রুলদনি হায়বদু ২(১) শরুক্তা পনশ্রে। মণিপুরদা ফংলিবা লাইরেম্বীশিংগী মনুংদা অরিবা মতমদগী লাৎনরকপা লাইরেম্বীনা অরিবা মতমগী মশক অদুদগী মথং মথং চাউখৎলক্লুনা কাইনথংদা তাইবংপান পুমনমক অসিগী খ্বাইদগী থুপ্পা, খ্বাইদগী বাংলবা মপুং ফারবা শক্তম য়ৌনা কাখৎলকখিবা মওং অসি পানথোইবী হায়বা লাইরেম্বী অসিদা উবা ফংঙি। বাফম অসিগা মরি লৈননা মখাদা তোঙান-তোঙানবা তাংকক কয়াদা ওইরকখিবা পানথোইবীগী মশক অদু থমলি।

### (ক) পানথোইবী অমসুং খাবা

পানথোইবীনা হাওরৈমা শম্বুবী ওইরিঙে, নোংপোক্কা পুন্না লাৎথ্রিঙেগী মতমদা খাবগী বা য়াওবাথেংনদে। খাবা য়াওরকপদি থৌবাল তুরেলনা লৈহাও ফরবা মণিপুর তম্পাক য়ৌরকপা, নোংপোক অমসুং পানথোইবী অনি পুন্না খুবম য়াদুনা লাৎলকপা মফমশিংদনি। থৌবাল তুরেলগী মরিন মতুংইন্না অমদি মণিপুর তমপাক্কী অয়ামবা মফমশিংদা চাইনা শন্দোক্লুনা নোংপোক পানথোইবীগী খুবমশিং অসি মতৌ করমনা ওইখ্রিবনো হায়বা মতাংদা খাবগী বা থোকলকই। বারী অসি লম্বীৎলোন দা য়াওরি।

**লম্মীৎলোন** গা কোন্ন-কোম্ননা লৈবা নোংপোক পানথোইবী অমদি খাবগী মিথ অদু মখাদা শমলপনা লৈরে,

পানথোইবীনা খাবগীদা লৈরিঙৈদা নোংপোক পানথোইবী অনিনা উচেক ওন্দুনা নুমিৎ খুদিংগী উনৈ হায়বদগী মফম অদুবু উচেককোন কৌখি। পানথোইবীনা নোংপোকপু থিরকপদা মফম খঙনবগীদমক নোংপোকনা উচেক লাংমৈ মতু থেৎতুনা থনম্মী হায়বগী মফম অদুবু লাংমৈথেৎ কৌখি। খাবগী য়ুমদগী নোংপোক পানথোইবী অনি পুন্না চেনমিন্নখ্রবদা, খাবনা থিরকপদা পানথোইবীনা কৈ ওন্দুনা চৎলম্মী অমদি কৈ অদুনা অকিব্বগী খোনফমদা খোংলম্মী হায়দুনা মফম অদু কৈরাও কৌখি। নোংপোক্না কাউরেন অমা ওন্দুনা পানথোইবীবু ঙাইরম্মী হায়বগী মফম অদুবু ঙাইরাংবম কৌখি। নোংপোক্না কৌরকপদা পানথোইবীনা শজি ওন্দুনা খুমলকই হায়দুনা মফম অদু খুমবোং কৌখি। খাবনা থিরকপদা কাউরেনগা শজিগা পুন্না চৎমিন্নরম্মী অমদি খাবনা শজি অদবু নমদুনা ফাখি হায়দুনা মফম অদুবু শজিরোক শমফা-নমফা কৌখি। খাবনা পানথোইবীবু অমুক থেমদুনা পুখি হায়দুনা মফম অদুবু খাইদেম কৌখি।

পানথোইবীনা সরম চনু ওইনা নোংপোকপু ঙাইদুনা লৈরিঙৈদা খাবনা সরম পাখং ওইনা লাক্লুনা ৱারী শানখি। মখোয় অনিগী ৱারী অদু নোংপোকনা শন ওন্দুনা লুমদুনা তাখি। খাবনা চৎখ্রবদা নোংপোকনা ৱারী অদু তমলুবদা পানথোইবীনা শাওখি। মফম অদু শলুংফম কৌরসি হায়দুনা নোংপোকনা পানথোইবীবু থেমখি। অদুদগী মফম অদু শলুংফম কৌখি। সরম তাংখুল নোংপোক্না সরম তাংখুল নুরাবী পানথোইবীগা মতম খরা চাদা নাওদাদুনা পাল্লম্মী হায়দুনা মফম অদু নোংপোক সরম চীং কৌখি। মখোয় অনিনা অমুক চেল্লকপদা ৱারদুনা লমবীদা পোখাবদা পানথোইবীনা মকোকতগী শল্লাং অমা থৎতুনা লৈবাক্তা থাখি, অদুনা য়াইরি পাম্বী ওইনা হৌরবদা, নোংপোক্না মরুম অদুদা তুম্মী। তুমবদগী হৌগৎলগা হৈ চানিংখ্রেদা হায়দুনা শোল্লকপদা পাম্বী অদুদা পাল্লিবা হৈরি অদু পানথোইবীনা হেকলগা মেৎলগা নোংপোকতা পীজখি। মফম অদু য়াইরিপোক কৌখি।

থৌবালদা থৌবগী য়ুমদা মতম খরা লৈরম্মী। খাবনা অমুক তাল্লকপদা মখোয় অনি লমখুনু ওন্দুনা পাইখি। খাবনা. খুনু খরং ওন্দুনা তান্নরকই, অনি অদু ককচিংদা ইরুম নিংথৌগীদা চেনশিন্দুনা লোৎলি। খুনুখরংনা পাইবা ঙমলকত্রদুনা তাখিবা মফম অদুবু খরুংপাৎ কৌখি। অনি অদুনা ইরুম নিংথৌগীদা মচানুপী অমা পোকলম্মী। খাবনা অমুক তাল্লকই হায়বদা অঙাং অদু ইরুম নিংথৌদা য়োকচহৌরো

হায়দুনা পীথোকলমলগা অমুক চেনখি। মচা ইবুংঙো অমা পোকলম্মী। খাবনা অমুক তাল্লকপদগী অঙাং অদু থনমলগা চেনখি। অঙাং অদুনা পলেম পলেম কৌদুনা কপহৌই হায়দুনা মফম অদু পলেন হায়না কৌখি। হৌজিক পলেনদা শেকমাই নিংথৌ হায়দুনা খুবম য়াদুনা লাৎলিবা লাই অসি হায়রিবা মচা ইবুংঙো অদুগী খুবমনি।

হৈরেমদা পানথোইবী অমদি নোংপোকনা মতম খর শু-নোমদুনা লৈবদগী হৈরেমদি হায়নিংঙাই লৈতনা চাহোং ঙাহোংদুনা পাল্লকলে। মতম অদুদা খাবা মরৈপুঙদি কংলৈ লাগুম কংলে। হৈরেম খুনজানদগী তরা-চাকপু পুদুনা চারে। খাবনা হৈরেমদা করমনা নুঙাইরিবনো হংবদা মরুপ শাদুনা লৈরিবা অনি অদুগী মপান্দগীনি হায়দুনা খুমলে। পাউখুম অদু তাবদা অনি অদু কংলৈদা লাক্কুনা খরা শুবী-নোম্বীয়ু হায়দুনা খাবনা হায়জরক্লে । হৈরেমনা খঙদবনিনা অনি অদু কংলৈদা থারকলে। অনি অদুনা নুঙাইত-নুঙাইতনা খোইনিং ওন্দুনা পাইশ্লগা মী অমুক ওন্দুনা খাবগী য়ুম কোইদুনা শু-নোমদুনা পানবদগী খাবগী লৈবাক নুঙাই য়াইফনা পানখি।[১]

## (খ) পানথোইবী অমসুং লাই হরাওবা

চকপা হরাওবা, মোইরাং হরাওবা, ককচিং হরাওবা অমসুং কংলৈ হরাওবা হায়দুনা লৈরিবা হরাওবশিং অসিদা পানথোইবী য়াওদবা লৈতে। মওং মতৌদা খরা খরা খেৎনবা মওংদা য়াওরবসু নোংপোক অমসুং পানথোইবীবু লৌউ-শিংউবগী লাই ওইনা লৌবা মওং অদুদি ইমান মান্নে।

চকপা অন্দ্রো পনম নিংথৌ হরাওবগী য়াম্না মরু ওইবা শক্তমদি পুংয়ৈবা অমসুং খোং শুবনি। লৈশেম নোংশেম্বা মতমদা তাইবং চারা শন্দোকনবা লাইনুরা তরেৎ অমদি লাইবুংথৌ মাপন্না সান্নমিন্নখিবা মওং অদু লাক্কুনা, মদুগী খুদম ওইনা পুং য়ৈবা অমদি খোং শুবগী থৌ অসি পাংথোকপনি, খোং (শুমবন ) না লাইনুরাশিংগী শিনুং অমদি শুকশিং অসিনা লাইপাখংশিংগী শিনুংগী খুদমনি। পুং অসিসু লাইরেম্বীনি। মসিদা য়াওরিবা লাইশিং অসি মশক মমিং অপান্নদ্রি, চবুন ওইনা লৈরি।

১। থোকচোম বাজো (মাইবী), লমদাই, ১৯৮০, লা ২১ -৩৩

অদ্রোনা হরাওরিবা অসি লাই অনিনি। অমনা পনম নিংথৌ অদুগা অমনা পুরৈরোম্বনি। পুরৈরোম্বা হরাওবা মতমদা হাওরম পাখং অমগা হাওরম লৈশাবী অমগা থোকমিন্নদুনা লৌ য়ানমীন্নবগী মতাং অমদি য়াওবা হৌরে।[২] নোংপোক পানথোইবী হায়দনা খঙনবদি নত্তে।

চকপা ফয়েং হরাওবদদি পানথোইবীগী মশক অমদি থৌদাং মপুংফানা চোংথোকলে হায়বা য়াই। ফয়েং হরাওবা হয়েং হৌগনি হায়বা নুমিৎ অদুদা খোং শুই। অদ্রোনা শুবদি, শুকনা শুমবন্দা শুর শুরগা ঈশৈগী নুংশিবা খোঙ্গাং অমা ফোংদোকপনি। ফয়েংনা শুবদি শুমবন্দা চেং হাপলগা হরাওবদা লাইগী চংগদবা য়ু শুংনবা য়াম শুবনি। ফয়েংগী খোং শুরিবা অসি মাইবীনা পানথোইবীগী শক্তম লৌদুনা পানথোইবীনা শুবনি হায়দুনা শুবনি। শুবা মতমদা শুমবনগী মৈহৌরোল শকই। শরিক খীগুদুনা মাইবীনা 'নমা ইবেম্মা ঐনা খুনজাও লৈচাউনবা ফৌসু তমলগে' হায়রগা শকই। শুমবন মৈহৌরোল অদু মখাদা লৈরে,

নবেম্মা আ
নদুনা নোংথাং লৈমনিঃ
ইদুনা বাংই বাংঙমলোই
ইপা ইবুংঙো কাইন
চীংশোম্বগী মমোমলোই
খোংজাই শুমবল মাইপাকপী
উমুনা শুকতি তুতুম্বী
য়াইদা খাংতেপ লাকশিল্লে
নাচন লাইফৌ হাপচিল্লে
ফৌবিনা খগ্রোই ফৌবোন চেংঙাংনা
চেংজৈ তারেনে
. . .
য়াংকোক্লা খপচোইনরকলে।[৩]

২। বাহেবেম লুখোই সিংহ, লাই হরাওবা, ১৯৮৯, লাঃ ২১৭
৩। মঙ্গী সিংহ, চকপা হরাওবদা পেনাগী হৌরককম অমসুং মকম, ১৯৯২ লাঃ ৭৫

চকপা ফয়েং হরাওবগী লাই ইকৌবা নুমিৎ নুংথিলদা লাই খেন কাবা হায়দুনা লমহাং অমদা চৎলি। মসিদা মাইবীনা মাঙ থারগা য়াওশোক পুবীনা মথং চৎতুনা নুপী নুপা ময়াম লৌয়ানবগী মতাং অমা য়াওরি। অসুম্না নুপী ময়াম লৌ য়ানদুনা লৈরিঙেদা তাংখুলনা তেন অমা পায়দুনা থোকলকই। অহানবদা তাংখুলনা নুপী ময়াম অদু কোয়তান তাল্লমলগা কোম্না নুপী ময়াম অদুগা লৌ য়ানমিননৈ। লৌ য়ানবা লোইরগা নুপী ময়াম অদুগী মরক্তগী নুপী অমা তাংখুলনা ফারগা লাইমাঙদা জগোয় শামিন্নে। নুপীশিং অদুগী মনুংদা নুরাবী নৎত্রগা পানথোইবী হায়দুনা তোঙানবা মওংদা লৈতে। হরাওবা হয়েং লোইগনি হায়বগী নুংদাংদা মাইবগা মাইবীগা লাইগী থাঙ পায়দুনা হাইনগনি।

কংলৈ হরাওবদদি মাইবী অনিনা অমনা নোংপোক ওইনা অমনা পানথোইবী ওইনা ঈশৈ পাউশান্দুনা লাইরোই নুমিৎতা থাঙ হাইনৈ। ককচিং হরাওবদদি নোংপোক অমসুং পানথোইবী ওইনা থোক্তুনা থাঙ হায়নৈ।

চকপা শেকমাই হরাওবদা নুংথিলগী লাইবৌ চোংবা হেক লোইবগা তাং খুলগা নুরীবীগা পুন্না থোকলগা লৌ য়ানমিন্নরগা লাইমাঙদা পুন্না খুরুম্মিন্নে। ককচিং অমসুং কংলৈ হরাওবদদি নুরাবীনা হান্না থোকলগা কোম্না তাংখুল থোকই।

লাই হরাওবদা য়াওরিবা তাংখুল অসি পাখংবনি। তম্পাক্তা খুন্দারিবা মৈতৈনা মবুধৌ পাখংবগা মবেনধৌ তাংখুল চনুগা করম্না থেংনদুনা লৌউ-শিংউমিন্নদুনা খুন্দা লৈতাদুনা পানখিবগে হায়বগী বারী অদু অরুবা তঙাইফদবা ওইনা লৌদুনা থম্বনি হায়বা য়াই।

## (গ) পানথোইবী অমসুং নোংপোক

মণিপুরদা তন্ত্রগী প্রভাব চংলকপা মতমদা পানথোইবী অসি শক্তিগী মশক ওইনা শেমগৎলকই অদুগা তাংখুল পাখংবা নোংপোকনা সিব মহাদেবগী শক্তম ওইনা ওল্লকই। নোংপোক পানথোইবীবু সিব শক্তিগী শক্তম য়ৌনা থাঙৎখিবদি **পান্থোইবী খোঙুল** হায়বা লাইরিক অসিনি।[৪] লাইরিক অসিদা পানথোইবীবু লৈশেম

৪। এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, সংস্কৃতিগী বারোল, ১৯৯১, লা: ১৪৫

নোংশেম্বা নুপী নুপা অনিমক পুন্না ওইবা ঙম্বা গুরু শিদবগী মশক য়ৌনা শিংথারি,

. . .

নুকি নুরম তাপী

পাকি পারম শকপী

লুমাঙ শম্লাং চকো লয়

লুতুং শমচি ওইরম হুল

খোইমোম লাইগী মপোক থোইখোয়পী ৫

নোংপোকপুসু শিদবা মপুগী মশক য়ৌনা শিংথারি,

লংমাই নিংথৌ য়োইরেলপা
নোংপোক মালং হুম ওইনা
কোরও নোংখোং কোয়পা

মালেম লৈখোঙ কোয়পা ৬

নোংপোক অমসুং পানথোইবী অনিবু লৈশেম নোংশেম্বা গুরু অমসুং লৈমরেন অনিগী মশক য়ৌনা থমলবসু পানথোইবীগী শক্তিনা নোংপোকতগী হেন্নবা, নোংপোকপু লাকশিনবা ঙম্বী ওইনা য়েকই। পানথোইবীনা থৌবাল তুরেলদা ইরোইদুনা শান্নরিঙৈদা পানথোইবীবু লকনগে হায়দুনা নোংপোকনা কৈ অমা ওন্দুনা লাকলবদা পানথোইবীনা,

কৈরেল শোঙকীতানা
পামপা মায়োক য়ানা

. . .

পামপা ঙকথী লুমলাং কোননা
কৈরেল শয়াঙ থক্তা তোংখৎলে
পামপা শাথৌ থৌইনাতি
তমপা মরাং হৌনা

. .

শাথৌরপতা
অঙৌবা আরুপা কৈশাপাসুঙ
মালং মথি নাইনা

৫ খেম চন্দ্র সিংহ, পান্থোইবী খোঙ্গুল, ১৯৭২, লাঃ ৫
৬ মথক্কী লাইরিক, লাঃ ১২৭

নোংপোক মরাঙ হৌনা
কোরও নোংখোঙ মতেক মান
মালেম লৈখোঙ কোয
কোরৌ নোংতোল পাই,
লৈরোল নোংলোল অহমকপু
ফাওনা কোয়মল লাপাকি তমকপু
তমপা

অসুম্না পানথোইবীনা কিবা লৈতনা নোংপোকনা ওনবা কৈরেন কৈজাউ অদুবু থৌদুনা শান্নখি। মতাং অমদা অমুক পানথোইবীনা ঈশিং শোকলুগে হাযদুনা চৎপদা অঙৌবা নোংপোকনা তমথিরবা লিন অমা ওন্দুনা ময়া কাদুনা মবৈ তমদুনা পানথোইবীগী লম্বীদা থৎতুনা লৈরবদা পানথোইবীনা,

তমফা মৈতেংঙু চনুনাতি ঐতি
কোরৌ নোংতংলেংপী
মালেম লৈবী পাফপীনে
লিললা নঙপুতুম ঙককোয়নাকে
হাযনাতি তমফা য়াই খোবাং থাংনা
যোয়পু খাপী মথি নাইনাতি
তাংচ থীখাঙ লাকনা
লিললা ফৈকোননানাতি
তমফা পুকনিঙ খেরাং থাংনাতি

লংমাই নুপী লমচাউ কাখিয়ে । [৮]

অসুম্না পানথোইবীনা অঙৌবনা ওনবা লিল অদু মখুৎনা ফাকগা কোনশিন্দুনা পুখি।

হিন্দু শাক্ত, তান্ত্রীক লাইনিং অসি য়াম্না চম্বা মওংদা হায়বা তারবদি সিব মহাদেবগা তৎন থানবা লৈতনা লোয়নরিবী সিবগী শক্তিবু ফোঙদোকপগী মশক ওইরিবী সিবগী লোয়নবীবু ঈরাৎপনি। মাহে অমরোমদা হায়রগা সিবনা মাগী শক্তিগী মশক অদুদা তাইবং অসি শেম্মী, থম্বী অমদি থুগায় হায়বনি। [৯]

---

৭। মথক্কী লাইরিক

৮। মোইবাংথেম চন্দ্র সিংহ, **পান্থোইবী খোঙ্গুল**, ১৯৭২, লাঃ ১৪৩

৯। Dr. P. Kumar, **Sakti Cult in Ancient India, 1974** p 169

### (ঘ) পানথোইবী অমসুং লৈমরেন

লৈমরেন য়ৌরকপা মতমদদি শুপ্নতগী পানথোইবী মথন্তা ভাগ্রে, মঙোনদগী হেন্না ৱাংবা, হেন্না লুবা, হেন্না থূপ্পা অমা অমুক লৈত্রে। লৈমরেন মিংখে চাম্মগা নিপান লৈরিবা অসিগী মতুংইন্না লৈমরেনবু, লমদা লৈরে লমলৈমা, ঈশিংদা লৈরে ঈরৈমা ওইবী, লাইরেম্বী চবুন অদুদগী হৌরগা, মথন্তনা পুন্নমক্কী হৌফম লোইফম ওইবা, শক্তি পুন্নমক্কী হৌরকফম ওইবী, অপূনবা শক্তম ওইনা শিংথারি,

## আনচি

হয়া হে খোইমোম তরেংবী।।১।।

মরোংখোং মরু পায়রীবী ।।২।।

পাগী পারম শক্রিবী ।।৩।।

নুগী নুরম তারিবী ।।৪।।

লুবাই শম্লাং লয়রীবী ।।৫।।

লুতুং শমচি হন্নিবী ।।৬।।

মপল পলেম পিনাইদবী।।৭।।

পঙ্গৌ তাংশক পনাইদবী ।।৮।।

য়োইবু নদোম তোমশাংপী ।।৯।।

লাংবল চেংগুম শৌগুম্বী ।।১০।।

তাইবং শোংলেন অথাপপী ।।১১।।

তাইবং লিকলেং ওইরিবী ।।১২।।

খমনুং য়াইথোং মিথেম্বী ।।১৩।।

তাইবং থবায় মীপোকপী ।।১৪।।

লাংবল অশি খোইগুমবী ।।১৫।।

থৌজাল লনকু তাইহেন্দবী ।।১৬।।

হয়েল লাললৈমা লনকুবী ।।১৭।।

ৰায়রা শারৈমা শাকুবী ।।১৮।।

লয়তোঙ্ খুদিং মিয়েংবী ।।১৯।।

মায়কৈ তরা ওইরিবী ।।২০।।

চেংলৌ মিৎকোই য়াল্লিবী ।।২১।।

শমু খুৎফাং অহেনবী ।।২২।।

খুৎফাং খুদিং খুৎশূবী ।।২৩।।

খোইমোম পূন্না শোঙকীবী ।।২৪।।

চীংঙু নহিশাং শোঙকাঙ্বী ।।২৫।।

ৰাংবল্ চাক্চা চারিবী ।।২৬।।

কোরৌ ফান্দা ৰাংফম্বী ।।২৭।।

হুমলেন্ নোংফাই চমঙমদবী ।।২৮।।

হামলেন্ শিফা চাইহন্দবী ।।২৯।।

ফুরেল-নুংগী পিরিৎখোম্বী ।।৩০।।

চিনফু তাইথোং লম্মাবী ।।৩১।।

থুপ্না লৈবী লাইখুরেম্বী ।।৩২।।

লয়্শূপ্ লয়শোই খোল্লিবী ।।৩৩।।

হুমবু নারেং কূপশূবী ।।৩৪।।

লানফম চৈথা খাঙ্ফদবী ।।৩৫।।

হুয়েল লানশোক লৈমাবী ।।৩৬।।

পাম্বোম খূৎশূ শিঙথাঙমদবী ।।৩৭।।

থাঙহাই নোংথাং পান্দম্নবী ।।৩৮।।

শঙাইশেল তাহল পাইগুম্বী ।।৩৯।।

উনবি শৌশা মাঙহনবী ।।৪০।।

শমু মাঙ্দা খাঙ্ঙমদবী ।।৪১।।

লানফম কুম্মৈ য়েংগনবী ।।৪২।।

শকথোং ঈঙাং কারিবী ।।৪৩।।
ঈনগী খূর্জ্জি পায়রিবী ।।৪৪।।
পেগী চহুম শূরিবী ।।৪৫।।
চীরিক খোনবী চেঙশৌবী ।।৪৬।।
খোইমোম লৈমরেল শিদবী ।।৪৭।।
লাংহৈ কুমদম লোমলিবী ।।৪৮।।
লৈমা তরেং শানওনবী ।।৪৯।।
যুরেপ লৈমা লূচাউবী ।।৫০।।
তমলেন চাংজৌ ওইরিবী ।।৫১।।
চীংঙা লৈমা তখেংবী ।।৫২।।
শিঙনাং চোমজাউ শূরিবী ।।৫৩।।
কবাক য়েনথাং হাইরিবী ।।৫৪।।
লোইবি চীংঙা লাংথাকপী ।।৫৫।।
পীশূম য়াউরৌ শাথৌবী ।।৫৬।।
তেংনৌ লাংপল কোয়্খনবী ।।৫৭।।
চোয়নৌ শবা পৌরোনবী ।।৫৮।।
নুংওল য়াইথোং মিথেম্বী ।।৫৯।।
লৈরক শারং শীরীবী ।।৬০।।
খোংবাল শারং য়ারিবী ।।৬১।।
য়োইবু নোইনু থুমওইবী ।।৬২।।
তাইবঙ থবাই লিকলেংবী ।।৬৩।।
তমপা নপাল উনাইদবী ।।৬৪।।
পামেল নরা লীচত্তবী ।।৬৫।।
শিদবা মপাল থারিবী ।।৬৬।।
নাদবা মউ লিংহৈবী ।।৬৭।।

থাঙ্‌লেন হাইকুপ চেল্লিবী ।।৬৮।।

সনা চয়্‌বুল শূরিবী ।।৬৯।।

তাইবঙ্‌ তরা চাক্লুবী ।।৭০।।

তরেৎ শেনজা লনকুবী ।।৭১।।

চকমোম মৈবী ওইরিবী ।।৭২।।

মৈত্রেং মৈথাঙ মৈতোংবী ।।৭৩।।

তমপা পানপা ফাওম্বী ।।৭৪।।

বাংঙম কৈরেন তোংফবী ।।৭৫।।

অঙৌবা শগোল তোংলিবী ।।৭৬।।

য়োইবু থাংয়ি ফৌ-ওইবী ।।৭৭।।

লাইখোং য়িচেল শেল্লিবী ।।৭৮।।

লাইরৈমা তনৌ তরেংবী ।।৭৯।।

খাখোং য়িনামুং খোথবী ।।৮০।।

লুবাং শিমাবীং নোংকাবী ।।৮১।।

খাবী চাম্মা শিত্তকপী ।।৮২।।

অমাই চাম্মা পাউতাকপী ।।৮৩।।

তাইবঙ্‌ মাঙবাই তুংবাইবী ।।৮৪।।

বাংঙম বায়েল থৌয়াংবী ।।৮৫।।

তরা চাক্লিং চাশৌবী ।।৮৬।।

য়েন্‌লম্‌ য়েল্লিং য়েনশৌবী ।।৮৭।।

তাইবঙ্‌ অয়ুক কোনথোকপী ।।৮৮।।

নুমিদাং তাংলৌ কোনশিনবী ।।৮৯।।

লৈমা লায়োনলাং তনৌবী ।।৯০।।

অয়ুক চরা নোংদম্বী ।।৯১।।

ইনুং চরা নোংখাইবী ।।৯২।।

হী মহী তরেৎচী মিঙৌবী ।।৯৩।।

খোইমোম কোরৌ অবাংবী ।।৯৪।।

লৈমবেল ফমথক থোংলিবী ।।৯৫।।

লয়্গী মরী পায়রিবী ।।৯৬।।

নোংগী মরী শূরিবী ।।৯৭।।

কোংয়াং বাত্রে শিলহৈবী ।।৯৮।।

পামেল উত্রে শিলহৈবী ।।৯৯।।

খমনুং য়াংদৌ পিথ্রাইবী।। ১০০।।

অমন শিকূম খোংদ্রাইবী ।।১০১।।

তাইবং ফুঙ্গা মৈরীংবী ।।১০২।।

তমপা মৈবী হানদোংবী।।১০৩।।

লাইজ ঈশিং কানরুবী।।১০৪।।

মায়কৈ শিঙথা ঙমদ্রিবী, ।।১০৫।।

মালং নোংশিৎ তোংলিবী।।১০৬।।

লৈচিল শিফা খোঙ্গাউবী।।১০৭।।

য়োইবু লৈমা অচিবী ।।১০৮।।[১০]

অসুম্না তাইবং মালং পান অসিদা লৈরিবা অসি লৈমরেন মথন্তনি, পুমনমক মহাকনি হায়দুনা শিংথারি।

**লৈমরোন নাউয়োম** পুয়াদা লৈমরেন মশাদগী লাইরেম্বীশিং পুথোকলগা মালেম মরোলশিং নোংলোন মরোলশিং পুমনমক শেম্মী । পুমনমক লৈমরেননি। মচেৎ খরদং লৌখৎলবদা,

> লাইরেম্মা লৈমারেন শিদব লৈখারোল তরেৎ মাদা তুনা লৈবি . . . মালেম লৈরোন তরেৎ মাদা নোংশাবি . . .। লৈমারেননা লৈবাক্কী খোঙজি ওইনা অকলাদা কারন মরি মাগী ময়াইদা চুপ শেন ওইনা লৈবাক মরা চেৎনবা হনজিন্দুনা ফমলে . . .। অসিদগী চিংখৈ মতোন্দা হুইরিগুম্না কুপখৎখিয়ে মমিংদি তিল তালিকেপ কৌই। থবাই নিংশা হোনবা খিবিকপু খোমজিনলে তিলগী মকোক লাইগি মকোক মরু ওইরে . . .। লৈমারেন শিদবীনা নুমিৎতগি

১০। ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ, **লৈমরেন মিংখৈ**, ১৯৭০ লাঃ ১-২৪

কাপথরকলে। লাইরেন পাখঙবাবু নোঙলুম ওইনা পিয়ারে মমিঙদি লিক কৌই।... লৈমারেন শিদবীনা নুমিৎকী মচিদা য়াঙমলে য়াবিরোক কৌই। পাখংববু য়োম্বি লৈমারেননে...।

লৈমারেননা কঙলাগী ... ফমপান তোংলে। লাইয়িংথৌদি মিকিংলেন মনিকহা কৌই। ওয়দি কিং মনিকনু কৌই...।

**লৈমরেন নাউয়োমগী** লোয়সিলকপা মতাংদা - "... সিদগী লায়িংথৌ নোঙপোকপা লৈমারেনগা কংলাগী সাইপু মতোন্দা তখেন খুনুগুম চিলওকনঙে...।" [১১]

হায়দুনা ইরি। লৈমরেন হায়বসি পানথোইবীনি, সিবমক্কী মশক ওইববা শক্তি অদুনি।

## (ঙ) পানথোইবী অমসুং শায়োল তরেৎ

মোইরাংগী শায়োল নৎত্রগা লাংওন তরেৎকী নুংশি বারীশিং অসি তোঙান-তোঙানবা মীশক , মফম মতমদা থোকখিবা ওইরবসু লাইরেম্বীনা তাইবংগী মপোক্তা হনজিন হনজিন তরেৎলক পোক্নুনা শান্নখিবা লিলা নৎত্রগা কুম্মে ওইনা লৌনে। মশি য়েলহৌঙেদা লাইরেম্বীবু চবুন ওইনা তরুক নৎত্রগা তরেৎ ওইনা লৌনরকপগী মশক অদুনি হায়বা য়াই।

মহৌশাদগী হৌনা শাংলবা মতমদগী লাইরেম্বী চবুন লাৎলম্বগী লিকলমদা শায়োল তরেৎকী নুংশি বারীশিংগী মিথ শেমগৎখ্রবসু তশেংনা শায়োল তরেৎকী বারীশিংগী মথং-মনাওদি ঙসি ফাওবা চপ চানা য়ানবা অমা লৈত্রি হায়বা য়াই। অশাংবম মীনকেতন সিংহগী মোৎ মতুং ইন্না শায়োল তরেৎকী অহৌবা শায়োল অসি ফৌওইবী অকোংজাম্বদগী হৌরকই, মথং-মনাও অসুম্না পীরি,

অকোংজাম্বা-ফৌওইবী, হেঙ্গুনহা-লাইরৌরেম্বী, খুয়োল হাওবা-য়াইথিং কোনু, কদেং থাংজহনবা-তোনু লাইজিংলেম্বী, খুম্বোম্বা-পিদোংনু, বাংদিং পুংদিং হৈবা-শাংপচনু শিহৈলবী, খম্বা—থোইবী। [১২]

---

১১। ডারিয়াম্বম ফুলচন্দ্র সিংহ, লৈমরেন নাউয়োম, ১৯৭৯, লাঃ ১-১৪

১২। মণিপুরী বারেং, ১৯৯১, লা ৪১

সরাংথেম বরমনিগী সিংহগী মোৎ মতুং ইন্না 'কদেং থাংজহনবা তোনু লাইজিংলেম্বী অমদি খোংজোম্বা (খুম্বোম্বা) পিদোংনুগী ৱারী অসি শায়োল তরেৎকী ৱারীদা য়াওদে। খোংজোম্বা অসি তোনু লাইজিংলেম্বীগী মচানি। খোংজোম্বনা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা মমা লাইজিংলেম্বী হিংলি। শায়োল তরেৎ হায়না খঙনরিবা অসিদি কনাগুম্বা (লাইরেম্বী) অমনা শিশ্রবা তুংদা মপোক অমা অমুক হন্না পোক্লুনা পাল্লম্বা অদুবু খঙনবনি। সরাংথেম বরমনিনা ইবা **মোইরাং শায়োনগী** মতুংইন্না মোইরাং শায়োল তবেৎ অসি মখাদা মথং-মনাও ওইনা থমলি,

> হেঞ্জুনহা- থোংনাং লাইরৌরেম্বী, শাম্বা নহা লমগানবা-খমনুং য়াইদিং কোনু, ৱাংলেন পুংদিংহনবা-চকপা চনু ফিশাহৈবী, ঙানবা-শংলৌলেম্বী, খুয়োল হাওবা-য়াইথিংকোনু, ফৌওইবী-অকোংজাম্বা অমসুং খম্বা-থোইবীনি।

ৱারীশিং অসি পুন্না মোইরাং শায়োল তরেৎ হায়দুনা লৈজরবসু থোংনাং নৎত্রগা ময়াং চনু অমগা চকপা চনু অমগা য়াওরি। **ফৌগৌরোল** গী মতুংইন্না ফৌওইবী হায়বসি মোইরাং নৎত্রগা মোইরাংখকতনা লাৎনবা লাইরেম্বী নত্তে। ৱারীশিং অসি মোইরাংগী অশৈবশিংনা শকনরম্বদগী মণিপুরগী ওইখি হায়না লৌবসু য়াই। ফৌওইবীগী ইরাৎ-থৌনিদা ওক অমসুং য়েল অমোম ওইনা শিজিন্নরিবা অসিনা লাই নুপা লাৎত্রিঙৈগী মমাং লাইরেম্বী লাৎলিঙৈগী মতমনি হায়না তাকই। ফৌওইবীনা অককনবা লাই নুপা অমগী খুদুম মখাদা লৈতবা, মনিং তম্বা লৈশাবী লাইরেম্বী ওইনা লৈরম্বা অসিনসু য়াম্না লিরবা লাইরেম্বীনি হায়বা তাকই। চকপা চনু ফিশাহৈবী অমদি থোংনাং লাইরৌরেম্বীগী ৱারীদা অশিবগী লাইনুপা চবুন অমগী মশক উবা ফংলে। মীওইবনা শিরগা খমনুংদা অমুক হল্লি। লাইরৈপাক্লা নোংদোন্দা লৈবা অমদি লৈনুংদা লৈবা নোরোক্কী ৱা লৈত্রি। পাখংবা নৎত্রগা অতিয়া শিদবা কৌবা অককনবা লাইনিংথৌ অমা লাৎত্রিঙৈগী মমাঙদা উমং লাই চবুন অমা ঈনা ঈরাৎ থৌনিদুনা লাৎলম্বসু ৭ শুবা শরুক্তা থেংনগনি। মালেম পুম্বগী ওইনা চৎনরম্বা ঈনা লাৎপা ঈরাৎ-থৌনিগী মায়য়োক্তা বৌদ্ধ ধর্ম্ম লাকখি। ধর্ম্ম অসিনা মীওইবগী পুন্সিবু অৱা-অনাগী মশক ওইনা লৌবা, মীওইবগী অপাম-নুংশিবু মীওইবগী মুক্তিগী লম্বীদা অপনবা ওইনা লৌরকপা মীৎয়েংগী মায়য়োক্তা মীওইবগী নুংশিবা অমদি তাইবং-পুন্সিগী ফজবা উৎপা খমনুং য়াইদিং কোনুগী মশক থোকলকই হায়বা য়াই। য়াইথিং কোনু অমদি তোনু লাইজিংলেম্বীগী মতম অসি নিংথৌ অমদি শাদা-লান্দা থৌবা অকল-অথৌশিংগী মতম, নুপী হায়বসি অহিংবা মী ওইনফাও লৌদ্রবা, শুপনতগী

শা-লান্দা ফংলকপা মনা-মথুমগা চপ মান্নবা মওংদা লৌনবা মতমনি। মখোয়দা করিগুম্বা লালহৌ অমা চংশিন্নবগী থৌনা লৈখিদ্রে, লাইরেম্বী ওইরম্বগী নৎত্রগা লাইরেম্বীগী শায়োলনি হায়বগী লিখুনগা শন্নবা উদ্রে ।

বাফমশিং অসিগা মরি লৈননা সায়োল তরেৎকী মথং-মনাও মখাগী অসুন্না সেম্বা য়াই—

(১) ফৌওইবী -অকোংজাম্বা, (২) চকপা চনু ফিসাহৈবী-বাংদিং পুংদিং হৈবা, (৩) থোংনাং লাইরৌলেম্বী-হেঞ্জুনহা, (৪) সাম্বা নহা লমগানবা -খমনুং য়াইদিং কোনু, (৫) খুয়োল হাওবা-য়াইথিং কোনু (৬) কদেং থাংজহনবা-তোনু লাইজিংলেম্বী অমসুং (৭) খম্বা-থোইবী।

শায়োল তরেৎকী খ্বাইদগী অরোইবা, তরেৎশুবা শায়োলনি হায়না য়েৎনবা লৈতনা থাজনরিবা মোইরাং থোইবীগী মতাংদা অমুক হন্না লাইরেম্বীনা শায়োল ওইনা পোকলকপা, মী ওইরবসু লাইরেম্বীগী গুন চেনবীগী শক্তম চপ চানা উবা ফংই।

লাইরেম্বীশিংবু তাইবংগী মীচম অমগী থাক্তা পুথরক্তুনা মপা অমগী খুদুম মখাদা পুবকপা, অমসুং পাখংবগী নিংথৌ লৈবাক্তা লাইরেম্বীশিংনা হান্নগী লাইগী ফমফম তাল্লকপা ৭শুবা শরুক্তা থেংনগনি। পাখংবগী লৈমশিংগী মনুংদা লাইস্নানা লাইগী ফমফম তাল্লকখি। মপাগী খুদুম মখাদগী লাইরেম্বীনা মশাগী অনিংবা, অপাম্বগীদমক থেংনরকপদি মোইরাং থোইবীদা উবা ফংঙি।

মোইরাং থোইবীগী বারীগী মপুংদি মপাইবুংঙো মথংখনবা চিংখুবগা মচাইবেন্মা থোইবীগা অনি অসিগী মুক্লবনি। পাখংবগী লৈমশিংনা মপাগী অয়াবা য়াওদনা পাখংবগী মচাগী মমা ওইকই। মদুগী দন্দি ওইনা মচানুপীশিংবু মপাশিংনা তানথোকখি। অঙনবা মতমগী খুন্নাইদা মীওইবনা কাংবু কাংবু ওইনা অমগা অমগা লান তৌনদুনা হিংলিঙৈদা কনাগুম্বা অমবু মাগী কাংবুদগী তানথোকপা হায়বসি খ্বাইদগী চাউবা দন্দিনি। মী অমনা মাগী কাংলুপকী বাংমদা হিংবা ওইথোকতবনি। পাখংবগী লৈমশিংনা অসিগুম্বা দন্দী অসিগা লোয়নননা পাখংবগী ওইগী ফমফমদা ফমদুনা চপ মান্ননা লাই ওইনা হিংবসু ফংখিদে। লাইস্নানা পাখংবগী ওইগী ফমফম তান্নরকখি অদুগা থোইবীনা মচানুপীনা মশাগী অপাম্বা খনজনবা থৌদাং তাল্লকখি। থোইবীদা মশক-মতৌ , মতিক-ময়াই অমদি থৌনা য়াওরি অমদি মহাকপু লৈমরেনগী শায়োল ওইনা লৌনৈ। থোইবীগী অপোকপা চিংখুবনা নোংবানগা লৌতুনদুনা খম্বগী থবায়

লৌগে খন্দুনা খম্ববু শমুখোংদা য়েৎতুনা চিংলবদা অয়াং লৈমা পানথোইবী লাক্নুনা থোইবীদা পাউ পিরে। থোইবীনা মখুৎতা থাণ্ড পায়দুনা মপাগী থবায় লৌদুনা লমন খুমগে হায়বগী মতাং য়ৌখি,

শামু মশক উবদা নুংঙাইতবা মৈ অদো,
নুরা চিন্দা থোকখরে- "সাবী মানজ পাম্মুবা
ননাও ঙাইবিরমখোকো। থংলেন নদোম চৎকেরা!
ননাও লাকএ ইবুংঙো। মানজ কাদা য়েৎপদো
ননাও সোরি ইখুৎসু' লাল্লু চোমাই লৌরগা
লোয়ুম লুখা থানগে। কেগে মচা লৈরম্মু"
নুরা ঙাওোই লাওরকই। চিংখুবনা তারক্লে।

. . .

থোইবী চেল্লিল্লকপনা হাঞ্জিল্লক্লবদুদা,
শামু-নাতোল অদোমদা কুমথখরে চিংখুবা।
শম্বা লম্বী য়েংদুনা কেগে চৈরাপ পাংদুনা
চেল্লিনল্লক্লে চিংখুবা! থাদোই হেঞ্জিল্লক্লুনা
চৈরাপ তাবা লম্বীদি নুরা মানা য়ৌখরে।
লম্বী উরকত্রবদা চিংখুবদো ঈশিংদা,
চোংথখরে লানখরে। মোইরাং চৈরাপ মনুংদা
চেল্লিখরে মপাদি। মানজ মসুং লাংগীনা
থাদোই লৈবা য়াখিদ্রে। চেল্লিল্লক্লে চৈরাপ লোম।
চৈরাপ থোংজাও য়েশিনখ্রে। থোইবী চংবা য়াদরে।

. . .

থাদোই মমাই লৈরক্লে।।

. . .

নুঙাইতবা মৈদুনা
হেনখিবনা তৌরবোই নোংবান মশক উবদা

"পাপী নোংবান লৈরম্মু! শামু সেনবা য়ানবা!
ইমান লুখা থানগে"। . . .
ৱাংলেন মীকুপ অমতা থোইবী ঐবু ঙাইরম্মু।
নোংবান খুৎতা পায়রিবা তনবা খুৎলাই অদুনা
নংনা ঙম্মে থোইবীগী য়াইবী নংনা লৌজৌদো!!"
হায়না তাংথক লৈতনা চেপ্লিল্লক্লে থোইবীনা।
হক্লোইদৌরে হায়বদু উরবদা নোংবান্দো,
সেন্দ্রারোমদা চেল্লক্লে। ফংদ্রি মখৈ তান্নগে,
হায়রদুনা ইবেম্মা খ্বাংচেৎ মচি লাংনদি
নোংবান মাবু তান্নরে। অয়াংবদি নোংবান্নি
ফংঙোইদবা উবদা কান্নদরে হায়দুনা
লৈতোং 'মদা চোংখৎলে। থাংদা সৈত তৌরক্লে-
"থাং নংনা নোংবানগীদি ঙকশম তোংদম ককউকোহু
চিংউ থাংজিং কোয়রেল - লাই খোয়ুম কৃপা তৌবিয়ু।"
হায়না ছোরি হুপ্লক্লে। লৈশ্রেন লাংওন চংখোনবী
থাদোই মাগী থাংহন্দি, হুনখ্রবদা শোইদ্রবা
পান্দ হৌনদ্রবনি, পাল্লবদা শিদবা
শোইবা য়াদ্র' সোরিনি। . . . [১৩]

লাইরেম্বী তরেৎনা তাইবংমী ওইনা শায়োন্দুনা শান্নখিবা ৱারীদা, য়েলহৌঙৈদগী লাৎনরকপা পোকপা অমসুং শিবা নৎত্রগা কনবিবা অমদি মাঙহনবা ঙম্বা লাইরেম্বীগী চপ চানা ফোংদোকপা ঙম্বদি, লৈমরেনগী লাংওন, পানথোইবীনা ওই-য়েৎ শেন্নদুনা লৈবী মোইরাং থোইবীগী মশক অসিনি। মপানথোংগী ওইবা থৌদোক-ৱাথোক, মফম-মতম খেৎনজরবসু শায়োল তরেৎকী ৱারীগী ময়াংদি লাইরেম্বীশিংনা যুগ যুগকী ওইনা থেংনরকপা সমস্যাশিংবু মায়য়োক্লদুনা অনৌবা য়াইফবা মশক অমগীদমক উৎলকপা, শোকনরকপা অসিনি।

১৩। হিজম অঙাংহল সিংহ, খম্বা থোইবী শৈরেং, ১৯৮৬ লা ৭৮৩-৭৮

## তরেৎশুবা শরুক

# মালেম লৈশেম্বা অমসুং লাইরেম্বী

তাইবং মীওইবগী ৱাখলদা, অহানবা ওইনা লৈখিবা লৈশেম্বগী মশক্তি, তাইবংমীনা মমাগী শিয়োমনুংদা ঈ মরিকতগী মথং মথং চাউখৎলক্কুনা মী ওইবকপা অসিনি। অহানবদা মপাগী থৌদাং খঙদ্রিঙৈদা তাইবংমী অমা শেমদুনা, ওইহন্দুনা পুথোরকপা মমাবু লাই ওইনা লাৎলম্মী। মমৈথংদা মীওইবনা মীপোক-মীশেম্বগী লৌশিং লৈরকলবা মতমদা মপাগী থৌদাং খঙলক্কুনা মপা লাইগী মিথোলোজি কয়া অমুক নৌনা শেমগৎলক্কুনা মপা লাই লাৎপা হৌরকই। মমৈথংদদি মমাগী থৌদাং য়াওদনা মপা খক্তনা মীপোক-মীশেম্বগী মিথোলোজি ফাওবা শেমগৎলকই। হায়রিবা শক্তমশিং অসি মণিপুরগী মালেম লৈশেম ৱারী নৎত্রগা মিথোলোজিদসু উবা ফংই।

মীওইবনা অহানবদা মীপোক-মীশেম্বদা নুপা-নুপীগী থৌদাং খঙলমদে। অদুনা চীনাদা নুৱা কৌবী লাইরেম্বীনা লৈখোমদগী মী শাই হায়বগী মিথ লৈরি।[১] নুপা নুপীগী মরি অসিগী লৌশিং লৈরকলবসু অহানবদা মপা হায়বসি য়াম্না মরু ওইনা লৌরমদে। চকপা ফয়েং হৱাওবগী অহৌবা নুমিৎতা য়াম্না মরু ওইবা অমদি মাইবীনা লাইগী য়ুশুংবগী থৌরমনি। থৌরম অসিগী মপুং ওইবা শক্তমদি পুং-শেন য়ৈদুনা, পেনা খোংদুনা মাইবীনা শরিক খীংদুনা শুম্বনগী মৈহৌরোল শকলগা য়াম শুবা অসিনি। য়াম শুরমদাইদা মাইবীনা "নমা ইবেম্মা ঐনা খুনজাও-লৈচাউনবা ফৌসু তমলগে" হায়বা ৱাহৈশিং অসি হায়রগা শুম্বন মৈহৌরোলনা মখা শমথৈ। মৈহৌরোল অসি পানথোইবীগী মরমদা শৈথাদুনা শকপনি, নোংপোক নৎত্রগা পাখং বগী ৱা য়াওদে। শুম্বন মৈহৌরোলগী মতাং লৌখৎতুনা থমলি,

---

১। Jia Lanpo; **Early Man in China**,1980, p.ii

নবেম্মা আ
নদুনা নোংথাং লৈমনিঃ
ইদুনা বাংই বাংমলোই
ইপা ইবুংঙো কাইন চীংশোম্বগী মমোমলোই
খোংজাই শুম্বল মাইপাকপী উমুনা শুকতি তুতুম্বী
য়াইদি খাংতপ লাকশিল্লে নাচন লাইফৌ হাপচিল্লে
ফৌবিনা খপ্লোই ফৌবোন চেংঙাংনা চেংজৈ তারেনে
য়াংকোক্লনা অনম থাবীনি
খালৈনা য়াজং শুরকলে
য়াংকোক্লা খপচোইনরকলে।[২]

মণিপুরগী মিথোলোজিদা মরুওইনা চকপগী লাই হরাওবগী থৌরমদা শুম্বন য়াংকোকপু নুপীগী শিনুং ওইনা শুকপু নুপাগী শিনুং ওইনা ফোংদোকপা উই। মৈহৌরোল অসিদা লাই নুপা য়াওদবা শুকপুদি য়াওবা অসিনা মীপোক-মীশেম্বদা মপাগী থৌদাং খঙলবসু য়াম্না মরু ওইনা লৌদ্রি হায়বা তাকই।

চকপা অন্দ্রো হরাওবগী মতাংদা লাই পাখং তরেৎকা লাই নুরা তরেৎকা পুন্না খোং শুবা অসিনা য়াম্না মরু ওইবা থৌরম ওইনা পাংথোকই। খোং শুবা হায়বসি শুম্বন অশাংবা অমদা শুক ময়ামনা শুদুনা নুংশিবা মখোল অমা থোকহনবনি। শুবা মতমদা শুম্বনদা করিসু হাপতে। চকপা অন্দ্রো হরাওবা মতমদা হলেঙ হঞোক হায়দুনা কাংবু অনি থোকই। কাংবু অনি অসিদগী পাখং তরেৎ তরেৎ, পাখং তরামরি থোক্লুনা শুক পায়দুনা খোং শুবগী থবক অসি পাংথোকই। চকপা ফয়েংগী মতাংদদি শুক অসি খুলগী মৌ লৈশাবীশিংনা পায়দুনা শুই। চকপা পাখংসিংনা শুক পায়দুনা শুবা মতম অসিদা লাই নুরা তরেৎকী শক্তম লৌরিবা লৈশাবী তরেৎ তরেৎ, তরামরিনা হুমাই চোংদুনা (জগোই মখল অমা) পনম নিংথৌগী শংলেন কোয়। মসিদা লাইবুংথৌ মাপলগী শক্তম লৌরিবা পাখং মাপননা মিংখৈ শকই,

হংপিয়ো এ
শংলেনয়াইগী লাইনিদা
হলেঙ চাদি খাবমনা

২। মঙ্গী সিংহ, চকপা হরাওবদা পেনাগী হৌকম অমসুং মকম, ১৯৯২, লাঃ ৭৫

হঙোক চাদি লাইফমনা
লাইনিংথৌ খোংবু শুবদি
খুঙ্গাওনবা শুবনি
খুলহোংনবা শুবনি
লৈপাক মরা তানবা
নিংথৌ মফম চেৎনবা
লাইনিংথৌ খোংবু শুবনি
হৈ হৈ হৈ।[৩]

কংলৈ হরাওবদসু শুম্বন মৈহৌরোন অসি ফৌসু ঈশৈ ওইনা সরিক চোমলাং পায়দুনা মাইবীনা লাইমাং ফম্বা মতমদা, লাইগী লাইবাও তাক্ত্রিঙৈদা শকলম্মী,

ইতৈ ইবুংঙো
ৱাংলেন কৈরুংহনবগী
চংবি মকৈরেন্দগী
লোইমোম ফৌবু খাইরগা
চেংজা মাইঙৌ তাল্লমগে
লোইমোমনা ফৌবু সুরমগে।
খ্বাংচেৎনা মচি নাইদুনা
চেংজা মাইঙৌ তাল্লমগে।
নপেম্মদি কো হো হোই
চিংদা লৈরে হাও ওইবি
তমদা লৈরে লাই ওইবী
ইদুনা নোংথাং লৈমনে।
ইয়েংনা পানথোইবীনিনা
ইরানা লৈমরেন ওইবিনি
ইখোংনা হাওখোং তাবিনে।
ইনমনা হাওনম নম্বীনে।
লাইফিনা খাংদোম সেত্তনা
উথাউগী সুক্কী নামিবী

৩। বাহেংবম লুখোই সিংহ, **লাই হরাওবা**, ১৯৮৯, লাঃ ২২৫

মিসিগী সুম্বল মাইপাকপী
লোইমোম কুরোল হুরমগে
চেংজানা মাইঙৌ তাল্লমগে।
ৱাংলৈ য়ুবু সুংনবা
নপেম্মা তামা হোই হোই।[৪]

মতাং অসি ফাওবদা লৈরিবা অসি মীপোক-মীশেম্বগী মতাং অসিনি। নুমিৎ, থা, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ শেমলকপগী মিথোলোজি অমা য়াবিরোক কৌবা পুয়াদা য়াওরি,

লাইফঙথৌ মাপনমনা থৱানমিচাক নিংথৌ শিদবদা চংখিরে। লাইফঙথৌ মাপনগী মমিংদি অং কৌএ। অমদি হুঙ কৌএ। অমদি হঙ কৌএ। অমদি হোহং কৌএ। অমদি শং কৌএ। অমদি কে কৌএ। অমদি হুং কৌএ। মাপন অসিনা কোরোন মাপন কৌএ। কোরোন মাপন কৌবনা থাবিয়ুম কুম কোয়দুনা অত্যাদা লংনা ঙান্না লৈএ। লাই মহাক্তি কৌব্রনে, ৱাংব্রেম্নে, থাং-জিঙনে, মার্জিঙনে, নোংচুপ অরিবনে, খানা চাউবনে, চীঙখৈ নোংপাকনে। শরারেন অমা নোচিঙখৈরেন নামুংবনে। নামুংবা কৌনা তিন্নরে। করিনে, করানে। নোংদম খুবনে, নোংদম হনবনে, থৱান, চেংঙানে, য়ুচেংনে, য়ুহানে পোকএ। নোংথাঙ কুপলে, চুমথাঙ খাম্লে, নোংখোং নিক্লে। মৈবী, শঙায়শেন পাইরে। নুমিৎ থা, মৈ, ঈশিং, নোংশিৎ পোক্লে। শা চিক্লে। ওকপুরোয়না ওকঙামএ। তাউহুইরেংনা লেংঙামএ। শচিক্লা নোংদমএ। থাবানা নোংখায়রে। অদু মতুংদা চিলফুরোন লৈচিক ঙানবী ··· নোংদমবা, নোংদমলেন হনবা কৌনা অনিমা পোক্লে। চিলফুরোন লয়চিক ঙানবীগা নোংদমলেন অখুবা লাই মহাক্তি খোংলৈ মরিকশিসুনে। লাইদি খানা চাউবা কৌনা লৈরে। লৈথমলেন চনুনা নোংদম হনবও পারি মেন্দে মেলাংখোয় তীঙথোং লাইথোঙ খঙদনা ফুরববু পোইরৈ লৈশাং নিংথৌ হনবা কৌনা ফাওরদনা খঙহল উহল্লময়ে। খোংলৈ মরিকশিসু কৌবদি মফম য়োয়রেনফমনে। মহাক্তি খৈয়োই-রোল নোংয়ায় চনুনে। পোইরৈ লৈশাং হনবা কৌবা লাই অসিদি লাই খৈবিকমকপু হেন্না চেনমফদবা লাইনে। উমংলাই মাপনগী মকোক ওইরিবা হেবু খুনমাবা মহাক্কী ঈরাৎতি ঙারৎ, কারৎ, অহুম্না অসিনে। চারৎ কৌবদি পীগদবনে। কারৎ কৌবদি শামুক, শন্দং, ইরোই অঙৌবা, হৌদোঙ, হুইনাউ অসিনে, অসি পিদুনা লয়শেম নোংশেন্নএ।[৫]

---

৪। খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ, **লাই হরাওবা লাইসোন**, ১৯৮২ লাঃ ৬৯

৫। নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ, **য়াবীরোক**, ১৯৮১, লা: ১-২

মথক্তা লৈরিবা লৈশেম-নোংশেম্বগী মিথোলোজি অসিদা লাইফঙথৌ মাপলনা নুমিৎ, থা, মৈ, ঈশিং, নুমিৎ, থৱানমিচাকশিং শেমলবসু তাইবংমী পোকপা শেম্বগী মতাংদদি 'চিল ফুরোল লৈচিক ঙানবীনা নোংদম হনবা পোকই' হায়দুনা য়াওরি। অদুম ওইনমক লাইরেম্বী অসিগী লাইনিংথৌ কনানো হায়বদি তাকলমদে। লৈশেমলোন অসিদা তাইবংপান পুমনমক অসিগী হৌরকফম ওইবা মপু নৎত্রেগা মবেনধৌ অমগী শক্তম শাগৎত্রি। লৈশেমলোন অসিদা উমং লাই মাপনগী মকোক ওইববা হেবু খুনমাবা হায়বা অমা য়াওরবসু মহাক্কী তোপ তোপ্পা মতিক মগুন, ইরাৎ, লাইশোন পীদ্রি। য়াবিরোক হায়বা পুয়া অসিদা মরুওইনা লাইফঙথৌ মাপন, উমং লাইশিং, লাইরেম্বীশিংবু মতৌ করম্না ইরাৎ থৌনিগদগে হায়বা তাকলি।

লাইরেম্বীশিংনা মীপোক-মীশেমলবসু লাইনুপাশিংনা নুমিৎ, থা, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, থৱানমিচাক শেমবগী মিথোলোজি অসিদা লৈবাক শেম্বগী ৱাফমদি য়াওদ্রি। মসি লৈবাক অসিগা লাইরেম্বীগা মশক অমতা ওইনা লৌনরম্বা অদুনা ওইরম্ব সু য়াই। হান্নগী লাইরেম্বী চবুন অমদি লাইফঙথৌ মাপনগী মালেম অদু থুগায়খ্রগা, করিসু লৈরমদবা ইহাং হাংবা তরং মালং অমদগী মালেম অমা নৌনা লৈশেমদুনা নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, অমদি তাইবং মীনচিংবা জীব পুন্নমক শেমদুনা লৈশেম নোংশেম্লকপদি মতিক লৈবা, শক্তি লৈরবা, পুন্নমক্কী হৌফম লোইফম ওইবা লাইনুপা অমগী মশক শাগৎলক্লবা মতমদনি। মালেম অসিদা লৈরিবা জীব পুন্নমক মমাগী শিয়োমনুংদগী পোকলক্তুনা মালেম অসিদা লৈরিবনি হায়বা অসিগী ওন্ন-তৈন্নবদা পী-পা অনিমক সুপলবা মপু ইবুংঙো অমগী মশাদগী অমদি মাগী খায়াৎতগী, ওথোকলগা ওইরকতুনা লৈশেম নোংশেমলকপগী মিথোলোজি অমা শাগৎলকই। অসিগুম্বা লৈশেম্বগী মিথোলোজি অসি অয়াম্বা পুয়াশিংগী ৱাহৌদোক ওইনা হৌরকপদা য়াওই। মতাং অসিদা মখাগা থমলিবা মিথোলোজি অসি লৈশেম-নোংশেম্বগী মরমদা মপুং ওইনা ইবা **লৈথক লৈখারোল** হায়বা পুয়া অদুগী মরু ওইবা ৱাফমশিংনি,

> লাংবচক হৌরকপা মতমদা হান্না মালেম অসিদা লৈরম্বা মী, শা, ঙা, তিন, কাং, নাপী শিংবী, নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক পুন্নমক মাঙখি। লৈবাক মরোল মাপন, নোংথৌ মরোল মাপন, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লাই পুন্নমকসু মাঙখি। তাইবংপান অসি ইমম মমনা ইহাং হাংনা তরং ওইনা লৈহৌই।

অসিগুম্বা মতম অসিদা মাঙবা নাইদবা শিবা নাইদবা লাই অহুম-তাইবংপান

মপু-শিদবা, অতিংকোক অমসুং অমম্বনা তাইবংপান অমা শেমগে হায়না খল্লকলে। হুম হায়না কনচাওরকলে, ওম হায়না নিংশিংলকলে। তাইবং পানবা অসিবু শেমগে হায়না নিংশিংলকলে —

হেরে মকে নহে কারে
হনু মীহে হশী নারে
মরে হাশী হাশী কারে
নারে শহে মরু কারে
হেরে তিউইতে মীকীং হীং
মীহীংশং চিংতেতে
চিং থেতে নপনু
শিরিং কিরীং কেথুরেঙ
নৌ সহা অনি কাংপিরু
কলা পুন সহা।
কীরীং শীরীং
শননুরীংকায় নোংতা কাঙ
পিরু নুঙচী রেন
পুরীং হরীং সহা।
উইতে নুংতারেঙপি শংথুপনু
অঙ্ক শীরীং কীরীং নোংতা।

পুম্নমক অসি নিংশিংলকপদা অকোয়বা মশক থোকলকলে। অকোয়বা মহাক্তি তাইবংপান মপুনি মমিংদি ওঁ কৌএ, মরূদি অতিংকোকনে মমিংদি হং কৌএ, মরূদি অমম্বনে মমিংদি শং কৌএ। থবিইমগী মশক অদু অনি ওইনা কোয়দুনা মতোন চোংলে। মতোন অদুনা শম্নচিং ওইরে।

. . . অমম্বগী মথক্তা অতিংকোক লৈএ, মমিংদি হরিংশ কৌএ। অতিংকোক্কী মথক্তা তাইবংপানবগী মপুনা লৈরে, মমিংদি অশনতারংহ কৌনা লৈএ। মহৈদি সুননে। সুন মহাক্তি তাইবংপান মপুগী ফম্বীনে। মাসাদি সুননে, সুন মহাক্তি অতিংকোক্কী ফম্বীনে, মানাদি অনচিনে। অনচি মাহাক্তি অমম্বগী ফম্বীনে . . .।

. . . তাইবংপানবা মপুনে, অতিংকোক্নে, অমম্বনে লাই অহুমনা শম্নচীংগী

ময়াইদা তাইবংপান অসিবু শেমগে হায়দুনা বা তান্নরে। থবিইমগী অনি কোল্লিবা অদু য়েৎকীনা লাইয়িংথৌ ওইরে, মমিংদি শন্তারং তনৌবা কৌএ। ওইগীনা লাইরেমা ওইরে, মমিংদি শংথুপলেং নুংতারেঙবী কৌএ।

. . তাইবংপান মপুনা অতিংকোকপু কৌথোকলগা অমম্ববু পুথদুনা তাইবং পানবা সেমলু হায়দুনা সীথরক্লে। অদুদগী অমম্বগী মমিং অসীবা কৌবে। অসীবনা তাউপী লোইনাইবু কৌথোকপদা নুঙমু তুমদ-মাঙদবা অমা ওইনা তাউখৎলকলে। নুঙমু অদুগী মথক্তা নুঙকাং মহারাবা কৌনা পাক্লে। অদুগা ঈশিং অমসুং মৈ পোকই। মৈ অদুদি কোনচিন তিংথোকপনি। কোনচিন তিংথোকপা (পাখংবা) না শজিক, থাবা, থবানমিচাক শিদবা পোকই। হী-পোকপী, য়াইপোকপী, হীরৈমা, য়াইরৈমা, হীকুপী, য়াইকুপী, য়াইসনা, তবেৎসু পোকই।

. অতিংকোক্লা অমম্ববু য়োমলে। অমম্বনা নুংশিৎপু য়োমলে। নুংশিৎনা লৈচিনবু য়োমলে। লৈচিন্না ঈশিংবু যোমলে। ঈশিংনা লৈবাকপু য়োমলে।

. . . তাইবংপান্দা লৈরিবা পুমনমক্কী মরু লেনফু ওইরিবা অতিংকোক কুরু (গুরু) শিদবনা মশাদগী অতিয়া শিদবা পুথোক্তুনা লৈশেম নোংশেম্মুরো হায়দুনা সিথরকলে।

করিমত্তা লৈতবা পুমহাং হাংবা মফম অদুদা অতিয়া শিদবনা মহাক্কী নিংশাবু তাংবন ওইনা ফমলগা মহাক্কী নিংশা য়েৎলমদগী ঈশিং ঈপাক অমা চিং থোকলে। ওইথংবা নিংশাদগী কোনচিন তিংথোকপা ইনথোকলে। অনি অসি পুথোকলগা মখা তানা করি তৌগদবনো খঙদ্রদুনা অতিংকোক্কী মনাক তান্না কাখৎলক্তুনা হংলরে। অতিংকোক্লা ময়া কাথোক্তুনা উৎলে। অতিংকোক্কী য়ানুংদা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, নুমিৎ, থা, থবানমিচাক পুমনমক উরে। অতিয়ানা মনুংদগী ময়াম অসি ওইনা লৌরগে খন্দুনা অতিংকোক্কী ময়া মনুংদা চোং-শিনখ্রে। অতিয়ানা —

আহৈ
হে হোইরৌ হোইরৌ
হোইরৌ নাকেসেএ

হায়দুনা হোইরৌ ঈশৈ শক্তুনা ময়াম অদু হোইদোকলকলে। ময়াম অদুদি অমতা মপান্দা থোকউ য়াদ্রে। অতিংকোক্না তৌরিবা অসি উরদুনা অতিয়াগী মতেং পাংগে খন্দুনা মহাক্না চপ মান্নবা শক্তম অমা পুথোক্তুনা মহাক্কী মমাংদা ময়া কাদুনা হোইদোরকপা ময়াম অদু য়াদুনা ওক্কদবগী লৈরে। মনুংদগী ময়াম অদু অতিংকোকপু উবদগী থোকলকলে। অতিংকোক্না,

হৈয়াসে হৈয়াসে
হৌ হে হৌ
হৈয়া নাকেতা
. . .

হায়না শক্তুনা ময়াম অদু য়াদুনা ওকলে। অসিগী তুংদা অতিংকোক মরু শিদবনা অতিয়াদা লৈবাক শেমলো হায়না শিন্নরে। অতিয়ানা করন্না শেমগদবনো হায়বা খংদ্রদুনা নুংবংননা লৈবদু উরদুনা অতিংকোক্না অতিয়াগী মবুক মনুংদা চঙখরে। তন্দন মৈরাগুম ঙান্দুনা লৈরুরে। অতিয়ানা মদু উবদা হরাওনা লৈবাক শেম্মীন্নরসি লাও হায়দুনা কৌথোকলে। অতিংকোক্না নঙমকসু ফমফম লৈতে ঐবু কদায়দা ফম্মু হায়বনো হায়না হংলকলে। অতিয়ানা অতিংকোকপু কদায়দা ফমহনসিগে হায়দুনা কোয়না য়েংলিঙৈদা অতিয়াগী লবায় ফাওগৎখিদুনা মকু ওইনা পায়রুরে। মকু অদুবু তোংদুনা অতিংকোক্না অঙানবা মঙাল পুথোকলে। মঙাল অদু উবদা অতিয়ানা কন্নানো হায়দুনা য়েংবদা অতিংকোক ওইরমদুনা খুরুমজরে। লৈবাকপু করন্না শেমগদবনো হায়দুনা হংজরে। অতিংকোক্না পরিং লাংশং হুন্নবা, উরোং য়ুংনবা লাইশোন তাকপিরগা নোংথৌ মরোল শেমলুনবা মকু অদু পীরমলে। অতিয়ানা লাইশোন অদু শোনবদা কোঙ্গোল, ঈশং, কঙবি, কঙজাও মখল কয়া পোকলে। কং মথক্তা মিরাংগুন্না লাংশং হুল্লে। চিথেক মরিসু লাকলে। পরিং ময়াইদা অতিয়ানা উয়ুং ওইনা মখোং কারন্না ফমলে। লৈবাক কদায়দগী লৌরুগদবনো খঙদ্রদুনা নুংঙবংননা লৈরে। মতৌ অদু অতিংকোক্না উরদুনা ঈশিং মখাদা কুমথখিদুনা থেঙ্গু অমা পোকলুরে। থেঙ্গুগী মথক্তা অতিংকোক্না ফমদুনা লৈরে। অতিয়ানা কুমথরক্তুনা খুরুমজরগা লৈবাক পিয়ু হায়তুনা নিররে। অতিংকোক্কী খোইদৌদগী ময়ানা চিকতুনা লৈবাক লৌখো হায়দুনা তাকপিরে। লৈবাক অদু থেঙ্গুগী মনমদা হাপদুনা লৈবাক শেম্মু হায়দুনা থেঙ্গু অদু

পীরকলে। অতিয়ানা থেঙ্গু তোংদুনা ঈশিং মথক্তা কাখৎলক্লে। থেঙ্গুগী মনমদা লৈবাক অদু চাইথোক্তুনা লৈবাক শেম্বা হৌরে। হারাবনা (পাখংবনা) লৈবাক অদু চাইখায়রে। অতিয়ানা মাগী খুয়াদগী নুরানা ঙাপ্রুম অমা শাদুনা তোংলগা অতিংকোক্কী মফমদগী লৈবাক অমুক লৌররে। লৈবাক পুরক্তুনা শেমলবদা হারাবনা অমুকসু চাইখায়রে। অতিয়ানা মাগী খুয়াদগী কোবি তাথোক্তুনা লৈবাক লৌরু হায়দুনা থারকলে। কোবিনা অতিংকোকতগী লৈবাক পুরকলে। হারাবনা অমুকসু চাইখায়গদবগী তৌরকপদা অতিংকোক্না নোংথাং লৈমা পুথোক্তুনা খুৎনাওদা ষাংনা থাঙ্গৎলক্তুনা থমলে। হারাবনা লৈবাক থুগায়বা থিংঙু হায়দুনা তাকলে। ইখং খংহৌদনা লৈমা নিংথিবী অদুবু উবদা হারাবনা পাউহংই,

শুন তরংগী মথক্তা
মৈরাগী মশক্তুম
ঙান্না শান্না লৈরিবী নঙবু
পায়মা ঐনা নুংচঙবী
তিলাং খোয়দাবীবু
থোকলরেদা
পেম্মা নঙবু কনানো
খিং খিং লৌজসে
পানা মতপ লৌজসে
হে পেম্মা নিংথিবী ও।

নোংথাংলৈমনা পাওখুম্মী,

হে নাহাবা অপিশা
লৈকু মরুম খোইচোপ্পা
লৈরাই মরুম খোই হাবা
লৈতুম হন্না পাউশাবা
ইপল পুলাং কায়রেদা
পুনলাং কাইববু শিংবীরোইবু
হায়বরা।

মখোয় অনিনা অসুন্না পাউশান্নরিঙৈদা লৈবাক শেম্বা লোইহৌরে। অতিয়ানা মকু তোংদুনা নোংলোন মাপন শেমলে। থেঙ্গুগা তানদুনা পাফল থোকহল্লে। লৈবাক লৈরোন অমনা থেঙ্গুনা, লৈরোন অমনা পাফলনা, লৈরোন অমনা ওক্না, লৈরোন অমনা শামুনা, লৈরোন অমনা লাইমুরেন্না, লৈরোন অমনা তীনবাইরেন্না পুরে।

· · · হৌজিক্তি লৈরোন নোংলোন শেম্বা লোইরবনিনা 'উংশেৎ' হায়না নশাবু চাইখায়রো হায়দুনা অতিংকোক্না অতিয়াদা পাউতাক পীরে।

· · · অসুন্না চাইখায়বদগী অতিয়াগী মবুক্না নোংথৌ, মনমনা লৈবাক, মমিৎ য়েৎনা নুমিৎ, মমিৎ ওইনা থা, লিথুপ অহুমনা ইরিল, থৌবাল তুরেল ওইরে। ঈনা ঈশিং, মকোয়না পিসুম চীং, খোম য়েৎনা ললহামপুং, খোম ওইনা য়েনপাপুং, নিংশানা নুংশিৎ, শিংখানা মৈ, ময়ানা য়োৎ, মরুনা নুঙ, মতুনা উ-বা অমসুং লৈপাম্বী অসিনচিংবা পুমনমক ওইরে।

. . . অতিংকোক্না অতিয়াদা মী শাউ হায়রে। করম্না শাগদগে হংবদা ঐগী ইশক য়েংদুনা শাউ হায়না তাকলে। মী শাবা লোইরবদা পোং অসি থবায় হাপলসি হায়দুনা অতিংকোক্না মাগী মশাদগী করি-করা, অরিং, উকোংলেন অমসুং নোংদম্বা কৌবা লাই মঙা পুথোক্তুনা থবায় হাপলে। অদুদগী পোং অদু নিংশা হোল্লে।

· · · নিংথৌ হাপ্পগী মতাং য়ৌরবদা অতিংকোক্না মচা অহুম অতিয়া, অপানবা অমসুং কোনচিন তিংথোকপদা নোংথৌ মখোঙ কোয়রুরো, হান্না থুংলবনা নিংথৌ ওইগনি হায়দুনা তাকপিরে। অতিয়া অমসুং অপানবা অনিমক নোংথৌ মখোঙ কোয়বা চৎখ্রে। কোনচিন তিংথোকপদি চৎতে। গুরুগী ফানখোংদুম কোয়গে নোংথৌ মখোংদি লৈতে হায়দুনা গুরুগী ফানখোং কোয়দুনা খুরুমলে। অতিংকোক্না মাগী মতিক অরুববু খঙই হায়দুনা পাখং য়োইরেনবা কৌনা নিংথৌ হাপলে।

· · · নোংথৌ মখোঙ কোয়খিবা অনি অদু হন্লকলে। অতিয়াবু অতিংকোক্কী ফমফমদা ফমহললে। অপানবনা লাইগী ফমফমদা ফমহললে। অনি অদু মনাও অতোনবা নিংথৌ কোনচিন তিংথোকপদা খুরুমউ হায়বদা য়াদ্রে।

মখোয় অনি অদু কিনবা হায়দুনা অতিংকোক্লা লৈবাক শুরে, নোংথৌ শুরে, নুমিৎ শুরে, শুক শুরে, চুং শুরে, থাঙ শুরে। মমৈদা তরং পিরবদা অনি অদু কিরে অমসুং অতিংকোক্লা হায়বা ইন্দুনা মনাও নিংথৌদা খুরুমলে।

নিংথৌ হাপ্পা লোইরবদা অতিংকোক্লা শন য়োংমানবী ওইদুনা তুরেলদা তাউথরকলে। মচা অতিয়া অমদি য়াইমা অপানবদি মশক খঙদদুনা ইনথরকলে। অতোনবা পাখং য়োইরেনপাদি ইপানি হায়দুনা শন অদু চিংখৎলে। মখোয় অহুম চংদুনা গুরুগী হকচাং অদু কুরুমচিংদা লোয়শিনখি।[৬]

পাখংবনা মপা অতিংকোক্কী অথুপ্পা খঙবগী মরম অসি **সনামহি লাইকন** পুয়াদা য়াওবগী মতুং ইন্না পলেম মমা লৈমরেন শিদবীগী থৌতিক খোন্দগীনি হায়দুনা য়াওরি,

> মশানৌ অতোনবদি চীংঙু মাগী শাদোং শামু পাঙ্গল শোনবনিনা উনবি লাইনিং শিঙনা নিংজরুবগী মালেম লৈখোঙ কোয়না কোরৌ নোংখোঙ কোয়বদি মাই কদৌনকো 'ইপল কুরু শিদবগী চোয়নৌ সনা ফম্বাল্লাংবু থোইবা অমা লৈতবা অদুনে হায়না পলেম ইমা থৌতিক খোনগী ইপল সনা মখোঙ খাদুম কোয়গে হায়না মপল সনা অরান খুবম ফম্বানবু কোয়জরুরগা কুরু মাঙদা থানা পুরুমজববু মিৎয়েং শানখৈরবগী শয়েং পানগা-লাক ফৈরা তান্দা থোংনা পাউমেনখিয়ে।" [৭]

**ঙমদাই লৈতাই শুন্দাই** পুয়াদা য়াওবগী মতুংইন্না নিংথৌ হাপ্পগী মতাং অসিদা বারী অমগসু লৈরি, কুরু শিদবগী মচানুপা অহল সনামহিনা নোংখোঙ কোয়রুবা হল্লকপদা মনাও অতোম্বনা নিংথৌ ওইদুনা লৈরম্বদু উরে। লৈশেম্বদসু থুগায়বদা ওইবা, নোংখোং কোয়বসু য়াওদবা অদুনা নিংথৌ ওইরম্বা অদুদা সনামহিনা শাওমনখিদুনা পাখংববু হাৎলগে হায়দুনা চোংশিল্লবদা লাইরেম্বী তরেৎনা খুৎকা খুৎকা শমনদুনা পাখংববু কোয়শিন্দুনা লিরোন ঈশৈ শক্কুনা সনামহিবু খামখি,

কে ক্রেক্ক ক্রেক্ক
মো মো
য়াঙ্গোই শাম্বা

৬। য়েংখোম ভৈগ্য, **লৈথক-লৈখারোল**, ১৯৬৭
৭। ওইনাম ভোগেশ্বোর সিংহ, **সনামহি লাইকন**, ১৯৭২, লা: ১৩

শ্যাও শ্যাও
তোকপগা কাম্বগা
কৈগা য়েনগা চায়নবা
য়েনখোং ফত্তে চাশিল্লো
লাইগী য়েননি চাফদে।

ঈশৈ মরোল তাবদা কুরু শিদবগী খুজিন থৌরাং য়াওরে হায়বা খঙবদগী পাখংববু থাদোকলমদুনা চৎখি। মানা শেমজবা মালেম অসি থুগায়বনা ফরে খন্দুনা খা-অৱাং অনিদা লেপলগা খা থংবা মখোং অদু নেৎথরকখি। মসিদগী লৈবাক অসিগী খা থংবা শরুক অসি নেমথখি। গুরুনা মাঙবা তারে হায়দুনা চোংথোক্কুনা খামখি। সনামহিবু গুরুগী ফমফমদা ফমহন্দুনা য়ুমগী লাই ওইনা তাইবংমীনা লাৎহনখি।

সনামহিবু মতৌ করম্না য়ুমলাই ওইনা লাৎখিবগে হায়বগী মতাংদা ফোক ওইনা থাজনবা ৱারী অমা লৈরি। সনামহিনা নোংখোং কোয়রুরগা হল্লকপদা মনাও পাখংবনা নিংথৌ ওইদুনা লৈরম্বা উবদা কনাগুম্বা অমগী থৌইনশিন য়াওরে হায়বা চিংনদুনা য়াওরিবা মী অদু 'নুপা ওইরমলে হাৎকনি, নুপী ওইরমলে তালোয়শিংদা চনগনি' হায়দুনা ৱাশকখি। ৱাশক অদুগী মতুইন্না লৈমরেন শিদবীবু সনামহিগী তালোয় ওইহনখি। [৮]

মথক্তা লৈখিবা লৈশেম্বগী ৱারীশিং অসিদা ৱাফম অমখক উবা ফংঙি, গুরু শিদবা অমসুং মচানুপা অসীবা (সনামহি)না লৈশেম্বা মতমদা হারাবা কোঞ্জিন তুথোকপা (পাখংবা) অসিনা মহৌ মহৌ থুগায়খি। নিংথৌ হাপ্পগী মতাং য়ৌরকপা লৈশেম্বা য়াওদবা, থুগাইবগী থবকতা মতৌখিবা হারাবা পাখংবনা লাইগী নিংথৌ ওইখি। অমদি সনামহিবু লৈমরেন শিদবীগী য়েৎতা ফমহন্দুনা লৈমরেনগী লাইনিংথৌ ওইনা য়ুমগী লাই ওইনা লাৎনখি। পাখংবা হায়বা লাই অসি লিন নৎত্রগা লাইরেনগী শক্তম ওইনা কুইরবা মতমদগী লাইরেম্বীশিংগা লোয়নদুনা মালেম অসিগী লাই ওইনা লৈরকলবনি। লাইরেম্বীশিংবু নমথদুনা গুরু শিদবনা নৌনা মালেম অমা লৈশেমলকপদা লাইরেন পাখংবা অমদি লাইরেম্বীশিংনা য়ানিংখিদে। লাইরেন পাখংবা অমদি লাইরেম্বীশিংগী অপুনবা খুৎপু অমনা গুরু শিদবা অমদি মচানুপা অসীবা (সনামহি) গী লৈশেম-নোংশেম্বা থুগায়নবা হোৎনখিবা, মমৈথংদা মায় পাকখিবা, লৈমরেননা কোনজিন তুথোকপদা গুরু শিদবগী অরোনবা তাকথোক্কুনা নিংথৌ

৮। অশংবম মীনকেচ সিংহ, মৈতৈ লাইরোল, ১৯৫০

ওইহনখিবা অমদি সনামহিনা হাৎকে চোংশিল্লকপদা লাইরেম্বী তরেৎ চোংথোরক্কুনা পাখংববু কনখিবগী মতাং অসিদা উবা ফংঙি। হায়রিবা ৱাফম অসিগী মথক্তা পাখংবা অমদি লাইরেম্বীশিংগী অপুনবা খুৎপু অদুনা লৈশেম-নোংশেমলকপগী মিথোলোজি অমসু **পাখংবা ফম্বাল** দা য়াওরি। মিথোলোজি অসি অমুক য়েংবা য়াই,

থৱায় পুমনমকক্কী পোকলকপা অমদি শিরগসু হনজীনফম ওইবা লায়িংথৌ পাখংবা হায়বসি ঈশিংগী মশকনি। মহাক্কী খোইদৌদগী থম্বাল অমা ঈশিং ঈপাকথক্তা থিনগৎলকই। থম্বাল অসিদগী নুংমু নঙ্গাঙ মাপন পুথোকরকই। মপান অসিগী অপুনবা মশক নুংকাং মহারাবগা লিনতাউরেন পাখংবগা তিন্নরগা মৈ মরম তরেৎ পোকই। মখোয়গী মমিংদি শনুবী, খাম্বী, মৈত্রেং, মৈরীক, মৈথাংথৌ, পুনুং, অচী মৈ অসিনি। মথংদা পাখংবগী মশাদগী নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক, খোংচোমনুবী পুন্নমক পুথোকলগা ঈশিং ঈরম তরেৎ পুথোকই। ঈরম তরেৎকী মমিংদি ঈরিকসেং, ঈকোংসেং, ঈঙৌরোল, য়াৱা, কোংখাং, লাইজ অসিনি। তুথুপ অহুম নাইবা লাইয়িংথৌ পাখংবগী মঙান্না মৈ হৌনা শাহল্লি অদুগা নিংথমগী অয়িংবা লিক্লাসু তাহল্লি। মওং অসিদগী তীন ঈরেন, লাই ঈরেন, খাই ঈরেন, লিনতাউরেন, তাওরোইনাই মঙা পুথোকই। মনুং য়াংলৌ তেরা লমলোই ঙানবা উচেকপু সনা তাংবন ওইরগা কজেং নোংথাং লৈমগা লোয়ননা থম্বাল মথক্তা ৱায়েন থৌদাদুনা পাল্লি।

তুথুপ অহুম সুবা পোংলৌতোন পাখংবদি লাইবুংথৌ মাপন্না শেকপিন মথোন মাপন ওইনা লাইনুরা তরেৎনা তাংবনগী খুদা থাক তরেৎ ওইনা লৈ। লাই তরানিথোইনা চীং শেম্মে চীং ঙাকএ। মোইরাং মাইকৈসু য়াওনা মনিং তম্না মতোমতগী মথৌনানা পানখি।

থক-খাগী থৌগনলোন খঙহৌনবগীদমক অতিংঙা শিদববু মপা ওইনা অসীববু ময়াম্বা ওইনা অমুক লাংওল্লকই।

মালেম অসি অমুক হন্না শেম্বা তারবদা অতিংঙা শিদবনা হে অসীবা লাই নঙদি নপাঙ্গল কনবা নতিক চাউবনে। ননাওদি অঙাংনি ননাউদা শিন্নরে হায়রবদা অসীবনা শাওনা থাগী মনুংদা চঙদুনা লৈখরে।

লৈবাক অমুক হন্না শেমলগা অতিংঙা শিদবগা, পোংলৌতোন লৌথিবা (পাখংবা) অমসুং মমোম কোরৌ অৱাংবীগা অহুম অসিনা কোনুং হৌগৎপগী

পরিংলী থাবা হৌরে। মদু উবদা থাগী মনুংদা চঙদুনা লৈখিবা অসীবনা মঙকশমদগী শামুদোন অয়াংবা পুথোকতুনা হুনথরকই। শামুদোন অয়াংবনা পরিং থারিবদু নেথৎতুনা মাংহনলে। পোংলৌতোন লৌথিবগা শামুদোন অয়াংবগা হাওমুকনা লেংফাই চল মোংবা তাশিন খুরৌ য়েৎনরে। অনি অদু অমসু অমসু ঙমনদ্রবদা পোংলৌতোনগা পুকনীং লীতিন্নরবা খোইমোম লাইরেম্বীনা মতেং পাংবদগী শগোল অয়াংবা শামুদোন ফারে। কোনুং সেম্বা লোইরে। পোংলৌতোন্না পোংখু পোংহন পোকএ, মহৈ অংগো অংগা পাল্লে। মতম অসিদা লম্বু য়াইবীরেন্না (সনামহি) মালেমদা লৈতারক্তুনা মরুওইবা চীং মাপন ফুক্তুনা মালেম লৈবাক থুগাইরকলবদা কোরৌ অবাংবী লাইরেম্বী চোংথোরক্তুনা চীংজাও অমবু অনি থোক্লা ককথৎলগা মথক্তা ননশিন্দুনা থমখ্রে। চীংঙু লাইগী মপোক অকোনবা পোংলৌতোন্না মপা শিদবা অমদি ময়াম্বা অসীবদা খুরুমজদুনা নোনজবদগী লৈবাক য়ৈখায় থিনগাইবা তোকখ্রে।

পাখংবনা নিংথৌ ওইনা পাল্লবদা লাই পাখং তরেৎনা মথক্তা থাকল থৌগল তৌনা ফমলবদা ঔগ্রী চোংলে। লাই নুরা তরেৎনা খুপাক পোপ পোপ খু, জগোয় খুৎথেক শা, লাইনিংথৌগী মিংলেন ঈশৈ শক, খোঙথাং কন্না থাংনা, খুৎথেক শাথেক য়াওনা জগোয় শাই।

অদুগী মতুংদা কৈ অনি পাবোৎ লাক্তুনা লিন্না থৌরী ওইনা পুন্দুনা লৌ উরে। লাইনিংথৌনা পুখ্রম্বা, নোংথোনবা, শেল্লুংবা, মৈথানবা, অমাইবা, তকনা মানবী, খোইনিং মানবী, ইমিংলোই অমসুং ইমাংলোই মাপন অসি হাপতুনা লৈপাক ৰায়েন থৌদাদুনা পানখি। অতিংঙা শিদবসু সনা চিং লেনতোন খোইমোম তোংশক মনিকলেন্দা কাখৎখরে।

অতিংঙা শিদবগা পেংলৌতোনগা মালেম শেকনিংখা (খমনুং) দা চংমীন্নখি। মফম অদুদা পোংলৌতোন পাখংবনা লৈনুং লোনজা অরিবা কৌনা পল্লুই। তাইবং পোংখু পোংহনসু লৈনুংদা পুখি। অতিয়া শিদবদি কোরৌ অবাংবদা অমুক হনখি।[১]

সনামহিনা থারকপা শামুদোন অয়াংববু পোংলৌতোন পাখংবা মারজিংদা লাইরেম্বীনা মতেং পাংদুনা শামুদোন অয়াংববু ফাদুনা লাকখিবা অসিনা লিনলাই

১। খুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ, পাখংবা ফম্বাল, ১৯৬৭

নৎত্রগা লাইরেন পাখংবা অমদি লাইরেম্বী লাৎপগী চৎনবী অদুনা পী-পা সকলবা গুরু শিদবা কৌবা লাই নুপা অমখক্কী থাজবীবু মায়থিবা পীদুনা মহৌশাগী লাইরেম্বীশিংবু পাখংবগী ওইদা ফমহন্দুনা লাইরেম্বী লাৎপগী মশক অদু মওং অমদা চৎথরকপা উই।

মমা অমদি মচানুপাবু মীওইবগী অহানবা ইমা ইপা ওইনা লাৎনবা অসি কুইরবা মতমদগীনি। গ্রীক্কী মিথোলোজিদা মালেম লৈমা গিয়ানা মহাক্কী অহানবা মচানুপা য়ুরেনসকা তিন্নদুনা মালেমগী অহানবা মীওই কাংবু টাইতানশিং পোকখি,

> Gaea united with her son Uranus and produced the first race - the Titans. [১০]

ইজিপ্টকী লাইরেম্বী ইশিসকী (Isis) কী মথাদা পমলিবা মচানুপা হোরস (Horus) অসি পিকলিবা অঙাং নত্তে, মপুং মরৈ ফারবা, নিংথৌগী লুহুপ হুপ্লা মীওই অমনি। [১১]

লাইরৈপাক্তা খ্রাইসপু নিংথৌ হাপ্লা মতমদা খ্রাইসকী রানী ওইনা রানীগী লুহুপ উপ্লীরিবা নুপী অসি অতৈ কনাসু নৎত্তে, খ্রাইসকা চপ মান্ননা নহা ওইবগী শক্তমদা লৈরিবী ভর্জিন মেরিনি।[১২] ফাওরবা লাইয়েকপা অমদি মুর্ত্তি হকপা মাইকেল এঞ্জেলোনা, অশিবা খ্রাইসপু মমা ভর্জিন মেরিনা মথাদা পমদুনা হকপা মতমদা মমা-মচাগী শক্তম অনি অদু চপ মান্নবা নহা মপুং ফারকপগী শক্তমদা থনম্মী।[১৩] পাখংবগী লৈমা তরেৎ অসিসু মহৌশাগী মমা লাইরেম্বী চবুন অদুনি। মীৎয়েং অসিগী মতুংইন্না সনামহিবু মমা লৌই হায়দুনা লৈরিবা অসি মালেমগী ওইবা লাই-তীনগী শক্তমদা য়াওদুনা লৈজবা পোৎনি।

লৈমরেন শিদবীগী থৌতিক খোন্দগী পাখংবনা নিংথৌ ওইখিবা অমদি লাইরেম্বী তরেৎনা লাইনিংথৌ পাখংববু কনখিবা অসি মৈতৈগী লাই-তীনগী ৱারীদা অমদি মণিপুরগী পুন্সিরোলদা অচৌবা শাফু অমা পীরিবা য়াম্না মরুওইবা মতাং অমনি। মতাং অসিদা বাইবলদা য়াওরিবা ইদেনগী ইংখোলদা গোদনা আদাম অমসুং ইভবু থম্বগী মতাং অদুগা চাংদমনবা য়াই। গোদনা 'চাগনু' হায়বা হৈ অদু লিন অমখক্লা ইভতা 'চাউ' হায়দুনা ইনশিল্লি। গোদ লৈত্রিঙৈগী মমাংদা লাইরেম্বী অমদি

১০। **New Larousse Encyclopaedia of Mythology**, 1990, p 88

১১। Richard Patrick & Peter Croft, **Classic Ancient Mythology**, 1987, p 40

১২। Edmund Leach and D. Alan Aycock, 1983, p. 57

১৩। Ibid.

লিন লাৎপগী লাইনিং লৈরম্বা অদু মতাং অসিদা নাকোয়ননা ফোঙদোকলি। লিলনা হায়বা ৱা লৌদুনা ইভনা আদামদা অমুক ইনশিন্দুনা হৈ অদু চারুই। অদুগী মহৈ ওইনা অৱা-অনানা থল্লবা নোরক্কী মশক ওইরবা মালেমদা ইভ অমসুং আদামবু গোদনা লৈহনখি। অদুগা নুপীবু অচুম-অরানগী লৌশিং ৱাৎপা, পুক্নিংগী অপাম্বনা হুমদুনা চৎপা, নোরোক্কী থোং ওইনা লৌনখি। মৈতৈগী লাই-তীনগী ৱারীদদি মহৌশা য়েলহৌঙৈগী মমাগী মশক অদু থোইনা হেন্না কায়হন্দনা থমলকলি। ইমা মশক খঙলগা ইপা খঙই হায়বা অমা লৈরকলি। সনামহিনা মমা মশক খঙদবনা মপা অতিংকোক্কী অথুপ্পা খঙবা ঙমখিদে। মহাকপু তাইবংমীনা মমা লৈমবেন শিদবীগী য়েৎতা থমলবা কান্দা লাৎনখি।

লাইরেম্বী লাৎলম্বদগী লাইরেন পাখংবা লাৎলকপা মতমদা লাইরেম্বীশিংবু হান্নগী লাই ওইবগী থাক্তগী হনথহনখ্রবসু পাখংবগী মচাগী মমা ওইনা লৈরি। মওং অমা নৎত্রগা মওং অমদা লাইরেম্বীবু 'মমা' ওইনা থমলি। অতিযা গুরু শিদবগী মচানুপা সনামহি অসি গুরুগী মশাদগী পুথোক্কুনা ওইখিবা মচানুপানি। হায়রিবা অসিনা তারকলিবা ৱাফমদি অতিয়া গুরু শিদবগী লাইনিং মওংদা মমা নৎত্রগা লাইরেম্বীগী মফম ইরৈ লৈত্রে হায়বা য়াই। গুরু শিদবগী ময়াদগী অমদি মশাদগী তাইবংমী, নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক, মৈ, ঈশিং, লৈবাকনচিংবা পুমনমক পুথোক্কুনা মালেম অমা ইনৌ নৌনা শেমগৎলকলিবা অসি পাখংবনা য়ানিংখিদে। পাখংবদা লাইরেম্বীশিংনা তোংশিন্দুনা মমৈথংদা গুরুনা লৈশেম-নোংশেম্বা লোইদুনা লাইগী নিংথৌ অমা হাপ্পা তারকলবদা পাখংববু হাপখি। পাখংবনা লাইনিংথৌ ওইরবদা লাইরেম্বীবু অমুক হন্না মমা লাইরেম্বী ওইহনখি অমদি সনামহিবু মমা লাইরেম্বী লৈমরেনগী য়েৎতা ফমহন্দুনা গুরু শিদবগী মশক ওইনা লৌদুনা ইপা লাই ওইনা য়ুমগী লাই (চীং-তম অনিমক্তা) লাৎনখি। তন্ত্রগী প্রভাব লাকলবদা মমা লাইরেম্বীবু পানথোইবী নৎত্রগা লৈমরেন শিদবী কৌদুনা পুমশুপ শুপলবা মবেম্মা ওইনা মপুং ফারবা লাইরেম্বীগী মশক্তা শেমগৎলকখি। লাইরেম্বীবু সিবগী শক্তি ওইনা পুখৎলকপা হায়বসি হান্নগী মশক অদুদা অমুক হনজিল্লকপদনি।

পেত্রিয়ার্কেল সোসাইতি মপুং ফানা মরা তানা শাগৎতুনা মহৌশাগী লাইরেম্বী তরেৎপু হেলোয়গী থাক্তা হনথনা থমখ্রবসু মতম শাংনা লৈরম্বা লাইরেম্বীশিংগী মতিক, মথৌনা, তৌবা-ঙম্বা, মওং-মতৌবু মীওইবগী ৱাখলদগী পাক কাউবা য়াদনা লৈখি। মরম অসিনা মণিপুরগী লাই-তীনগী ৱারীদা লুর-লুরবা তাংফম কয়াদা লাইরেম্বীশিংনা

চোংথোক্তুনা মায়োক্লখিবগী মতাং ইতৎ তৎতনা থেংনৈ। অতিয়া গুরু শিদবা * হায়বা লাই অমা থোকলক্তুনা মশাদগী সনামহি পাখংবা পুথোক্তুনা সনামহিদা লৈবাক শেমমু হায়না শিননদুনা থারকপদগী সনামহিগী মমিং অসীবা হায়নসু কৌই। অসীবা *সনামহিনা গুরুগী ময়া মনুংদা য়াওরিবা মৈ, ঈশিং, নুমিৎ, থা, থবানমিচাকনচিংবা* পুম্নমক হোইদোক্তুনা অতিয়া হান্না শেম্মী। মহৌশা হান্না লৈজরম্বদি মালেমতনি। মালেমদি কনা অমতনা শেম্বা নত্তে, মমাগী মশক ওইনা মথন্তা হান্না লৈজরমলবনি।

ইতিহাসকী ওইন্নসু খৃ: কুম ৩৩ দা পানখিবা নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমাংদা পাল্লম্বা নিংথৌ অসি খণ্ডনদ্রি। লাই তীনগী ৱারীগী মতুংইন্না য়েংলবদি পাখংবদগী পেত্রিয়ার্কেল নৎত্রগা মপা খঙবা, মপাদগী নিংথৌরেল মথং মথং শমথবকপা থেংনৈ। পাখংবগী মমাঙদা নুপীনা মমাদগী মথং মথং থংথরক্তুনা নিংথৌরোল শমথরকপগী মওং ওইনা তৌরম্মী। ইতিহাসকী ওইনা পাখংবগী অপোকপা মপা কনানো হায়বসি খঙদ্রি, অদুগা পাখংবগী মমাবু অসুন্না ইরম্বা থেংনরি,

> লৈমা অহুমলক ওইবী, নিংথৌ অহুমলক পান্নবী লৈনুং য়াইবীরোক্না লাইরেন পাখংবগী নিংথেম ৱানে। [১৪]

ফৌওইবীগী মতাংদসু নুপা অমদগী হেন্না ময়ুম পানবগী মওং থেংনখ্রে। য়াইবীরোক্কী মতাং অসিসু ফৌওইবীগা নকনবা অমনি। অসিগুম্বা নুপীনা নুপা অমদগী হেন্না য়ুম পানবা নৎত্রগা লুহোংবা অসি মেত্রির্য়াকেল সোসাইতিদা চৎনবা মওং অমনি। মৈহৌরোলগী মতাংদসু মমাগী মমিংদমক পীরগা মপাগী মমিং পীদবা থেংনৈ। মৈহৌরোল অসি নিংথৌরোল ওইনা খঙনবগী মওংনি,

> মৈহৌবোনগী ৱা হায়গে,
> লৈখারোনদি লৈফুরেন চনু লৈচীক ঙানবীনা নোংতমলেন অখুবা,

---

* অতিয়া গুরু শিদবা হাযবা লাই অসি কনানো হায়বসি বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মবি লৈননবা তান্ত্রীক বুদ্ধিজমদা য়াওবিবা বুদ্ধগী মশক ওইনা যেংবো যাই। গুরু হাযবা অসি তন্ত্র লাইনিংদা যান্না মরু ওইবা অমনি। তান্ত্রীক বুদ্ধিজম হায়বা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মশা অসি ১১ শুবা চহিচাদা বেঙ্গোলদা য়ান্না কন্না চাউখৎলম্বা ধর্ম্মনি। ঐখোযনা তখেল হায়না খঙনবা ত্রিপুবা হায়বা লৈবাক অসি য়ান্না ঙল্লিঙৈদগী মণিপুবগা মবি লৈনবক্লবা লৈবাকনি। বেঙ্গোল নৎত্রগা বঙ্গদেশ হায়বা লৈবাক অসি তখেলগা য়ুমলোন্নবা লৈবাকনি। বিনাল্দ মেপকী মতুং ইন্না ত্রিপুবা অসি মণিপুবগী ঙমখৈ ওইনা লৈদুনা বঙ্গদেশকা য়ুমলোন্দুনা লৈবম্মী। বঙ্গদেশ অসিসু মণিপুবিশিংনো চৎথোক-চৎশিন তৌনবম্বা লৈবাকনি। অদুনা খৃঃ কুম ১৮১৯ দা অৱা লানগাযবদা মণিপুবগী মীওই কযানা বঙ্গদেশ নৎত্রগা হৌজিক্কী বাঙলাদেশ তান্না চৎতুনা খুন্দাকই।

১৪। য়েংখোইবা ভৈগ্য, **লৈথক লৈখারোন**, ১৯৬৭ ১০৫

লৈথমলেন চনুনা নোংতমলেন অহনপা,
চিৎনু লৈমনা কুরুমলেন মৈনাইদবা,
হাইনু লৈমনা কুরুমলেন মৈনাইবা,
পিসম্নুনা নিংথৌ হৈরোংলেন লোংচুম্বা,
পিয়াইনুনা নিংথৌ হৈরোংঙাং থোঙারেননে, মনাওদি
খোংফাং অতোনবনে পোইরৈতোননে, মমিং অঙখোতেক কৌএ।
মচলদি লাইশ্রা মৈতে লৈমনে। [১৫]

মণিপুরদা তোঙান-তোঙানবা কাংলুপ কয়া পাল্লম্মী। মখোয়গী মৈহৌরোল ইবদা মমা মমিংদমক ইরম্বা ঙাক্তনি। খুদম ওইনা পাল্লবদা,

নিংথৌরোনদি — লৈনুং য়াইবীরোক্না লাইরেন পাখংবা, লাইসারা হৈরোং নিংথৌ চনুনা খুইয়োই তোমপোক, নোংমোইনুনা তাওথিং মাঙ, হাওনুখুনা খুই নিংঙোনবা।

লুবাংচেমলোনদি — হাওনু সাং খোমপোকপীনা হংকেন লোংনা থাবা। ঙানুনা খুৎশা, ঙানুনা থীংনাং, ঙানুনা নাওনং।

কোঙপম লোনদি— উয়োল লৈমা থংকোংসুনা অতো কোয়োমপা, থীংপা ফাবীনা লোইলেলবা, মাইপা ফাবীনা সিংকোন লানথাবা, · ·

লৈরাংখোংনাংলোনদি — লিক্লাপীচা নোংতংনুবী, সোরারেন্না তোংপাইতুনা খোইতোম মানতোম পোকএ। · · ·

মোইরাংথোকচোম লোনদি— লৈফুরেন চনুনা য়ুচেং, লৈচিকলেন চনুনা য়ুকৌরেন, লৈথম-লেন চনুনা থিংথিং লাংবা · · · , অসিনচিংবা। [১৬]

মৈহৌরোলশিং অসিগী লাচনবা হৌরকপা মতম অসি মেত্রিয়ার্কেল অমদি পেত্রিয়ার্কেল খুন্নাই অনি লোন্নরকপা মতম ওইগনি, মরমদি মৈহৌরোলসিং অসিদা মমা মমিং পীরগা মপাগী মমিং পীদ্রবসু পীরিবশিং অসি মচানুপা ঙাক্তা ওইনা তৌই, মচানুপীগী মমিংদি পীদে। মচানুপাশিংনা নিংথৌ ওইরকপা মতমগী ওইবা য়াই। মৈহৌরোল লা চনবা হৌরকপা মতম অসি ইতিহাসকী ওইবা বাফমদগী লাইগী-তীনগী ওইবা বাফম লোমদা হেন্না নকশিন্না লৈরম্বা ওইনা উরি। মৈহৌরোল লা চনবা মতম, মপাগী মমিং পীবা হৌরকপা মতমদা, লাই-তীনগী ওইবা মীৎয়েংদা, মিথিকেল ওইবা মওংদা পীবা হৌরকই। কনাগুম্বা শাগৈ অমগী লাই ওইনা, তোতেম ওইনা লিন লাই লাৎপা, শামু লাৎপা, শজি লাৎপা অসিনচিংবা অসিগী মওংদা

১৫। মথক্কী লাইরিক, লাঃ ১০৮- ১০৫
১৬। মথক্কী লাইরিক, লাঃ ১১২- ১১৫

শাসিং অসিনা মপা লাই ওইনা লৌরগা, লাইরেম্বী অমনা মমা ওইরগা অদুগুম্বা শাগৈ অদু ওইখিবনি হায়বগী থাজবদা মৈহৌরোল শাগৎপা ওইনা উই,

হৌজিক্তি লাইসারা হেল্লোই তরেৎমক্লা সল্লাই ওইনা খায়খোকপগী ব্বা হাযগে।
লৈকক লায়ারেন চনুদি লাইসারানে পাখংবা (লিন) কোনএ নিংথেম পোকএ।
লাইয়িবীদি মহুমনুনে নোংলুম কোনএ অঙোম পোকএ।
লাপুবীদি মরৈনুনে হামেং কোনএ খুযোনথেম পোকএ।
মাংব্বাইবীদি তলথাংনুনে শামু কোনএ খুমন পোকএ।
তুব্বাই নুদি থোইনুনে ইরোই কোনএ লুব্বাং পোকএ।
শচীবীদি চিংনুনে শজি কোনএ মোইরাং পোকএ।
লাংকপ্পীদি, থেরেমরোংপন চনুনে কৈ কোনএ ঙানবা পোকএ।[১৭]

মৈহৌরোলগী ব্বাদা মমা তরুক্কী মমিং মপা য়াওদনা লৈখি। অদুগা শলাই (শা-লাই) খাইদোকপগী মতাংদা মমা তরেৎকী মিংগা মপা লাই তরেৎকী মিং পীরি। মসিদগীসু ঐখোয়গী লাইরেম্বী চবুন অসি অহানবদা তরুক ওইরম্বদগী কোন্না তরেৎ ওইরকখি হায়বা তাকই।

অরিবা মতমগী খুন্নাইদা ধর্ম্মগী নৎত্রগা লাইনিংলম্বীগী মকোক ওইবা অদুনা কাংলুপ অমগী নিংথৌ ওইরম্মী। নুপীনা লাইরেম্বী ওইরিঙৈ, মেত্রির্য়াকেল সোসাইতি ওইরিঙৈদা, নুপীনা লাইনিংলম্বীগী মকোক ওইবা, লাইগা হকথেংনবা লাইগা পাও ফাওনবা মাইবী ওইরিঙৈ, কাংলুপ অদুগী মকোক ওইদুনা ঙাক-শেনবগী থবক তৌরম্মী। মণিপুর সমাজদা লমতা থাংজগী নুমিৎ অসিদা লৈকাই-লৈকাইগী হনুবী অমদি মীয়াই চল্লবীশিংনা লেংবান্দা থাঙ হায়গৎতুনা, কোকশেৎ অমদি খ্বাংচেৎ শেৎতুনা খুল খুলগী ওইনা মীশি-মীনা থোক্তনবা তিনমু-লাইমু তাইনবগী ইরাৎ-থৌনি অমা ঙসি ২০ শুবা চহিচা লোইরমদাই অসিদসু উবা ফংলি। মসি শাংলবা মতমগী মমাঙদগী হৌনা নুপীশিংনা লৌরকপা থৌদাং অদুগী মশক অমনি হায়বা য়াই।

ঙসিদগী চহি ৩০ রোমগী মমাং ফাওবদা অহল ওইরবী হায়বদি মীয়াই লানথোকলক্রবী মৈতৈ নুপীশিংনা য়াহিদাক শংদুনা য়া মুহনবা উরম্মী। হৌজিকসু খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎত্রিবা চীংগী কাংলুপশিংগী নুপীশিংনা য়া মুহনবা অসি করিগুম্বদা উবা ফংঙি। হৌজিক্কী মতমদদি অয়াম্বা মসি তোকনখ্রে। নুপীনা খুল খুলগী মকোক

১৭। মথক্কী লাইবিক, লাঃ ১১০

ওইরম্বা, নিংথৌ ফাওবা ওইরম্বা নুপীনা য়া মুহনবা অসি জাপানদসু চৎনরম্মী,

> In Japan the fashion of blackening their teeth is still common in some parts among peasant women and was practised by Emperor himself until recently. This is a mark of the decidedly matriarchal legend of origination of the Imperial family traced back to goddess Amaterasu.[১৮]

মথক্তা লৈখ্রিবা খুদমসিং অসিনা মণিপুরদা মমা লাইরেম্বীবু য়াম্না ৱাংনা লুনা লৌনরম্বগা লোইননা মমানা মকোক ওইবা সমাজ লৈরম্মী হায়বা তাকই। ইতিহাসকী ওইবা মীৎয়েংদগী করম্বা মতম ফাওবা লৈরম্বনো হায়বদু চপ চানা খঙবা ঙমদ্রি হায়বদুসু মথক্তা পনখ্রে। অদুবু তেররেইন্ দি লাকৌপেরৈ (Terrien De Lacoupene) গী মোৎ মতুংইন্না চীনাগী খা-নোংচুপলোমদা তিবত্তগীনা মণিপুর-চিতাগোং অসিৱাইগী মফমশিং অসিদা খৃ: কুম ৭৪২ গী মতম ফাওবা নুপীনা ঙাকপা, নিংথৌ ওইবা লৈবাকশিং শন্দোক্তুনা লৈরম্মী হায়রি,

> . . . a mixed offshoot of the white race to which we belong, and are known by the generic name of Nung, or Jung, which is the modern pronunciation of the former . . .
>
> The Jung, who were not swallowed up at the time of the encroachments of the state of Ts' in and its final extension into the Chinese Empire, disappeared south-west of Kansuh province towards Tibet. They were cognate to those woman-ruled states in this region, of which we have heard so much in the embellished records of the travels of king Muh to the states of the Western Queen, in the romantic geography of the Shan haï king, and in the more modern records mentioning states ruled by a queen. The *Si Wang Muh, Niuïtsi, Niu Tze* and *Tung Niu,* are the several names under which they appear successively in Chinese books; female sovereignty was given up by the latter state in 742 A.D.
>
> The descendants or modern representatives of the Jung, unequally diversified by incessant crossing with Altic races of Tibet, outside the borders of China, are: the Lu-tze or Anung, the Lissu or Leisu, the Mosso or Na-shi, and several

---

১৮। Ehrzbels, , **The Mother-Right in India,** 1941 p.197

smaller tribes, all on the south-west frontier; more westwards, an important ethnologic part of the Mũni-pur-Chittagong, and of thc Kiranti groups; ... The important position formerly occupied by women in their social organizations has not altogether disappeared, but has left many traces of their habits and customs; . . . [১৯]

নোংদা লাইরেন পাখংবগী মপাগী সাগৈ সলায় শেংনা তাকলমদবা অসিনা মহাক অসি মেত্রিয়ার্কেল সোসাইতিগী মীওইনি হায়বা তাকই। খুন্নাই মওং অসিদা য়াম্না মরুওইরিবা অসি মমাগী সাগৈ সলাইনি, মপাগী নত্তে। মাগী লৈমা লাইস্নাবু পোইরৈতোনগী তুংইল্লকপী পোইরৈ মৈতৈনি হায়দুনা শেংনা তাকলি। মসিগা লোয়ননা পাখংববু মপা মপু লাই ওইনা লাৎলিবা, পাখংবগী মচা মসুশিংবু লাইস্নাগী কাংবুদা পোইরৈ মৈতৈ হায়দুনা মশক তাকলি। ৱাফম অসিনা তারকলিবদি খৃঃ ৩৩গী মতম অসিফাওবদা পোইরৈ মৈতৈগী কাংবু অসি মেত্রিয়ার্কেল সোসাইতিদা লৈরম্মী হায়বা অসিনি।

পাখংবনা নোংথক্তা লৈবা লাইরৈপাক্কী নিংথৌ, লাইনিংথৌ ওইখিবগা লোয়ননা মাইকৈ মরি ঙাক-শেনবগী লাইনিংথৌশিংসু থাংজিং, মারজিং, কৌব্রু, ৱাংব্রেননা ওইখ্রে। খমনুং লৈবাকসু লৈনুং থোঙারেন কৌবা লাইনিংথৌ অমগী মীৎয়েং মখাদা থমখ্রে। মসিগা লোয়ননা লাইবুংথৌ মাপন্না শেকপিন মথোন মাপন ওইনা থৌগন্দুনা, লাইনুরা নৎত্রগা লাইরেম্বী তরেৎনা তাংবনগী খুদা থাক তরেৎ ওইনা খোঙনেৎফম ওইনা থৌগনহন্দুনা মপুং ফানা মপানা মকোক ওইবা নিংথৌ লৈবাক অমা শেমগৎখ্রে। লাইরেম্বীশিংবু মপুং ফানা খুদুম চন্দুনা থমখ্রে, লাইরেম্বীশিংবু অমুক হন্না লাইরৈপাক্কী ৱায়েন-থৌদাগী থবক্তা য়াওহনখিদ্রে,

> লাইবুংথৌ মাপনমক্তা লাই নুরা তরেৎমকপু ফমফম থাকখল ওই মৈপুন চেপথাঙ নমখাং খোকয়ুং ওই, খুনেৎ খুদা ওইনা ইমাং কারুন থংনা ৱাতেমখিয়ে।[২০]

অতিয়া গুরু শিদবা অমসুং পাখংবগী মশাদগী মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, নুমিৎ, থা, থৱানমিচাকনচিংবা পুমনমক পুথোক্নুনা অমদি গুরুগী মশক য়েংলগা সনামহি অসীবনা

---

১৯। Terrien De Lacouperie, **The Cradle of The Shan Race** in A.R. Colquhoun, **Ethnic History of The Shans**,1985, p.xxxix-xl

২০। খুমল্লম্বম য়াইমা, **পাখংবা ফম্বাল**, ১৯৬৭

লৈবাক্না মী শাদুনা পুথোকপ্রবসু মমা লাইরেম্বীগী খুবম অদুদি লাইনিংথৌ অমতনা মহুৎ শিনবা ঙমদ্রি। মীওইবগী হিংবদা চঙবা খ্বাইদগী মরুওইবা ফৌ, ঙা, থুম, ঈশিং, নুংশিৎ, মৈ অমসুং লৈবাক অসিদি লাইরেম্বী ওইদুনা লৈরি। লাইশিংগী চিরবা মতমদা লাইরেম্বীনা মমা নৎত্রগা তালোয়গী শক্তমদা চোংথোরক্লুনা কনবীরি। অসিগুম্বী নুপীগী শক্তম ইতিহাসকী লমায়দসু কয়া অমা লৈরি। খরদং পনবা য়াবদা, লংমাইচনু পেতঙা, মরাম চনু ইঙাঙ্লে অমসুং লৈমা লিনথোইঙম্বী অসিনচিংবা।

## লোইরবা

## বিব্লিয়োগ্রাফি ঃ


অশাংবম মীনকেতন সিংহ - ১৯৫০, মৈতৈ লাঙ্গরোন

অসেম ইবোমচা - ১৯৯৩, নোংসাবা খুলগোইরোল
অইবা, চীংঙামখা লিবা লম্বী, ইম্ফাল

ইরোম অমুবী সিংহ - ১৯৮১, লৈহৌ নাউফমলোন
অইবা, খাগেমপল্লি পম্থক

এন মনিজাও - ১৯৮৬, পোম্বী লাং
অইবা

এম কির্ত্তি সিংহ - ১৯৭৭ , মণিপুরী সমাজ হৌগংলকপা
অমসুং চাউখৎলকপা
এ মুক্তা সিংহ

এম মোশিল - ১৯৯১, কল্লা খ্রিলনা (মরিং ফুঙ্গা বারী)
এম তোঙৌ, খোংঙাইফম

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ - ১৯৯১, সংস্কৃতিগী বারোল
থৌনাওজম সুরোধোনি দেবী

এলাংবম রজনীকান্ত - ১৯৫১, থাইনগী মনি-মুক্তা
টি ঐচ গুনিন্দ্র সিংহ সেগা রোদ

এল অশোককুমার সিংহ - ১৯৯২, অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী পরিং
য়ুমনাম ইবেমপিশক দেবী

ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ - ১৯৭০, লৈমরেল মিংখৈ
ও কে স্টোর
- ১৯৭১, য়ুমজাও লৈমা
আর কে বীরচন্দ্র সিংহ
- ১৯৭২, সনামহি লাইকন
লাইশোম ললিত সিংহ
- ১৯৭৮, নুমিৎ কাপ্পা
য়ুনিভর্সেল লিটরেরি এসোসিয়েসন
- ১৯৮৪, তোরৈরোল লম্বুবা
মণিপুর স্টেট কলা একাদমী

| | | |
|---|---|---|
| | - | ১৯৮৫, মণিপুরী লোক সাহিত্য<br>স্টেট কলা একাদমী |
| ওইনাম (দাঃ) ইবোচৌবা সিংহ | - | ১৯৯৩, ফোক লোর বিজ্ঞান (১)<br>ইন্সটিটুট ওফ মণিপুরী ফোক লোর,<br>নাগা মপাল |
| ওইনাম কেলচন্দ্র সিংহ | - | ১৯৯৬, লক্ষী চরিত<br>অইবা, শগোলবন্দ সয়াং রোদ,<br>কোনথৌজম লৈকাই, ইম্ফাল |
| কোঞ্জেংবম ধন সিংহ | - | ১৯৭৪, মৈতৈ পুয়া বারী মচং |
| খাইদেম প্রমোদিনী | - | ১৯৮৪, লোইহজি লোয়া শৈরেংলৈ,<br>নবা থারিকথা |
| খুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ | - | ১৯৫৮, নোংপোক লৈহৌচিং |
| খুমল্লম্বম যাইমা সিংহ<br>অমসুং<br>ইবোম অমুবী সিংহ | - | ১৯৫৮, মোইরাং থাংজিং চিংগোই |
| খুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ | - | ১৯৬৭, পাখংবা ফম্বাল |
| | - | ১৯৭১, পোইরৈতোন খুন্থোক<br>অইবা |
| | - | ১৯৭৩, মৈতৈ জগোয় (অনোইরোল) ১<br>ইরোম অমুবী সিংহ,<br>খাগেমপল্লি পস্থক, ইম্ফাল |
| | - | ১৯৭৫, মৈতৈ জগোয় (অনোইরোল) ২<br>অইবা |
| | - | ১৯৭৭, মৈতৈ জগোয় (অনোইরোল) ৩<br>অইবা |
| খুল্লেম চন্দ্রশেখর সিংহ | - | ১৯৭৫, লোয়ম্বা শিনয়েন |
| মোইরাংথেম ইবোতোম্বী | - | ১৯৮২, লাই হরাওবা লাইশোন<br>মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং কমিতি<br>এন্দ রিসার্চ এসোসিয়েসন<br>নাওরেমথোং লাইশ্রম লৈকাই, ইম্ফাল |

- ১৯৮৪, **ইরাৎ লাইশোল**
মথক্কী লাইরিক্কা মান্নবা

- ১৯৯২, **শকোক লমলেন অহানবা**
ওল মণিপুর উমং লাই হরাওবা
কমিতি নাওরেম থোং, ইম্ফাল

- ১৯৯৪, **ইনাৎকী হরাও-কুম্মৈ**
মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং কমিতি
এন্দ রিসার্চ এসোসিয়েসন নাওরেমথোং
লাইশ্রম লৈকাই, ইম্ফাল

ঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ - ১৯৬৩, **ফৌওইবী খুরুম্বা**

- ১৯৬৩, **মৈতৈ লাই হরাওবা**
অইবা

- ১৯৬৯, **লৈমরেন নাউয়োম**
পণ্ডিত লোইশঙ, সনাকোনুং ইম্ফাল

ঙারিয়াম্বম চনু মেমচা - ১৯৮০, **লাই হরাওবগী হৌরকফম**

ঙাংবম কুমার মাইবী - ১৯৮৮, **কংলৈ উমং লাই হরাওবা**
থম্বালঙৌ দেবী
শিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই, ইম্ফাল

তেজকুমার - ১৯৭৭, **খোঙ্জুল লিরকপা**
রাজকুমার মনি

থোকচোম রাজো (মাইবী) - ১৯৮০, **লংদাই** (১)
অইবা মশা

থৌনাওজম চনু ইবেমহল - ১৯৯৯, **মণিপুরগী লাই -তীনগী বারী শীংবুন্দা লাইরেম্বী,**
ফোংদ্রিবা থিসিস, মণিপুর
য়ুনির্ভসিতি, কাঞ্চিপুর

নাওরেম ইন্দ্রমনি সিংহ - ১৯৯৫, **পাখংবা লাইহুই**
নাওরেম ওংবী মেধাপতি,
শগোলবন্দ নাওরেমথোং খুমন্থেম
লৈকাই, ইম্ফাল

নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ - ১৯৮০, **খুনুং ইরাৎলোন**
অইবা, ককচিং

- ১৯৮১, **য়াবীরোক**
এন জি ব্রদর্স প্লাবিশিং, প্রিন্টিং, স্টেসনরি
কোঃ ককচিং

| | | |
|---|---|---|
| | - | ১৯৮২, **শৌবোল য়াইরেল চনু**<br>অইবা, ককচিং |
| | - | ১৯৮৬, **অমন শিকুমলোন অমসুং পাম্ভোইবী নাহেরোল**<br>অইবা, ককচিং |
| | - | ১৯৮৭, **ভিনথুম**<br>অইবা, ককচিং |
| নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ | - | ১৯৬৯, **মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস**<br>চিরোম য়াইমবী দেবী<br>হাওবম মরক কৈশাম লৈকাই, ইম্ফাল |
| | - | ১৯৮০, **নুংবান পোম্বী লুবাউবা**<br>মণিপুর স্টেট কলা একাদমী, ইম্ফাল |
| | - | ১৯৮২, **চীজোয়রোল**<br>মণিপুর স্টেট কলা একাদমী |
| নোংমাইথেম মনাওয়াইমা সিংহ | - | ১৯৮৮, **তুতেংলোন**<br>এনঃ চন্দ্রশখি দেবী |
| | - | ১৯৯৫, **লাইকাও**<br>অইবা, মোইরাংথেম লৈকাই, ককচিং খুলেন |
| বি কুঞ্জচন্দ্র শর্ম্মা | - | ১৯৮৯, **সনামহি পুয়া**<br>য়ুনির্ভসিয়েল লিটরেরি<br>এসোসিয়েসন খুরাই লমলোং |
| মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ | - | ১৯৭২, **পাম্ভোইবী খোঞ্জুন**<br>মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল |
| | - | ১৯৭৫, **পোইরৈতোন খুন্থোক**<br>মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল |
| মোইরাংথেম নবেন্দ্র সিংহ | - | ১৯৬৫, **খোংচোমনুবী নোংকারোল**<br>মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল |
| মুতুবা বহাদুর | - | ১৮৭৩, **মণিপুরী আর্টকী ৱারী-শীংবুন (১)**<br>মুতুবা ম্যুজিয়ম |
| ময়াংলম্বম তোম্বা মৈতৈ | - | ১৯৭৬, **ককচিং খুন্থোকলোন**<br>কুঞ্জো সিংহ পুখ্রম্বম |
| ময়াংলম্বম গৌবচন্দ্র | - | ১৯৭৫, **লৈমরেন শেকনিং অমসুং খমমোই য়াংমোই**<br>নাওরেম ইবোবী |

| | | |
|---|---|---|
| ময়াংলম্বম গৌবচন্দ্র | - | ১৯৭৮, **শল কাও**<br>পিপলস মুজিয়ম, কক্‌চিং |
| | - | ১৯৮০, **নোংশ্রং**<br>অইবা |
| | - | ১৯৮১, **অরিবা মৈতৈগী শৈথা**<br>অইবা |
| | - | ১৯৮২, **সনামহি লাইহুই**<br>অইবা |
| | - | ১৯৮৮, **ইরাৎ থৌনিরোল**<br>পিপলস ম্যুজিযম, কক্‌চিং |
| যেংখোম ভৈগ্য | - | ১৯৬৭, **লৈথক-লৈখারোল**<br>মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল |
| যুমনামচা বুধিচন্দ্র | - | ১৯৮১, **ইমৈহিনু অহোংবীগী তুংনফম**<br>নিংথেচা মনিস্না |
| লাইবেলমযুম ইবুংঙোহল সিং হ<br>অমসুং<br>নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ | - | ১৯৬৭, **চৈথারোল কুম্বাবা**<br>মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফাল |
| ৱাহেংবম লুখোই সিংহ | - | ১৯৮৯, **লাই হ রাওবা**<br>এল অশোককুমার, মণিপুব স্টেট কলা একাদমী |
| ৱাহেংবম মাধববাম সিংহ | - | ১৯৬৬, **লাংলোন**<br>মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ |
| ৱাহেংবম য়ুমজাও সিংহ | - | ১৯৪২, **মণিপুরী ইতিহাস** |
| ৱাংখেম চা জয় | - | ১৯৭১, **লিকশঙনু শাফবী**<br>ৱাহেংবম ওংবী নিংথৌজম থোৎপী, লাইরিকয়েংবম লৈকাই, ময়াই লৈরক |
| হিজম অঙাংহল সিংহ | - | ১৯৮৬, **খম্বা-থোইবী শৈরেং**<br>হিজম বাজু সিং হ, য়াইস্কুল, হি ক হনবা লৈকাই, ইম্ফাল |
| হিজম মনি সিংহ | - | ১৯৬০, **ঙমদাই লৈতাই শুন্দাই পুয়া (১)**<br>হিজম গুনচন্দ্র সিংহ, শিংজমৈ ওইনাম থিঙেল, ইম্ফাল |
| হিজম ইবোপিশক মৈতৈ | - | **খমুংপোনজেং কোন**<br>থিংবাইজম অবুংথোই |

সুন্দর মোইরাংঙানবা - ১৯৯১, **পিদোনুং**
ইবোহল খাইদেম

সৌগাইজম রুহিনিকুমার সিংহ - **উমং লাই, উমং লাই লাইকোল**
মালেম শিন্নায় পুঙলেন লুপ

সরাংথেম বরমনি সিংহ - ১৯৮৪, **মনি পরেং**
অইবা
- ১৯৮৫, **চীং-তমগী ফুঙ্গা বারী**
অইবা
- ১৯৮৮, **মোইরাং শাইগুন** (১)
- ১৯৯৩, **মোইরাং শাইগুন** (২)
- ১৯৯৫, **মোইরাং শাইগুন** (৩)
- ১৯৯৬, **মোইরাং শাইগুন** (৪)

Afanasive, Alexander, 1985, **The Three Kingdoms, Russian Folk Tales,** Raduga Publishers, Moscow.

Amos, Dan-Ben, 1982, **Folklore In Context Essays,** South Asian Publishers, New Delhi.

Annd, Uma, 1969, **The Romance of Theatre,** National Council of Educational Research and Training, Delhi.

Angou, S. Thokchom, 1987, **Quaternary Studies in The Manipur Valley,** Unpublished Ph.D. Thesis, Poona University.

Augusta, Pavel and Honzak, Frantisuek, 1988, **Fascinating Facts Living in the Past,** Hamlyn, London.

Babloyan, R. and Shumskaya M., 1986, **Folk Tales From The Soviet Union,** Raduga Publishers, Moscow.

Bahadur, Mutua, 1989 **Tribal Art of Manipur** Mutuwa Museum, Imphal

Bapat, P.V. (Ed.) 1971, **2500 Years of Buddhism,** Ministry of Information and Broadcasting, Goverment of India.

Barun, B.K., 1969, **A Cultural History of Assam (Early Period)** Sri B.N. Dutta Borooah, Lawyers Book Stall, Gauhati.

Bascom, William R., 1984, **Contribution to Folkloristics,** Archana Publications, Meerut.

Becker, Udo, 1996 **The Element Encycolpedia of Symbols, Element**

Benedict, Ruth, 1961, **Patterns of Culture,** Routledge, London.

Bhattacharya, B., **Saivism and the Phallic World** Oxford & IBH Publishers Co.

Bhattacharya, D.C., 1972, **Prehistoric Archeaology,** Hindustan Publishing Corporation, Delhi - 7.

Briffault, Robert, 1959, **The Mothers.**

Bulfiench, 1962, **Mythology, The Age of Fable** Penguin Books. Mentor,

Chopra, P.N. (Ed), 1983 **Contribution of Buddhism to World Civilization and Culture,** S. Chand & Co. Ltd. New Delhi.

Cambell, Joseph, 1991, **The Masks of God: Primitive Mythology, Vol.-I Oriental Mythology, Vol. II Occidental Mythology, Vol. III Creative MythologyVol. IV** Penguin Group. Arkana

Carring Richard, 1963, **A Million Years of Man**

Chiang, Ban 1985, **Art and Prehistory of North east Thailand Bowers Museum Santa Ana**, California.

Chopra, P.N. (Ed). 1983, **Contribution of Buddhism to world civilization and culture** S. Chand S Co. Ltd, New Delhi

Colquhoun, A.R., 1985, **Ethnic History of The Shans,** Manas Publications, Delhi.

Conze, Edward, 1981, **A Short History of Buddhism,** George Allaen & Unwin (Publishers) Ltd.

Crooke, William, 1925, **Religion and Folklore of Northern India,** S.N. Chand & Co. Delhi.

Dandekar, R.N. 1979, **Insights Into Hinduism,** Ajanta Publications, Delhi.

Daweewarn, Dawee, 1982, **Brahmanism in South-East Asia,** Sterling Publishers Pvt. Ltd.

Durkheim, Emile, 1969, **Primitive Classification,** Cohen & West, London.

Dutta, Nalinaksha, 1960, **Early Monastic Buddhism,** Oriental Book Agency, Calcutta.

Dutta, P.N., **Glimpses Into The History of Assam**, Vidyodaya Library Pvt. Ltd., Calcutta

Engels, F. 1977, **The Origin of the Family, Private Property and the State,** Progress Publishers, Moscow.

Flaherty, Wendy Doniger O, 1981, **Sexual Metaphors and Animal Symbols in Indian Mythology**, Motilal Banarsidass.

Gait, Edward, 1967, **A History of Assam,** Thacker Spink & Co. (1933) P. Ltd, Calcutta.

Geden, Alfred C. 1983, **Studies in Eastern Religion,** Sri Satguru Publications.

Gibson, Michael, 1994, **Discovering the Ancient Past,** Black Cat.

Gordon, R.L. 1981, **Myth, Religion and Society,** Cambridge University Press.

Haviland William, 1975, **Cultural Anthropology,** University of Vermont.

Hazara, Kanai Lal, 1982, **History of Theravada Buddhism in South-East Asia,** Munshiram Monoharilal Publishers Pvt. Ltd.

Hillebrandt, Alfred, 1980, **Vedic Mythology Vol. I**
1981, **Vedic Mythology Vol. II** Motilal Banarsidass.

Hoffmann, Helmut, 1961, **The Religion of Tibet,** George Allen & Unwin Ltd, London.

Hopkins, 1974, **Epic Mythology,** E. Washburn, Motilal Banarsidass.

Hoskin, John, 1991, **Introduction to Thailand,** Odyssey, Guides, Hongkong.

Howard, Michael C., 1983, **Contemporary Cultural An thropology,** The University of the South Pacific.

Hutton, J.P., 1928, **Prehistory of Assam,** Man in India, Vol. 8.

1969, **The Angamy Naga,** Oxford University Press.

International Bible Society, 1984, **The Holy Boble**

Ions, Veronica, 1988, **Indian Mythology,** Hamlyn.

Jay, Roni 1996, **Mythology**

Jevons, Frank Byron, 1985, **The History of Religion,** Orient Publications, Delhi.

Jhalajit, R.K., 1987, **A History of Manipur,** Manipur University, Imphal.

Kabui, Ganguimei, 1987, **The Koirengs of Manipur** Koren Histrical Resarch Committee, Imphal.

Kakati, Bani Kanta, 1961, **The Mother Goddess Kamakhya,** Lawyer's Book Stall, Gauhati.

Kirk, G.S., 1971, **Myths,** Cambridge University Press.

Kosambi, D.D., 1983, **Myth and Reality,** Popular Prakashan Pvt. Ltd.

1965, **The Culture and Civilization of Ancient India in Historical Outline** Routledge & Kegan Paul, London.

Krappe, Alexander Haggerty, 1929, **The Science of Folk-Lore,** Metheun & Co. Ltd. 36 Essex Street *W.C.* London.

Kumar, Pushpendra, 1974, **Sakti Cult in Ancient India,** Bharatiya Publishing House, Varanasi.

Lanpo, Jia, 1980, **Early Man In China,** Foreign Language Press, Beijing China.

Leach, Edmund, 1966, **Rethinking Anthropology,** The Athlone Press, London.

1967, **The Structural Study of Myth and Totemism,** Tanistoc Publications Ltd. London.

Leach Edmund and Aycock, Dr. Alan, 1983, **Structuralist Interpretation of Biblical Myths,** Cambridge University Press.

Mair, Lucy, 1984, **An Introduction to Social Anthropology,** Oxford University Press.

Majumdar, Gayatri Sen, 1984, **Buddhism in Ancient Bengal,** Navana, Calcutta.

Malinowski,B., 1982, **Magic, Science and Religion and Other Essays,** New York.

Meadows, Gilbert, 1978, **An Illustrted Dictionary of Classical Mythology,** Bloomsbury Books, London.

Miller, C.O., 1978, **A Scientific System of Mythology,** Arono Pres, New York.

Neog, Maheswar, 1984, **Religion of the North-East**, Munshiram Monoharlal Publishers Pvt. Ltd.

Pandey, Lalta Prashad, 1971, **Sun Worship in Ancient India**, Motilal Banarsidass.

Pandey, S.N. (Ed.), 1985, **Sources of the History of Manipur,** Manipur University, Imphal.

Pandey,M.P., 1988, **Studies in the Tantras and the Veda,** Starling Publishers Pvt. Ltd.

Papini, Giorgio, 1986, **The Children's History of Civilization,** Hamlyn, London.

Parrat, Saroj Nalini, 1980, **The Religion of Manipur,** Firma KLM Pvt. Ltd.

Patrick, Richard 1987, **Classic Ancient Mythology,** and Croft, Peter, Galley Press.

Perton, James.J., 1980. **Cult of the Goddess,** Vikas Publishing House Pvt. Ltd.

Reader's Digest, 1984, **Quest of the Past,** The Reader's Digest Association Inc. Pleasantville, New York.

Riencourt, Amaury, 1989, **Woman and Power,** Sterling Publishers Pvt. Ltd.

